# জয়দেব গোস্বামী

# শ্রীশ্রীগীতগোবিন্দম্

মৈতৈলোন্দ হন্দোক্চব

পণ্ডিত ৺শ্রীনোংমাইথেম হেরাসিংহ

নম্বোল, মোংজিং লৈকাই।

১ম্ সংস্করণ

১৯৬৭ ইং

কোণ্ড্দোক্চব,

সৎসঙ্গ প্রকাশক মণ্ডল,

নম্বোল।

মমল লুপা ৫.০০

# "কচ্চব"

৺রাধামাধবগী চরণারবিন্দ
তাঞ্জথ্রবা ওঝাগী খূৎ-থম্বাল্‌হুদ
কচ্চরি পীবিরম্ব-থৌদাংপাঙ্‌বোইন
পাম্‌জরম্ব "গীতগোবিন্দ" থম্মোইন ॥

# অফোঙ্‌বগী য়া অমনিদং

" শ্রীশ্রীগীতগোবিন্দম্ " চুম্নগী আলঙ্কারিক কাব্য নত্তে। ছন্দবদ্ধ ওইব রসাত্মক মহাকাব্যনি। শ্রুতিসারগী মণ্ডঙ্‌নি। মাগী শব্দম্ লেপ্‌কে হোৎনরুবদি — থুম্ মতুম্ য়াম্লব লংন সমুদ্রগী ঈরেপ্‌ তম্‌গে থোরাংলুবগুম্ব- নি। মাগীদি মশান মশাগী শব্দম উচ্চবনি। তাক্লি মহু কবিন অসুম্‌,—

"যদি হরিস্মরণে সরসং মনো
যদি বিলাস কলাসু কুতুহলম্।
মধুর-কোমল-কান্ত পদাবলীং
শৃণু তদা জয়দেব সরস্বতীম্॥"

মপান্থোংগী ফজবতবু লুন নীংব মীওইবগী কাম্ননবগীদমক্ত ভক্তকবি শ্রীজয়দেব গোস্বামীন শরুপিরম্বনি অসীগুম্ব অপ্রাকৃত ওইব মধুররসগী গীত অসী। গীত অসীন মীপুম্ খূদীংবু শ্রীহরিগী প্রেমভক্তিরসামৃতগী সমুদ্রদ ঈরোইহল্লি। ভগবৎ প্রেমগী মহাসমুদ্রদ লুপ্‌চরিব ভক্তগী খ্বাইদগী য়াংলবা য়াখল্ অহুমক্ ফোঙ্‌দোক্লি — "দেহিপদপল্লবমুদারম্" হাঈব চরণ অসীন। মসীমক্লি ভগবান্ন খৱাইদগী হেম্ন পাম্লিবসু।

চুদগী চুহী-চিনি অঙাংব-অঙৌবা মথং মথং শুংদোক্‌পগুম্ন গোস্বামীন শ্রীমদ্ভাবতকী মচিওইব রাসলীলা, অসীদগীসু মচিওইব শব্দকমথৈ লৌখৎ- পিরম্লব "গীতগোবিন্দ" কৌব গ্রন্থ অসীবু মৈতৈলোন্দ টিকাগ লোঈনন অনুবাদ তৌম্লনা থম্বিরম্বী,—নম্বোল মাঈকৈগী সংস্কৃত প্রেমীশিংগী লম- জিংবিরম্বা — সৎসঙ্গ সংস্কৃত শিক্ষালয়, নম্বোলগী প্রধান অধ্যাপক ওইবিরম্ব, ৺শ্রীনোংমাইথেম হেরাসিংহ পণ্ডিতন। স্বর্গীয় ওজা ইবুংঙোন পুন্দীগী নুমিদাংৱাইরমদ থাবিরম্ব লৈরাংচার অসীন জাতিগী সাহিত্য লৈকোনগী মনুংদ লৈশাৎ তম্‌জব, পাম্‌জব কনান লৈরাংজহনা শ্রীহরিগী চরন্দ কচ্চব, নির্মাল্য ফংজব অহুতবু পাম্‌জবদগী তোল্লব ঐখোঈন 'সৎসঙ্গ প্রকাশক মণ্ডল'গী ওইন লৈখোঙ্‌ শোম্‌জবর্তনি। মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগন শেলগী মতেংনচিংব পীবিদ্বন উৎসাহ পীবিথিবগীদমক্ লম্বন্ তোল্লে খঙ্গুরি।

সৎসঙ্গ ভবন,
নম্বোল,
তাং ১। ৪। ৬৭ ইং

তোল্লবা,
— ভগীরথসিংহ
— রাজকুমার সনাতোম্বসিংহ

# শ্রীশ্রীগীতগোবিন্দম্

সান্বয়ানুবাদম্

## প্রথমঃ সর্গঃ

মঙ্গলাচরণম্

মেঘৈর্মেদুরমম্বরং বনভুবঃশ্যামাস্তমালদ্রুমৈ
র্নক্তং ভীরুরয়ংত্বমেব তদিমং রাধেগৃহংপ্রাপয় ।
ইত্থংনন্দ-নিদেশতশ্চলিতয়োঃপ্রত্যধ্বকুঞ্জ-দ্রুমং
রাধা মাধবয়োর্জয়ন্তিযমুনাকূলে রহকেলয়ঃ ॥১॥

---

অন্বয়ানুবাদঃ=হে রাধে ! (হে ইবেম্মা রাধিকা) মেঘৈঃ (নোংমপৈনা) অম্বরং (অতিয়া) মেদুরং (খুমথ্রে) তমালদ্রুমৈঃ (তমালপাম্বী ময়ামসীনা) বনভুবঃ (বনগী লম্পাক পূম্নমক) শ্যামাঃ (পূমশং শংথ্রে) অয়ং শ্রীকৃষ্ণঃ (ঙঙ্গুংঙো শ্রীকৃষ্ণসে) নক্তং (অহীংদা) ভীরুঃ (কিগল্লি) তৎ (মরম অদুদগী) ত্বমেব (নংমক্ত, নশামক্ত) ইমং (মহাকপু) গৃহং-প্রাপয় (যূম য়োহল্লু, খিল্লুচো) ইত্থং (অসুম হায়নরবা) সখীনাম্ নন্দ-নিদেশতঃ (সখী শংগী হু ঙাইরবা য়াথংদগী ) প্রত্যধ্ব কুঞ্জ-দ্রুমং চলিতয়োঃ (লম্বেল থূদিং, কুঞ্জ থূদিং, উপাল থূদিংদা লেংশিনগ্রবা, লম্বেলগী মনাক্তা লৈবা কুঞ্জগী উপাল থূদিংমক্তা লেংশিনগ্রবা) রাধা মাধবয়োঃ (শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিমক্কী)যমুনা কূলে (যমুনা কৌবী তুরেলগী মপান্দা) রহঃ কেলয়ঃ ( চীক্লা শাম্নবা থিবীক্লা ) জয়ান্তু (জয় ওইল্লি) ॥১॥

**অনুবাদ ঃ**—য়েংউ ইবেম্মা হে রাধিকা ! অতিয়াগী মকোয় অসি নোংনা পুম্নথুম থুমখরে, বনগী মনুং পুম্নমক অসীসু তমাল পাম্বী ময়াম হৌবনা পূমশং শংখরে, অহীংগি মতমদগী ইবুংঙো কৃষ্ণসে ওস্থোকনা কিগল্লি, মরম অদূনা ইবেম্ম শ্রীরাধিকা নহাক্না নশামক্না ইবুংঙোসিবু য়ুমদা থিল্লুচৌ, অসুম হায়নরবা সখীশংগি সুংঙাইরবা য়াথংদগী বৃন্দাবনগি লম্বেল, কুঞ্জ উপাল খূদিংমক্ত লেংশিনখিদূনা যমুনা তুরেল মপান্দা চীক্লা শান্নরবা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী লীলা থিবীক্লা জয় ওইরি ॥১॥

**ব্যাখ্যা ঃ**—শ্রীজয়দেব কবিনা লেংলম্নবা শ্রিগীতগোবিন্দ কৌবা ইশৈ অসী থাঙ্গৈশেংবা বাসকসজ্জাগী ঈশৈনী। বাসক হায়বসী অহীংগি শীলানী। টীকা তৌবা পণ্ডিতশিংনা মঙ্গলাচরণগ শ্লোক অসীগী মথল মথা অয়াম্বা টীকা পুথোকই। অদূক য়াম্বা হায়রুদূনা কান্নদে। পামজবা টীকা থরদং লৌথকুনা হজরি। সখীশিংনা হায়খি "নক্তংভীরুরয়ং"—"ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণসে অহীংদদী কিগল্লি" হায়বসী শ্রীকৃষ্ণনা শা, কৈবু কিবা নত্তে। কিবগী মরমদী—ওরাং অহীংদী অতোপ্পা সখীশঙ্গ নাক্তা লেংবিরুদূনা হবেম্মা শ্রীমতি রাধাগী নাক্ত লেংলক্তদূনা শাওকম থোকপা মরাল (অপরাধ) লৈব-দগী কিবদু উৎপতনী অমসুং শ্রীরাধাগী মশাওবা কোক্লনবা হায়জ-বতনী। শাওবা ফরক্লগা সখী ময়ামগী মরক্তা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীনক্লা সুক্লতলীলা শান্নবদা থরা হকাইফম থোকই, অদূনদী থরা থাপ্পা লৈবা শক উম্নরোইদোবা কুঞ্জদা (উপালশিংদ উরী ময়াম্না য়ৎলগা য়াম্না মংবা মনুংদী হোবা, মী লৈবসু য়াবা মীনা য়েংরদী

উদবা অদূবু কুঞ্জ (কোই) শান্নরুরগা নীংবা পৃয়মক থুংনা শান্নরুগনি হায়দুনা "গৃহংপ্রাপয়" কুঞ্জগী যুমদা থিল্লুচো হায়দূনা ঈঙ্গিত তোবতনী, থাঙ্গৈশেংবা অহল্ লম্মনগা লৈমিন্নরীবা যুংদা থিল্লু হায়বা নত্তে ॥১॥

"ত্বমেব" নংতনা (নশামক্না) হায়বা অসীনস্তু অতৈ সখী অমনা ৎনবা য়াদে, শ্রীরাধাতনা থিনবগী র হায়রী, অদূনদী শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনীমক্কী সুরতলীলা শান্নবা মনীং থুংনবনী হায়বা ফোংদোকই। করিননো হায়ববু অশেংবা যুমপানবগী যুমদা থিল্লবদী সখীশিং ময়াম্না থিনবস্তু য়াই নত্রগা কনাগুম্বা সখী অমনস্তূ থিনুবা য়াই ॥২॥

"নন্দনিদেশতঃ" হায়বা পদ অসীবূ কনাগুম্বা টীকাকারশিংনা "নন্দগী য়াথংদগী" "সখীশিঙ্গি হুংঙাইরবা য়াথংদগি" "নন্দগী যুমদগি" "বংশীগি য়াথংদগী" অম্সুন্না ১।৪ থোক্না হায়নৈ। নন্দ নিংথৌগি য়াথংদগী হায়রবদী মচানিপা পাথং অপাম্বা থংলববু (সুরত লীলা শান্নরবা নায়কপু) মপানা হুপীদা (নায়িকাদা) ওনশিন্দুনা থিল্লুচো হায়বসী হায়ফম থোক্তে, ইকাইফম থোকই। মরম অদূনা সখীশিঙ্গি হুংঙাইরবা য়াথংদগি হায়বদী শ্রীকৃষ্ণনা পামদূনা লৈরম্লিবস্তু শ্রীরাধাগা লোয়ননা সুরত লীলা শান্নবা অদূতনি। পাম্লিবা থবক অদূবূ সখীশিংনা থংলদূনা হায়রক্লবদূদদী শ্রীকৃষ্ণগী হুংঙাইবগী ওমথৈ লৈথিত্রে। মরম অদূনা সখীশিঙ্গি হুংঙাইরবা য়াথংদগী হায়বতনী। অদূগা কনাগুম্বা টীকাকারনা রাধাকৃষ্ণনা শান্নরিবা লীলা অসীবু হুংথিলদনী হায়বস্তু য়াওরি। হুংথিলদা করম্না শান্নগদগে হায়বদা নোংমংই, হুমিৎ থোক্তে, তমাল পাম্বী

বাগ্‌দেবতা চরিত-চিত্রিত চিত্তসদ্মা
পদ্মাবতী-চরণ-চারণ চক্রবর্ত্তী ।
শ্রীবাসুদেব-রতি-কেলি-কথা-সমেত
মেতং করোতি জয়দেবকবিঃ প্রবন্ধম্ ॥২॥

---

ময়াম্না পুমমমমই। তায়নী বমথৈ আষনবক্ত শ্রীজয়দেব কবিনা লেংলম্নবা কবিতা (হথৈ) অসীনদী সূর্য্যপূজা, গোষ্ঠলীলা, জলকেলী লীলানচিংবা নত্তে। থাঙ্গেশেংবা বাসকসজ্জকনী। বাসকসজ্জাগী রীতিনা (ক্রমমা) মঙ্গলাচরণ কৌফম থাকই। অতৈ রীতিনা হৌবসী থৈখোং পাম্বীদা হৈনৌ পাল্লি হায়বগুম্না নাটতে কয়াচাদে ॥৩॥

পদ্যানুবাদ ঃ—(১) বাগ্‌দেবতা চরিত চিত্রিত চিত্তসদ্মা (শ্রীকৃষ্ণগী লমচংনা য়েক্লবা পুক্লীংনা য়ুম ওইররা, হাযবদী অতৎপা লৈতনা কৃষ্ণতা নীংলবা) পদ্মাবতীচরণ চারণ চক্রবর্ত্তী (শ্রীরাধাগী খোংসেবা তৌরদা থাইদগী হৈশিংলরা) জয়দেব কবিঃ (জয়দেব কৌবা কবিনা) শ্রীবাসুদেব রতি কেলি কথা সমেতং (শ্রীরাধাকৃষ্ণ অমাগী সুরতক্রীড়ানা তিল্লব) এতং প্রবন্ধং (কবিতা অসীবু) করোতি (লেংঙৈ) ॥২॥

অনুবাদ ঃ—মহাকী পুক্লীং লমইয়ুম অতুদা কৃষ্ণগী লমচংমা য়েক্লবা হায়বদী বৃন্দাবনদা শাম্নবা লীলা খিবক অদৃতা থম্লবা, শ্রীমতি রাধিকাগী খোংসেবা তৌথদা থাইদগী হৈশিংলবা, শ্রীজয়দেব কাবনা শ্রীরাধাগোবিন্দগী সুরতক্রীড়াগি রাহৈতনা তিল্লবা কবিতা অসীবু লেংঙৈ ॥২॥

যদি হরি স্মরণে সরসং মনো
যদি বিলাসকলাসু কুতুহলম্।
মধুর-কোমল-কান্ত পদাবলীং
শৃনু তদাজয়দেব সরস্বতীম্ ॥৩॥

---

ব্যাখ্যা ঃ—(১) টীকাকারনা "বাগ্ দেবতা চরিত" সরস্বতী দেবীগী লমচৎনা অমসুং "পদ্মাবতী চরণ চারণ" লক্ষ্মীদেবীগি মখোংদা সেবা তৌবা অসুম হায়নবসু য়াওই ॥

পদানুবাদ ঃ– হে ভক্ত ! (হে ভক্ত) (১) যদি হরি স্মরণে (হরি নিংশীংবদা) মনঃ (নপুক্কীংনা) সরসং (নুংঙাইরবা) (২) যদি বিলাস কলাসু (শান্নবগী কলা খিবিক্তা হায়বদী রাস, বাসক, গোষ্ঠ, ঝুলন-যাত্রানচিংবা লীলা খিবিক্তা) কুতূহলং অস্তি (পামশিল্লবা) (৩) তদা (অদূ ওইরবদী) মধুর-কোমল-কান্তপদাবলীং [নুংশীরবা. নৌরবা, ফজরবা পদ মপৈনা তিল্লবা] জয়দেব সরস্বতীং [জয়দেবগী ইশৈবু, গীতগোবিন্দবু] শৃণু [তাবিউ] ॥৩॥

অনুবাদ :—হে ভক্তশা ! নখোয়গী নপুক্কীংদূনা হরি নিংশিংবদা অপেনবা পোক্লবা ১সুং ইবুংঙো মহাক্কী শান্নবা লীলাগি কলা পুম্ন-মক্তা পামশিল্লবা অদূ ওইরবদী নৌরবা, নুংশিরবা, ফজরবা-পদ-মপৈনা তিল্লবা শ্রীজয়দেব কবিগী ঈশৈ অসি তাবিউ ॥৩॥

ব্যাখ্যা :—শ্লোক অসীগি মক্লুংদা য়াওরিবা (১) (২) (৩)গী "যদি" অনীগা "তদা" অমগা অহুম অসীগি অর্থসী পুম্না "অদূ ওয়রবদী" হায়না লৌগনী ।

**বাচঃ পল্লবয়ত্যুমাপতিধরঃ সন্দর্ভশুদ্ধিং গিরাং**
**জানীতেজয়দেব এবশরণঃশ্লাঘ্যোদুরূহদ্রুতে।**
**শৃঙ্গারোত্তরসৎপ্রমেয়রচনৈরাচার্য্যগোবর্দ্ধন**
**স্পর্দ্ধী কোঽপিনবিশ্রুতঃশ্রুতিধরোধোয়ীকবিক্ষ্মাপতিঃ।৪॥**

---

**পদানুবাদ** ঃ—উমাপতিধরঃ [উমাপতিধর কৌবা কবিনা] বাচঃ [বাক্য খিবিকপু] পল্লবয়তি [য়েন্নীং চোংহল্লি হায়বদী অনৌবা পদ হাপ্পু না ফজহল্লি] শরণঃ [শরণ কৌবা কবিনা] দুরূহদ্রুতে [অরুবা চৈরেংবু থুনা লেংবদা] শ্লাঘ্যঃ [থাগৎনৈ] আচার্য্যগোবর্দ্ধনঃ [আচার্য্য গোবর্দ্ধন কবিনা] শৃঙ্গারোত্তরসৎপ্রমেয়রচনৈঃ [শৃঙ্গার-রসগী অথোইবা কবিতা মচা মচা লেংবদা] স্পর্দ্ধী [থাজনৈ] কবিক্ষ্মাপতিঃ ধোয়ী [কবি পুম্নমক্কী মকোক ওইরবা ধোয়ীনা] শ্রুতিধরঃ [তাবগা হেক্তা চীনফা পুই] জয়দেব এব [জয়দেব কৌবা কবিতনা] সন্দর্ভ-শুদ্ধিং গিরাংজ্ঞানীতে [পুমস্নু শুনা ফজরবা কবিতা অচৌবা লেংবা হৈ] বিশ্রুত [পুমস্নু শুনা ফাওবদী] কোঽপি ন [কনাস্নু য়াওদে] ॥৪॥

**অনুবাদ** ঃ—উমাপতিধর কৌবা কবিনা করিগুম্বা বাক্য অমবু অনৌবা পদ হাপচিন্দুনা ফজহল্লি, শরণ কৌবা কবিনা অরুবা চৈ-রেংবু থুনা লেংবদা থাগৎনৈ, আচার্য্য গোবর্দ্ধননা শৃঙ্গার রসগী কবিতা মচা মচা লেংবদা থাজনৈ, কবি খিবিক্কী মকোক ওইরবা ধোয়ীনা তাবগা হেক্তা চীনফা পুবা ওমই, জয়দেব কৌবা কবিতনা শৃঙ্গার রসগী মপুং ফারবা অচৌবা কবিতা লেংবা হৈ। মরম অসীনা কবি অমত্তুদা মথল মন্ডা অসীগুনা ফাওবদী য়াওদে ॥৪॥

হৌজিক শ্রীজয়দেব কবিনা ভক্তশিংগি ১সুং মশামক্কী মঙ্গল পীবিনবা দশাবতার শক্লি।

(মালব গৌড়রাগেণ রূপকতালে ন চ গীয়তে ।)

গীতং ।১।

প্রলয়-পয়োধি-জলে ধৃতবানসি বেদম্,
বিহিত-বহিত্র-চরিত্রমখেদম্ ।
কেশব ধৃত মীনশরীর,
জয় জগদীশ হরে ॥৫॥

পদানুবাদ ঃ—হে কেশব ! [হে কেশব] হে ধৃতমীনশরীর ! [হে ঙাগী হকচাং ওইনা অবতার তৌরবা] হে জগদীশ ! [হে জগৎকি মপু ওইরবা] হে হরে ! [হে হরি] ত্বং [ইবুংঙো নহাক্না] প্রলয়-পয়োধিজলে [প্রলয়গী মতমদা সমুদ্রগী ঈশিংদা] নিমগ্নং বেদম্ [লুপথ্রবা বেদবু] বিহিত-বহিত্র-চরিত্রং [ওল্লবা হিগী লমচৎনা] অখেদং [অরাবা লৈতনা] ধৃতবানসি [পুথৎখ্রবনী] তস্মাৎ [মরম অদুদগি] জয় [জয় ওইবিউ] ॥৫॥

অনুবাদ ঃ—হে কেশব ! হে ঙা ওইনা অবতার তৌরবা ! হে জগৎকী মপু ওইরবা ! হে হরি ! ইবুংঙো নহাক্না প্রলয়গী মতমদা পাক চাওরবা সমুদ্রগী ঈশিংদা লুপথ্রবা বেদবু হিনা [ নৌকা ] ঈশিংদা তাওবগুম তাওদুনা অরাবা লৈতনা পুথৎখ্রবনী । মরম অদুদগী জয় ওইবিউ ॥৫॥

ব্যাখ্যা ঃ—বেদ মাংখ্রবদী জগত্তা লৈরিবা তাইবং মী পুম্নমক্না বেদগী বিধি পুম্নমক থাদোক্তুনা পুম্মাং মাংলমগদবনি, অদুবু ভগবান নহাক্না বেদ লৌথৎপিদুনা বেদগী বিধি চৎহনবিদুনা মরোল অহুম্মকী মঙ্গল ওইহল্লে । মরম অদুনা জয় ওইবিউ হায়বতনী ॥

ক্ষিতিরতিবিপুলতরে তিষ্ঠতি তবপৃষ্ঠে,
ধরণীধরণ কিণ চক্র গরিষ্ঠে।
কেশব ধৃত কূর্ম্মশরীর জয়জগদীশ হরে॥৬॥
বসতিদশনশিখরে ধরণী তবলগ্না,
শশিনি কলঙ্ক কলেব নিমগ্না।
কেশব ধৃত শূকররূপ জয় জগদীশ হরে॥৭॥

(৩) "বিহিত বহিত্র চরিত্রং" ১সুং "অখেদং" অনী অসী ক্রিয়াবিশেষণ ঙাক্তনি। 'ধৃতবানসি" হায়বা ক্রিয়াসিগী বিশেষণনী।

পদানুবাদঃ—হে কেশব! [হে কেশব] হে ধৃত কূর্ম্মশরীর! [হে থেঙ্গুগী মশক ওইনা অবতার তৌরবা] হে জগদীশ! [হে জগৎকী মপু ওইরবা] হে হরে! [হে হরি], ক্ষিতিঃ [পৃথিবীসিনা] তব [নহাক্কী] ধরণি-ধরণ-কিন-চক্র গরিষ্ঠে (পৃথিবী পুবগী তক্লবগী অতংবনা চাওনা লৈরবা) অতি বিপুলতরে পৃষ্ঠে (য়াম্না পাক্লবা নঙ্গন্দা) তিষ্ঠতি [লৈরবনী] তস্মাৎ [মরম অচুদগী] জয় [জয় ওইবিউ]॥৬॥

অনুবাদঃ—হে কেশব! হে থেঙ্গু ওইনা অবতার তৌরবা! হে জগৎকী মপু! হে হরি। পৃথিবীসিনা নহাক্কী পৃথিবী পুবগী তক্লবগী অতংবনা চাওনা লৈরবা য়াম্না পাক্লবা নঙ্গন্দা লৈরবনী, মরম অচুদগী জয় ওইবিউ॥৬॥

পদানুবাদ :—হে কেশব! [হে কেশব] হে ধৃতশূকররূপ! [হে ওক্কী মশক ওইনা অবতার তৌরবা] হে জগদীশ! [হে জগৎকী মপু

তবকরকমলবরে নখমদ্ভুত শৃঙ্গং,
দলিত-হিরণ্যকশিপু-তনুভৃঙ্গম্।
কেশব ধৃত নরহরিরূপজয়জগদীশ হরে ॥৮॥

---

ওইরবা] হে হরে। [হে হরি] ধরণী [পৃথিবীসিনা] শশিনি [থাদা] কলঙ্ককলা [মায়হীং মচেৎনা] নিমগ্না ইব [পক্লুনা লৈবগুম্না] তব [নহাক্কী] দশনশিখরে [য়া মতোম্দা] লগ্ন [নপ্তু না, পক্লুনা] বসতি [লৈবরনী] তস্মাৎ [মরম অদুদগী] জয় [জয় ওইবিউ] ॥৭॥

অনুবাদ :—হে কেশব! হে ওক্লী মশক ওইনা অরতারে লৌরবা! হে জগদীশ! হে হরি! পৃথিবী অসীনা থাদা মায়হীং মচেৎনা পক্লপগুম্ন নহাক্কী য়া মতোম্দা পক্লুনা লৈরবনী, মরম অদুদগী ইবুংঙো নহাক্কা জয় ওইবিউ ॥৭॥

পদানুবাদ :—হে কেশব! [হে কেশব] হে ধৃতনরহরিরূপ! [হে হকচাংনা মী ওইরগা কোক্লা নোংশা মকোক পাল্লবা] জগদীশ! [হে জগৎকী মপু] হে হরে। [হে হরি] তব [নহাক্কী] করকমলবরে [খুৎথম্বাল অথোইবদা] দলিত-হিরণ্যকশিপু তনুভৃঙ্গং [হোগায়দুনা হিরণ্যকশিপু কোবা হিংচাবগি হকচাং থোইমুবু যাংহনখ্রবা] অদ্ভুত শৃঙ্গং [অঙকপগী মশক ওইনা মচীন তুম্নবা] নখং [অস্তি] (খুজীল্ পাল্লবনী) তস্মাৎ [মবম অদুদগী] জয় [জয় ওইবিউ] ॥৮॥

অনুবাদ :—হে কেশব! হে নরহরিরূপ ওইরবা! হে জগদীশ হে হরি! ইবুংঙো নহাক্কী নুখুং থম্বাল অথোইবা অদুদা অঙকপা ওইনা থোরবা খুজীল পাল্লিবা অদুনা হিরণ্যকশিপু কোবা হিংচা-বগী হকচাং থোইমুবু হোগায়দুনা হাৎখ্রবনী, মরম অদুদগী ইবুংঙো নহাক্কা জয় ওইবিউ ॥৮॥

ছলয়সি বিক্রমণে বলিমদ্ভুতবামন,
পদনখ-নীর-জনিত-জন পাবন।
কেশব ধৃত বামনরূপ জয়জগদীশহরে ॥৯॥
ক্ষত্রিয়-রুধিরময়েজগদপগত পাপং,
স্নপয়সি পয়সি শমিতভবতাপম্
কেশব ধৃতভৃগুপতিরূপজয়জগদীশ হরে ॥১০॥

---

পদানুবাদ :—হে কেশব ! [হে কেশব] হে অদ্ভুত বামন ! [হে অঙকপা বামন অবতার তৌরবা] হে জগদীশ ! [হে জগৎকী মপু] হে পদনখনীরজনিতজন পাবন [হে খোংগী খুজিলদগী চেন্থরক্লবা ঈশিংনা মীগী পাপ কোকহল্লবা] ত্বং [হবুংঙো নহাক্না] বিক্রমণে [নখোং থাংদোকপদা] বলিং [বলি কৌবা হিংচাববু] ছলয়সি [নমথাক তৌগ্রবনী], তস্মাৎ জয় [মরম অদুদগী জয় ওইবিউ] ॥৯॥

অনুবাদ :—হে কেশব ! হে বামনাবতার ! হে জগদীশ ! হে খোংগী খুজীলদগী থোকথীবা ঈশিংনা মীগী পাপ কোকহল্লবা ! হে হরি ! ইবুংঙো নহাক্না নখোং থাংদোক্লকপদা বলি কৌবা হিংচাববু নমথাক তৌগ্রবনী, মরম অদুদগী ইবুংঙো নহাক্না জয় ওইবিউ ॥৯॥

ব্যাখ্যা :—বামনস্য পদ নখেন পৃথিবীং ব্যাপ্যাপরেণ
পাদেন বলিংপাতালং নীত্বাপরেণাত্যুন্নতেন ব্রহ্মাণ্ডং
ভিত্বা গঙ্গামবতারয়দিত পৌরাণিকী কথা।

পদানুবাদ :—হে কেশব ! [হে কেশব] হে ভৃগুপতিরূপ ! [হে পরশুরাম ওইনা অবতার তৌরবা] হে জগদীশ। [হে জগৎকী মপু]

বিতরসি দিক্ষু রণে দিকপতিকমনীয়ং,
দশমুখ মৌলিবলিং রমণীয়ং।
কেশব ধৃত রামশরীর জয়জগদীশ হরে ॥১১॥

---

হে হরে ! (হে হরি) ত্বং (নহাক্না) ক্ষত্রিয় রুধিরময়ে পয়সি [ক্ষত্রিয় মচাগী ঈনা ওন্দুনা চেনখ্রবা ঈশীংদা] জগৎ [জগৎপু] অপগতপাপং [পাপ কোকহন্দুনা] শমিতভবতাপং [হন্না পোকপগী তাপ কোক-হনতনা] স্নপয়সি [ইরুজহনখ্রবনী] তস্মাৎ [মরম অতুদগী] জয় [জয় ওইবিউ) ॥১০॥

অনুবাদ :—হে কেশব ! হে পরশুরাম ওইনা অবতার তৌরবা ! হে জগদীশ ! হে হরি ! ইবুংঙো নহাক্না ক্ষত্রিয় মচাবু তরেৎলক হন্না কক্তুনা হাৎলবদা ঈনা তুরেল ওইনা চেন্নবা ঈশিংদা জগৎকী মী পুম্নমক ঈরুজহন্দুনা পাপ পুম্নমক কোকহনখ্রবনী অমসুং হন্না হন্না পোক্তুনা কংবা তাপ পুম্নমক কোকহনখ্রবনী, মরম অতুদগী জয় ওইবিউ ॥১০॥

পদানুবাদ :—হে কেশব ! (হে কেশব) হে ধৃতরামশরীর (হে রাম ওইনা অবতার তৌরবা) হে জগদীশ ! (হে জগৎকী মবুংঙো) হে হরে ! [হে হরি] ত্বং [ইবুংঙো নহাক্না] রণে [লানফমদা] দিক্ষু [মাইকৈ তরামক্তা] রমণীয়ং [নিংথিজরবা] দিকপতিকমনীয়ং [মাই-কৈ গাকপা লাইনা পাম্নবা] দশমুখ মৌলিবলিং [রাবণগী কোক্কী মনাবু, খুদোল পোৎপু] বিতরসি (য়েনখ্রবনী) তস্মাৎ জয় (মরম অতুদগী জয় ওইবিউ ॥১১॥

বহসি বপুষি বিশদে বসনং জলদাভং
হল-হতি ভীতি-মিলিত যমুনাভং।
কেশব ধৃত হলধররূপ জয় জগদীশ হরে ॥১২॥

অনুবাদ :—হে কেশব ! হে রামাবতার তৌরবা ! হে জগৎকী মপু ওইরবা ! হে হরি ! ইবুংঙো নহাক্না লানকমদা মাইকৈ তরামক্তা মাইকৈ ঙাকপা লাইনা পায়রবা নিংথৌজ্জরবা রাবণ নিংথৌগী মকোক তন্না কক্তুনা থূদোলপোৎ ওইনা য়েনথ্রবনী, মরম অদুদগী জয় ওইবিউ ॥১১॥

পদানুবাদ—হে কেশব ! (হে কেশব) হে ধৃতহলধররূপ ! (লাঙ্গল পায়রবা বলদেব ওইনা অবতার তৌরব) হে জগদীশ ! (হে জগৎকী মপু) হে হরি ! (হে হরি) ত্বং (ইবুংঙো নহাক্না) বিশদে বপুষি (ঙৌরবা হকচাংদা) ১ । হলহতিভীতি মিলিত যমুনাভং (লাঙ্গমা য়ানগনী হায়দুনা কিদুনা চংজরক্লবী যমুনাগী ঈশিং মচুগুম্না শংবান্ননা ফজরবা) জলদাভং (মংলিবা নোং মচুগুম্না ফজরবা) বসনং (ফিবু) বহসি (শেংলবনী) তস্মাৎ (মরম অদুদগী) জয় (জয় ওইবিউ) ॥১২॥

অনুবাদ :—হে কেশব ! হে লাঙ্গল পায়রবা বলদেব অবতার তৌরবা ! হে জগদীশ ! হে হরি ! ইবুংঙো নহাক্না ঙৌরবা হকচাং অদুদা লাঙ্গমা ফুগনি (য়ানগনি) হায়বা কিদুনা চংজরক্লবী যমুনাগী ঈশিং মচুগুম্না শংবান্ননা ফজরবা অমসুং অতিয়াদা মংলিবা অমুবা লৈচিনমচুগুম ফজরবা ফী শেংলবনী, মরম অদুদগী ইবুংঙো নহাক্না জয় ওইবিউ ॥১২॥

নিন্দসি যজ্ঞবিধেরহহশ্রুতিজাতং
সদয় হৃদয় দর্শিত পশুঘাতং।
কেশব ধৃতবুদ্ধশরীর জয়জগদীশ হরে ॥১৩॥

---

ব্যাখ্যা—(১) হলিনা কিল বৃন্দাবনংগতেন কাদম্বরীং মদিরাং পীত্বা মত্তেনযমুনাস্নানার্থমাহূতা, সাচ মত্তোহয়মিতি অবজ্ঞয়া তৎ সমীপংনাগতা। ততোহসৌক্রোধাত্তাবদ্ধলেনাচকর্ষদিতি পৌরাণিকী কথা ॥

পদানুবাদ :— হে কেশব! [হে কেশব] হে ধৃতবুদ্ধশরীর! [হে বুদ্ধদেব ওইনা অবতার তৌরবা] হে জগদীশ! [হে জগৎকী মপু] হে হরে! [হে হরি] হে সদয় হৃদয়! [থোজাল হৈবা পুকচেল চেল্লবা] অহহ !! [ওস্থোকপনিদা, অরাবনীদা] ত্বং [ইবুংঙো নহাক্না] যজ্ঞবিধেঃ [যজ্ঞগী বিধিগীদমক] দর্শিত পশুঘাতং [উহন্দুনা, তাক্নুনা শা হাৎলক্লবা] শ্রুতিজাতং [বেদগী বাক্যবু] নিন্দসি [নিন্দা তৌ-খ্রবনী, ককথংখ্রবনী] তস্মাৎ [মরম অদুদগী] জয় [জয় ওইবিউ] ॥১৩॥

অনুবাদ :— হে কেশব! হে বুদ্ধাবতার। হে জগদীশ! হে থোজাল হৈরবা! হে হরি! ওস্থোক্লা অওকপনিদা !! ইবুংঙো নহাক্না যজ্ঞগী বিধিগীদমক শা হাৎনু হায়দুনা তাক্লম্লবা বেদগী বিধি পুম্নমকপু নিন্দা তৌখ্রবনী, মরম অদুদগী ইবুংঙো নহাক্না জয় ওইবিউ ॥১৩॥

ব্যাখ্যা :— হে বুদ্ধাবতার! ইবুংঙো নহাক্না অহানবা মীন অবতারগী "প্রলয়পয়োধিজলে" দা বেদ পুম্নমকপু ঈশ্বীংদগী লোখত্তুনা

ম্লেচ্ছনিবহনিধনেকলয়সিকরবালং,
ধূমকেতুমিব কিমপি করালম্।
কেশবধৃত কল্কিশরীর জয়জগদীশ হরে।।১৪।।

---

মাংহনবিদ্রে অমসুং যজ্ঞগীদমক শা হাৎপা দায় লৈতে হায়বা বেদবিধি পূন্নমক চৎতনবিরে। হৌজিক বুদ্ধাৱতারদদী যজ্ঞগীদমক শা হাৎলু হায়বা বেদগী বাথ। পূন্নমক অদুব "অহিংসা পরমো ধর্ম্মঃ" হায়বসী পুখোক্তুনা নিন্দ তৌরে মাসী ওন্থোক্লক অঙকপনী।

শ্লোক অসীগী মথংদা য়াওরীবা "দর্শিত" হায়বা পদ অসীনা মথক্কী পদগা লোয়ননা সমাস তৌদুনা "হে সদয় হৃদয় দর্শিত" হৌরকলা হেন্না পূকচেল উহল্লবা অমা হায়বশু য়াই।

**পদানুবাদ :**— হে কেশব! [হে কেশব] হে ধৃত কল্কিশরীর [কল্কি ওইনা অৱতার তৌরবা] হে জগদীশ! [হে জগৎকী মবুংঙো] হে হরে! (হে অরাবা লোকহল্লবা) ত্বং (ইবুংঙো নহাক) ম্লেচ্ছ নিবহ নিধনে (ম্লেচ্ছ মপৈ হাৎননবগীদমক) (১) ধূমকেতুং ইব (ধূমকেতু কৌব থরাম্নিচাক্নুম্না নত্রগ মৈগুম্না) কিং অপি করালং (কয়ামরুম অকিবগী মশক ওইরবা) করবালং (থাংশাংবু, কবাকথাংবু) তস্মাৎ জয় (মরম অদুনগী জয় ওইবিউ) ।।১৪।।

**অনুবাদ :**— হে কেশব! হে কল্কি ওইনা অৱতার তৌববা! হে জগদীশ! হে হরে! ইবুংঙো নহাক্না ম্লেচ্ছ মপৈ হাৎননবগীদমক ধূমকেতুগুম্না কয়ামরুম অকিবগী মশক ওইরবা থাংশাবু নথুম্না পায়থরবনী, মরম অদুদগী জয় ওইবিউ ।।১৪।।

শ্রীজয়দেবকবেরিদমুদিতমুদারং,
শৃণু সুখদং শুভদং ভবসারম্।
কেশব ধৃত দশবিধরূপ জয়জগদীশ হরে ॥১৫॥

মথক্কা হায়থ্রবা অবতার তরাতু মখাদা শ্লোক অমত্তনা হায়রী।

বেদানুদ্ধরতেজগন্তিবহতেভূগোলমুদ্বিভ্রতে,
দৈত্যং দারয়তে বলিংছলয়তে ক্ষত্রক্ষয়ংকুর্ব্বতে।
পৌলস্ত্যংজয়তে হলংকলয়তে কারুণ্যমাতিন্বতে,
ম্লেচ্ছান্ মূর্চ্ছয়তে দশাকৃতিকৃতেকৃষ্ণায়তুভ্যং নমঃ ॥১৬॥

---

ব্যাখ্যা :—ধূমকেতু হায়বা থোৱাম্মিচাক অসী মমৈ পাল্লী। মাসী থোক্ল-বদা চাহি অদুগী মনুংদা অনা অয়েক, লৈবাক কায়বা, তুরৈ হৈরে য়াম্না পোকই। মরম অদুনা কর্ম্মকারক, বিশেষ্য পদ ওইববা "করবালং" গী ধূমকেতুমিব হায়বা বিশেষণ হাপ্লিবনী ॥

পদানুবাদ :—হে ভক্ত। (হে ভক্ত) ত্বং (নহাক্না) শ্রীজয়দেবকবেঃ (শ্রীজয়দেব কবিনা) উদিতং (লেংলবা) উদারং (মগুণ চাওরনা) সুখদং (নুংঙাইবা পীনরবা) শুভদং (য়াইফবা পীনরবা) ভবসারং (সংসারগী লললওইরবা) ইদং গীতং (ইশৈ অসীবু) শৃণু (তাবিউ) ॥১৫॥

অনুবাদ :—হে ভক্ত! নহাক্না শ্রীজয়দেব কবিনা লেংলবা, নীংথীজরবা, নুংঙাইবা পীনরবা, য়াইফবা পীনরবা, সংসারদা হন্না হন্না পোকপা কোকহল্লবা ইশৈ অসী তাবিউ। হে কেশব! হে শকলোন তরাথোক্না অবতার তৌরবা! হে জগৎকী মপু! হে অৱাবা কোকহল্লবা! ইবুংঙো নহাক্না জয় ওইবিউ ॥১৫॥

পদানুবাদ :—বেদান্ উদ্ধরতে (বেদ ময়াম পুথৎখ্রবনী) জগন্তি

(হৌজিক শ্রীজয়দেব কবিনা গুর্জ্জরীরাগদা পান্দুনা কৃষ্ণবু স্তুতি তৌরি)

গুর্জ্জরীরাগনা নিঃসার তালনা নভ্রগা প্রতিমঠ তালনা শক্লে ।

গীতং ।২।

শ্রিতকমলাকুচমণ্ডল ধৃত কুণ্ডল,

কলিত ললিত বনমাল জয়জয়দেব হরে॥১৭॥

---

বহতে (জগৎ ময়াম্বু পুথ্রবনী) ভূগোলংউদ্বিভ্রতে (পৃথিবীগী মকোয়বু পুথ্রবনী) দৈত্য দারয়তে (হিংচাববু হোগাইখরবনী) বলিংছলয়তে (বলিবু নমথাক তৌথ্রবনী) ক্ষত্রক্ষয়ং কুর্ব্বতে (ক্ষত্রিয়মচাশিংবু মাংমা হনথ্রবনী, হাংথ্রবনী) পৌলস্ত্যং জয়তে (পুলস্তগী মচাবু, রাবণবু জয় তৌথ্রবনী) হলংকলয়তে (লাঙ্গল্ পায়থ্রবনী] কারুণ্যং আতন্বতে [থৌজাল শন্দোকখরবনী] ম্লেচ্ছান্ মূর্চ্ছয়তে (ম্লেচ্ছশিংবু শুহ্মাংখরবনী) অতএব (মরম অসীনা) দশাকৃতিকৃতে (শকক্ষমতরা থোক্রবা) কৃষ্ণায় (কৃষ্ণ কৌবা) তুভ্যং (নহাকপু নমঃ (খুরুমজে) ॥১৬॥

অনুবাদঃ—মীন অবতারনা বেদ ময়াম পুথংখরবা, কূর্ম্ম অবতারনা জগৎ ময়াম পুখরবা, বরাহ অবতারনা পৃথিবী মকোয় থাঙ্গংখরবা, নরসিংহ অবতারনা হিরণ্যকশিপু কৌবা হিংচাববু হোগায়খরবা, বামণ অবতারনা বলিবু নমথাক তৌখরবা, পরশুরাম অবতারনা ক্ষত্রিয় মচাশিংবু হাংখরবা, রাম অবতারনা রাবণবু হাংখরবা, বলভদ্র অবতারনা লাঙ্গল্ পাইখরবা, বুদ্ধ অবতারনা থৌজালবু শন্দোকখরবা, কল্কি অবতারনা ম্লেচ্ছ ময়ামবু মাংহনখরবা, অসীগুম্বা শকক্ষম (শকলোন) তরানা তিল্লবা কৃষ্ণ কৌবা ইবুংঙো নহাকপু খুরুমজে ॥১৬॥

দিনমণিমণ্ডলমণ্ডণভবখণ্ডনমুণিজনমানসহংস,
জয় জয় দেব হরে ॥১৮॥

পদানুবাদঃ—হে শ্রিতকমলাকুচমণ্ডল! (হে লক্ষ্মীগী নত্রগা শ্রীরাধাগী কুচ মণ্ডল (খোম মকোয়) পাম্লব ) হে ধৃতকুণ্ডল! হে নাঈন্ য়াল্লবা) হে কলিত ললিত বনমাল! (হে নীংথীজরবা বনগী লৈ পরেং শিরবা) হে দেব! (হে লাই) হে হরে! (হে হরি) ত্বং (ঙহাক্না নহাক্না) জয়জয় (জয় ওইবিউ জয় ওইবিউ) ॥১৭॥

অনুবাদঃ—শ্রীমতি রাধিকাগী কুচমণ্ডলদা পুক্নীং থম্লবা! নাকোং অনীদা নাঈন্ য়াল্লবা! নিংথিজরবা বনগী লৈপরেং শিরবা! দেব! হে হরে! নহাক্না জয় ওইবিউ জয় ওইবিউ ॥১৭॥

ব্যাখ্যাঃ—শ্লোক অসিগী মনুংদা য়াওরিবা পদ পুম্মক অসী কৌবা খংনবা (সম্বোধন) ঙাক্তনী। ১৭নং শুবদগী ২৩নং শুবা ফাওবসীসু স্তুতি সম্বোধন ঙাক্তনী। সমাস তৌরকপা মতমদা সংস্কৃত লোনগা মৈতৈলোনগা মথক মখা কাইনবা য়াওই। মাদুদী "শ্রিতকমলাকুচমণ্ডল, ধৃতকুণ্ডল, কলিত ললিত বনমাল" মাসিগী চানবা মৈতৈলোন্দা হল্লবদী "পাম্লবা রাধাগী কুচ মকোয়, য়াল্লবা কুণ্ডল, শিরবা নিংথীজরবা বনগী লৈপরেং" অসুম্না হায়বা তারে। মাসী কায়নবসী থোইদোক্না দোষ থিবিরোই। গীতগোবিন্দ কৌবা ঈশৈ অসিদী মকোক্তগী লোয়বা ফাওবা সমাস তৌরবা পদ ঙাক্তনা লেংবনী॥ য়াবা মখৈ চপচানা হায়জগে। শব্দবিভক্তি হাপত্রে।

পদানুবাদঃ—দিনমণি মণ্ডল মণ্ডণ! (হে নুমিৎকী মকোয়গী লৈতেং ওইরবা) হে ভব খণ্ডণ! (হে হন্না হন্না পোকপা কোকহল্লবা) হে মুণিজন মানস হংস! (হে মুণিশিংগী থম্মোইদা কাংঙা ওইনা শান্নরবা) হে দেব! (হে লাই) হে হরে! (হে হরি) জয় জয় (জয় ওইবিউ জয় ওইবিউ) ॥১৮॥

কালিয়বিষধরগঞ্জনজনরঞ্জনযদুকুলনলিনদিনেশ,
জয়জয় দেব হরে ॥১৯॥
মধুমুরনরকবিনাশনগরুড়াসনসুরকুলকেলিনিদান,
জয়জয় দেব হরে ॥২০॥
অমলকমলদললোচনভবমোচনত্রিভুবনভবননিধান,
জয়জয় দেব হরে ॥২১॥

---

**পদানুবাদ ঃ**—হে কালিয়বিষধরগঞ্জন ! (হে কালিয় কৌবা লিলবু খুদুম চনথ্রবা, থীনা চৈথ্রব ) হে জন রঞ্জন ! (হে মীপুম্নমকপু হরাও-হল্লবা) হে যদুকুলনলিনদিনেশ ! (হে যদু শাগৈ থম্বাল্গী নুমিৎ ওই-রব ) হে দেব ! (হে লাই) হে হরে ! (হে হরি) জয় জয় (জয় ওই-বিউ জয় ওইবিউ) ॥১৯॥

**পদানুবাদ ঃ**—হে মধু মুর নরক বিনাশন ! (হে মধু কৌবা, মুর কৌবা, নরক কৌবা হিংচাববু হাৎলবা) হে গরুড়াসন (হে গরুড়না শাদোং ওইরব ) হে সুরকুলকেলিনিদান ! (লাই ময়ামগী নুংঙাইনা শান্নববু, হৌদোকপিরবা) হে দেব ! (হে লাই) হে হরে ! (হে হরি) জয় জয় (জয় ওইবিউ জয় ওইবিউ) ॥২০॥

**অনুবাদ ঃ**—মধু কৌবা, মুর কৌবা, নরক কৌবা হিংচাবশিংবু হাৎথ্রবা ! পক্ষীরাজ গরুড়বু শাদোং ওইনা তোংথ্রবা ! হিংচা-বা ময়াম্বু হাৎলগা লাই পুম্নমক্কী নুংঙাইনা শান্নবা থূজীল্ থৌরাং হোৎনবিখরবা ! হে ইবুংঙো ! হে হরি ! নহাক্না জয় ওইবিউ ॥২০॥

**পদানুবাদ ঃ**—অমলকমলদল লোচন ! (অমকপা লৈত্রবা থম্বাল-মনাগুম্বা মীৎ পাল্লবা) হে ভবমোচন ! (হে সংসারদা হন্না পোকপা

জনকসুতাকৃতভূষণজিতদূষণসমরশমিতদশকণ্ঠ,
জয়জয় দেব হরে ।২২॥
অভিনবজলধরসুন্দরধৃতমন্দরশ্রীমুখচন্দ্রচকোর,
জয়জয় দেব হরে ॥২৩॥

---

কোকহল্লবা) হে ত্রিভুবনভবননিধান ! ( হ মরোল ও অহুম্মক্লা যুমগী লল ওইরবা) হে দেব ! (হে লাই) হে হরে ! (হে হরি) জয়জয় (জয় ওইবিউ জয় ওইবিউ) ॥২১॥

অনুবাদ ঃ—অমকপা নৈত্রবা থম্বাল নৈক গুম্বা মীৎ পাল্লবা, সংসারদা হন্না পোকপা মপোক কোকহল্লবা, মরোল অহুম্মক্লা হায়-বদী স্বর্গ, মর্ত্ত্য, পাতালসিনা যুম ওইরগা মদূগী লল্ ওইরবা, হে দেব, হে হরে, ইবুংঙো নহাক্না জয় ওইবিউ জয় ওইবিউ ॥২১॥

পদানুবাদ ঃ—হে জনকসুতাকৃতভূষণ ! (হে জনকনা পোকপীগী নৈতেং ওইরবা) হে জিত দূষণ ! (দূষণ কৌবা হিংচাববু হাৎখরবা) হে সমরশমিতদশকণ্ঠ ! (হে লানফমদা রাবণবু হাৎখরবা) হে দেব ! (হে লাই) হে হরে ! (হে হরি) জয় জয় (জয় ওইবিউ জয় ওইবিউ)

অনুবাদ ঃ— জনক নিংথৌনা পোক্নবী সীতা দেবীগী নৈতেং ওইরবা, দূষণ কৌবা হিংচাববু জয় তৌথরবা, লানফমদা রাবণবু হাৎখরবা, লাই ওইরবা হে হরি ! ইবুংঙো নহাক্না জয় ওইবিউ জয় ওইবিউ ॥২২॥

পদানুবাদ ঃ— হে অভিনবজলধরসুন্দর ! (হে অনৌবা লৌরকপা নোংগুম্না ফজরবা) হে ধৃতমন্দর ! (হে মন্দর কৌবা চীং থাঙ্গৎলবা) শ্রীমুখচন্দ্রচকোর ! (শ্রীরাধাগী মায়থোং থাগী নোংইন্ ওইরবা) হে

তব চরণে প্রণতা বয়মিতি ভাবয় কুরু কুশলং প্রণতেষু,
জয়জয় দেব হরে ॥২৪॥
শ্রীজয়দেবকবেরিদং কুরুতে মুদং মঙ্গলমুজ্জ্বলগীতি,
জয়জয় দেব হরে ॥২৫॥

---

দেব ! (হে লাই) হে হরে ! (হে হরি) জয় জয় (জয় ওইবিউ জয় ওইবিউ) ॥১৩॥

অনুবাদঃ—অনৌবা হৌরকপা নোংগুম্না মুনা ফজরবা, মন্দর কৌবা চীংবু থাঙ্গৎপা, শ্রীমতি রাধিকাগী মায়থোং থাগি নোংইন্ ওইরবা, হে দেব, হে হরে, ইবুংঙো নহাক্না জয় ওইবিউ জয় ওইবিউ ॥২৩॥

ব্যাখ্যাঃ—(১) "ধৃত মন্দর" গোবর্দ্ধন কৌবা চীং থাঙ্গৎখরবা হায়বসু য়াওনৈ। মাত্বদী— "গোকুলরক্ষার্থং গোবর্দ্ধনস্য ছত্রীকৃতত্বাৎ। (২) "চকোরঃ" পক্ষীবিশেষশ্চন্দ্রকিরণপাতা। যদুক্তং—"জ্যোৎস্নাপানং চকোরাণা" মিতি কবিকল্পলতায়াং। থাগি মঙান চাগে তান্নবা উচেক জাৎ অমবু "নোংইন" কৌই॥ "শ্রীমুখচন্দ্র" লক্ষ্মীগী মায়থোং থাগী হায়বসু য়াওই।

পদানুবাদঃ—হে দেব ! (হে ইবুংঙো) হে হরে ! (হে হরি) বয়ং (ঐখোয় ময়াম সীনা) তব চরণে (নহাক্কী নখোংদা) প্রণতাঃ (খুরুমজরি) ইতি ভাবয় (অসুম্না খংবিউ) প্রণতেষু অস্মাসু (খুরুমজরিবা ঐখোয় ময়ামদা) কুশলং কুরু (য়াইফবা পীনবিউ, প্রেমভক্তি পীনবিউ) জয় জয় (জয় ওইবিউ জয় ওইবিউ) ॥২৪॥

পদানুবাদ :—শ্রীজয়দেব কবেঃ (শ্রীজয়দেব কবিগী) ইদং [অসীগুম্ব] মঙ্গলং [য়াইফরবা] উজ্জ্বলগীতি [নিংথিজরবা ঈশৈ অসীনা]

হৌজিক বসন্ত ওইরক্লবদা কামোদ্দীপক ওইরক্না শান্নবা শ্রীকৃষ্ণগী লীলাবু হায়ক্নবা শ্রীজয়দেব কবিনা ভক্তশিংগী মফমদা আশিষ পীরি।

পদ্মাপয়োধরতটীপরিরম্ভলগ্ন,
কাশ্মীরমুদ্রিতমুরো মধুসূদনস্য।
ব্যক্তানুরাগমিবখেলদনঙ্গখেদ,
স্বেদাম্বুপূরমনুপূরয়তুপ্রিয়ম্বঃ ॥২৬॥

শৃণ্বতাং ভক্তানাম [তারিবা ভক্তশিংগী] মুদং কুরুতে [নুংঙাইবা পীনরি] হে দেব [হে ইবুংঙো] হে হরে [হে হরি] জয় জয় [জয় ওইবিউ জয় ওইবিউ] ॥২৫॥

অনুবাদ :—শ্রীজয়দেব কবিনা লৈংলবা য়াইফরবা নিংথীজরবা [লমডাক্লবা] ঈশৈ অসীনা তারিবা মী নক্লগা ভক্তশিংগী নুংঙাইরবা পিনরি, হে দেব! হে হরে! জয় ওইবিউ জয় ওইবিউ ॥২৫॥

পদানুবাদ—মধুসূদনস্য [শ্রীকৃষ্ণগী] ব্যক্ত [কোংদোক্লবা] অনুরাগং ইব [প্রেমগুম্না] পদ্মা [লক্ষ্মীগী] পয়োধর [কুচগী, থোমগী] তটী [মপান্দা, মকোয়দা] পরিরম্ভ [আলিঙ্গন তৌবদা] লগ্ন [পক্লবা, তৈরক্লবা] কাশ্মীর [কুঙ্কুম চন্দননা] মুদ্রিতং [য়েক্লবা] খেলৎ [শান্নবদা] অনঙ্গ খেদ [রতিক্রীড়াগী ৱাবনা] স্বেদ অম্বু [হুমাংগী ঈশিংনা] পূরং [ঈচেল নাইনা চেল্লবা] উরঃ [থবাক্নমা] বঃ [নখোয়গী, ভক্তশিংগী] প্রিয়ং [অপাম্ববু] অনুপূরয়তু [থুংহনবিরসনু] ॥২৬॥

অনুবাদ :—হে ভক্তশা! প্রেম লৈন হায়বা উত্তুনা তাকপগুম্না লক্ষ্মীগী কুচগী (থোমগী) অকোয়বদা আলিঙ্গন তৌরুবদা তৈরক্লবা কুঙ্কুম চন্দননা লৈতেংলবা, রতিক্রীড়া ৱাবদগী হুমাংগী ঈশিংনা

বসন্তেবাসন্তীকুসুমসুকুমারৈরবয়বৈ-
র্ভ্রমন্তীংকান্তারেবহুবিহিতকৃষ্ণানুসরণাম্।
অমন্দংকন্দর্পজ্বরজনিতচিন্তাকুলতয়া
বলদ্বাধাংরাধাংসরসমিদমুচেসহচরী ॥২৭॥

---

ইচেল নাইনা চেল্লবা, শ্রীকৃষ্ণগী থবাক্তুনা নংখোয় পুন্নমক্কী নীংবা পুন্নমক থুংহনবিরসনু ॥২৬॥

**পদানুবাদ**ঃ—কাশ্চিৎ সহচরী [কনাগুম্বী চংমিন্নরবী সখীনা] বসন্তে [বসন্তগী মতমদা] বাসন্তী কুসুম [বাসন্তী কৌবী লৈগুম্না] সুকুমারৈঃ [তনৌ তনৌরবা] অবয়বৈঃ [হকচাং ওইদুনা] কান্তারে [বনদা] ভ্রমন্তীং [কোয়রবী, চৎলবী] বহুবিহিত [মখল মখা য়াম্না হোৎনদুনা] কৃষ্ণানুসরণাং [কৃষ্ণগী খোঙ্গুল লীরবী] অমন্দং [তপথবা য়াত্রদুনা] কন্দর্প [কামগী, রতিক্রীড়া শান্নিংবগী] জ্বর [লাইথুংনা] জনিত [পোকপ্রবা] চিন্তাকুলতয়া [রাখল অরাবনা] বলদ্বাধাং [অনাবা হেক্তিল্লবী] রাধাং [রাধাদা] ইদং [মাসীবু, মখাগী ঈশৈসিবু] সরসং [তরাম তরাম্ন] উচে [হায়খী] ॥১৭॥

**অনুবাদ** :—কনাগুম্বী সখীনা বসন্তগী মতমদা, বাসন্তী কৌবী লৈ-গী মতৌগুম্না তনৌ তনৌরবা হকচাং ওইদুনা বনগী মনুংদা কোয়চৎ চৎলবী, মখল মখা য়াম্না হোৎনদুনা কৃষ্ণ উন্নবগীদমক খোঙ্গুল লীরবী, তপথবা য়াত্রদুনা রতিক্রীড়া শান্নীংবদগী পোকপ্রবা রাখল অরাবত্নুনা অনাবা হেক্তিল্লবী শ্রীমতি রাধিকাদা মখাদা হায়রগদৌ-রিবা ইশৈসীবু তরাম তরাম্না হায়খী ॥২৭॥

ইশৈশিংহু হায়রক্লি

গীতং ।৩।

(বসন্ত রাগ — যতিতালাভ্যাংগীয়তে)

ললিতলবঙ্গলতাপরিশীলনকোমলমলয়সমীরে,
মধুকরনিকরকরম্বিতকোকিলকূজিতকুঞ্জকুটীরে ।
বিহরতিহরিরিহসরসবসন্তে,
নৃত্যতিযুবতিজনেনসমংসখিবিরহিজনস্যদুরন্তে ॥২৮॥

পদানুবাদ :—হে সখি ! [হে ইতা ইবেম্মা রাধা] হরিঃ [শ্রীকৃষ্ণসিনা] যুবতিজনেন [মথোক কারকপী নুপীগা] সমং [লোয়নন] ললিত [নিংথীজরবী] লবঙ্গ লতা [লবঙ্গ কোবী উরদা] পরিশীলন [কোল্লুহনা, শোক্লুহনা] কোমল [নামীরবা, মনম নুংশিরবা] মলয় সমীরে [মলয় কোবা চীংগী নু শিং শীংলবা] মধুকরঃ [হয়ীংখোই] নিকর [মপৈগা] করম্বিত [লোইনরদুনা, তিন্নরদুনা] কোকিলঃ [কোকিলনা] কূজিত [খোংলবা] কুঞ্জকুটীরে [কুঞ্জগী য়ুমদা, উনাশংদা] বিরহিজনস্য [কায়নরবা মীগী] দুরন্তে [তমথীরবা, রানা লেন্নরবা] ইহ সরস বসন্তে [নুংঙাইরবা বসন্তগী মতমসিদা] নৃত্যতি [জগোই শারি] বিহরতি (শান্নরি) ॥২৮॥

অনুবাদ :—য়েংউ ইতা ইবেম্মা রাধিকে ! ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণসিনা মো-নহাশিংগা লোয়ননা, নিংথীজরবী লবঙ্গ কোবী উরীদা কোল্লকোল্লহুনা মলয় পর্ব্বতকী (চন্দন গিরিগী) নামিরবা অমসুং মনম নুংশিরবা নুংশিং শীংলবা, হয়ীংখোই মপৈগা লোইননা কোকিলশিংনা কুঞ্জগী খাংপোক্তা কুহু-কুহু হায়না খোংলবা, মপুক্লোইবা

উন্মদমদনমনোরথপথিকবধূজনজনিতবিলাপে
অলিকুলসঙ্কুলকুসুমসমূহনিরাকুলবকুলকলাপে ॥২৯॥

কায়নরবী শিংগী খোইদোক্পা য়ানা লেম্নবগী মশাক ওইরবা ঙুংঙাই-রবা বসন্তগী মতমসিদা জগোই শাগ্রি অমসুং শাম্নরি ॥২৮॥

(ক) ২৮নং ঈশৈগী "বিহরতি হরিরিহ সরসবসন্তে" হায়বা ধ্রুবপদ অসিদি ৩৪নং ঈশৈগী "স্ফুরদতিমুক্তলতা" হোৌরবা ঈশৈ ৭ অসিগী পদখুদিং-মক্তা হাপকদবনী। হাপ্লোই হায়রবদি ৩৪নং ঈশৈতদা হাপ্তুনা পুম্না অময় তৌগদবনী।

পদানুবাদ ঃ—উন্মদ (ময়াই কাবা) মদন (ঙুংঙাইরবু, রতিক্রীড়াবু) মনোরথ (থল্লুবতুনা) পথিক (লংকৈদা লৈথরবগী) বধূজন (মৌ-নহা-শিংনা, মতুশিংনা) জনিত (পোক্লবা) বিলাপে (তেংথাবা, কপ্পা)—জনিত বিলাপে (তেংথারবা, কপ্পরবা) অলিকুল (হয়ীংখোইমপৈনা) সঙ্কুল (তোংলবা, ওম্লবা) কুসুমসমূহ (লৈ পুম্নমক্তুনা) নিরাকুল (খোইদোক্পা য়াহল্লবা) বকুল কলাপে (বকুল পান্থী ময়াম হোৌরবা) ইহ সরস বসন্তে (ঙুংঙাইরবা বসন্তগী মতমদা) হরিঃ যুবতি জনেন সমং নৃত্যতি বিহরতি (হরিনা মৌ-নহাশিংগা লোয়ননা জগোই শারি শাম্নরি ॥২৯॥

অনুবাদ ঃ—মতম ঙুংঙাইরকপগী মতুংইন্না লংকৈফে চৎখিবা নিপাগী য়ুমদা লৈহৌরিবী মৌনহাশিংদুনা মশাদা ময়াই কারক্তুনা অমসুং কামগী ঈন্না হোৌরক্তুনা মপুরোইববু থল্লুবদা তেংথাদুনা কপ্পরবা, খোইমু মপৈনা লৈহী চুপকে হায়দুনা তোংবদা লৈ মপৈনা হাই-হুম্না থাংবনা অরাবা পোক্লবা বকুলপান্থি ময়াম্না লৈতেংলবা, ঙুংঙাইরবা বসন্তগী মতমসিদা শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজকামিনী ময়ামগা লোয়ননা জগোই শারী অমসুং শাম্নরি ॥২৯॥

মৃগমদসৌরভরভসবশম্বদনবদলমালতমালে ।
যুবজনহৃদয়বিদারণমনসিজনখরুচিকিংশুকজালে ॥৩০॥
মদনমহীপতিকনকদণ্ডরুচিকেশরকুসুমবিকাশে,
মিলিতশিলীমুখপাটলিপটলকৃতস্মরতূণবিলাসে ॥৩১॥

---

পদানুবাদ :— মৃগমদ [কস্তুরীগী] সৌরভ [হুংশিরবা মনমশী] রভস [হৈচেন্দবু] রশম্বদ [নম্‌হংলবা. থুতুম চল্লবা] নবদলমাল [অনৌবা য়েমীং পরেং চোংলবা] তমালে [তমাল পাম্বি হৌরব] যুবজন [পাখংশিংগী] হৃদয়বিদারণ [থম্মোই হোগায়নবা] মনসিজ [কামদেবগী] নখরুচি [খুজীলগুম্না ফজরব] কিংশুকজালে [পাঙ্গোংমপৈনা শাংলবা] হুংঙাইরবা বসন্তগী মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগা লোয়ননা শান্নরি ॥৩০॥

পদানুবাদ :— মদনমহীপতি [কামদেব কৌবা নিংথৌগী] কনকদণ্ড [ছেকপীনগুম্না, ছাটীনগুম্না] রুচি [ফজরবা] কেশরকুসুম [নাগেশ্বর কৌবা লৈনা] বিকাশে [শাংলবা], মিলিত [তোংলবা] শিলীমুখ [হয়ীংখোই]— মিলিত শিলীমুখ [হয়ীংখোই তোংলবা] পাটলি [পাটলি কৌবা লৈগী] পটল [মপৈনা, চরোংনা] কৃত [তৌরবা] স্মর [কামদেবগী] তূণ [তেন্দোংনা] বিলাস [ফজবগুম্না]— কৃত স্মর তূণ বিলাসে (কামদেবগী তেন্দোংনা ফজবগুম্না তৌরবা) বসন্তদা
... ... ... ... শান্নরি ॥৩১॥

অনুবাদ :—শক ফজরবা কামদেবগী সনানা শারবা ছেকপীনগুম্না (পেগুম্না) নিংথিজরবা নাগেশ্বর কৌবা লৈনা শাংলরা, অমসুং পাটলি কৌবা লৈ চরোংদা থোইমু তোংবত্ত উরগা, কামদেবগী তেন্না (তেল) হাপ্নবা তেন্দোংনি অসুম থন্নরবা বসন্তগী মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগা লোয়ননা শান্নরি ॥৩১॥

বিগলিতলজ্জিতজগদবলোকনতরুণকরুণকৃতহাসে,
বিরহিনিকৃন্তনকুন্তমুখাকৃতিকেতকীদন্তুরিতাশে ॥৩২॥
মাধবিকাপরিমললালিতেনবমালিকয়াতিসুগন্ধৌ।
মুণিমনসামপিমোহনকারিণিতরুণাকারণবন্ধৌ ॥৩৩॥

---

পদানুবাদ :— বিগলিত (থাদোক্লবা, রাংমা লাল্লবা) লজ্জিত (ইকাইবা)=বিগলিত লজ্জিত (ইকাইবা রাংমা লাল্লবা) জগৎ (জগৎনা, মী পুম্নমক্লা) অবলোকন (উজসন্থ হায়দুনা) তরুণ (নৌরবা) করুণ (করুণ কৌবা লৈনা) কৃত (তৌরবা) হাসে (নোকপা)=কৃত হাসে (নোক্লক্লবা হায়বদী শাৎলক্লবা) বিরহি (কায়নশিংগী নিকৃন্তন (হোগায়ননবা, থিলহৎননবা) কুন্তমুখাকৃতি (তাশোনগী মশক মাল্লবা) কেতকী (কেতুকী কৌবী লৈনা) দন্তুরিত (থিনগৎলক্লবা, ইম্বোরক্লবা) আশে (মাইকৈদা)= দন্তুরিতাশে (মাইকৈ পুম্নমক্তা থিনগৎলবা) বসন্তবা ... ... ... শাগ্নরি ॥৩২॥

অনুবাদ :— বসন্ত লাক্লবসিদা জগৎকী মী পুম্নমক ইকাইবা রাংমা লাম্নরে। মাদু উবদা নারবা শারদুনা নৌরবী করুণ কৌবী লৈরাংনা ফুগাইনা শাৎলক্লে অমসুং মতৈ মনাও কায়নরবশিংগী থম্মোই হোগায়নবগী মশক ওইরবা কেতকী কৌবী লৈনসু তাশোনগী মশক ওইরদুনা মাইকৈ পুম্নমক্তা থিনগৎলক্লে। মতমসিদা শ্রীকৃষ্ণনা অতৈ গোপীশিংগা লোয়ননা শাগ্নরি ॥৩২॥

পদানুবাদ :—মাধবিকা (মাধবী কৌবী লৈরাংগী) পরিমল (মুংশিরবা মনম্না) ললিতে (পুক্নীং হুরবা), নবমালিকয়া (নবমালিকানা)

স্ফুরদতিমুক্তলতাপরিরম্ভণপুলকিতমুকুলিতচূতে।
বৃন্দাবনবিপিনেপরিসরপরিগতযমুনাজলপূতে ॥৩৪॥

---

অতি (থোইদোক্না) সুগন্ধৌ (মনম্ হুংশিরবা) মুণিমনসাংঅপি (মুণিশিংগী পুক্নীংবু সু) মোহনকারিণি (সুমহৎনরবা) তরুণ (পাখং-লৈশাবীশিংগী) অকারণ (চাম্নবা) বন্ধো (মরূপ ওইববা) ইহ সরস ... ... .. বিহরতি ॥৩৩॥

অনুবাদ :– মাধবী কৌবী লৈগী হুংশিরবা মনম অদুনা মাইকৈ মরিমক্তা হাহা লাওববা, নবমালিকানসু থোইদোম্না মনম হুং-শিরবা, মুণিশিংগী পুক্নীং য়োনসু শুদ্ধংনবগী মশক ওইরবা, অহুগা পাখং লৈশাবীশিংগীদি থোইদোক্না মরূপ ওইরবা বসন্তগী মতম-সিদা শ্রীকৃষ্ণনা অতৈ গোপীশিংগা লোইননা জগোই শারি অমসুং শান্নরি ॥৩৩॥

পদানুবাদ :– স্ফুরৎ (লৈ শাৎলব) অতিমুক্তলতা (অতিমুক্তলতা কৌবী উরীনা) পরিরম্ভন (কোনবদা, যেৎপদা) পুলকিত (তুজুংলহু-ন) মুকুলিত [য়েম্নীং চোংলবা] চূতে [হৈনৌ পাম্বিনা] = পুলকিত মুকুলিত চূতে [হৈনৌ পাম্বিশিংনা তুজুংলবা] পরিসর [ইথুংথুংনা] পরিগত [চৎলক্লবা] যমুনাজলপূতে [যমুনাগী ঈশিংনা শেংদোক্লব] বৃন্দাবন বিপিনে [বৃন্দাবন কৌবা বনদা] ইহ সবস ... ... ... বিহরতি ॥ হুংঙায়রবা বসন্তগী মতমসিদা শ্রীকৃষ্ণনা অতৈ গোপী-শিংগা লোইননা জগোই শারি অমসুং শান্নরি ॥৩৪॥

অনুবাদ :—লৈনা ইঙৌ ঙৌনা শাৎলবী অতিমুক্তলতা কৌবী উরীনা য়েত্তনা হোৎবা হৈনৌ পাম্বিশিং অহুনা হরাওপ্রহুন অনৌবা

শ্রীজয়দেবভণিতমিদমুদয়তিহরিচরণস্মৃতিসারম্
সরসবসন্তসময়বনবর্ণনমনুগতমদনবিকারম্ ॥৩৫॥

চেক্লীং পুম্নমক চাংনা শিনগৎলম্মা, অদুগা বনগী অদুদা শীৎলিবা মলয় নুংশিৎ অদুনা যমুনাগী ঈশিং ঈরিক পুদুনা বন পুম্নমকপু শোৎ-শোক্লুনা অবোৎপা লৈত্রবা অমসুং পাপ চংত্রবা বৃন্দাবনদা, নুং-ঙাইরবা বসন্তগী মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা অতোপ্পা গোপীশিংগা লোইননা জগোই শারি অমসুং শান্নরি ॥৩৪॥

ব্যাখ্যা ঃ–প্রবন্ধ অসিগী নং ২৮গী "ললিতলবঙ্গ" দগী হৌদুনা, নং ৩৪গী "স্ফুরদতি মুক্তলতা" ফাওবা শ্লোক ৭ অসিগী মহুৎদা ক্রিয়াগী তুংক্তম ওই-রবা অধিকরণ কারক ২ য়াওরি। ১না মতম খংবা (কালাধিকরণ) মাহুদি—"সরসবসন্তে" হায়রসিনি। ১না মফম খংবা (স্থানাধিকরণ) মাহুদি—"বৃন্দাবনবিপিনে" হায়বসিনি। মথক্তা হায়খ্রবা "একার" না লোয়বা বিশেষণ পুম্নমক অসি বসন্ত অমসুং বৃন্দাবন অনিমক্তা চংশিন্দুনা বিশেষণ ওইবা য়াই। কনাগুম্বনা হংলক্লে, করম্বা বসন্তদনো? পাওখুম, "ললিত লবঙ্গ লতা পরিশীলন কোমল মলয়সমীরে" অদুগা অদুক্তুম করম্বা বৃন্দাবনদনো? পাওখুম, "ললিত লবঙ্গলতা পরিশীলন কোমল মলয়স-মীরে" অসিনচিংবসিনি ॥

পদানুবাদ ঃ–শ্রীজয়দেবভণিতং [শ্রীজয়দেব কবিনা লেংলবা], হরিচরণস্মৃতিসারং [হরিগী চরণ নিংশিংনবগী অখোইবা পাম্বৈ ওই-রবা] অনুগতমদনবিকারং [মতুং ইন্না কামগী বিকার ওইরবা] সরস বসন্তসময়বনবর্ণনং [নুংঙাইরবা বসন্তগী মতমগী খনগী রারি লিরবা] ইদংগীতং [ঈশৈ অসীনা] ভক্তানাং হৃদয়ে [ভক্তশিংগী থম্মোইদা] উদয়তু [থোক্লসনু, ঙাল্লসনু] ॥৩৫॥

অনুবাদ ঃ–শ্রীজয়দেব কবিনা লেংলবা, হরি কাওদনবগী অসরদা থোইদোক্পা অচি ওইরবা, রারিগা লোইসম্না কামগী বিকার ওইরবা,

কাইনরবা মীশিংগী মফমদা

( অথাবা পীরবা মলয়া নুংশিৎকী মতৌ তাক্লি )

দরবিদলিতমল্লীবল্লিচঞ্চৎপরাগ
প্রকটিতপটবাসৈর্বাসয়ন্ কাননানি ।
ইহহিদহতিচেতঃকেতকীগন্ধবন্ধুঃ,
প্রসরদসমবাণপ্রাণবদ্গন্ধবাহঃ ॥৩৬॥

---

নুংঙাইরবা বসন্তগী মতমদা ওইবা বনগী রাায় লীরবা ঈশৈ অসিনা ভক্তশিংগী থম্মোইদা থোক্লসনু ॥৩৫॥

পদানুবাদ :—দর [পোম্বোম] বিদলিত [শাংলবা] মল্লী [মল্লিকা কৌবী] বল্লী [উরীদা] চঞ্চৎপরাগ (হাই-হুম্না লৈরবা লৈরীক্তগী) প্রকটিত (পাইথোক্লবা) পটবাসৈঃ (লৈনম খিবিক্লা) কাননানি (বন ময়াম্বু বাসয়ন্ (মনম নুংশিহল্লবা), কেতকীগন্ধবন্ধুঃ (কেতকী কৌবী লৈগী মনমগা চান্নরবা), প্রসরৎ (শিৎলবা) অসমবান (কামদেবগী) প্রাণবদ্ (মরূপ ওইদুনা, থরাই ওইদুনা) গন্ধবাহঃ [নুংশিৎনা] — প্রসরদসমবাণপ্রাণবদ্গন্ধবাহঃ [কামদেবগী মরূপ ওইদুনা শিৎলবা নুংশিৎনা] ইহ বসন্তে [বসন্তগী মতমসিদ] বিরহিণাম্ [কায়নরব-শিংগী] চেতঃ [থম্মোইবু হি দহতি [লেপ্পমক চাকথেকহল্লি] ॥৩৬॥

অনুবাদ :—লৈ পোম্বোম শাংলবা মল্লিকাগী উরীদা হাই-হুম্না লৈরবা লৈরিক্তগী পাইথোকপ্রবা নুংশিরবা মনম খিবিক্লা বন পুম্ন-মকপু মনম নুংশিহল্লবা, কেতকী কৌবী লৈগী মনমগা মরূপ শান্নর-ব, কামদেবগী থরাই ওইদুনা শিৎলক্লবা নুংশিৎন, হৌজিক বসন্তগী মতমসিদা কায়নরবা নিপা নুপীশিংগী থম্মোইবু লেপ্পমক চাকহল্লি ॥৩৬॥

অদ্যোৎসঙ্গবসদ্ভুজঙ্গকবলক্লেশাদিবেশাচলং,
প্রালেয়প্লবনেচ্ছয়ানুসরতিশ্রীখণ্ডশৈলানিলঃ।
কিঞ্চস্নিগ্ধরসালমৌলিমুকুলান্যালোক্যহর্ষোদয়া-
দুন্মীলন্তিকুহুঃকুহুরিতিকলোত্তালাঃপিকানাংগিরঃ ॥৩৭॥

---

পদানুবাদ ঃ—শ্রীখণ্ডশৈল [মলয় চীংগী] অনিলঃ [নুংশিৎনা] অদ্য [ঙসিদা হায়রবদী বসন্তগী মতমসিদা] উৎসঙ্গবসৎ [লোক্তা লৈরুবনা হায়বদী মলয়পর্ব্বতকী লোকচপ্তা শিংলুপন] ভুজঙ্গ [লিম্না] কবল [য়োৎলুবনা, নুংশাখোর হোম্বোক হোনজিন তৌবদা য়াওরুবনা] ক্লেশাৎ ইব [অবাবগী মতৌ ওইখ্রদুনা] প্রালেয় [উলদা] প্লবনেচ্ছয় [ইরুজনীংদুনা] ঈশাচলং [মহাদেবগী চীংদা, হিমালয় কৌবা চীংদা] অনুসরতি [ওনশিন্দুনা চীংলি, মপাতনদুনা চৎলি] কিঞ্চ [অমহিক-সু] স্নিগ্ধ [নিংথিজরবা] রসালমৌলি [হৈনৌ পাম্বি মতোন্দা] মুকু-লানি [চোংলীবা য়েম্নীং বিবিকপু] আলোক্য [উরগা] হর্ষোদয়াৎ হরাওখ্রদুনা] পিকানাং (কোকিলশিংগী) কুহুকুহুঃ (কুহুকুহু অদুম হায়বা) কলোত্তালাঃ (রাংনা পিক্লা নুংশিরবা) গিরঃ (খোঞ্জেল খিবিক্লা) উন্মীলন্তি (পুম্নিম্নীনথরে) ॥৩৭॥

অনুবাদ ঃ—মলয়পর্ব্বতকী লোক্তা লীংলিবা নুংশিৎ অদুনা মকম অদুগী উথুং অহোবদা লৈবা লিনগী হুবু শোর হোম্বোক হোজিন তৌবদা য়াওদুনা মনম নমথীরে হায়না থনখ্রদুনা, মাদু কোক্লনবা উলদা ইরুজগে নিংদুনা হিমালয় কৌবা চীংলোমদা ওন্দুনা শিৎ-লক্লে অমসুং নিংথিজরবা হৈনৌ পাম্বিশিংদা য়েম্নীং চোংলিবদু উরগা চাবা ফংলগনি হায়না থম্মুবদা হরাওখ্রদুনা কোকিলগী রাংনা কুহুকুহু খোংবা খোঞ্জেন পুম্নমক্লা পুম্নীম্নীনথরে ॥৩৭॥

উন্মীলন্মধুগন্ধলুব্ধমধুপব্যাধূতচূতাঙ্কুর
ক্রীড়ৎকোকিলকাকলীকলকলৈরুদ্গীর্ণকর্ণজ্বরাঃ।
নীয়ন্তেপথিকৈঃকথংকথমপিধ্যানাবধানক্ষণ-
প্রাপ্তপ্রাণসমাসমাগমরসোল্লাসৈরমীবাসরাঃ ॥৩৮॥

---

পদানুবাদ ঃ—ধ্যান (ধ্যান তৌবদা, নীং উইশিন্দুনা থনবদা) অবধান (পুক্নীং লুপ থ্রহ্নন, য়োশিনমনখিত্তনা) ক্ষণপ্রাপ্ত (ঙাইহাক্তং ফংলবা) প্রাণসমা (চান্নথোইবীগা, থরাইগা মান্নবীগা) সমাগম (তিন্নরুবা) রসউল্লাসৈঃ (রসনা হরাওপ্রবা) পথিকৈঃ (লংকৈচৎপশিং-ন), উন্মীলন্ (পাইথোরক্লবা, চংথোক্লবা) মধুগন্ধ (লৈগী মনম) লুব্ধ (পাল্লবা) মধুপ (হয়ীংখোইনা) ব্যাধূত (হাইহল্লবা, নোমহল্লবা) চূতাঙ্কুর (হৈনৌ য়েন্নীং মরক্তা) ক্রীড়ৎ (শান্নরবা) কোকিল (কো-কিলশিংগী) কাকলী (পীক্লা নোনা নীংথিজরবা) কলকলৈঃ [নিল্লবা খোঞ্জেল খিবিক্লা) উদ্গীর্ণ (পোক্লবা) কর্ণজ্বরাঃ (নাকোংগী লাইথুং) —উদ্গীর্ণকর্ণজ্বরাঃ ( নাকোংগী লাইথুং পোক্লবা ) বসন্ত সম্বন্ধিনঃ (বসন্তগী মচুং চল্লবা) অমীবাসরাঃ (নুমিৎশিং অসী) কথংকথংঅপি (করম্ করম্বা মতৌনা হায়বদী য়াম্না রানা) নীয়ন্তে [লেম্নরি] ॥৩৮॥

অনুবাদ ঃ—য়েংউ ইতা ইবেম্মা রাধে। প্রিয়াগা কাইনদুনা লংকৈ চৎলিবশিংনা, ধ্যান তৌদুনা নিংবদা প্রিয়াগা ঙাইহাক্তং উন্নবদঃ নুংঙাইপ্রবা, বসন্তগী মতম ওইবনা লৈগী মনম ফংলদুনা লৈহী চূপকে হায়দুনা খোইমুনা ঙং ঙং ঙংদুনা তোংলবা, অমস্যং কোকিলনা হৈনৌ য়েন্নীং মরক্তা তোংদুনা কুহুকুহু খোংবনা নিল্লবা নুমিৎ ময়াম অসী ওম্ভোক্লা রানা লেপ্লি ॥৩৮॥

অনেকনারী পরিরম্ভ সংভ্রম
স্ফুরন্মনোহারিবিলাসলালসম্।
মুরারিমারাদুপদর্শয়ন্ত্যসৌ
সখী সমক্ষং পুনরাহ রাধিকাম্ ॥৩৯॥

( সখীনা হায়খিবা ধারমদু ঈশৈনা হায়রক্নি )
রামকিরীরাগযতিতালাভ্যাংগীয়তে ॥
গীতং ।৪।

চন্দনচর্চ্চিতনীলকলেবরপীতবসনবনমালী,
কেলিচলন্মণিকুণ্ডলমণ্ডিতগণ্ডযুগস্মিতশালী।
হরিরিহমুগ্ধবধূনিকরে,
বিলাসিনিবিলসতিকেলিপরে ॥৪০॥

---

পদানুবাদঃ— অনেকনারী [ নুপী ময়ামগী মফমদা ] পরিরম্ভ [আলিঙ্গন তৌবদা] সংভ্রম [হরাওবা] স্ফুরন্ [ফোংদোক্নুনা ] মনোহারি (পুক্নীং চুনা) বিলাসলালসং (শান্নবা পান্নবা) মুরারিং (শ্রীকৃষ্ণবু) আরাৎ (অথাপ্পদা) সমক্ষং (সংসংনা, মমীৎমক্তা) উপদর্শ-য়ন্তী (উহল্লদুনা) অসৌসখী (সখী অদুনা) পুনঃ (অমুকহন্না) রাধিকাং (শ্রীরাধিকাদা) আহ (হায়খি) ॥৩৯॥

অনুবাদঃ—নুপী ময়ামগী মরক্তা আলিঙ্গন তৌদুনা শান্নবদা হরাও-প্রদুনা হন্নাহন্না নুংঙাইনা শান্নবগী রাথল্ ফোংদোক্লবা অমসুং নুপী ময়ামগী মরক্তা লাপ্পপ্পা লৈরিবা শ্রীকৃষ্ণবু মমিৎমক্তা সংসংনা উহল্লদু-না সখী অদুনা অমুক হন্না শ্রীরাধিকাদা হায়খি ॥৩৯॥

পদানুবাদঃ—হে বিলাসিনি রাধে! (হে শান্নব পান্নবী রাধে) চন্দনচর্চ্চিত (চন্দন থিল্লবা, তৈরবা) নীলকলেবর (কুচু শংবান্নরবা)

পীনপয়োধর ভারভরেণহরিং পরিরভ্য সরাগম্।
গোপবধূরনুগায়তিকাচিদুদঞ্চিতপঞ্চমরাগম্ ॥৪১॥

---

পীতবসন (ফী নাপু শেংলবা, স্নাফীগে ফৈজোম শেংলবা) বনমালী (বনগী লৈপরেং শিরবা) কেলিচলন্ (শান্নবদা হাই-হুন্নবা) মণি-কুণ্ডল (মণিনা শাবা নাইন্না) মণ্ডিত (লৈতেংলবা) গণ্ডযুগ (খজাই অনিনা) স্মিতশালী (মোমোন নোক্লবা, মীনোক ফজনা নোক্লবা) হরিঃ (শ্রীকৃষ্ণসিনা) কেলিপরে (শান্নবদা হৈশংলবী) ইহমুগ্ধবধূনিকরে (নিংথৌজরবী নুপী শংগী মরকঅসীদা) বিলসতি(শান্নরি) ॥৪০॥

অনুবাদ:—হে শান্নবা পান্নবী রাধে! য়েংউ য়েংউ, চন্দননা ময়েক নাইনা ফজনা থিল্লবা, কুচু শংখান্নরবা, স্নাফীগে ফৈজোম শেংলবা, বনগী লৈপরেং শিরবা, শান্নবদা হাইহুন্নবা, মণিনা শাবা কুণ্ডলনা লৈতেংলবা খজাই অনিনা মোমোন নোক্লুনা মীনোক ফজরবা শ্রীকৃষ্ণনা শান্নবদা হৈশিংলবী নুপী শংগী মরক্তা শান্নহুনা লৈরিবসে ॥৪০॥

পদানুবাদ:—কাশ্চিৎ (কনাগুম্বী) গোপবধূঃ (গোপগী নুপীনা) পীন (চাউরবা) পয়োধর (কুচগী, খোমগী) ভার [অরূম্বনা] ভরেণ [নম্থদুনা, চপশিন্দুনা] হরিং [কৃষ্ণবু] সরাগং [প্রেমগা লোয়ননা] পরিরভ্য [কোল্লগা] উদঞ্চিত [লাউখৎলদুনা] পঞ্চমরাগং [পঞ্চম রাগবু]—উদঞ্চিত পঞ্চমরাগং [পঞ্চমরাগ লাউখৎলদুনা] অনুগায়তি [তুং ইন্দুনা শক্লি হায়বদী কৃষ্ণনা শক্লবা তুংদা অমুক খুমদুনা শক্লি ॥৪১॥

কাপিবিলাসবিলোলবিলোচনখেলনজনিতমনোজম্।
ধ্যায়তিমুগ্ধবধূরধিকংমধুসূদনবদনসরোজম্ ॥৪২॥
কাপিকপোলতলেমিলিতালপিতুংকিমপিশ্রুতিমূলে।
চারুচুচুম্বনিতম্ববতীদয়িতংপুলকৈরনুকূলে ॥৪৩॥

অনুবাদ ঃ—কনাগুম্বী গোপগী থুপীন, মখোয়গী থবাক্কীকুচ [থাম] অদু য়াম্না চাউই হায়বা শংহম্নীংদুন কৃষ্ণগী মশাদা [হকচা দা] নন্‌-শিন্দুনা পাম্বোম্না ফাজিন্দুনা প্রেমগা লোইননা কোনুশিল্লগা, কৃষ্ণনা শকলিবা অদুগী মতুংইন্না পঞ্চমরাগ লাউথংলক্লে ॥৪১॥

পদানুবাদ ঃ—কাপি [কনাগুম্বী] মুগ্ধবধূঃ [নিংথিজরবী মোনহানা] বিলাস [শান্নীংবনা] বিলোল [কোইরৈকৈরবা, কোয়য়েংয়ে লবা] বিলোচন [মীৎ অদুনা] খেলন [শান্নরকপদা, মীৎচিনা য়েংবদা] জনিত [পোকখ্রবা] মনোজম্ [কামব]—জনিত মনোজম্ [কাম পোকখ্রবা] মধুসূদন [শ্রীকৃষ্ণগী] বদন সরোজম্ (মায়থোং থম্বালবু) আধিকং [থোইদোক্না] ধ্যায়তি [নৈংলি] ॥৪২॥

অনুবাদ ঃ—কনাগুম্বী নিংথিজরবী গোপগী থুপীনা, শান্নীংবনা কোয়রৈ কৈনা য়েংদুনা খংলক্লীবা মীৎকী মীৎচি অদু উবদা কাম পোক্লবা শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোং থম্বালবু থোইদোক্না কন্না ধ্যান তৌরি ॥৪২॥

পদানুবাদ ঃ—কাপি কনাগুম্বী নিতম্ববতী (থাং মথা ফজবীনা) দয়িতং কৃষ্ণং [চান্নপোইরবা শ্রীকৃষ্ণদা] কিংঅপি [করিগুম্বা অমা] লপিতুং [হায়গে হাইবগীদমক] শ্রুতি মূলে [নাকোং মরুদা, নাকোং মনাক্তা] মিলিতা [পকশিল্লুরগা, নপ্‌শিল্লুরগা] পুলকৈঃ অনুকূলে [ভুজুংনা কৈরবা] কপোলতলে [চাইরুং মথাদা, খজাইদা] চারু [নিংথিজনা] চুচুম্ব [চুপ্‌লি] ॥৪৩॥

কেলিকলাকুতুকেনচকাচিদমুং যমুনাজলকূলে।
মঞ্জুলবঞ্জুলকুঞ্জগতংবিচকর্ষকরেণদুকূলে ॥৪৪॥
করতলতালতরলবলয়াবলিকলিতকলস্বনবংশে।
রাসরসেসহনৃত্যপরাহরিনাযুবতিঃপ্রশশংসে ॥৪৫॥

---

**অনুবাদ :**—কনাগুম্বী থাংমথা ফজবী অমনা, চান্নথোইবা শ্রীকৃষ্ণদা করিগুম্বা অমা হায়গে হ'য়বা মতৌ উৎকুনা মচিন্ন, নাকোং ময়াদা পক্ শিল্লুরগ তুজুংনা লৈরবা খজাইদ নিংথিজনা চুম্বন তৌখি ॥৪৩॥

**পদানুবাদঃ**—কাচিৎ চ (কনাগুম্বী অমঃস্মু) কেলিকলাকুতুকেন (মখলমথা য়াম্ন শান্নগনি হায়ন' হরাওপ্রদুন) যমুনাজলকূলে (যমুনাগী ঈশিং ময়াদ লৈরবা, যমুনা তুরেলগী মনাক্তা লৈরবা) মঞ্জুল (নিংথিজরবা) বঞ্জু কুঞ্জগতং (বতসকুঞ্জদা চংপ্রবা) অমুং শ্রীকৃষ্ণং (শ্রীকৃষ্ণ অসীবু) করেণ (মখুংন) দুকূলে (ইন্নফী পায়দুনা) বিচকর্ষ (চিংলী, য়াম্নরী) ॥৪৪॥

**অনুবাদ :**- কনাগুম্বী গোপগী নুপী অমনস্মু, মখল মথা য়াম্না শান্নগনি হায়না হরাওপ্রদুনা, যমুনা তুরেলগী মপান্দা লৈরবা নিংথজরব. বতসকুঞ্জদা চ প্রবা শ্রীকৃষ্ণদুবু মখুৎনা ইন্নফিপায়দুনা চিংলী ॥৪৪॥

**পদানুবাদ :**—হরিনা (শ্রীকৃষ্ণনা) করতলতাল (খুবাক খুত্থনা তাল থাবনা) তরল (হাইহুম্লবা) বলয়াবলি (খুজী পরেংগী মখোলগা) কলিত (তিন্নদুনা) কলস্বন বংশে (মুংশিনা বংশী খোংলবা) রাসরসে (গোপীশী কূমৈদা) সহনৃত্যপরা (লোয়ননা জগোই শামিন্নরিবী) যুবতিঃ [গোপ নুপীবু] প্রশশংসে [থাগৎলি] ॥৪৫॥

শ্লিষ্যতিকামপিচুম্বতিকামপিকামপিরময়তিরামাম্ ।
পশ্যতিসস্মিতচারুপরামপরামনুগচ্ছতিবামাম্ ॥৪৬॥
শ্রীজয়দেবকবেরিদমদ্ভুতকেশবকেলিরহস্যম্ ।
বিপিনবিনোদকলাবলিতংবিতনোতুশুভানিযশস্যম ॥৪৭॥

---

অনুবাদ ঃ - শ্রীকৃষ্ণন', খুবাক খূত্না তাল থাবদ৷ হা'ইহল্লবা খূজী-গী মখোলগ তিন্নদূনা বংশী খোংবনা থোইদোক্না হুংঙাইববা গোপী-শিংগী কূৈম্মদা জগোইশামিন্নবিবী হুপীবু থোইদোক্ল থাগংলি ॥৪৫॥

পদানুবাদ :—শ্রীকৃষ্ণঃ [শ্রীকৃষ্ণনা] কাংঅপি [কনাগুম্বী অমবু] শ্লিষ্যতি [আলিঙ্গন তৌবি. কোম্মি], কাংঅপি [কনাগুম্বী অমবু] চুম্বতি [চুপ্পী, কাংঅপি [কনাগুম্বী বামাং [হুপীবু] রময়তি [শান্নরী, পরাং [অতৈ অমবু] সস্মিতচারু [মীংয়েং ফজনা] পশ্যতি [য়েংলি], অপরাংবামাং [অতোপ্প হুপীবু] অনুগচ্ছতি [মতুং ইন্না চংলি] ॥৪৬॥

অনুবাদ ঃ—শ্রীকৃষ্ণন কনাগুম্বী হুপী অমবু আলিঙ্গন তৌবি, কনাগুম্বী অমবু চুম্বন তৌরি, কনাগুম্বী অমগা লোইননা শান্নরি, অতোপ্প অমদা মীনোক ফজনা নোকুনা য়েংলি, অতোপ্পা অমগীনা মতুং ইন্দুনা চংলি ॥৪৬॥

পদানুবাদ :— শ্রীজযদেবকবেঃ [ শ্রীজয়দেব কবিগী ] বিপিন [বৃন্দাবনদা] বিনোদ [শান্নব ] কল [মচেৎনা, মশুংনা] বলিতং [তিল্লবা]— বিপিনবিনোদকলাবলিতং [বৃন্দাবনদা শান্নবা মশাল্লা থিবিক্না তিল্লব ] অদ্ভুত [অঙকপা ওইনা] কেশব [কৃষ্ণগী] কেলি শান্নরবা] রহস্য. [থুপ্না] —কেলিরহস্যং [থূপ্না শান্নরবা] ইদংগীতং

বিশ্বেষামনুরঞ্জনেনজনয়ন্নানন্দমিন্দীবরশ্রেণী
শ্যামলকোমলৈরুপনয়ন্নঙ্গৈরনঙ্গোৎসবম্ ।
স্বচ্ছন্দংব্রজসুন্দরীভিরভিতঃপ্রত্যঙ্গমালিঙ্গিতঃ
শৃঙ্গারঃসখিমূর্ত্তিমানিবমধৌমুগ্ধোহরিঃক্রীড়তি ॥৪৮॥

---

(ঈশৈ অসীনা) ভক্তাণাম্ [ভক্তশিংগী] শুভানি [য়াইফবা খিবিক] যশস্য [মিংচৎপু] বিতনোতু [পীনরসনু] ॥৪৭॥

অনুবাদ :—শ্রীজয়দেব কবিনা লেংলবা, কৃষ্ণগী বৃন্দাবনদা শান্নবা মশান্না খিবীক্না তিল্লবা, অঙকপগী (মতম অমত্তদা গোপী পূম্নমক্কী নীংবা থুংহল্লিবসি অঙকপনি) মশক ওইনা থূপ্না শান্নবগী ঈশৈ অসীনা জগত্তা লৈরিবা ভক্ত পুম্নমক্কী নীংবা থুংহনবা অমম্লুং মিংচৎ ফংবা পীনরসনু ॥৪৭॥

পদানুবাদ :—হে সখি ! [হে রাধে] অনুরঞ্জনেন [পেম্নবা হোৎ-বিহ্না] বিশ্বেষাং [মীপুম্নমক্কী] আনন্দং [নুংঙাইববু] জনয়ন্ [পোক-হল্লবা], ইন্দীবর [থম্বাল অশংবা] শ্রেণী [পরেংগুম্না] শ্যামল [শং-বাম্না] কোমলৈঃ [নৌরবা, থোংলবা] অঙ্গৈঃ [হকচাং খিবিক্না] অনঙ্গোৎসবং [রতিক্রীড়া রসবু] উপনয়ন্ [পোকহল্লবা], ব্রজসুন্দ-রীভিঃ [ব্রজগী শক ফজরবীশিংনা] অভিতঃ [পুমক্ত শুনা] প্রত্যঙ্গং [হকচাং থূদিংমক্তা] স্বচ্ছন্দং [নীংবা থুংনা] আলিঙ্গিতঃ [কোনশ্রবা] শৃঙ্গারঃ [কামদেবনা] মুর্ত্তিমান্ ইব [হকচাং পানবগুম্না] মুগ্ধঃ [নিং-খীজরবা] হরিঃ [শ্রীকৃষ্ণনা] মধৌ [বসন্তগী মতমসিদা] ক্রীড়তি [শাম্নরি] ॥৪৮॥

**রাসোল্লাসভরেণবিভ্রমভৃতামাভীরবামভ্রুবা**
**মভ্যর্ণেপরিরভ্যনির্ভরমুরঃপ্রেমান্ধয়ারাধয়া।**
**সাধুত্বদ্বদনংসুধাময়মিতিব্যাহৃত্যগীতস্তুতি**
**ব্যাজাদুদ্ভটচুম্বিতঃস্মিতমনোহারীহরিপাতুবঃ ॥৪৯॥**

**অনুবাদ :**—হে ইতা রাধিকে! নীংবা থুংমনবা হোংনবিদুনা মী পুম্নমক্কী নত্রগা ব্রজকামিনী পুম্নমক্কী মুংঙাইবা পোবহল্লবা, অশংবা থম্বাল পরেংগুম্না শংবাম্না নৌরবা হকচাং পুম্নমক অদুন রতিক্রীডাগী রস পোকহল্লবা. ব্রজগী মৌনহা ইশুগুনা হকচাং পুম্নমক্তা আলিঙ্গন তৌগ্রবা, কামদেবনা হকচাং পান্দুনা চৎপগুম নিংথীজরবা শ্রীকৃষ্ণসিনা বসন্তগী মতমসিদা মুংঙাইনা শাম্নরি ॥৪৮॥

**পদানুবাদ :**—প্রেমান্ধয়া [প্রেমম মম্নবী, প্রেমনা মীৎ তাংলকী] রাধয়া (শ্রীমতি রাধিকানা), রাসউল্লাসভরেণ (রাসগী মুংঙাইবা মপৈনা) বিভ্রমভৃতাং [অঙকপা পুরবী, ঙক্লুনা লৈরবী] আভীরবামভ্রুবাং (গোপগী মুপীশিংগী) অভ্যর্ণে (মনাক্তা) উরঃ (থবাকপু) নির্ভরং (চেৎনা) পরিরভ্য (কাল্লগা) ত্বদ্বদনং (নহাক্কী মাইথোংসে) সুধাময়ং (অমৃতগী মশাক ওইনা) সাধু (কজেদা) ইতি (অসুম্না) ব্যাহৃত্য (হায়রগা) গীতস্তুতব্যাজাৎ (ঈশৈনা থাগৎপা শাশিন্নরদুন) উদ্ভট (কল্লক্ পেম্ন) চুম্বিতঃ (চুপ্প্রবা) স্মিতমনোহারী (মীনোক কজবনা পুক্নীং হুরব) হ রঃ (শ্রীকৃষ্ণসিনা) বঃ (নখোয় পুম্নমকপু) পাতু (ঙাকপিসনু) ॥৪৯॥

**অনুবাদ :**— কৃষ্ণগী প্রেমনা ঙাওগ্রদুনা মী অতৈ লৈ হায়বা উথিত্রবী শ্রীমতি রাধিকানা রাস শান্নবগী মুংঙাইবনা হাক্কমনথিদুনা

## অথ দ্বিতীয়সর্গঃ প্রারভ্যতে।

বিহরতিবনেরাধাসাধারণপ্রণয়েহরৌ,
বিগলিত-নিজোৎকর্ষাদীর্ষ্যাবশেনগতান্যতঃ।
কচিদপিলতাকুঞ্জেগুঞ্জন্মধুব্রতমণ্ডলী,
মুখরশিখরেলীনাদীনাপ্যুবাচরহঃসখীম্ ॥১॥

ঙক্কুনা লৈরবী গোপী ময়ামগী মনাক্তা কৃষ্ণগী থবাক্তা চেৎনা কোল্লগা, ইবুংঙো নহাক্কী মাযশোং অসি অমৃত মপৈনা শারগুম্না ফজৈদা, অস্পূম হায়ঙনা ঈশৈন থাগৎশম্মরগা কল্লক পেম্না চুম্বন তৌবদা মোমোন নোকঞ্জবা, মীনোক ফজরব শ্রীকৃষ্ণনা নংথোয় পুম্নমকপু ঙাকপিসম্ম ॥৪৯॥

ইতিশ্রীশ্রীগীতগোবিন্দমহাকাব্যে সামোদ দামোদর নাম প্রথমঃ সর্গঃ ॥

---

**পদানুবাদ :**—সাধারণ প্রণয়ে (খাইমক্তা চপ মান্মনা প্রেম থমদূনা) হরিঃ (শ্রীকৃষ্ণনা) বনে বিহরতি (বনদ শাম্নরক্লবদা, বিগলিত [নানথোকপ্রবা] নিজোৎকর্ষাৎ [ঐনা হেল্লি হায়বা] — বিগলিতনিজোৎকর্ষাৎ [ঐনা হেল্লি হায়বা নান্থোকথবদগী] ঈর্ষাবশেন [থম্বনপ্রহুনা, কল্লকপ্রহুনা] অন্যতঃ [অতোপ্প মফমদা] গতা চৎপ্রদুনা] গুঞ্জন্মধুব্রত মণ্ডলী [ঙংলবা হয়ীংখোই মপৈনা] মুখর [ঙংলবা] শিখরে [মতোম্পা]=মুখরশিখরে [মতোম্পা ঙংলবা] ক্বচিদপি লতাকুঞ্জে [করম্বা উরীগী কুঞ্জদা, উরীগী কুঞ্জ অমদা] লীনা [লোত্তনা লৈরবী] দীনাপি [রারবী, বিরহনা শোম্হরবী] রাধা [শ্রীরাধানা] সখীং (মতাদা) রহঃ (তুম্মিন্না, চীক্না) উবাচ (হায়খি] ॥১॥

গীতং ।৪।

গুর্জ্জরীরাগ—যতিতালাভ্যাংগীয়তে।

সঞ্চরদধরসুধামধুরধ্বনিমুখরিতমোহনবংশং
বলিতদৃগঞ্চলচঞ্চলমৌলিকপোলবিলোলবতংসম্।
রাসে হরিমিহবিহিতবিলাসং
স্মরতিমনোমমকৃতপরিহাসম্ ॥২॥ ধ্রুবম্

---

অনুবাদঃ—শ্রীকৃষ্ণনা গোপী পুম্নমক্তা চপ্‌মান্ননা প্রেম থমদুনা শান্নরিবত্ত উবদা, ঐনা খাইদগী হেল্লি হায়হন্নীংবত্তু হায়দবদগী থম্বন-গ্রত্তুনা অতোপ্পা মকমদা চংথোকগ্রতুনা, হয়ীংখোই মপেনা মতোম্দা ঙংঙং ঙংলবা উবীগী কুঞ্জ অমগী মনুংদা লোত্তুনা লৈরবী, কৃষ্ণগা কায়নবনা রারবী শ্রীরাধানা চান্নরবীসখীদা চীক্না হায়খি ॥১॥

পদানুবাদ ঃ—হে সখি! (হে ইতা ইবেম্মা) ইহরাসে (রাসঅসিদা) সঞ্চরদ্ (চংথোরক্লবা, শিন্থরক্লবা) অধরসুধা (অধরামৃতগী) মধুরধ্বনি (তুংশিবা খোঞ্জেলগা লোইননা) মুখরিত (খোংলবা) মোহনবংশং (মোহন কৌবা বংশীবু)=মুখরিত মোহনবংশং (মোহন কৌবা বংশী-বু খোংলবা) চলিত (থক্লবা, কাইরৈ লৈরবা) দৃগঞ্চল (মীৎচিনা) চঞ্চল (হাইহুমহল্লবা) মৌলি (কোক্না) কপোল (খজাইদ) বিলোল [হাইহল্লব] বতংসং [নাইনবু]—বিলোলবতংসং [নাইনবু হাইহুম-হল্লবা], কৃত [তৌখ্রবা] পরিহাসং (নাক্নহায়নবা, করেম্‌কথাইনবা) =কৃত পরিহাসম্ [নোক্ন হায়নথরবা], বিহিত [তৌখরবা] বিলাসং [শান্নববু]—বিহিত বিলাসং [শান্নখরবা] হরিং [কৃষ্ণসিবু] মম মনঃ [ঐগী পুক্নীংনা] স্মরতি [নীংশিংলি, কাউত্রি] ॥২॥

চন্দ্রকচারুময়ূরশিখণ্ডকমণ্ডলবলয়িতকেশম্।
প্রচুরপুরন্দরধনুরনুরঞ্জিতমেদুরমুদিরসুবেশং ॥৩॥
গোপকদম্বনিতম্ববতীমুখচুম্বনলম্ভিতলোভং।
বন্ধুজীবমধুরাধরপল্লবমুল্লসিতস্মিতশোভং ॥৪॥

---

অনুবাদঃ—রাধানা শায়খি, হে সখী! রাস শাম্ভরিবা অসিদা শিন্দুরকুরা অধরামৃতগী মুংশিরবা খোঞ্জেলগা লোইননা মোহনবংশী খোংলবা, থক্কা মীংচনা কোইয়েং য়েংবদা হাইহল্লবা কোক অহন্না নদা য়াল্লা নাইনবু খজাইদা হাইহল্লবা, ঐগা লোইননা শান্নমিন্নথরবা কৃষ্ণসিবু ঐগী পুক্নীংনা কাওব য়াদরে ॥২॥

ব্যাখ্যা ঃ—"বলিত" গী মকমদা "চলিত" হায়না ইবসু য়াওই। ২নংগী "সঞ্চরদ্" তগী হৌদুনা ৮নংগী "বিশদকদম্ব" ফাওবসি পুন্না অন্বয় তৌদুনা, মম মনঃ স্মরতিগী "মনঃ"না কর্তাকারক ওইদুনা হাপকদবনী নত্রবসু শ্লোক থৃদিংমক্তা হাপ্পা য়াই ॥

পদানুবাদঃ—চন্দ্রক চারু (থাগুম্না নিংথীজরবা) ময়ূরশিখণ্ডকমণ্ডল (রাহোং মতুগী মপৈনা) বলয়িত (কে য়র্শিল্লবা) কেশং (শমবু)—বলয়িতকেশং (শমদ কোয়র্শিন্নবা) প্রচুর (চংখোল্লবা, শাংলবা) পুরন্দরধনুঃ (চুমথাংখনবন্না) অনুরঞ্জিত (লৈতেংলন্না) মেদুর (শূক্না মংলরা) মুদির (নোংগুম্না) সুবেশং (ফীজেৎ ফজরবা) ॥৩॥

অনুবাদঃ—থাগী অতোপুম্ন ফজরবা রাহোং মতু মপৈনা শারবা চূড়ান্না কোক্তা লৈতেংলবা), অতিরাগী মকোয়দা অমুবা নোং মপৈ ফুইনা মংলগা মাতুদা চুমথাং খন্দুনা ফজবগুম্না নিংথিজরবা ফীজেৎ শেংলবা ॥৩॥

বিপুলপুলকভুজপল্লববলয়িতবল্লবযুবতিসহস্রং ।
করচরণোরসিমনিগণভুষনকিরণবিভিন্নতমিস্রং ॥৫॥
জলদপটলচলদিন্দুবিনিন্দকচন্দনতিলকললাটং ।
পীনপয়োধরপরিসরমর্দ্দনর্নিদ্দয়হৃদয়কবাটং ॥৬॥

---

পদানুবাদ ঃ—গোপকদম্ব [গোপময়ামগী] নিতম্ববতী [নুপীশিঙ্গ] মুখচুম্বন [মুখ চুম্বন তৌবদা] লম্ভিত [ফংথ্রবা] লোভং [মিহৌববু] —লম্ভিত লোভং [মিহৌবা পোকথ্রবা], বন্ধুজীব মধুর [বন্ধুজী কোবা লৈগুম্না ফজরবা] অধরপল্লবং [নৌরবা চীম্বাল পাল্লব], উল্লসিত [হরাওনা] স্মিতশোভং [মৈনোক ফজনা নোকপনা লৈতেংলবা] ॥৪॥ বিপুল [চাথোম্না, মপুংফানা] পুলক [তুজুংলবা ভূজ-পল্লব [নৌরবা পাম্বোমনা] বলয়িত [কোনশিনথ্রবা] যুবতি [মোনহা] সহস্রং [লীশীংবু]—বলয়িত বল্লব যুবতি সহস্রং [গোপগী নুপী লীশীংবু কোনথ্রবা], কর [খুৎ] চরণ [খোং] উরসি [থবাক্তা শিরবা] মণিগণ [মণি ময়াম্না থাম্লবা] ভূষন [লৈতেংগী] কিরণ [মঙাম্না] বিভিন্ন [তাম্থোক্লবা, কোকহল্লব] তমিস্রং [অমম্ববু]—বিভিন্নতমিস্রং [অমম্বা কোকহল্লবা] ॥৫॥ জলদ [মংলিবা নোং] পটল [ময়ামগী মরক্তা] চলৎ (চৎলবা, পাইরবা) ইন্দু (থাবু) বিনিন্দক (নিন্দা পিরবা, মায়থীবা পীরবা) চন্দন (চন্দননা) তিলক (ময়েক নাইনা থীল্লবা) ললাটং (লাইবকপু)—চন্দনতিলক ললাটং (চন্দননা লাইবক্তা ময়েকনাইনা থীল্লবা) পীন (চাওরবা) পয়োধর (কুচগী,থোমগী) পরিসর (অকোইবগী) মর্দ্দন (নৈথায়বদা, ননথেকপদা) নির্দ্দয় (ঙাকপিবা লৈত্রবা) হৃদয়কবাটং (থবাক উপাক্লা)—নির্দ্দয় হৃদয় কবাটং (থবাক উপাক্লা ঙাকপিবা লৈত্রবা) ॥৬॥

মণিময়মকরমনোহরকুণ্ডলমণ্ডিতগণ্ডমুদারম্ ।
পীতবসনমনুগতমুনিমনুজসুরাসুরপরিবারম্ ॥৭॥

অনুবাদ :—গোপগী তুপী ময়ামগী মুখ চুম্বন তৌবদা খোইদোক্লা পামশিল্লবা, বন্ধুজীব কৌবা লৈনা ফজবগুম্না অমসুং য়েম্বীং হুল্লকপগী তণ্ডাং তণ্ডাংবা উনা অনৌবনা ফজবগুম্না ঙাংঙরানরবা চীনবাম্না লৈতেংলবা, হরাওনা মোমোন নোকপা মীনোক্লা মাইথোং মকা ফল্লবা ॥৪॥ ভুজুংবা মপৈগা লোইনরবা তনৌ তনৌরবা পাম্বোম অহুনা গোপগী মোনহা লিশিং অমবু কোনগ্রবা, খুৎ, খোং, থবাক্তা শিরিবা মণি ময়ামগী মণ্ডান্দুনা অমম্বা পুম্নমক কোকহনগ্রবা ॥৫॥ মংলিবা নোং ময়ামগী মরক্তা কোইদুনা চৎলবা থাবুঙমজরবা চন্দম্না লাইবক্তা ময়েক নাইনা থিল্লবা, ব্রজগোপীশিংগী ভোঙলবা কুচগী (থবাক্কী) মথক্তা নম্থেকপদা তমথীরবা থবাক্না মাগী ওইরবা ॥৬॥

পদানুবাদ :—মণিময় [মণিনা শাবা] মকর মনোহর [ঙামান্না পুক্নীং হুরবা] কুণ্ডল [নাইম্না] মণ্ডিত [লৈতেংলবা] গণ্ডং [থজাইবু, চাইরুংবু]—কুণ্ডল মণ্ডিত গণ্ডং [কুণ্ডলনা থজাইদা লৈতেংলবা] উদারং [অপাম্বা পীনরবা], পীতবসনং [নাপুফীগে শেৎলবা], অনুগত (চংজরবা) মুনি (মুনিশিং, শুকনারদনচিংবা) মনুজ (মীশিং, পরীক্ষিতনচিংবা) সুর (লাইশিং, ব্রহ্মা রুদ্রনচিংবা) অসুরবর (হিংচাবা অথোইবশিংনা, প্রহ্লাদনচিংবশিংনা) পরিবারম্ (ইমুংমনুং ওইরবা) ॥৭॥

অনুবাদ :—মণিনা শাবা ঙা মান্না নিংথীজরবা নাইন অনীনা থজাইদা লৈতেংলবা, মীগী অপাম্বা থুংহল্লবা, সনা মচু মাল্লবা ফীগে শেৎলবা, মাবু নীংজরবা মুনিশিং, মীশিং, লাইশিং, হিংচাবশিংগী ইমুংমনুং ওইরবা হায়বদী মখোয়দা চানবিরবা ॥৭॥

বিশদকদম্বতলে মিলিতং কলিকলুষভয়ং শময়ন্তং ।
মামপি কিমপি তরঙ্গদনঙ্গদৃশা মনসা রময়ন্তং ॥৮॥
শ্রীজয়দেবভনিতমতিসুন্দরমোহনমধুরিপুরূপং ।
হরিচরণস্মরণং প্রতিসংপ্রতি পুণ্যবতামনুরূপং ॥৯॥

---

পদান্বয়বাদ :—বিশদ [নিংথীজরবা] কদম্বতলে [কদম্বপাম্বিগী মখোংদা] মিলিতং [য়ৌবিথ্রব], কলিকলুষভয়ং [কলিদা পোত্রবা পাপকী অকিরবু] শময়ন্তং [কোকহল্লরা], মাংঅপি [ঐবুক্ত] কিং-অপি [করম্বা] তরঙ্গং [ইথক হৌরবা] অ.ঙ্গ দৃশা [কামগী মীংয়েং য়েংলবা] মনসা [পুক্নীংনা] রময়ন্তং [শাম্নবিথ্রবা], হরিং [শ্রীকৃষ্ণবু] মমমনঃ [ঐগী পুক্নীংনা] স্মরতি [নীংশিংলি ॥৮॥ সম্প্রতি [হৌজিক অসীদা] শ্রীজয়দেব ভনিতং [শ্রীজয়দেব কবিনা লৈতেংলবা] অতি সুন্দর [থোইদোক্না ফজরবা] মোহন [শুঙ্কাংনবগী মশক ওইরবা] মধুরিপুরূপং [কৃষ্ণগীরূপ অসিনা] পুণ্যবতাং [পুণ্যচেনবশিঙ্গি] হরিচরণ স্মরণং প্রতি [শ্রীহরিগীচরণ নিংশিংনবগী] অনুরূপং ভবতু [মত্তিক চারসু] ॥৯॥

অনুবাদ ; —নিংথীজরবা কদম্বপাম্বিগী মখোংদা য়ৌবিথরবা [পোৎ-থাম্বিথরবা], কলিগী পাপ পুম্নমক কোকহল্লবা, ঐগীবু করম্বা ইথক হৌরবা রতিক্রীড়াগী মীংয়েংগা লোইনরবা পুক্নীংনা শাম্নবিথরবা, শ্রীকৃষ্ণদুবু ঐগী পুক্নীংন নিংশিংলী ॥৮॥ হৌজিক অসীদা শ্রীজয়-দেব কবিনা লেংলবা, থোইদোক্না ফজরবা, শুঙ্কাংনবগী মশক ওই-রবা শ্রীকৃষ্ণগী রূপ বর্ণনা তৌরা অসিনা, পুণ্যচেন্নবা মীশিঙ্গি [ভক্ত-শিংগী] হরিগী চরণ নিংশীংনবগী মরিদা মত্তিকচাবা ওইরসু ॥৯॥

শ্রীরাধিকাগী কাওবা য়াদে হায়বা বা অসি তারবদা রাধাগী মতা সখীনা হায়খী, নংবু লংথোক্লুনা চংথ্রবা কৃষ্ণগী মফমদা অহূপ্ নিংলুরিবা করি মরমগীনো ? মাহ্ন তারবদা রাধানা হায়খী।

গণয়তিগুণগ্রামংভামংভ্রমাদপিনেহতে,
বহতিচ পরিতোষংদোষংবিমুঞ্চতিদূরতঃ।
যুবতিষু বলত্তৃষ্ণেকৃষ্ণেবিহারিণি মাংবিনা,
পুনরপিমনোবামংকামংকরোতিকরোমিকিং ॥১০॥

---

পদানুবাদঃ—যুবতিষু [নুপীময়ামদা] বলং [হেনগৎলবা] তৃষ্ণে [থৌরাংবা]= বলত্তৃষ্ণে [থৌরাংবা হেনগৎলবা হায়বদী নুপীময়ামগী মরক্তা শান্ননিংবগী ইরাং হেনগৎলবা] কৃষ্ণে [কৃষ্ণসিনা] মাংবিনা [ঐহাক য়াওদনা, ঐবু লংথোক্তুনা] বিহারিনি [শান্নগ্রবসিদা] পুনরপি [অমুকহন্না] মম [ঐগী] বামং [রারকপা য়াদ্রবা] কামংকরোতি [অপান্বদি থংলবা] মনঃ [পূক্নীংসিনা] কৃষ্ণস্য [কৃষ্ণগী] গুণগ্রামং [মগুণময়াম্বু] গণয়তি [শিংথারি] ভ্রমাৎ [ওন্নতৈনা থল্লুহুনা] ভামং অশাওববু] নেহতে [তৌনিংদে] চ[অমসুং] পরিতোষং [নুংঙাইবত্ত] বহতি [লৌরি]দোষং [মরানবু] দূরতঃ [থাপ্না] বিমুঞ্চতি [থাদোকই, লংথোকই] অহং [ঐনা] কিংকরোমি [করি তৌরসিগে] ॥১০॥

অনুবাদঃ—হে ইতা ! নুপীময়ামগা শান্নবদা নুংঙাইগ্রহুনা থৌরাংবা হেনগৎগ্রবা কৃষ্ণসিনা ঐয়াওদনা শান্নরিংসিদা, রারকপা য়াদ্রবা, অপান্বতা মথংলবা পূক্নীংসিনা মাগী মগুণ ময়ামতা লৌথংলি, শাওফম থোকপদি শাওদে, নুংঙাইবতা লৌথংলি, মরালদি লৌদে। শাওফম থোক্লবসু লাপ্না লংথোকখি। মরম অসিনা ঐনা হৌজিক করি তৌরসিগে ॥১০॥

(রাধানা অমুক হন্না মতাদা ঈশৈনা হায়খী)

গীতং ।৫।

মালবগৌড়রাগৈকতালীতালাভ্যাংগীয়তে।

নিভৃতনিকুঞ্জগৃহং গতয়া নিশি রহসি নিলীয় বসন্তং,
চকিতবিলোকিতসকলদিশা রতিরভসরসেন হসন্তং।
সখি হে কেশিমথনমুদারং রময়ময়া সহ
মদনমনোরথভাবিতয়া সবিকারম্ ॥১১॥ ধ্রুবম্।

পদানুবাদ :—হে সখি ! [হে ইতাইবেম্মা] নিশি [অহিংদা] নিভৃত (থুপ্পবা, চীক্কবা) নিকুঞ্জগৃহং (নিকুঞ্জগী য়ুমদা) গতয়া (চংশিল্লুরবদা), রহসি (মীচিকপা লমদা) নিলীয়বসন্তং (লোত্তুনা লৈরমগদৌরিব), চকিত (ইঙুক ঙক্না, ক্লিবগা লোইননা) বিলোকিত (য়েংল্লুবদা) সকল দিশা (মাইকৈ পুম্নক) — বিলোকিত সকলদিশা (মাইকৈ পুম্নমক্তা য়েংল্লুরবদা), রতিরভসরসেন (রতিক্রীড়াগী থোইদোকপা হরাওবগা লোইননা) হসন্তং (নোক্লকদোরবা), মদন মনোরথ ভাবিতয়া (কামক্রীড়া শান্নগে খল্লুবদা) সবিকারম্ (মহোৌশাগী ফীবম হোংগদৌরিবা), ॥১১॥

অনুবাদ :—শ্রীরাধানা হায়খি, হে ইতাইবেম্মা ! ঐনা অহিংগী মতমদা চীক্কবা নিকুঞ্জদা চংল্লুরে হায়রগা ইবুংঙো মহাক্না অম্বুকপা মফমদা লোত্তুনা লৈরমগদৌরিবনী, অদুগা ঐনা ইঙুকঙক্না মাইকৈ পুম্নমক্তা ওন্দুনা লৈনা য়েংল্লুরগা, মহাক্না রতিক্রীড়া শান্নবা তারে হায়দুনা হরাওদুনা নোক্লকদৌরিবনী, অদুগা ঐনা রতিক্রীড়া শান্নমীংবগী মতৌ উংশদা, মহাক্না মহোৌশাগী শাক্লং হোংগদৌরিবনী ॥১১॥

প্রথমসমাগমলজ্জিতয়াপটুচাটুশতৈরনুকূলম্ ।
মৃদুমধুরস্মিতভাষিতয়াশিথিলীকৃতজঘনদুকূলম্ ॥১২॥
কিশলয়শয়ননিবেশিতয়া চিরমুরসিমমৈবশয়ানং ।
কৃতপরিরম্ভণচুম্বনয়াপরিরভ্যকৃতাধরপানম্ ॥১৩॥

---

**পদানুবাদ :**—প্রথম (অহানবা) সমাগম (উনবগী) লজ্জিতয়া (ইকাইরা ফংলবদা), পটু (নিংথিজনা, হৈশিংনা) চাটু (চায়জবা) শতৈঃ (চাম-চামনা) অনুকূলং (হায়জগদৌরিবা), মৃদু (তপ্প) মধুরস্মিত (নিংথিজনা নোক্কনা) ভাষিতয়া (ঙাংলবদা), শিথিলীকৃত (ইস্থগদৌরিব, হায়দোক্কদৌরিব) জঘনদুকূলং (থাংদা শেংজীবা ফিবু) শিথিলীকৃতজঘনদুকূলং (থাংদা শেংলবা ফি হাইদোক্কদৌরিবা) ॥১২॥ কিশলয় শয়ন (উনা অনৌবন শেম্বা শর্য্যাদা) নিবেশিতয়া (চংলুরবদা), চিরং (মতমকুইনা) মম (ঐগী) উরসিএব (থবাক্তদা) শয়ানং (হিপ্লক্কদৌরিবা), কৃত (তৌরুরবদা) পরিরম্ভণ (আলিঙ্গন তৌদুনা) চুম্বনয়া (চুপ্তুন)—কৃতপরিরম্ভণচুম্বনয় (আলিঙ্গন তৌদুনা চুম্বন তৌরুরবদা), পরিরভ্য (কোনশিল্লক্কুনা) কৃত (তৌগদৌরিবা) অধরপানং (অধরামৃত পানবু)—কৃত অধরপানং (অধরামৃত পান তৌগদৌরিবা), ॥১৩॥

**অনুবাদ :**—অদুগা ঐগী অহানবা উনবগী ইকাইবা মতৌ উরগা, রাহে-রাতা ফজরবা চাম-চাম ঙাংদুনা ঐগী ইকাইবা কোকহনগদৌরিবনী, ঐনা মোমোন নোক্কুনা রাহৈ থরদং ঙাংলুবদা, মহাক্কা থাংগী ফি চিংথোক্কদৌরিবনী, ঐনা উনা অনৌবগী শর্য্যাদা (ফমুংদা) হিপ্লরগা মহাক্কামতম কুইনা ঐগী থবাক্তা হিপকদৌরিবনী, ঐনা আলিঙ্গন তৌদুনা চেংনা কোম্লুরগা মহাক্কা ঐঙোন্দা ওনশিল্লক্কুনা কোন্দুনা চুম্বন তৌরগা অধরামৃত পান তৌগদবনী, ॥১২॥১৩॥

অলসনিমীলিতলোচনয়াপুলকাবলিললিতকপোলং ।
শ্রমজলসকলকলেবরয়াবরমদনমদাদতিলোলম্ ॥১৪॥
কোকিলকলরবকূজিতয়াজিতমনসিজতন্ত্রবিচারং ।
শ্লথকুসুমাকুলকুন্তলয়ানখলিখিতঘনস্তনভারম্ ॥১৫॥

---

পদানুবাদ :—অলস (চোকথরক্কুন, তন্‌শিল্লক্কুনা) নিমীলিত (উই শিল্লক্রবদা) লোচনয় (মীৎন) = অলস নিমীলিতলোচনয়া (রতি রসগী হুংভাইরম্বদগী চোকথরক্কুনা মীৎ উইশিল্লক্রবদা), পুলকাবলি (তুচুংবা পরেংনা) ললিত (ফজরবা) কপোলং (থজাইবু) = ললিত কপোল (খজাইদা ফজরকদৌরিবা), শ্রমজল (অরাংদগী থোকপা ঈশিংন, হুমাংগী ঈশিংন) সকল কলেবরয়া (হকচাং পুম্নমক শিন্‌থুংলবদা), বরমদনমদাৎ (থোইদোকপা রতিক্রীড়া শাম্ননীংবগী হরাওবনা) অতিলোলং (থোইদোক্ল লাংতক্নদৌরিবা, থোইদোক্লা ইরাং পুগদৌরব), ॥১৪॥ কোকিলকলরবকূজিতয়া [কোকিলনা খোংবগুম্ন নাম্নিরবা খোজেম্না ভুংলুবদা] জিত [হেন্দোক্কদৌরিবা, থাদোক্কদৌরিবা] মনসিজ [কামদেবগী] তন্ত্রবিচারং [শাস্ত্রগী রায়েলবু] — জিত মনসিজ তন্ত্রবিচারং [কামদেবগী শাস্ত্রগী বিচারবু থাদোক্কদৌরিবা হায়বদা রতিক্রীড়াগী মতমনি, মতম্‌নক্তে থিরোই-দৌরিবা] শ্লথ (নানথোক্লবদা) কুসুমাকুল (লৈ থেংলবা, লৈচল্লবা) কুন্তলয়া (শমজীনা) — শ্লথ কুসুমাকুলকুন্তলয়া (লৈথেংলবা শমজীনা চাইথোরক্লবদা), নখলিখিত (খুজিন্না থোংকদৌরিবা) ঘন (চাওরবা) স্তনভারং (কুচগী মকোয়দা) নখ লিখিত ঘন স্তনভারং (চাওরবা কুচগী অকোয়বদা খুজিন্না থোংকদৌরিবা) ॥১৫॥

চরণরণিতমণিনূপুরয়াপরিপূরিতসুরতবিতানং।
মুখরবিশৃঙ্খলমেখলয়াসকচগ্রহচুম্বনদানম্ ॥১৬॥

---

**পদানুবাদ :**—চরণ [খো দা] রণিত [খোংলুরবদা, মখোল থোক্লু-রবদা] মণিনূপুরয়া [মণিনা শাবা নূপুরনা]=চরণরণিত মণিনূপুরয়া [মণিনা শাবা নূপুরনা খোংদা মখোল থোক্লুরবদা], পরিপুরিত [পূমথুং থুংলগদৌরিবা] সুরতবিতানং [রতিক্রীড়া পুন্নমক]=পরি-পূরিত সুরত বিতানং [রতিক্রীড়া পুন্নমক থুংলগদৌরিবা], মুখর [মখোল থোক্লুরবদা] বিশৃঙ্খল [নাম্থোক্লবা] মেখলয়া [খাং শরীক্না] =মুখরবিশৃঙ্খলমেখলয়া [খাংশরীক্না নাম্থোক্লনা মখোল থোক্লুর-বদা], সকচগ্রহ [শমদা কোনাশিনবগা লোইননা] চুম্বনদানং [চুম্বন তৌগদৌরিবা] ॥১৬॥

**অনুবাদ :**—ঐনা রতিক্রীড়াদা রাহুনা হকচাং চোকথহুনা মীৎ উইশিন্দুনা লৈরগা, মহাক্না তুচুংবা পরেংনা খজাইগী লৈতেং ওইগ-দৌরিবনী, ঐন রতিক্রীড়াদা হুমাং শোদুনা হকচাং পুন্নমক শিন্থর-বদা, মহাক্না অমুক হন্না রতিক্রীড়া শান্নরীংবনা পূক্নীং লাংতক্লগ-দৌরিবনী, ঐনা কোকলনা খোংবগুম্না নামিবা খোঙ্গেম্না রাহৈ খরদং ভাংলুবদা, মহাক্ন রতিক্রীড়াগী মতম চাইচাদে খংদনা আলি-ঙ্গন তৌরকদবনী, ঐগী লৈ ময়াম খেৎলবা শমজী অসিনা ইকোয় কোয়না চাইখোরক্লবদা, মহাক্না ঐগী চাওরবা কুচগী অকোয়বদা খুজিন্না খোংলগদৌরিবনী, খোংদা শিরিবা মণি নূপুর আসনা লেং-বদা মখোল থোক্লক্লবদা, মহাক্না রতিক্রীড়া পুন্নমক থুংগদৌরিবনী, ঐগী খংদা শিরিবা খাংশরীক [মেখল] অসীনা নাম্থোক্লনা মখোল থোক্লক্লবদা, শমজোইগ লোইননা কোনশিন্দুনা চুম্বন তৌগদৌ-রিবনী ॥১৪॥১৫॥১৬॥

রতিসুখসময়রসালসয়াদরমুকুলিতনয়নসরোজং।
নিঃসহনিপতিততনুলতয়ামধুসূদনমুদিতমনোজম্ ॥১৭॥

পদানুবাদ ঃ—রতিসুখসময় [রতিক্রীড়াগী সু ঙাইরব মতমদা] রসালসয় [সুংঙাইবনা লেকথরদ], দর [খরদং] মুকুলিত [পাংথোক্লদোরিবা] নয়নসরোজম্ মীং থম্বাম্ন]=দরমুকুলিত নয়ন সরোজম [মীং থম্বান খরদং পাংথোক্লদোরিবা], নিঃসহ [খাংবা ঙমদদূনা] নিপতিত [হায়থগদোরিবা, লেকথতুনা তাগদোরিবা] তনু লতয়া [হকচাং উরীনা]=নিঃসহনিপতিত তনু লতয়া [খাংবা ঙমদদূনা হকচাং উরীনা লেকথতুনা তায়থগদোরিবী] ময়াসহ [ঐহাক্কা লোয়ননা], উদিত [পেক্লবা] মনোজং [রতিক্রীড়]=উদিত মনোজং [রতিক্রীড় শান্নমীংলবা] মধুসূদনং [মধু কৌবা তিংচাবা হাংলবা] উদারং পূকচেল চাওরব] কেশিমথনং [কৃষ্ণবু] রময় [শান্নহনবিউ] ॥১৭॥

অনুবাদ ঃ—রতিক্রীড়া সুংঙাইনা শান্নবদা সু ঙাইমনাখবনা হকচাং পুম্নমক চোকথরক্লবদা, মহাক্কা মীং থম্বাল খনদং পাংথোক্লুনা য়েংবিরগদোরিবনী, ঐনা অবাবা খাংবা ঙমদদূনা হকচাং উরীসিনা ওন্থোইহনা লৈরুগদোরিবী ঐগী লাইননা, মহাক্কা মধু কৌবা তিংচাবা হাংলবা, মশাদা রতিক্রীড়া পাম্নবা কৃষ্ণবু অমুক্ত শান্নহনবিউ ॥১৭॥

ব্যাখ্যাঃ=মথক্কী শ্লোকথরক্সিগী অন্বয়দি লায়বনা হাপচদ্রে। ১১নং শ্লোক্তা "নিভৃতনিকুঞ্জগৃহং" দগী হৌদুনা ১৭নং শ্লোক্কী "রতিসুখসময়" না হৌবা শ্লোক ৭ অসিগী অহৌবা চরণ (শ্লোক মপুমঅমগী মরী থোক্লা খায়দোকপগী শরুক অমমম্থু চরণ কৌই। অদুদগী ১বগা ৩শুবগনা অহৌবা চরণ, ২শুবগা ৪শুবগনা অরোইবা চরণ কৌই) খুদিংমক্কা রাধাগী বিশেষণনি, অরোইবা চরণখুদিংমক্কা কৃষ্ণগী বিশেষণনি। পদানুবাদকা লোইননা অন্বয় তৌজগে।

শ্রীজয়দেবভণিতমিদমতিশয়মধুরিপুনিধুবনশীলং।
সুখমুৎকণ্ঠিতগোপবধূকথিতং বিতনোতু সলীলম্ ॥১৮॥
হস্তস্রস্তবিলাসবংশমনৃজুভ্রূবল্লিমদ্বল্লব-
বৃন্দোৎসারিদৃগন্তবীক্ষিতমতিস্বেদার্দ্রগণ্ডস্থলম্।
মামুদ্বীক্ষ্যবিলজ্জিতস্মিতসুধামুগ্ধাননং কাননে
গোবিন্দং ব্রজসুন্দরীগণবৃতং পশ্যামি হৃষ্যামি চ ॥১৯॥

পদানুবাদ :—শ্রীজয়দেবভণিতং [ শ্রীজয়দেব কবিনা লেংলবা ] অতিশয় [থোইদোক্লব] মধুরিপু [কৃষ্ণনা] নিধুবনশীলং [ নিধুবনদা হুংঙাইনা শাম্লবগী ] — অতিশয় মধুরিপু নিধুবনশীলং [ শ্রীকৃষ্ণনা নিধুবনদা হুংঙাইনা শাম্লবগী অথোইবা ] উৎকণ্ঠিত [ রাখল রাত্বনা লৈরবী ] গোপবধূ কথিতং [ শ্রীরাধানা হায়খ্রব ] সলীলং [সুরতক্রীড়াগ লোইনরবা] ইদংগীতং [ঈশৈঅসীনা] ভক্তা-নাম্ [ভক্তশিংগী মফমদা] সুখং [হুংঙাইবগু] বিতনোতু [পীনরসনু] ॥১৮॥

অনুবাদ :— শ্রীজয়দেব কবিনা লেংলবা, শ্রীকৃষ্ণগী নিধুবনদা হুং-হুংঙাইনা শাম্লবা লীলাগী অথোইবা, শ্রীমতি রাধিকানা হায়খ্রবা, সুরতলীলাগা লোইনরবা ঈশৈ অসীনা তাবিবা ভক্তশিংগ অমসুং শক্লবা ভক্তশিংগী মফমদা হুংঙাইবা পীনরসনু ॥১৮॥

পদানুবাদ :—হে সখি ! (হে ইতা) অহং (ঐনা) কাননে (বৃন্দা-বনদা) ব্রজসুন্দরীগণবৃতং (ব্রজগী শক ফজরবী শংনবী ইকোয় কোয়-শিল্লবা), মাংউদ্বীক্ষ্য (ঐবু উরগা) হস্তস্রস্ত (মখুত্তগী নাম্থোক্লবা) বিলাসবংশং (শাম্লবদা পায়বা বংশীবু)= হস্তস্রস্তবিলাসবংশং (মখুৎ-তগী শাম্লবদা পায়বা বংশী নাম্থোক্লবা) অনৃজু (খোইখোইরবা)

দূরালোকঃস্তোকস্তবকনবকাশোক লতিকা
বিকাশঃকাসারোপবনপবনোঽপিব্যথয়তি।

---

ভ্রূবল্লিমদ্ (পীগুমপরেং পাল্লবী) বল্লবীবৃন্দ (মুপী ময়ামদগী) উৎসারি (হাইদোরক্লবা) দৃগন্তবীক্ষিতং (মীৎচিনা য়েংলবা), অতিস্বেদার্দ্র (থোইদোক্লা হুমাংনা চোৎলবা) গণ্ডস্থলং (খজাইবু) অতিস্বেদার্দ্রগণ্ডস্থলং (খজাইদা থোইদোক্লা হুমাংনা চোৎলবা) বিলজ্জিত (ইকাইথংনা) স্মিতসুধা (মীনোক ফজনা নোকপা অমৃতনা) মুগ্ধাননং (শুম্নৎনবা মায়থোং ওইরবা) গোবিন্দম্ (শ্রীকৃষ্ণবু) পশ্যামি (উরি) চ (অমসুং) হৃষ্যামি (হরাওরি) ॥১৯॥

অনুবাদ :—হে ইতা ! ঐনা বৃন্দাবনগী মতুংদা ব্রজগী শকফজরবী-শিংনা ইকোয় কোয়শিন্দুনা শান্নরিবা, ঐবু উরগা মথুঙ্গা পায়বা বংশী নাম্থোক্লুনা তারবা, অতুগা খোয়খোয়রবা পীগুমপরেং পাল্লবী গোপী ময়ামদগী হাইদোরক্লুনা ঐঙোন্দা মীৎচিনা য়েংলবা, খজাই অনিমক্তা হুমাংনা পুমচোৎ চোৎলবা, ইকাইবা থংনা নোকপা মী-নোক অমৃতনা শুম্নৎনবা মায়থোং ওইরবা শ্রীকৃষ্ণবু উরি অমসুং হরাওরি ॥১৯॥

পদানুবাদ :—সখি ! (হে ইতা) দূরালোকঃ [য়েংবদা রানরবা] স্তোক [থরা] স্তবক [চরোং পানবা] = স্তোকস্তবক (চরোং থরা থিন্দোক্লবা) নবকাশোক লতিকা (অনৌবা অশোক কোবা উরীনা) বিকাশঃ (লৈশাৎপন), কাসার (পুখ্রী মনাক্তা লৈবা) উপবন (বন মচাগী) পবনোঽপি (নুংশিৎনসু) মাং (ঐবু) ব্যথয়তি (অয়াবাপীরি),

অপিভ্রাম্যদ্‌ভৃঙ্গীরণিতরমণীয়ানমুকুল
প্রসূতিশ্চূতানাংসখিশিখরিণীয়ংসুখয়তি ॥২০॥
সাকূতস্মিতমাকুলাকুলগলদ্ধম্মিল্লমুল্লাসিত
ভ্রূবল্লীকমলীকদর্শিতভুজামূলার্দ্ধদৃষ্টস্তনম্ ।
গোপীনাংনিভৃতংনিরীক্ষ্যগমিতাকাংক্ষশ্চিরংচিন্তয়ন্
অন্তর্মুগ্ধমনোহরো হরতু বঃ ক্লেশং নবঃ কেশবঃ ॥২১॥

---

পদানুবাদঃ—অপি (অদুগা) চূতানাম্ (হৈনৌপাম্বিশিংগী) ভ্রাম্যদ্ (কোইনা পাইরবা) ভৃঙ্গী (খোইমু অমোম্‌) রণিত (ঙংবনা) রমণীয়া (পুক্নীং হুরবী) মুকুলপ্রসুতিঃ (য়েন্নীং চোংলবী) ইয়ংশিখরিণী (মতোল অসিনা) মাং (ঐবু) ন সুখয়তি (নুংঙায়বা পিদ্রে) ॥২০॥

অনুবাদঃ—হে ইতা ! চরোংখরা থিন্দোক্লনা লৈ নিংথিজনা শাংলবা তনৌ তনৌরবা অশোক কৌবা উরীসি উবদা ঐগী অরাবা কোক্‌ত্রে, পুগ্রী মপান্দা লৈবা লৈকোল মচাগী অইংবা পুরবা, মনম নুংশিবনা তিল্লবা নামীরবা নুংশিংনসু ঐবু অরাবা পিরি। অদুগা হৈনৌ পাম্বিশিংগী মতোন্দা খোইমু অমোম্না কোয়না পাইদুনা ঙংবনা পুক্নীং হুরবা, অনৌবা য়েন্নীং চোংলবা মতোল্ ময়াম অসীনসু ঐবু নুংঙাইবা পীদ্রে ॥২০॥

পদানুবাদঃ—গোপীনাং [ব্রজগোপীশিঙ্গি] সাকূতস্মিতং [মরম থংহন্নীংবগা লোইননা নোক্লিবা] আকুলাকুল [রাবদগী হেন্দোক্না ল্লাথিবনা] গলৎ (কায়থ্রবা] ধম্মিলং [শমজীবু]—গলদ্ধম্মিলং[শমজী কায়থ্রবা], উল্লাসিত [হরাওহনথ্রবা] ভ্রূবল্লীকং [পীগুম শাথেকপু] —উল্লাসিতভ্রূবল্লীকং [পীগুম শাথেকপু হরাওহনথ্রবা হায়বদী

ইততত্তনা পীশুম থংলিবা], অলীক [অয়েম্বদা, করিশু কাম্নদবদা] দর্শিতভুজ [উহল্লবা পাখোম্না] আমূলার্দ্ধদৃষ্ট [মখোংদগীনা তংখাই কাওবা উহল্লবা] স্তনম্ [কুচম্বু, খোমবু]= অ মূলার্দ্ধদৃষ্টস্তনম্ [কুচগী মখোংদগী তংখাই অমা কাওবা উহল্লবা], নিভৃতং [অথুপ্পা মরমবু] নিরীক্ষ্য [উল্লুনা] অন্তঃ [পুক্নীংদা, থম্মোইদা] চিরং [মতম কুইনা] চিন্তয়ন্ [রাখলথল্লগ] গমিত [চংখোকশ্রবা, থাদোকশ্রবা] আকাং- ক্ষঃ [অপাম্বা, অনীংবা]=গমিতাকাংক্ষঃ [পাম্লম্বা পুম্নমক থাদোক- শ্রবা] মুগ্ধমনোহরঃ [শুস্নাংনবগী মশক ওইনা ফজরবা] নবঃ কেশব (অনৌবা কৃষ্ণনা) বঃ (নংখোই) ক্লেশং (অরাংবু) হরতু [কোকহল্ল- সনু] ॥২১॥

অনুবাদ ঃ—গোপীশিংনা খোম্মোক্না শাংবা ইকাইকুনা মরম থংহন্- নীংবগা লোইননা মীনোক ফজনা মোকপা, শাম্নবদা ভাইহাক লৈ- তানা হাইহুম্বনা কায়রক্লবা শমজী, হরাওনা পীশুম থংলিবা, অতুগা অরেম্বদা পাম্বোম থাক্সংশিন্নদুনা কুচগী (থবাকী অতোংবগী) মখোং- দগী তংখাই কাওবা উহন্দুনা কল্লকহল্লবা, অথুপ্পা মরম পুম্নমক অসি উরগা মতম কুইনা পুক্নীংদা রাখল তৌরে । অদুগী তুংদা গোপী- শিঙি অপাম্বা পুম্নমক থাদোক্তুনা শ্রীমতি রাধিকাগী রাখলদা রাম্রবা, জগৎ শুস্নাংনবগী মশক ওইনা ফজরবা, শৃঙ্গার মূর্ত্তিমান্ কৃষ্ণনা জগত্তা শৈরিবা ভক্তশিংগী অরাংবা কোকহল্লসনু ॥২১॥

ইতি শ্রীগীতগোবিন্দ মহাকাব্যেঅক্লেশকেশবোনাম

দ্বিতীয়ঃ সর্গঃ ।

# তৃতীয় সর্গঃ

শ্রীরাধাগী কায়নবগী অরাবা হায়রবা তুং অসিদা কৃষ্ণগী কায়নবগী অরাবা হায়রি।

কংসারিরপিসংসারবাসনাবন্ধশৃঙ্খলাং।
রাধামাধায়হৃদয়েতত্যাজব্রজসুন্দরীঃ ॥১॥
ইতস্ততস্তামনুসৃত্যরাধিকামনঙ্গবাণব্রণখিন্নমানসঃ।
কৃতানুতাপঃসকলিন্দনন্দিনীতটান্তকুঞ্জেবিষসাদমাধবঃ ॥২॥

পদানুবাদঃ—কংসারিরপি [কৃষ্ণহস্থ] সংসার বাসনা [য়ুম পামবগী রাথম্না] বন্ধ [পুল্লবা] শৃঙ্খলাং [য়োংলী ওইনা]—বন্ধশৃঙ্খলাং [য়োংলী ওইনা পুল্লবী] রাধাং [রাধাবু] হৃদয়ে [থম্মোইদা] আধায় [থম্নহনা] ব্রজসুন্দরীঃ [ব্রজগী শকফজবা শিংবু] তত্যাজ [থাদোকখ্রে] ॥১॥

অনুবাদঃ— শ্রীমতি রাধিকানা থাইমতগী অথোইবনী থল্লবা শ্রীকৃষ্ণহস্থ য়ুম পামবগী রাথম্না, য়োংলীনা পুন্দুনা চংশা য়াদবগুম চংথোকপা য়াদদূনা মারবী শ্রীরাধাবু থম্মোইদা হম্নাহম্না কাজিন্দুনা থল্লুরগা মহাক্না শাউথিবা তারে হায়দুনা ব্রজগী শকফজরবী নুপী পুম্নমকপু থাদোকখ্রে ॥১॥

পদানুবাদঃ—অনঙ্গবান [কামগী তেন্না থাবগী] ব্রণ [অপোম্বনা] খিন্নমানসঃ [থম্মোই নারবা], কৃতানুতাপঃ [বাঙনা লৈরবা] সঃ মাধবঃ [কৃষ্ণ অহুনা, লক্ষ্মীগী মপুরোইবহুনা] ইতস্ততঃ [মাইকৈ খুদিংমক্তা] তাং রাধিকাং [রাধিকা অহুবু] অনুসৃত্য [থাঙ্গুল লীরুরগা] কলিন্দনন্দিনী [যমুনাগী, কলিন্দ নিংথৌগী মচানুপীগী] তটান্তকুঞ্জে [মপান্দা লৈবা কুঞ্জগী মনুংদা] বিষসাদ [ঋাথরে] ॥২॥

অরাবচু ইশৈনা হায়রি।
গুর্জ্জরীরাগ-যতিতাল।
গীতং ।৭।

**মামিয়ং চলিতা বিলোক্যবৃতং বধূনিচয়েন,**
**সাপরাধতয়াময়াপিননিবারিতাতিভয়েন।**
**হরিহরি হতাদরতয়াগতা সা কুপিতেব ॥৩॥ ধ্রুবম্ ॥**

---

অনুবাদ ঃ—অসোমদস্ম কানগী তেম্না থাহুনা অপোম্বগী মৈচাক্না খঙ্গোই নারবা, অরাবা মৈচাক থাহুন লৈরবা, কৃষ্ণ অহুনা মাইকৈ মরিমক্তা শ্রীমতি রাধিকাবু কোয়না খোঙ্গুল লীহুনা থিরুবগা থেংন-ভ্রহুনা যমুনাগী মপান্দা লৈবা কুঞ্জগী মহুংদা চংহুনা অরাবা রাখল তৌহুনা লৈব্রে ॥২॥

পদানুবাদ ঃ—ইয়ংরাধা [শ্রীরাধা অসিনা] মাং [ঐবু, কৃষ্ণ ঐবু] বধূনিচয়েন [মৌনহাময়াম্না] বৃতং [কোয়শিল্লিবসি] বিলোক্য [উরহুনা] চলিতা [চংথোকখ্রে], ময়াপি [ঐনসু] সাপরাধতয়া [ইরাল্ লৈবনা, ঐনা কায়খিবনা] অতিভয়েন [য়াম্না কিগ্রহুনা] ন নিবারিতা [খামহৌদ্রে], হরি হরি [ ওস্থোকপনি ওস্থোকপনি ] হতাদরতয়া [তরামতরাম তৌহৌদবনা, লুনা তৌহৌদবনা] সা [মহাক্না] কুপিতা ইব [অশাওবা ওইহুনা] গতা চংথোকখ্রে] ॥৩॥

অনুবাদ ঃ—রাধা অসিনা ঐসিবু মৌনহা ময়াম্না ইকোয় কোয়শিন্‌হুনা শাম্নবহ উবদা কল্লক্তুনা [খম্বন্দুনা] লংথোক্তুনা চংখ্রে, ঐনসু মঙোন্দা থরা কায়খিবা মরম্না হেন্নহুম শাওরকখ্রা হায়হুনা কিহুনা খামহৌদ্রে, ওস্থোকপনিদা !! তরাম্ তরাম্ তৌহৌদবনা শাওহুনা চংখ্রবনি ॥৩॥

কিং করিষ্যতি কিং বদিষ্যতি সা চিরং বিরহেন।
কিং ধনেন কিং জনেন কিং মম সুখেন গৃহেণ ॥৪॥
চিন্তয়ামি তদাননং কুটিলভ্রুকোপভরেণ।
শোণপদ্মমিবোপরি ভ্রমতাকুলং ভ্রমরেণ ॥৫॥

---

পদানুবাদ :— সা [মহাক্না] চিরং [মতমকুইনা] বিরহেন [কায়নর-সিদা] কিংকরিষ্য ত [কার তৌররিগবা] কিংবাদষ্যাত [করি হায়র-রিগবা] তাংবিনা [মহাক নত্তনা, মহাক লৈত্রবদা] মম [ঐগী] ধনেন কিং [লল্থুম্না কার তৌনগনি] জনেনকিং [মরূপ মপাংনা করি তৌনগনি] সুখেন গৃহেন কিং [হুংভাইনা পাল্লিবা য়ুম্না কার তৌন-গনি ॥৪॥

অনুবাদ :— শ্রীরাধা অসিনা ঐগা কায়নরবসিদা মাহ্ন কোক্লনবা কার উপায় তৌরারগবা, কনাদা কার হায়রারগবা, মহাক লৈত্রব-সিদা ঐগী লল্থুম, মরূপমপাং, হুংভাইরবা য়ুমকৈ পুম্নমক অরেম্বা ওইরে ॥৪॥

পদানুবাদ :— অহং [ঐনা] কোপভরেণ [শাউমনখিবনা] কুটিলভ্রু [শীশুম পৈরবা], ভ্রমরেণ [খোইমুনা] ভ্রমতাকুলং [পাইবনা অরাবা পীরব] শোণপদ্মংইব [অঙাংবা থম্বালগুম্নবা] তদাননং [মাগী মায়-থোংবু] চিন্তয়ামি (খল্লি) ॥৫॥

অনুবাদ :— ঐনা উবদা শ্রীরাধাহ্ন শাওমনখিবনা শীশুম লৈথরে। মাগী মায়থোং অহ্ন উবদা খোইমু তোংহ্না অরাবা পীরবা থম্বাল অঙাংবগুম নিংশে। মাগী মায়থোংহ্নবু ঐনা ইতত্তনা নিংলি ॥৫॥

তামহং হৃদিসঙ্গতামনিশং ভৃশং রময়ামি।
কিং বনেঽনুসরামিতামিহ কিং বৃথা বিলপামি ॥৬॥
থম্মোইদা ফাজিল্লবী রাধাদা হায়রি।
তন্বিখিন্নমসূয়য়া হৃদয়ং তবাকলয়ামি
তন্নবেদ্মিকুতোগতাসিনতেনতেঽনুনয়ামি ॥৭॥

পদানুবাদ :—অহং (ঐ া) হৃদিসঙ্গতাং (থম্মোইদা লোয়নজুনা লৈরবী) তাং রাধাং (রাধা অসিবু) অনিশং (ইতত্তত্তনা) ভৃশং (থোয দোক্লা) রময়ামি (শান্নরি), ইহ বনে (বন অসিদা) তাং (মহাকপু) কিং (করিগী) অনুসরামি (থোঙ্গুল লীরুগদগে, বৃথা (অবেঙ্বদা) কিং বিলপামি (করিগী তেংথাজুনা কপকদগে) ॥৬॥

অনুবাদ :—কৃষ্ণ ঐনা থম্মোইদা ফাজিন্দুনা লৈরবী রাধ অসিবু ইতত্তত্তানা থোইদোক্না শান্নবি। মাগীদমক থোঙ্গুল লীরুজুনা করি কান্নগনি অমসুং অরেম্বদ কপ্লুতনা করি কান্নগনি ॥৬॥

পদানুবাদ :—হে তন্বি! (হে শাদা ফজরবী) অসূয়য়া (খন্বনবনা, কল্লকপনা) তব (নহাকী) হৃদয়ং (থম্মোহবু) খিন্নং (লু'ঙাইত্রে হায়বা) আকলয়ামি (খল্লে), তৎ (মরম অতুনা, লু'ঙাইতব মরম্না) ত্বং (নহাক্না) কুতঃ (কদাইদবু) গতাসি (চৎপ্রবগে হায়ব) ন বেদ্মি (খংহৌদ্রে) তেন (মরম অতুনা, খংদবা মরম্না) তে (নংঙে ন্দা) ন অনুনয়ামি (নোল্লুকচত্রবনি, হায়জত্রবনি) ॥৭॥

অনুবাদ :—হে ইবেম্মা শাদা ফজরবী রাধে! খন্বনবন নহাক্কী থম্মোইহু ওম্বোক্না লুংঙাইত্রে হায়বা উরে। লুংঙাইতবতুনা কদোম্বদা চৎথোকপ্রবগে হায়বা খংহৌদ্রে। মরম অতুনা ঐনা নাংঙোন্দ হায়জবা চৎচবা তৌহৌদ্রে ॥৭॥

দৃশ্যসেপুরতোগতাগতমেবমেবিদধাসি।
কিংপুরেবসসংভ্রমংপরিরম্ভণংনদদাসি ॥৮॥
ক্ষম্যতামপরংকদাপিতবেদৃশংনকরোমি।
দেহিসুন্দরিদর্শনংমমমন্মথেনদুনোমি ॥৯॥

---

পদানুবাদ :—ত্বং [নহাক্না] মমপুরতঃ [ঐগী মাংদা] গতাগতমেব [হঙ্গংহন্দাচৎপঞুম] বিদধাসি [তৌরি] ইতি [অন্নম হায়না] দৃশ্যসে [উরে] তৎ [অতু ওইরবদি] পুরেব [মমাঙৈদা তৌবগুম্না] সসংভ্রমং [তরাম তরাম তৌতুনা] পরিরম্ভণং [আলিঙ্গনবু, রতিক্রীড়াবু] কিং ন দদাসি [পিত্রবগে ?] ॥৮॥

অনুবাদ :—ইবেম্মা নহাক্না লাক্তুনা ঐগী মাংদা হঙ্গংহন্দা চত্তুনা লৈরে হায়বসি ঐনা উরে, অতু ওইরবদি করি মরম্না মমাংঙৈদা তৌবগুম্না তরাম তরাম তৌতুনা আলিঙ্গন পিত্রবগে ? ॥৮॥

পদানুবাদ :—হে সুন্দরী ! [হে শক ফজরবী] অপরাধঃ [ইরালবু, ফত্তবা তৌথিববু] ক্ষম্যতাং [ঙাকপিয়ু], কদাপি [কৈদোঙৈদসু] তব [নহাকী নফমদা] ঈদৃশং [অসিগুম্ব] অপরং [অতোপ্পা অমা] ন করোমি [তৌররোই] মম [ঐগী ইফমদা] দর্শনং দেহি [উহনবিরো] মন্মথেন [কামনা, রতিক্রীড়াগী রাথলনা] অহং [ঐহ্] দুনোমি [চারে, অবাবা পীরে] ॥৯॥

অনুবাদ :—হে শকফজরবী রাধে ! শাউগশু, ঐনা থংদতুনা নহাকী নফমদা তৌথিবা ইরাল অতু ঙাকপিয়ু, মতুং অসিদা অমুক হন্না অসিগুম্বা চুমদবা লমচংসি চৎলরোই, হৌজিকমক দর্শন পিনবিরো রতিক্রীড়াগী রাথলনা ঐবু চাকথেরে ॥৯॥

বর্ণিতং জয়দেবকেনহরেরিদং প্রণতেন।
কেন্দুবিল্বসমুদ্রসম্ভবরোহিণীরমণেন ॥১০॥

হৌজিক শ্রীকৃষ্ণনা কামগী তেন্না পান্দুনা ঙাওরদ্বনা কামদেববু
অঙাওবনি খল্লদ্বনা হায়রক্নি ॥

হৃদিবিসলতাহারোনায়ং ভুজঙ্গম নায়কঃ,
কুবলয়দলশ্রেণীকণ্ঠে ন সাগরলদ্যুতিঃ।
মলয়জরজোনেদং ভস্মপ্রিয়ারহিতেময়ি,
প্রহর ন হরভ্রান্ত্যানঙ্গক্রুধা কিমু ধাবসি ॥১১॥

---

পদানুবাদঃ—হরেঃ [হরিবু] প্রণতেন [খুরুমজরবা] কেন্দুবিল্বসমুদ্র [কেন্দুবিল্বসমুদ্রদগী] সম্ভব [পোক্লবা] রোহিণীরমণেন [রোহিণী কোবীনুপীগা শান্নরবা, থাগীমশক ওইরবা] শ্রীজয়দেবকেন [শ্রীজয়-দেব কবিনা] ইদংগীতং [ঈশৈ অসি] বর্ণিতং [লেংঙৈজ্জে] ॥১০॥

অনুবাদঃ—শ্রীহরিগী চরণবু অকাওবা লৈতানা খুরুমজরবা, সমুদ্র-গী মশক ওইরবা কেন্দুবিল্বগ্রামদা, থাগী মশক ওইরবা শ্রীজয়দেব কবিনা কৃষ্ণগী বিরহগী ঈশৈ অসি লেংঙৈজ্জে ॥১০॥

ব্যাখ্যাঃ—মমাংঙৈদা লাইগা হিংচাবগা তিন্নদ্বনা মন্দার কোবা চিং থাদ-দ্বনা সমুদ্র নৈখি। মাদ্বদা থা থোকখি। অদুগুমদ্বনা কেন্দুবিল্বগ্রামনা সমুদ্র ওইরে, শ্রীজয়দেব কবিনা থা ওইদ্বনা থোকখি হায়দ্বনা প্রমাণ তৌবতনি ॥১০॥

পদানুবাদঃ—হে অনঙ্গ! (হে কামদেব) ত্বং (নহাক্না) প্রিয়া রহি-তেময়ি (প্রিয়াগা কাইনরবা ঐঙোন্দা) হরভ্রান্ত্য (মহাদেবনি হায়না খল্লদ্বনা) মাপ্রহর (হৈঁবিগনু) ক্রুধা (শাউদ্বনা) কিমু ধাবসি (করিগী চেনশিল্লক্লিবনো), হৃদি (থবাক্তা শিয়িবা অসিনা) বিসলতাহারঃ

কামদেববু লৈশী তেল, লীরুং পায় হায়বদগী কিয়ক্তুনা, মাঙোন্দা ওনশিন্দুনা কৃষ্ণনা হায়জরি।

পানৌমাকুরুচূতশায়কমমুংমাচাপমারোপয়,
ক্রীড়ানির্জ্জিতবিশ্বমূর্চ্ছিতজনাঘাতেনকিংপৌরুষম্।

(থম্বোগী লীক্লি), অয়ং (মাসি) ভুজঙ্গমনায়কঃ (লিলনিংথৌ, বাসুকী কৌবা লিল) ন (নত্তে), কণ্ঠে (ভকশমদা শিরিবা অসিনা), কুবলয়-দলশ্রেণী (থম্বাল অশংবা মনা পরেংনি), সা (মাসি) গরলদ্যুতি (হূগী মঙান) ন (নত্তে), অঙ্গে (হকচাংদা তৈরিবসিনা) মলয়জরজঃ (মনম হুংশিবা চন্দনমকুপ্পি), ইদং (মাসি) ভস্ম (উৎ,হামুক) ন (নত্তে) ॥১১॥

অনুবাদ:—হে কামদেব! নহাক্না প্রিয়াগা কায়নরবা ঐসিবু হাৎ-কে হায়দুনা অদুক কন্না চেনশিল্লক্লিবা করিগীনো? নহাক ওম্বোক্না ওন্নৈতেনবা রাখল তৌরে, মরমদি মহাদেবগী হকচাংদা শিরিবা লৈতেং ময়ামদু ঐঙোন্দা শিরিবসিনি হায়না নিংলমাল্লে। নত্তে য়েংউ, থবাক্তা শিরিবা অসিনা থম্বৌ খুবোমগী লীক্লি, মহাদেবগী বাসুকী কৌবা লিন্না থবাক্তা য়েৎপদু নত্তে। ভকশমদা মুরিবা অসিনা থম্বাল অশংবা মনা পরেংনি, মহাদেবনা সমুদ্র নৈবা মতমদা কালকূট কৌবা হূ থক্লুনা ভকশমদা মুবদু নত্তে। হকচাংদা রাত্তনা তৈরিবা অসিনা মনম হুংশিরবা চুয়াচন্দন অতকপা মকুপ্পি, মহা-দেবগী শম্বী উৎ তৈবদু নত্তে ॥১১॥

পদানুবাদ:—হে ক্রীড়ানির্জ্জিতবিশ্ব! (হে শান্নবনা জগৎপু ভম্নব) পানৌ (নখুত্তা) চূতশায়কং (হৈনৌমপালগী তেলবু) মাকুরু (পায়থৎ-কনু) অমুং (মাদুবু) চাপং (লীরাংদা) মা আরোপয় (হাপকৎকনু,

তস্যাএবমৃগীদৃশোমনসিজপ্রেঙ্খৎকটাক্ষাশুগ
শ্রেণীজর্জ্জরিতংমনাগপিমনোনাদ্যাপিসংধুক্ষতে ॥১২॥

কৃষ্ণনা কামদেবগী মরালছ মখাদা হায়রি।

ভ্রূপল্লবংধনুরপাঙ্গতরঙ্গিতানি
বাণা গুণঃ শ্রবণপালিরিতিস্মরেণ।
তস্যামনঙ্গজয়জঙ্গম দেবতায়া-
মস্ত্রাণি নির্জ্জিতজগন্তিকিমর্পিতানি ॥১৩॥

---

তেঙ্গা থোংগম্নু) হে মনসিজ! (হে কামদেব) মূর্চ্ছিত (রান্থরবা) জন'-ঘ'তেন (মীদাহিল্লুহুনা) তে (নংগী) কিং পৌরুষং (করি নিপা থোক্ক-দগে, করি লিন্দা ফবা থোক্কদগে) তস্যাএব (মাসিগী) মৃগীদৃশঃ (শজী অমোম মীত্তা তারবীগী)—তস্যাএবমৃগীদৃশঃ (শজী অমোম মীত্তা তারবীসিগী) প্রেঙ্খৎ (কাপথোরক্লবা) কটাক্ষ [মীৎচি] আশুগ (তেলগী) শ্রেণী (পরেংনা) জর্জ্জরিতং (থিন্দুনা রারবা, হোগায়রবা) মনঃ (পূক্নীংসিনা) অদ্যাপি (ঙসি ফাওবা, হৌজিক ফাওবা) মনাক্-অপি (খজিক্কস্তু) ন সংধুক্ষতে (ইংবা লৈত্রি, ফবা লৈত্রি) ॥১২॥

অনুবাদ ঃ—হে শাম্নবনা জগৎ জয় তৌরবা! নংগী নখুত্তা হৈনৌ মপানগী তেল পায়থংকম্নু, মাহুবু লীরুংদা থাংগৎতুনা তেঙ্গা থোংগ-ম্নু। হে কামদেব! নহাক্না প্রিয়াগা কায়নতুনা রান্থহুনা লৈরবা ঐবু কাপথুহুনা করি লিন্দা কৈ হায়বা থোক্কদগে? শজী অমোম মীত্তা তারবী রাধাগী কাপথোরক্লবা মীৎচি তেন্না পান্দুনা নাহুনা লৈরবা পূক্নীংসি হৌজিক ফাওবা করিমত্তা অনাবা কবা লৈতরি ॥১২॥

হৌজিক কৃষ্ণনা থম্মোইদা ফাদুনা থম্লবী রাধাগী মফমদা মাগী অৱাবদু হায়রি।

ভ্রূচাপেনিহিতঃকটাক্ষবিশিখোনির্ম্মাতুমর্ম্মব্যথাং
শ্যামাত্মাকুটিলঃকরোতুকবরীভারোঽপিমারোদ্যমং।
মোহস্তাবদয়ঞ্চতন্বিতনুতাংবিম্বাধরোরাগবান্
সদ্ব ত্তস্তনমণ্ডলস্তবকথংপ্রাণৈর্মমক্রীড়তি॥১৪॥

---

পদানুবাদ :—ভ্রূপল্লবং (মীত্তুম য়েম্নীংনা, নৌরবা মীত্তুম) ধনুঃ (লীরুংনি) অপাঙ্গ তরঙ্গানি (মীংচিনা কৈনা য়েংবা থিবিক্লা) বাণাঃ (তেন্নি)শ্রবণপালিঃ(নাকোংমতোম্না) গুণঃ (লীরিনি) ইতি(অসুমহায়-রিবা)তস্যাং (মঙোন্দ) অনঙ্গজয় (কামদেবক্ ভুমব) জঙ্গমদেবতায়াং রাধায়াং (চৎপা হৈরবী লাইরেন্বী রাধাদ)=তস্যাং অনঙ্গ জয় জঙ্গমদেবতায়াং রাধায়াং (মূর্ত্তি পান্দুনা চৎলবী কামদেববু জয় তৌ-রবী রাধাদা) স্মরেণ (কামদেব নহাক্না) নির্জ্জিত (ভুমথ্রবা, জয় তৌথ্রবা) জগন্তি (জগৎ পুম্নমকপু)—নির্জ্জিতজগন্তি (জগৎ পুম্নমক জয় তৌথ্রবা) অস্ত্রানি (খুংলাই ময়াম্বু) কিং অর্পিতানি (পীর-বোইরে ॥১৩॥

অনুবাদ :—হে কামদেব! রাধাগী মীত্তুম্না লীরুং ওইরবনি, মীং-চিনা কৈনা য়েংবা থিবিক্লা তেন্না ওইরবনি, নাকোং মতোম্না লীরি ওইরবনি, অসুম তৌদুনা ওইরবী, কামদেব নহাকপু ভুম্লবী, মূর্ত্তি পান্দুনা চৎলবী, রাধাসিদা নহাক্না জগৎ পুম্নমক জয় তৌরবা খুং-লাই পুম্নমক অমুক হন্না পিরমাগ্লে হায়না নিংলে ॥১৩॥

পদানুবাদ :—হে তন্বি! (হে শাদাফজরবী) ভ্রূচাপে (মীত্তুম্ লীরুংদা) নিহিতঃ (তেঙ্গাথোংলিবা) কটাক্ষবিশিখঃ (মীংচি তেন্না)

কুক্ষনা মথন্তা পুক্লীংদা বাবত্থ হায়রি।

তানিস্পর্শসুখানিতেচতরলাস্নিগ্ধাদৃশোর্বিভ্রমা,
তদ্বক্ত্রাম্বুজসৌরভং স চ সুধাস্যন্দীগিরাংবক্রিমা।
সাবিম্বাধরমাধুরীতিবিষয়াসঙ্গেঽপিচেন্মানসং,
তস্যাংলগ্নসমাধিহন্তবিরহব্যাধিঃকথংবর্দ্ধতে ॥১৫॥

মর্ম্মব্যথাং (থম্মোই হোগায়ববু) নির্ম্মাতু (তৌজসনু), শ্যামাত্মা (মচু মুরবা) কুটিলঃ (খোয়রবা) কবরীভারঃঅপি (শমজিগীশম পুন্নমক্লস্) মারোত্তমং (হাংননবা খৌরাংবু) করোতু (তৌজসনু) চ (অমস্থং) রাগবান্ (ভাংভ্রানরবা) অয়ংবিম্বাধর (তয়াল মানবা চিম্বাল অসিনা) তাবৎ (অতুক্কী মথৈ) মোহং (শুক্কাংপবু, অঙকৃপবু) তনুতাং (শন্দোকসনু) তব (নহাক্কী) সদ্বৃত্তঃ (নিংথিনা তুম্নবা) স্তনমণ্ডলঃ (কুচগী মকোয়সিনা, থবাক্কী অতোংবসিনা) মমপ্রাণৈঃ (ঐগী থন্নাই-গা লোইননা) কথং (কয়ামন্নাম, করম্ব মওং ওইনা) ক্রীড়তি (শান্ন-রি, হায়বদি ঐগী থন্নাইসিনা নংগীথবাক্কী অতোংবা কুচমণ্ডল অতুতা খন্দুনা থন্দুনা লৈরে ॥১৪॥

অনুবাদ :—হে শক ফজরবী রাধে! পীশুম লীরুংদা তেক্সা খোংজিবা মীংচি তেল ময়াম অতুনা ঐবু থিনগে হায়রবস্ থিনজ-সনু অতুগা মচুমুরবা শমজাগী শম অতুনা ঐবু হাংকে হোৎনরিবদো হাৎচসনু, ভাংভরানরবা তয়াল মানবা চীম্বাল অতুনা অতুক্কী মথৈ শুক্কাংপা পিজসনু, নহাক্কী মপুং মরা মান্নবা তুম্নবা নত্তগা পুকচেল শেংবা থবাক [স্তনমণ্ডল] অতুনা ঐগী প্রাণগা লোইননা শান্নরি ॥১৪॥

পদানুবাদ :—তানি [মখোয়সিনি] স্পর্শসুখানি [শোক্লরুবগী মুংঙাইবশিংদো]—তানিস্পর্শসুখানি [শোক্লরুবগী মুংঙাইবশিং অচুসু অসিনি] চ [অচুগা] তে [মখোয়সিনী] তরলা [ইরাহৌনা] স্নিগ্ধা [নিংথিজরবা] দৃশোঃ [মীৎ অনিগী] বিভ্রমাঃ [শান্নরিবশিংদো]—তে তরলা স্নিগ্ধ দৃশোঃ বিভ্রমাঃ [ইরাহৌনা নিংথিজরবা মীৎ অনিগী শান্নবশিংচুসু অসিনি), তৎ [মাসিনি] বক্ত্রাম্বুজসৌরভং [মায়থোং থম্বালগী মনম্ মুংশিবদো] তৎবক্ত্রাম্বুজসৌরভং [মায়থোং থম্বালগী মনম মুংশিবচুসু অসিনি] চ [অমসুং] স [মাসিনি] সুধাস্যন্দী [অমৃতথীকথরবা] গিরাং [রাহৈরাতাগী] বক্রিমা [অখোয়বদো] = স সুধাস্যন্দী গিরাং বক্রিমা [অমৃত থীকথরবা রাঙাংগী অখোয়বচুসু অসিনি], সা [মাসিনি] বিম্বাধর [তয়াল মানবা চীনগী] মাধুরী [রাশিগা লোইননা ফজরিবচুসু]—সাবিম্বাধরমাধুরী [তয়াল মানবা চীনগী রাশিগা লোইননা ফজরীবীচুসু অসিনি] ইতি [মতৌ অসুম তৌচুনা] বিষয়া সঙ্গেঽপি [ইন্দ্রিয় পুন্নমক্কা থেংনচুনসু] মানসং [পুক্নীংসিনা] তস্যাং রাধায়াং [রাধা কৌবীচুদা] লগ্ন [পকশিন্দুনা, চংশিনখিচুনা] সমাধি [পুন্নীং নীংথরে], হন্ত [অরাবনিদা] বিরহব্যাধিঃ [কায়নবগী লায়থুংসে] কথং [করম্বা মওং ওইনা] বর্দ্ধতে [চাওখৎলক্লে] ॥১৫॥

অনুবাদ :— ঐনা থম্মোইদা ফাজিন্দুনা শান্নরিবী রাধাসিদা আসোমদা রাধাগা শোক্লরুবগী মুংঙাইবচুসু অসিনা ওইরে, নিংথিজরবা ইরা হৌরবা মীৎচিগী শান্নবচুসু অসিনা ওইরে, মহাক্কী মায়থোং থম্বালগীমনম মুংশিবচুসু অসিনা ওইরে, অমৃত থীকথরবা মাগী

হৌজিক শ্রীজয়দেব কবিনা ৩য় সর্গঃ লোইবদা ভক্তশিংদা আশিষ পিহল্লি।

তির্য্যক্কণ্ঠবিলোলমৌলিতরলোত্তংসস্যবংশোচ্চরদ্
গীতিস্থানকৃতাবধানললনালক্ষৈর্ণসংলক্ষিতাঃ।
সংমুগ্ধং মধুসূদনস্যমধুরেরাধামুখেন্দৌ মৃদু
স্পন্দং কন্দলিতাশ্চিরং দদতুবঃক্ষেমং কটাক্ষোর্ম্ময়ঃ ॥১৬॥

---

রাহৈল্লাতা করেম্নবদ্ধস্তু অসিনা ওইরে, তয়ালমানবা চিনবালগী নিং-থিজরবা রাশি অত্তস্তু অসিনা ওইরে! মতৌ অসুম তৌদ্রনা ইন্দ্রিয় পূম্নমক্না হুংঙাইবা ফজবা পূম্নমক ফংলে, অত্তুবু অসোমদা হনগী মতুংদা রাহুনা শাউত্তুনা লৈন্নিবী রাধা অদূতদা পুক্নীং থমথিবনা কাউবা য়াদত্তনা ওস্লোকপনিদা !! কায়নবগী অরাবা অসুম অসুম হেনগৎলক্লে ॥১৫॥

পদানুবাদ :—তির্য্যক্কণ্ঠ [ঙক চেপ্পনা] বিলোল [হাইত্তনা] মৌলি [কোক]—বিলোলমৌলি [কোক হাইত্তুনা] তরল [তনিক তনিক্লবা] উত্তংসস্য [চূড়ানা]—তরলউত্তংসস্য [চূড়ানা হাই হুম্নবা] মধুসূদনস্য [শ্রীকৃষ্ণগী] বংশউচ্চরদ্ [বংশীদগী থোকপ্রবা] গীতিস্থান [ঈশৈগী মতাংদা] কৃতাবধান [পুক্নীং থমথিবনা] ললনালক্ষৈঃ [নুপী লক্ষ লক্ষনা] ন সংলক্ষিতাঃ [উথিদ্রবা] মধুরে [নিংথিজরবা] রাধামুখে-ন্দৌ [রাধাগী মায়থোং থাদা] সংমুগ্ধং [নিংথিজনা] মৃদুস্পান্দং [থরা থরা লৈনা য়েংবনা] কন্দলিতাঃ [য়েম্নীং হুল্লবা] কটাক্ষউর্ম্ময়ঃ [মীৎ-চিগী ঈথক খিবিক্না] বঃ [নংখোইগী, ভক্তশিঙ্গি] ক্ষেমং [য়াইফববু, মঙ্গলবু] চিরং [মতম কুইনা] দদতু [পীরসনু] ॥১৬॥

অনুবাদ :—ঙক চেপ্না য়েংবনা হাই হুম্নবা কোক্তা থোল্লিবা চূড়ানা হাইহুম্নবা [তনিক তনিক্লবা] শ্রীকৃষ্ণগী বংশীদগী থোংলক্লবা ঈশৈগী

# চতুর্থঃ সর্গঃ

হৌজিক রাধাগী চান্নরবী মতানা কৃষ্ণদা রাধাগী অৱাবা হায়বি।

যমুনাতীরবানীরনিকুঞ্জেমন্দমাস্থিতং।
প্রাহপ্রেমভরোদ্‌ভ্রান্তংমাধবংরাধিকাসখী ॥১॥

হায়গিবত্থ ঈশৈনা হায়বি।

গীতম্ । ৮ ।

কর্ণাটরাগ যতিতালাভ্যাংগীয়তে।

নিন্দতিচন্দনমিন্দুকিরণমনুবিন্দতিখেদমধীরং।
ব্যালনিলয়মিলনেনগরলমিবকলয়তিমলয়সমীরম্ ॥

---

মতাংদা পূক্রীং থমখিবনা নুপী লক্ষ লক্ষনা উথিত্রবা, নিংথিজরবা রাধাগী মায়গোং থাদা শুক্ষাংনবগী মশক ওইনা হায়ফেং হাযফেং যেংথুনা যেন্নীং শুল্লবা মীৎচিগী ইংক থিবিক্লা ভক্ত পূন্নমকী মফমদা মতম কুইনা য়াইফবা পীনরসন্নু ॥১৬॥

ইতি শ্রীগীতগোবিন্দে মহাকাব্যে মুগ্ধমধুসূদনো নাম তৃতীয়ঃ সর্গঃ।

---

**পদানুবাদঃ**—রাধিকা সখী [শ্রীরাধাগী মতানা] যমুনা তীর [যমুনা-মপান্দা লৈবা] বানীর নিকুঞ্জে [বেতস কুঞ্জবা] মন্দং [তুমিন্না] আস্থিতং [লৈরবা], প্রেমভর [প্রেমনা থুক্ষাংথুন] উদ্‌ভ্রান্তং [ঙাও-চংনরবা] মাধবং [কৃষ্ণদা] প্রাহ [হায়খি] ॥১॥

**অনুবাদঃ**—শ্রীরাধাগী অৱাবত্থ উবদা, রাধাগী মত সখীনা লাক্ল-থুনা যমুনা তুরেলগী মপান্দা বেতসকুঞ্জদা তুমিন্না চংথুনা লৈরবা, রাধাগী কায়নবগী অৱাবগা হুংশিবগী প্রেমগনা ঙাওচংনরবা কৃষ্ণদা হায়খি ॥১॥

সা বিরহে তব দীনা
মাধবমনসিজবিশিখভয়াদিবভাবনয়াত্বয়িলীনা ॥২॥
অবিরলনিপতিতমদনশরাদিবভবদবনায়বিশালং ।
স্বহৃদয়মর্ম্ম নিবর্ম্ম করোতিসজলনলিনীদলজালম্ ॥৩॥

---

পদানুবাদ :— হে মাধব ! [হে কৃষ্ণ] মনসিজ বিশিখ ভয়াৎ ইব [কামদেবগী তেল কিবদগী] ভাবনয়া [খাথম্না, ধ্যাননা] ত্বয়িলীনা [নংঙোন্দা পুল্লবী, তিল্লবী] সাদীনা রাধা [তোঙ্গবী রাধাসিনা] তব বিরহে [নংগা কায়নরবসিদা] চন্দনম্ [চন্দনবু, কস্তুরীনচিংববু] নিন্দতি [থীনা চৈরে], ইন্দুকিরণং [থাগী মঙালবু, থাবলবু] অধীরং [তপ্‌থবা য়াত্রব] খেদং [অরাবনি হায়না] অনুবিন্দতি [নীংলে], ব্যালনিলয়মিলনেন [লিনগী মকোন ওইরবা চন্দনপাম্বিগা শোক্করুবনা] মলয়সমীরম্ [মলয় পর্ব্বতকী মনম্ হুংশিরবা হুংশিৎপু] গরলমিব [হূনি হায়না] কলয়তি [খল্লে] ॥২॥

অনুবাদ :—হে ইবুংঙো কৃষ্ণ ! নহাকপু কায়নবসিদা শ্রীমতি রাধানা কামদেবগী তেলনা থাগনি হায়বা কিহুনা, করম তোৱগা ফগদগে খনবদা ইবুংঙোদা চংজরগা ফগনি খন্দুনা পুকচেল অমত্তা ওইনা ধ্যান তৌহুনা নিংখ্রে । হৌজিক হুংশিরবা চন্দন মনম্না নাতোন্দা য়ৈবদা নিন্দা তৌহুনা চৈখ্রে, অঙৈংবা থাবলবু উরগা অরাবা মপৈনি খনখ্রে, অমসুং মলয়পর্ব্বতকী নামিরবা হুংশিৎপু হূনি হায়না শিংথাখরে ॥২॥

পদানুবাদ :— স রাধা [রাধা অসিনা] অবিরল [ইতত্তত্তনা] নিপতিত [ কাপশিল্লক্লবা, পাইশিল্লক্লবা ] মদনশরাৎ [ কামদেবগী

কুসুমবিশিখশরতল্পমনঙ্গবিলাসকলাকমনীয়ং ।
ব্রতমিবতবপরিরম্ভসুখায়করোতিকুসুমশয়নীয়ম্ ॥৪॥
বহতিচলিতর্বিলোচনজলধরমাননকমলমুদারং ।
বিধুমিববিকটবিধুন্তুদদন্তদলনগলিতামৃতধারম্ ॥৫॥

---

তেন্দগী] ভবৎ (নহাকপু) অবনায় (কন্নবগীদমক) স্বহৃদয় মর্ম্মনি (মাগী থম্মোইগী অথুপ্পা লমদা) সজলনলিনীদলজালং (ঈশিংগা লোয়নরবা থম্বাল মনা মরাম্ম শারবা) বিশালং (পাক্লবা) বর্ম্ম করোতি (রানৃকক্ ফুরিৎ লৈৎলি, কবচ থাংলি) ॥৩॥

অনুবাদ:—শ্রীমতি রাধিকাসিনা মাগী থম্মোইদা ফাজিন্দুনা থম্নদ্‌ ইবুংঙো নহাকপু, কামদেবগী ইতত্তুনা কাপশিল্লক্লবা তেন্দগী কন্ন-নবা হায়দুনা থম্মোইগী অথুপ্পা লমদা ঈশিংগা লোয়নরবা থম্বাল মনানা শাবা পাক্লবা রানৃকক্ ফুরিৎ (কবচ) লৈৎলি ॥৩॥

পাদানুবাদ:—সা দীনা (লাইবক থীরবীসিনা) তব (নংগা) পরি-রম্ভ (আলিঙ্গন তৌদুনা) সুখায় (নুংঙাইননবগীদমক) ব্রতম ইব (ব্রতগী মশক ওইনা) অনঙ্গ (মথল মথা য়াম্লবা) বিলাসকলাকমনীয়ং (শান্নবা পোৎনা লৈতেংলবা) কুসুম বিশিখ (কামদেবগী) শরতল্পং (তেন্না শাবা ফমু গুম্লবা) কুসুম শয়নীয়ম্ (লৈগী শয্যাবু) করোতি (শেমলি) ॥৪॥

অনুবাদ:—লাইবক থীরবী রাধাসিনা ইবুংঙো নহাকা লোইননা আলিঙ্গন তৌদুনা নুংঙাইনা শান্নগনি হায়না থন্দুনা ব্রতগী মশক ওইনা মথল মথা অয়াম্না ফজরবা পোৎলম্না লৈতেংলবা কামদেবগী তেনগী ফমুংগী মশক ওইরবা লৈগী শর্য্যা অমা শেমগৎচরি ॥৪॥

বিলিখতিরহসিকুরঙ্গমদেনভবন্তমসমশরভূতং ।
প্রণমতিমকরমধোবিনিধায়করেচশরংনবচূতম্ ॥৬॥

পদানুবাদ :—সা [মহাক্না], রাধানা] বিকট [অকিবগী মশক ওই-রবা, তমথীরবা] বিধুন্তুদ [রাহু কৌবা হিংচাবগী] দন্তদলন [ময়ানা] হোগায়হুনা] গলিত [চেন্থরক্লবা, শিন্থরবা] অমৃতধারম্ [অমৃতগী ইচেলবু] = গলিত অমৃত ধারম্ [অমৃতগী ইচেল চেন্থরবা] বিধুং ইব [থাগুম্লবা] চলিত [শিন্থরবা] বিলোচন [মিত্তা] জলধরং [পিবু, ঈশিংবু] — চলিত বিলোচনজলধরং [মিত্তা পি শিন্থরবা] উদারং [নিংথিজরবা] আননকমলঃ [মায়থোং থম্বালবু] বহতি [পুরি] ॥৫॥

অনুবাদ :—মহাক্না তমথীরবা রাহু কৌবা হিংচাবনা অতিয়াদা থোক্লিবা থাবু ময়ানা চিক্কুনা লাক্লগা [গ্রহণ তৌরগা] থাদগী অমৃত ইচেল শিন্থরকপগুম্না মীৎ অনিমক্তা পিগী ইচেল শিন্থরবা নিংথি-জরবা মায়থোং থম্বাল পুরি ॥৫॥

পদানুবাদ : — সা দীনা [লাইবক থীরবীসিনা] রহসি [অচিকপা লমদা] কুরঙ্গমদেন [কস্তুরী চন্দননা] অসম শরভূতং [কামদেবগী মশক ওইরবা] ভবন্তং [নহাকপু] বিলিখতি [য়েকই] অধঃ [মখাদা, খোং মখাদা] মকর [ফীরাল, ঙা কীহোম] করেচ [মখুত্তমু] নবচূতং শরং [হৈনৌ মপালগী তেলবু] বিনিধায় [য়েক্লহুনা, পাইহল্লহুনা] প্রণমতি [খুরুমলি] ॥৬॥

অনুবাদ :—হে ইবুংঙো ! রাধাসিনা অচীকপা মী লৈতবা লমদা কস্তুরী চন্দননা ইবুংঙো নংগী কামদেবগী শকক্ম ওইরবা শ্রীমূর্ত্তি অহুবু য়েক্লগা অহুগী মখোং খুয়াদা ফীরাল শাবা মগী য়েক্লে অহুগা

প্রতিপদমিদমপিনিগদতিমাধবতবচরণেপতিতাহম্ ।
ত্বয়িবিমুখেময়িসপদিসুধানিধিরপিতনুতেতনুদাহম্ ॥৭॥
ধ্যানলয়েনপুরঃপরিকল্প্যভবন্তমতীবদুরাপং ।
বিলপতিহসতিবিষীদতিরোদিতিচঞ্চতিমুঞ্চতিতাপং ।৮॥

---

মথুং অনিদা হৈনৌ মপাল পায়ংল্লগা চি না চিংনা য়েংঙ্না খুন্নমই ॥৬॥

পদানুবাদ :—সা [মহাক্না, রাধানা] প্রতিপদং [পুংজা খুদিংমক্তা] ইদংঅপি (মাসুন্নসু] নিগদতি [হায়ন্নি] হে মাধব [হে ইবুংঙো কৃষ্ণ] অহং [ঐনা] তবচরণে [নংগী নখোংদা পতিতা [ওস্থোইরবনি] ত্বয়ি [নহাক্না] বিমুখে [মায় ওস্থোকখ্রবা] ময়ি সপদি [ঐঙোন্দা থীন্দনা] সুধানিধিঃ অপি [থানসু] তনুদাহং [হকচাংদা চাকথেকপবু] তনুতে [পীরে] ॥৭॥

অনুবাদ :—লাইবক থীরবী শ্রীমতি রাধিকাসিনা পুংজা খুদিংমক্তা হে মাধব ! ইবুংঙো নহাকী নখোং থুয়াদা ঐনা নোল্লুক্না থুন্নমজরবসিনি, নহাক্না মায় ওস্থোকখ্রবদা অতিয়াদা খোক্লিবা ইংলবা থা অসিনসু মৈগী মশক ওংরঙ্না থীন্দন ঐগী হকচাং পুন্নমক চাকথেক্লে অসুন্নসু হায়ন্নি ॥৭॥

পদানুবাদ :—সা [মহাক্না] অতীব দুরাপং [থোইদোক্না রানা ফংকম থোক্লবা] ভবন্তং [নহাকপু] ধ্যানলয়েন (ধ্যান তৌদুনা কাজিন্নগা) পুরঃ (মাংদা) পরিকল্প্য (শাগত্তুনা থম্লগা) বিলপতি (তংথাঙ্না কপই) হসতি (নোকই) বিষীদতি (রায়) রোদিতি (কপই) চঞ্চতি (কোয়না চৎলি) তাপং মুঞ্চতি (অন্নাবা কোক্লি) ॥৮॥

শ্রীজয়দেবভণিতমিদমধিকং যদিমনসানটনীয়ং।
হরিবিরহাকুলবল্লভযুবতিসখীবচনং পঠনীয়ম্ ॥৯॥
আবাসোবিপিনায়তেপ্রিয়সখীমালাপিজালায়তে,
তাপোঽপিশ্বসিতেনদাবদহনজ্বালাকলাপায়তে।

---

অনুবাদ ঃ—হে ইবুংঙো ! শ্রীরাধাসিনা রানা হোৎনবদা কংবা ওম-ত্রবা নহাকসিবু ধ্যান তৌদুনা ফাজিল্লগা মাগী মীৎকী মাংদা লেপ-হন্দুনা ঃয়ংল্ল য়েংলদুনা করিগুম্বা মতমদা তেংথাদুনা কপই, করিগুম্বা মতমদা নোকই, করিগুম্বা মতমদা রারি, করিগুম্বা মতমদা পংকপ্-কপ্ই, করিগুম্বা মতমদা বোয়না চৎলি, করিগুম্বা মতমদা অরাবা মৈচাক কোক্লি ॥৮॥

পদানুবাদ ঃ—(১) যদি মনসা (পুক্নীংনা) অধিকং ( থোইদোক্না ) নটনীয়ং (জগোই শানিংলবা হায়বদি হরাওনিংলবা) (২) তদা (অদু ওইরবদি) শ্রীজয়দেবভণিতং (শ্রীজয়দেব কবিনা লেংলবা) হরি বিরহ আকুল (কৃষ্ণ কায়নবনা রারবা) বল্লভ যুবতি (গোপ দুপীগী, শ্রীরাধাগী) সখীবচনম্ (মতানা হায়থ্রবা) ইদংগীতং (ঈশৈ অসিবু) পঠনীয়ং (পাবিগদবা নত্রগা শকপিগদবা ওই ॥৯॥

অনুবাদ ঃ—হে ভক্তশা ! নংথোয়গী পুক্নীংদুনা থোইদোক্না হরাও-নিংলবদি শ্রীজয়দেবকবিনা লেংলবা, কৃষ্ণগা কায়নবনা থোইদোক্না রানা নৈরবী শ্রীমতি রাধিকাগী মতা সখীনা কৃষ্ণদা হায়জখিবা ঈশৈশিং অসি শকপিগদবা ওই ॥৯॥

"(১) যদি (২) তদা" অব্যয় অনি অসি পুম্না "অদু ওইরবদি" হায়বা অর্থসিদা হায়গদবনি।

সাপিত্বদ্বিরহেণহন্তহরিনীরূপায়তে হাকথং,
কন্দর্পোঽপিযমায়তেবিরচয়ঞ্ছার্দ্দূলবিক্রীড়িতম্ ॥১০॥

গীতং ।৯।

দেশাগরাগৈকতালীতালাভ্যাং গীয়তে।

স্তনবিনিহিতমপিহারমুদারং
সামনুতেকৃশতনুরিববারম্।
রাধিকাবিরহে তবকেশব ॥ ধ্রুবম্ ॥১১॥

---

পদানুবাদ :— সা রাধা (রাধা অসিনা) আবাসঃ (য়ুম্না) বিপিনায়তে [বনগুম্না নীংলে], প্রিয়সখীমালাপি ( চান্নবী মতা সখীশিংনসু ) জালায়তে (লাংগুম্না নীংলে), শ্বসিতেন (হুংশাশোর হোন্দোয়ক-পগা লোইনরবা) তাপঃঅপি (হকচাংগী ইনিন অশাবনসু) দাবদহন-জ্বালা (বন চাক্কবা মৈগী) কলাপায়তে (মপৈগুম্না নীংব্রে) হন্ত ॥ (অরাবনিদা) ত্বদ্বিরহেন (নংগা কায়নবসিনা) হরিনীরূপায়তে (শজী অমোমগুম ওইব্রে) হা (ওন্থোকপনিদা) শার্দ্দূলবিক্রীড়িতং (কৈনা শান্নবগুম্) বিবচয়ং (শান্ন-শান্নরহ্না) কন্দর্পঃঅপি (কামদেবনসু) কথং (মতৌ করম্না) যমায়তে (যমনিংথৌগুম ওইথরে) ॥১০॥

অনুবাদ :— রাধা অসিনা ইবুংঙো নহাক্কা কায়নবসিদা রামনখিবনা ওন্নতৈম্নবা রাখলথম্লুনা য়ুম্না বনগুম থনথরে, চান্নবী সখীময়ামসিনা চংখোকপা য়াদব লাং থাকপগুম্ থনব্রে, হুংশাশোরগা লোইনরবা হকচাংগী ইনিন অশাবনসু লৈম্মে চাকপগী অকনবা মৈগুম্না নীংব্রে, অরাবনিদা !! ইবুংঙো নহাক্কা কায়নবসিদা শজী অমোমগুম ওই-ব্রবী রাধাসিনা কৈগুম্না শান্নরবা কামদেববুসু যমনিংথৌগুম নীংব্রে ॥১০॥

সরসমসৃণমপিমলয়জপঙ্কং।
পশ্যতিবিষমিববপুষিসশঙ্কম্॥১২॥
শ্বসিতপবনমনুপমপরিণাহং।
মদনদহনমিববহতিসদাহম্॥১৩॥

---

পদানুবাদ :—হে কেশব ! [হে কৃষ্ণ] তববিরহে [নংগা কায়নর-বদা] কৃশতনুঃ [ময়াং কংশিল্লবী] সা রাধা [রাধা অতুনা] স্তনবিনিহিতং [কুচদা থাঙ্গৎলবা, থবাক্তা শিরবা] উদারং [নিংথিজরবা, মমল য়াম্লবা] হারংঅপি [লীকপরেং অদুবুসু] ভারংইব [লুম্লে হায়না] মনুতে [নীংলে, খল্লে] ॥১১॥

অনুবাদ :—হে ইবুংঙো কৃষ্ণ ! রাধিকাদু ওস্তোক্লা য়ান' লৈবে, হন্দক ইবুংঙোগা কায়নবসিদা চাদথক্কবনা ময়াং কংগ্রতুনা মথবাক্তা শিরিবা মমল য়াম্লবা মণি মুক্তাগী লীক পরেং অদু ফাওবা পুবা ওল্লরোইদৌমাল্লে অসুম হায়না খল্লে ॥১১॥

পদানুবাদ :—সা রাধা (রাধাসিনা) বপুষি (মশাদা তৈরিবা) সরসমসৃণং (মনম মুংশিনা নিংথিজরবা) মলয়জপঙ্কং (চন্দন অতকপবুসু) বিষং ইব (হুগুম) সশঙ্কং (চিংননা) পশ্যতি (উরে) ॥১২॥

অনুবাদ:—শ্রীমতি রাধিকাসিনা মশাদা লৈতেং ওইনা তৈরিবা, মহী লাংনা মনম মুংশিনা লুনা ফজরবা কস্তুরী কুঙ্কুমনচিংবা চন্দন অতকপাশিংসিবু হুনি হায়না নিংখরে হায়বদী মাদু তৈরুবগী কন্নিমত্তা ঈংবা লৈথিদ্রে ॥১২॥

পদানুবাদ :—সা (মহাক্না) অনুপম পরিনাহং (চাংদমনীংঙাই লৈতনা শাংলবা) শ্বসিতপবনং[মুংশাস্বরগী মুংশিৎপুসু]সদাহং [মৈরিগা

দিশিদিশিকিরতিসজলকণজালং।
নয়ননলিনমিববিদলিতনালম্ ॥১৪॥
নয়নবিষয়মপিকিশলতল্পং।
গণয়তিবিহিতহুতাশবিকল্পম্ ॥১৫॥

---

লোয়নরবা] মদনদহনংইব [কামদেবগী মৈগুম্না] বহতি [পুরে] ॥১৩॥

অনুবাদ :—মহাক্না চিংনা চিংনা ফুহনা হোল্লবা তুংশাম্বরবুস্থ মৈ-রীগা লোয়নরবা কামদেব কৌবা লাইগী মৈনী হায়না পুরে ॥১৩॥

পদানুবাদ :—সা [মহাক্না] সজলকণজালং [পী মতুম খিবিক্কা লোয়নরবা] নয়ননলিনং [মীৎ থম্বালচুবু] বিদলিত [কেল্লবা] নালং [মখোক] পদ্ম'ইব [থম্বালগুম্না] = বিদলিত নালংপদ্ম'ইব [মখোক্ক-গী কেল্লক্কবা থম্বালগুম্না] দিশিদিশি [মাগকৈ মায়কৈ খুদিংদা] কির-তি [চাইথোক্লি, য়েংলি] ॥১৪॥

অনুবাদ :—মহাক্না পিগীমতুম খিবিক্কা লোয়নরবা মীৎ থম্বাল অচুবু মখোক কেন্দুনা তারক্কবা থম্বালগী মতোঙুম্ন মাংকে মাইকৈ খুদিং-দা চাইথোক্লি হায়বদি কৃষ্ণগা কাযনবদা বদোমদা লাক্কবগে হায়দুনা লৈনা লৈনা য়েংবতনি ॥১৪॥

পদানুবাদ :—সা [মহাক্না] নয়নবিষয়ং [মমীৎনা উরবা] কিশলয় তল্পং অপি [লৈ মনা অনৌবগী শয্যা অচুবুসু] বিহিত [তৌরদুনা] হুতাশ [মৈনী হায়না] বিকল্পং [নিংনববু] = বিহিত হুতাশবিকল্পং [মৈনী হায়না চিংননা] গণয়তি [থল্লি, শিংথারি] ॥১৫॥

অনুবাদ :—মহাক্না কুঞ্জদা উনা অনৌবা, লৈ অনৌবনা শেম্লিবা শয্যা অচুবু মমীৎমক্না উরবদুদা ওম্নতৈনা খনগ্রদুনা মৈবুল অমা লৈরে অসুম হায়না নীংঙ্গে ॥১৫॥

ত্যজতি ন পানিতলেনকপোলং।
বালশশিনমিবসায়মলোলম্ ॥১৬॥
হরিরিতি হরিরিতি জপতিসকামম্।
বিরহবিহিতমরণেবনিকামম্ ॥১৭॥

---

পদানুবাদ :—সা [মহাক্না] পানিতলেন [মখুৎ মতোম্না সায়ং [য়াচংবা মতমদা] অলোলং [লেংদনা লৈববা] বালশশিনংইব [অনৌবা থাগুম্লবা, নিনি পানবা থাগুম্লবা] কপোলং [খজাইবু] ন ত্যজতি [থাদোক্তে] ॥১৬॥

অনুবাদ :- শ্রীরাধানা মহাক্না ভাংগুানরবা মখুৎ মত্তোম্না য়াচংবা মতমদা লেংদনা থোক্তনা লৈরবা নিনিদা ভাইনা পানখংলক্লিবা অনৌবা থাগী মশক ওইববা খজাইবু থাদোক্তে॥ [চাংদম্নবা অসিদা [ উপমা তৌবসিদা ] যাচংবদা অতিযাগী ভাংগুরানরবা মচুগা, ভাংগুরানরবা রাধাগী খুৎকা পাবা, অহুগা নিনিতা ভাইরিবা পানখংলকপা থানা মচেৎ অমা উই, মচেৎ অমা উদে, অহুগুমহুন খজাই অহুম্ন খুৎনা খঞ্জিন্দুনা মচেৎ অমা উই, মচেৎ অমা উদে। মরম অসিনা খজাইগা থাগা পান্দম্ তৌরি ॥১৬॥

পদানুবাদ :—সা [ মহাক্না ] তব [ নহাক্না ] বিরহ [ কায়নবনা ] বিহিত [ওইবহুনা] মরণাইব [অশিবীগুম্ন ]— বিরহ বিহিত মরণাইব [কায়নবনা শিগনি হায়বা মওংগুম্না ওইরহুনা] হরিঃ ইতি হরিঃ ইতি [হে হরি ! হে হরি ! অম্নুম্না হায়হুনা] নিকামং [থোইদোক্না] সকামং [পামশিম্না] জপতি [শোম্লী, লাওরি ॥১৭॥

শ্রীজয়দেবভণিতমিতিগীতং ।
সুখয়তু কেশবপদমুপণীতম্ ॥১৮॥
সারোমাঞ্চতিশীৎকরোতিবিলপত্যুৎকম্পতেতাম্যতি,
ধ্যায়ত্যুদ্ভ্রাম্যতিপ্রমীলতিপতত্যুদ্যাতিমূর্চ্ছত্যপি ।

---

অনুবাদ :—হে ইবুংঙো ! শ্রীরাধাসিনা নহাক কায়নংশিদা ঐহাক শিবা তারে হায়না কম্না খনগ্রহনা মীনা শিরমদাইদা হরিনাম শোনবগুম্না হে হরি ! হে হরি ! অসুম হায়না থে ইদোক্লা পামশিন্না লাওরি । পামশিন্না শোল্লবদি হন্দক্কী মপোক্ত [ইহজন্মদা] ফংগ্রব-সু হয়েংমুক্কী মপোক্তা [পরজন্মদা] শোইদনা ফংগনি হায়ব রাখল খন্নে । মরম অদুনা রাধানা পামশিন্না শোনবনি ॥১৭॥

পদানুবাদ :—শ্রীজয়দেবভণিতং [শ্রীজয়দেব কবিনা লেংলবা] ইতি গীতং [ঈশৈ অসিনা] কেশবপদং [কৃষ্ণগী খোংদা] উপনীতং খুংলবা, য়োরবা] ভক্তং [ভক্তবু] সুখয়তু [হুংডাইহল্লসনু] ॥১৮॥

অনুবাদ :—শ্রীজয়দেব কবিনা লেংলবা ঈশৈ অসিনা কৃষ্ণগী চরণদা পুক্নীং থম্নবা ভক্তশিংগী মফমদা হুংডাইবা পিনরসনু ॥১৮॥

পদানুবাদ :—সা [মহাক] রোমাঞ্চতি [মতুচুংলি] শীৎকরোতি [লাওরি, আলিঙ্গন তৌরকপা মতমদা হুপীনা নিপা কিদুনা লাওব-হুবু শীৎকার কৌই] বিলপতি [কপই] উৎকম্পতে [তনীকৃতনীকই] তাম্যতি [শোক্নে] ধ্যায়তি [মমীৎ উইশিন্দুনা নীংই] উদ্ভ্রাম্যতি [ভাওচৎনৈ] প্রমীলতি [চোকথদুনা তুমই] পততি [তুই] উদ্যাতি [হৌগত্তুনা চেন্নি] অপি [অমসুং মূর্চ্ছতি [রানথৈ], হে স্বর্বৈদ্যপ্র-তিম ! [হে লাইগী মাইবগা মান্নবা, হে অশ্বিনীকুমারগা মান্নবা]

এতাবত্যতনুজ্বরেবরতনুর্জীবেন্নকিন্তেরসাৎ,
স্বর্বৈদ্যপ্রতিমপ্রসীদসিযদিত্যক্তোঽন্যথাহস্তকঃ ॥১৯॥
স্মরাতুরাংদৈবতবৈদ্যহৃদ্যত্বদঙ্গামৃতমাত্রসাধ্যাম্।
বিমুক্তবাধাংকুরুষেনরাধামুপেন্দ্রবজ্রাদপিদারুণোঽসি ॥২০॥

---

যদি ত্বং [নহাক্না] প্রসীদসি [থোজালবিরবা] তদা [অদু ওইরবদি] সাবরতনুঃ রাধা [হকচাং খিবিক্তগী থোইদোক্লবী রাধাসিনা] এতাবতি [অসি ফাওবা ওইশিল্লক্লবদা] অতনুজ্বরে [কামগী লাইহৌদা, রতিক্রীড়াগী লাইহৌদা]—এতাবতি অতনুজ্বরে [কামগী লাইহৌনা অসি য়োঁশিল্লক্লবদা] তে রসাৎ [নহাক্কী হিদাক্তগী, নহাক্কী আলিঙ্গনদগী] কিংনজীবেৎ [করিগী হিংলোইদগে হায়বদি অনাবা ফত্তুনা হিংগনি] অন্যথা [অদুনত্রবদি] হস্তকঃ ত্যক্তঃ [থুৎথাবা তারে] ॥১৯॥

অনুবাদ :—মহাক্না ইবুঙো নহাক্না কায়নবসিদা ঙাইহাক মতুচুংই, মুক লাওই, অমুক কপ্ই, অমুক তনীক্ তনীকই, অমুক শোইহে, অমুক মমীৎ উইশিন্দুনা ধ্যান তৌই, অমুক ঙাওচৎনৈ, অমুক মশা চোকপত্তুনা তূমই, অমুক তুথৈ, অমুক হৌগৎতুনা চেল্লি, অমুক রাইহে। হে অশ্বিনীকুমারবু হেন্না হৈরবা মাইবা! মতৌ অসুন্না কামগী লাইহৌন অসি য়োঁনা কন্ন নাথ্রবসিদা ইবুংঙো মাইবনা থোজালবিত্তুনা নহাক্কী হিদাক [রতিক্রীড়া আলিঙ্গন] থাবিরবদি শোইদনা ফগনি অদু নত্রবদি অনাবা থুং থাবা তারে ॥১৯॥

পদানুবাদ—হে দৈবতবৈদ্যহৃদ্য [হে লাইগী মাইবদগী হেন্না নিংথিজরবা] যদি স্মরাতুরাং [রতিক্রীড়াগী রাখলনা নাত্তুনা লৈরবী] ত্বদঙ্গসঙ্গামৃতমাত্রসাধ্যাং [নহাক্কী হকচাংগা তিন্নবগী অমৃত অত্তুনা

অন্নমা মারবী রাধাসিনা নংবু থন্দুনা হিংবহ্ন হায়রি।

কন্দর্পজ্বরসংজ্বরাতুরতনোরাশ্চার্যমস্যাশ্চিরং,
চেতশ্চন্দনচন্দ্রমঃকমলিনীচিন্তাসুসংতাম্যতি।
কিন্তুক্ষান্তিরসেনশীতলতরংত্বামেকমেবপ্রিয়ং,
ধ্যায়ন্তীরহসিস্থিতাকথমপিক্ষীণাক্ষণংপ্রাণিতি ॥২১॥

---

অনাবা কোকদৌরিবা] রাধাং [রাধাসিবু] বিমুক্ত [কোকহনবা] বাধাং [অনাববু] – বিমুক্ত বাধাং [অনাবা কোকহনবা] ন কুরুষে [তৌবিত্রব] তদা [অহু ওইরবদি] ত্বং [নহাকসে] উপেন্দ্রবজ্রাৎঅপি [শোরারেনগী বজ্রদগীসু হেন্না] দারুণঃ অসি [তম্‌থীগ্রে ॥২০॥

অনুবাদ :—হে লাইগী মাইবদগী হেন্না পুকচেল ফজরবা ! রতি-ক্রীড়াগী রাথম্না নাহুনা লৈরবী অমহিক্তি নহাকপু উমবগী হুংঙাইবা অমৃত অহুতনা অনাবা ফগদৌরিবী শ্রীমতি রাধিকাসিবু নহাক্না লায়য়েংবিহুনা অনাবা ফহন্দ্রবদি নহাক্নী থম্মোইদো শোরারেনগী নোংমৈশিংজংদগীসু হেন্না কনবা তারে ॥২০॥

পদানুবাদ :—হে কৃষ্ণ ! [হে ইবুংঙো কৃষ্ণ] কন্দর্পজ্বর [কামগী মৈচাক্না, রতিক্রীড়াগী মৈচাক্না] সংজ্বরাতুরতনোঃ [থোইদোক্না চাকপা হকচাং ওইরবী] অস্যাঃ [মহাক্নী] চেতঃ [পুক্নীংসিনা] চন্দন চন্দ্রমঃ কমলিনী চিন্তাসু [চন্দননে থানে থম্বালনে খল্লুবদা] চিরং [মতমকুইনা] সংতাম্যতি [থোইদোক্না রাথরে] ইদং আশ্চর্য্যং [মসি অঙকপনি] কিন্তু [তৌইগুম্বসুং] ক্ষীণা [য়াং কংশিল্লবী] রহসিস্থিতা [অচিকপদা লৈরবী] শীতলতরং [থোইদোক্না ইংলবা] একং এব প্রিয়ংত্বাংধ্যায়ন্তী [চান্নবদি নহাক নথন্তনি খল্লবী] সা রাধা [রাধা-

অমুকস্থু রানা হিংবদু হায়রি।

**ক্ষণমপিবিরহঃপুরানসেহেনয়ননিমীলনখিন্নয়াযয়াতে। শ্বসিতিকথমসৌরসালশাখাং চিরবিরহেণবিলোক্যপুষ্পিতাগ্রাং ॥২২॥**

---

সিনা] কান্তিরসেন [খামজিনবগী হুংঙাইবনা হায়বদি নহাক্কা লোইনবা উমঙনা রতিক্রীড়া শান্নখিগনি হায়বা খন্দুনা] ক্ষণং [মতমখরদং] প্রাণিতি [থরাই হিংলি] ॥২১॥

**অনুবাদ**:—হে কৃষ্ণ! কামগী মৈচাক্কা থোইনা চাক্লবী মাগী পুক্নীংসীনা চন্দন, থা অমসুং থম্বালবু থল্লুবদা অরোইব লৈতনা থোইনা রাখরে। অঙকপনি! অদুবু য়াং কংশিল্লবী অচীকপদা লৈরবী থোইনা ঈংলবী নহাক্কবু চান্নবনি হায়না খঞ্জরবী রাধাসীনা নহাক্কা লোয়ননা শান্নবা কংখিগনি হায়না পুক্নীং ফাজিন্দুনা মতম্ খরদং থরায় হিংলি ॥২১॥

**পদানুবাদ**:—হে কৃষ্ণ! [হে ইবুংঙো কৃষ্ণ] নয়ননিমীলন [মীৎ উইশিনবদা] খিন্নয়া [রারবী] যয়া [মহাক্কা] তে [নহাক্কী] বিরহঃ [কায়নবসি] পুরা [মমাংঙৈদা] ক্ষণং অপি [মীকুপ অমত্তম্] নসেহে [খাংবা ঙমখিদ্রবনি] অসৌ [মহাক্কা] চিরবিরহেন [কুইনা কায়নরবসিদা] পুষ্পিতাগ্রাং [মত্তোম্দা মপাল শাৎলবা] রসাল শাখাং [হৈনৌ মশাবু] বিলোক্য [য়েংলদুনা] কথংঅপি [করম্বা মওং অমা ওইনা] শ্বসিতি [হুংশাম্বয় হোল্লি, হিংলি] ২২॥

**অনুবাদ**:—হে ইবুংঙো কৃষ্ণ! শ্রীরাধাসিনা মমাংঙৈদা ইবুংঙোবু য়েংবদা মীৎকুপ্পা নাইহনা উইশিনবা অঙ্গুত্তবু কৃষ্ণ য়েংবদা হৈখায়

হৌজিক অমাবগী রারী লীবা তোক্তুনা ভক্তশিঙ্গি মফমদা আশিষ পিহল্লি

বৃষ্টিব্যাকুলগোকুলাবনরসাদুদ্ধৃত্যগোবর্দ্ধনং,
বিভ্রদ্বল্লববল্লভাভিরধিকানন্দাচ্চিরং চুম্বিতঃ।
দর্পেণৈবতদর্পিতাধরতটীসিন্দুরমুদ্রাঙ্কিতো,
বাহুর্গোপতনোস্তনোতুভবতাং শ্রেয়াংসিকংসদ্বিষঃ ॥২৩॥

---

হায়হুনা রাঙ্গবনি অমসুং মীংকুপ অমত্তবু থা'বা ভমখিত্রবনি, তৌজিক মহাক্সা মতমকুইনা ইবু'ঙোগা কাযনবসিদা শিঙ্কম থোক্ত-বসিবু মপাল শারবা হৈনৌমশাশিং অসি য়েংহুনা সুংশাম্বর হোন্দুনা হিংহুনা লৈরি ॥২২॥

পদানুবাদ ঃ—গোপতনোঃ (গোপগী হকচাং ওইনা পোক্রবা) কংস-দ্বিষঃ (কংসগী য়েক্লবগী, শ্রীকৃষ্ণগী) বৃষ্টিব্য'কুল (নো'চুবনা রারবা) গোকুল (গোকুলবাসীশিংবু) অবন কনবিগে হায়বা) রসাৎ (হরাও-বদগী) দর্পেণ এব (নাপল্গা লোযননা) গোবর্দ্ধনং উদ্ধৃত্য (গোবর্দ্ধন কোবা চীংবু থাঙ্গত্তুনা) বিভ্রং (পুথ্রব'), বল্লভ (গো'পগী) বল্লভাভিঃ (নুপী ময়াম্না) অধিক আনন্দাৎ (য়াম্না হরাওথ্রহুনা) চিরং চুম্বিতঃ (মতম কুইনা চুপথ্রবা), তৎ—তাসা' (মখোয়গী' অর্পিত (হাপ্লবা, তৈরবা)) অধরতটী (চীনমপান্দা) সিন্দুর (সিন্দুরন)—তদ্ অর্পিত অধরতটীসিন্দুর (মখোয়গী চীনমপান্দা তৈরব সিন্দুরনা) মুদ্রাঙ্কিতঃ (য়েক্লবা, তৈরবা) বাহুঃ (পাম্বোমহুনা) ভবত ঃ (নখোয়গী, ভক্তশিংগী) শ্রেয়াংসি (মঙ্গল পুন্নমক) তনোতু (য়েনবিরসন্নু) ॥২৩॥

অনুবাদ ঃ—গোপগী হকচাং ওইনা অবতার তৌ'রবা, কংসনিংথৌ-গী য়েক্লব, শ্রীকৃষ্ণগী নো'ংচুবনা রারবা গে কুলবাসীশিংবু কন্নবগী

# পঞ্চমঃ সর্গঃ

হৌজিক কৃষ্ণগী নাক্তা লৈরিবী সখীদুনা কৃষ্ণগী পাও পুদুনা লাক্লগা রাধাদা হায়খি।

**অহমিহনিবসামিযাহিরাধামনুনয়মদ্বচনেনচানয়েথাঃ।**
**ইতিমধুরিপুণাসখীনিযুক্তাস্বয়মিদমেত্যপুনর্জ্জগাদরাধাম্ ।১॥**

---

দমক নাপল্‌গা লোয়নন গোবর্দ্ধন কৌবা চীংবু ফুক্তুনা থাংক্লগা মখাদা চংদুনা লৈচনখ্রবা, মাহু উবদা হবাওখ্রদুনা গোপীশিংনা চুপ্পদা মখোয়গী তৈবিবা সিন্দুরনা পুমডাং শাংন তৈরবা, পাম্বোম অহুনা জগত্তা লৈবিবা ভক্তশিঙ্গি মঙ্গল য়েনবিবসনু ॥২৩॥

ইতি শ্রীগীতগোবিন্দে স্নিগ্ধমধুসূদনো নাম চতুর্থঃ সর্গঃ।

---

**পদানুবাদ :**—হে সখি (হে ইবেম্ম পাউ পুবী) অহং (ঐহাক) ইহ কুঞ্জে (কুঞ্জ অ সদা) নিবসামি (লৈবমগে) রাধাংপ্রতি (রাধাগী মনাক) যাহি (চংলুচো) অনুনয় (থৌমজিল্লুচো) চ (অমসুং) মদ্বচনেন (ঐগী ৱাহৈগা লোয়নননা হায়বদি ঐনা লাক্কেবা য়াদে হায়দুনা) আনয়েথাঃ (পুরক্কদবনি) ইতি (অসুমহায়না) মধুরিপুণা (কৃষ্ণনা) নিযুক্তা (থৌদাববী) সখী (সখীদুনা, দূতীনা) স্বয়ং (মশামক্না) এত্য [লাক্লদুনা] রাধাং [রাধাদ] পুনঃ [অমুক হন্না] ইদং [মাসিবু] জগাদ [হায়খি] ॥১॥

**অনুবাদ :**—হে পাওপুবী সখি! ঐহাক কুঞ্জ অসিদা নহাক্না লাক্কিবা ফাওবা ঙাইদুনা লৈরমগে, নহাক রাধাগী মনাক্তা চংলুচো মহাকপু থৌমজিল্লুচো অমসুং লাক্কবা য়াদে হায়দুনা ঐগী ইন্নাক্তা পুরক্কদৌবনি, অসুম হায়বা কৃষ্ণগী ৱা অসি তারদুনা সখীদুনা রাধাগী নাক্তা লাক্লদুনা মখাদা হায়রিবা পুন্নমক অসি হায়খি ॥১॥

সখীনা হায়বতু ঈপৈন। হায়খি।

গীতং ।১০।

বরাড়ীরাগরূপকতালাভ্যাংগীয়তে।

বহতিমলয়সমীরেমদনমুপনিধায়।
স্ফুটতিকুসুমনিকরেবিরহিহৃদয়দলনায় ॥
সখিসীদতিতববিরহেবনমালী ॥২॥ ধ্রুবম্ ॥
দহতিশিশিরময়ুখেমরণমনুকরোতি।
পততিমদনবিশিখেবিলপতিবিকলতরোঽতি ॥৩॥

---

পাদানুবাদ :—সখি রাধে! (হে সখি রাধে) মদনং (কামদেববু) উপনিধায় (লোয়নবতুনা, নকশিন্নবতুনা) মলয়সমীরে (মলয় নুংশিৎ-ন) বহতি [শিৎলক্লবদা] বিরহি হৃদয় দলনায় (কায়নরবশিঙ্গি থম্মোই হোগায়নবগী দমক) কুসুম নিকরে [লৈ মপৈনা] স্ফুটতি [শাৎলক্লবসিদা] বনমালী [কৃষ্ণনা তব বিরহে [নংগা কায়নবসিদা] সীদতি [বানা লৈরে] ॥২॥

অনুবাদ :—হে ইতা ইবেম্মা রাধে! হৌজিক মলয় নুংশিৎনা কামদেববু লোইনজেমতুনা শিংলক্লবসিদা অমসুং উবদা কায়নরম্মা নিপা ভুপীশিঙ্গি থম্মোই হোগায়নবগী মশক ওইরবা লৈ মপৈ শাৎ-লক্লবসিদা নবুংঙো শ্রীকৃষ্ণতুনা নংগা কায়নবসিদা ওম্মোক্লা রানা লৈরে ॥২॥

পাদানুবাদ :—সঃ [মহাক্লা] শিশিরময়ুখে [থাবক্লা, ইংলেবা মঙাক্লা] দহতি [চাক্লক্লবদা] মরণংঅনুকরোতি [শিগদোগুম তৌরে], মদন বিশিখে [কামদেবগী তেম্না] পততি [থিল্লবদা, থারবদা] অতিবিক-লতরঃ [থোইদোক্লা বাপ্রতুনা] বিলপতি [তেংথাতুনা কপই] ॥৩॥

ধ্বনতিমধুপসমূহেশ্রবণমপিদধাতি।
মনসিবলিতবিরহেনিশিনিশিরুজমুপযাতি ॥৪॥
বসতিবিপিনবিতানেত্যজতিললিতমপিধাম।
লুঠতিধরণিশয়নেবহুবিলপতিতবনাম ॥৫॥

---

অনুবাদ :—নবুংঙো কৃষ্ণসে থাবনগী অচ'বনা চাকথেক্তুনা 'শগ-দোগুম তৌরে। অহুগা কামদেবগী তেন্না থাহনা অরাবগা লোই-ননা তেংথাহনা কপ্লি ॥৩॥

পদানুবাদ :—মধুপ সমূহে [হয়ীংখোই মপৈনা] ধ্বনতি [ভুংলক্ল-বদা] শ্রবণং [মনাকোং] অপিদধাতি [মেনশিল্লি] মনসি [পুক্নীংদা] বলিত [হেনগংলক্লবদা] বিরহে [কায়নবগী মৈচাক] — বলিত বিরহে [কায়নবগী মৈচাক হেনগংলক্লবদা] নিশিনিশি [অহিংঅহিং খুদিংদা] রুজংউপযাতি [অনাবা হৌরে] ॥৪॥

অনুবাদ :—ইবুংঙোসিনা হয়ীংখোই ময়াম্না ভুংবা তারগা খাৎক্লু-না মনাকোং অনি মেনশিল্লি অহুগা পুক্নীংদা কায়নবগী মৈচাক্ল চাকপা হেজিংক্লবদা অহিং অহিং খুদিংদা অনাবা হৌরে ॥৪॥

পদানুবাদ :—সঃ [মহাক্না] বিপিন [বন] বিতানে [অপাকপদা] = বিপিন বিতানে (অপাকপা বনদা) বসতি (লৈরে) ললিতং অপি (কজহনস্থ) ধাম (ময়ুম্থু) ত্যজতি (থাদোক্লে) ধরণিশয়নে (লৈপাক্লা হিপ্নহনা, লৈপাক্লা কমুং ওইহনা) লুঠতি (ওম্হোইহনা লৈরে) তব নাম (নহাক্কী মমীং শোল্লহনা) বহু বিলপতি (য়াম্না তেংথাহনা কপ্লে) ॥৫॥

ভণতিকবিজয়দেবেবিরহবিলসিতেন।
মনসিরভসবিভবেহরিরুদয়তুসুকৃতেন ॥৬॥

শ্রীকৃষ্ণনা অমুকম্ব মহাকপু ফংননবগীদমক উৎকণ্ঠা তৌবি।

পূর্ব্বংযত্রসমংত্বয়ারতিপতেরাসাদিতাঃসিদ্ধয়
স্তস্মিন্নেবনিকুঞ্জমন্মথমহাতীর্থেপুনর্মাধবঃ।

---

অনুবাদঃ—মহাক পাক্লবা বনমন্নুংদা চংহুনা অরাবা রাখস্তা থম্মুনা লৈরে, নিংথিজরবা ময়ুম শঙ্গাইদি লংখোক্রে। অমাবা মৈচাক থাংবদা পৃথ্বী লৈমাই থক্তা ওন্থোইহুনা ন গী নমীং শোল্ল-শোল্লহুনা তেংথাহুনা লৈরে ॥৫॥

পদানুবাদঃ—কবিজয়দেবে [জয়দেব কবিন] বিরহ [কায়নহুনা] বিলসিতেন [শান্নবগা লোয়ননা] ভণতি [লংলবাসদ] হ নঃ [হরি-সিনা, কৃষ্ণসিনা] গায়তাং [শক্লিবশিংগী] সুকৃতেন [পুণ্যগী ফলনা] রভস বিভবে [প্রেমনা মরল ওইরবা] মনসি [পুক্নীংদা] উদয়তু [থোক্লসহু, ঙাল্লসহু] ॥৬॥

অনুবাদঃ—জয়দেব কবিনা বাধাবৃষ্ণ অনিমক্কা কাযনতুনা হানা শান্নরবা মতাংগা লোযননা লেংলবসিদা, শ্রীবৃষ্ণনা মাসিবু তাজরি-বা ভক্তশিং অতগী পূণ্যগী ফলনা প্রেমনা মরল ওইরবা পুক্নীং অতুদা ঙানবিরসনু ॥৬॥

পদানুবাদঃ—হে রাধে [হে সখি রাধে] মাধবঃ [বৃষ্ণসিনা] পূর্ব্বং [মমাংঙৈদা] যত্র [মফম অতুদা] ত্বয়াসমং [নংগা লোয়ননা] রতি-পতেঃ [কামদেবগী, রতিক্রীড়াগী] সিদ্ধযঃ [সিদ্ধি ময়াম হাযবদি আলিঙ্গন, চুম্বননচিংবা পুন্নমক] আসাদিতাঃ [ফংগ্রবা] তস্মিন এব

ধ্যায়ংস্ত্বামনিশং জপন্নপি তবৈবালাপমন্ত্রাক্ষরং
ভূয়স্তৎকুচকুম্ভনির্ভরপরীরম্ভামৃতং বাঞ্ছতি ॥৭॥

শ্রীমতি রাধিকাবু থুনা চৎনবন্থ সখীনা ঈশৈনা হায়রক্লি।

গীতং ।১১।

গুর্জ্জরীরাগৈকতালী ভ্যাং গীয়তে।

রতিসুখসারে গতমভিসারে মদনমনোহরবেশং।
নকুরু নিতম্বিনি গমনবিলম্বনমনুসর তং হৃদয়েশং ॥

---

[অন্থদা] নিকুঞ্জ [নিকুঞ্জনা, লতাগৃহনা] মন্মথ [কামদেবগী, রতিক্রীড়াগী] মহাতীর্থে [অচৌবা তীর্থ ওইরবা]=তস্মিন্ এব নিকুঞ্জ মন্মথ মহাতীর্থে [নিকুঞ্জগী মশক ওইববা কামদেবগী অচৌবা তীর্থ অন্থদা] পুনঃ [অমুক হন্না] ত্বাং নহাকপু] অনিশং [ইতত্তত্তনা] ধ্যায়ন্ [নীংল-নীংলহনা] তবএব [নংতগী] আলাপমন্ত্রাক্ষরং [ৱা ডাংথোক্লকপনা মন্ত্রগী ময়েক ওইবিবা অন্থবু] জপন্ [শোল্ল শোল্লহনা] ভূয়ঃ [হন্না হন্না] তৎ [নহাক্কী কুচকুম্ভ [থবাক্কী অতোংবদা] নির্ভর [চেৎনা] পরীরম্ভামৃতং [আলিঙ্গন তৌবগী থুংঙাইবহুবু] বাঞ্ছতি [নিংলি, পামলি] ॥৭॥

অনুবাদ :—হে ইবেম্মা রাধা! ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণসিনা মমাংদৈদা নহাক্কা লোয়ননা শান্নহনা রতিক্রীড়াগী আলিঙ্গননচিংবা থৌরম পুন্নমক পাংথবা অহ্নগুম্বা কামদেবগী তীর্থগী মশক ওইরবা নিকুঞ্জ অন্থদা লৈরহনা ইবেম্মনা ডাংথোকখিবা ৱাতা থোন্দা খিবিক অন্থবু মন্ত্রনি অসুম হায়না খল্লহনা অমুক হন্না ইবেম্মগী চাওরবা থবাক্কী অতোংবা (কুচকুম্ভ) অন্থবু চেৎনা আলিঙ্গন তৌবহত্তা নিংহনা লৈহোরে ॥৭॥

ধীরসমীরেযমুনাতীরেবসতিবনেবনমালী।
গোপীপীনপয়োধরমর্দ্দনচঞ্চলকরযুগশালী ॥৮॥ধ্রুবম্॥

পদানুবাদঃ—হে নিতম্বিনি! (হে নীংদা ফজরবী) গমনবিলম্বনং (চৎপদা থীনবা, অভিসারগী মতম হেন্দোকপবু) ন কুরু (তৌগনু) রতিসুখসারে (রতিক্রীড়াগী নুংঙাইবনা অথোইবা ওইনা থন্দুনা) অভিসারে গতং (ঈঙ্গিত তৌনবা মফমদা লাক্লব) মদনমনোহরবেশং (কামদেবগী শুন্দুংনবগী মশক ওইরবা ফীজেৎ শেৎলবা) ত্বহৃদয়েশং কৃষ্ণং (থম্মোইগী মপু ওইদুনা লৈরবা কৃষ্ণতবু) অনুসর (উমরুচো), গোপীপীনপয়োধরমর্দ্দন (গোপীগী চাউরবা থবাক্কী অতোংবা নৈহৎপদা) চঞ্চল (হৈশিংলবা, থৎলবা) করযুগশালী (খুৎ অনি পাল্লবা) বনমালী (কৃষ্ণদুনা) ধীর সমীরে (নুংশিৎ কাইদং কাইদং শীংলবা) যমুনাতীরে (যমুনাগী মপান্দা লৈরবা) বনে (বেতসকুঞ্জদা) বসতি (লৈহৌরে) ॥৮॥

অনুবাদঃ- হে নীংদা ফজরবী নম্রগ নীং চাউরবী রাধে! থোংথাং পীনবা তৌরগনু, নীং চাওমনবনা চৎপা থীন্দুনা অভিসারগী মতম হেন্দোকহনগনু, রতিক্রীড়া তৌগনি হায়বসিতনা অথোইবা রাথল ওইদুনা ঈঙ্গিত তৌনবা মফমদা লাক্লবা, কামদেব কৌবা লাইবু শুন্দুংলবা, নীংথাজরবা ফীজেৎ শেৎলবা, নংগী থম্মোইদা ফাদুনা থম্লবা নবুংঙো কৃষ্ণতবু উমরুচো। ব্রজগোপী ময়ামগী থবাক্কী তোংনা চাউরবা কুচ ময়ামদু নৈহৎপদা হৈশিংলবা খুৎঅনিগা লোয়নরবা শ্রীকৃষ্ণদো মলয়া নুংশিংনা কাইদং কাইদং শীংলবা যমুনা কৌবী তুরেলগী মপান্দা লৈরবা বেতসকুঞ্জদা নংবু ঙাইদুনা লৈহৌরবনি ॥৮॥

নামসমেতং কৃতসঙ্কেতং বাদয়তেমৃদুবেণুং ।
বহুমনুতেননুতেতনুসঙ্গতপবনচলিতমপিরেণুম্ ॥৯॥
পততিপতত্রেবিচলতিপত্রেশঙ্কিতভবদুপযানং ।
রচয়তিশয়নংসচকিতনয়নংপশ্যতিতবপন্থানম্ ॥১০॥

পদানুবাদ :—সঃ (মহাক্না, কৃষ্ণনা) তব নাম সমেতং (নহাক্কী মমিংগা লোয়ননা হাযবদি রাধা রাধা হায়না) কৃতসঙ্কেতং (ঈঙ্গিত তৌরদুনা) বেণুং (বেণুবু) মৃদু বাদযতে (তপ্পাখোংলি, লোম্না খোংলি) ননুরাধে (হে ইতা ইবেম্মা রাধে) তেতনুসঙ্গত পবন (নংগী হকচাং-দা য়ৈক্লরবা মুংশিংনা) চলিতং (পুরক্লবা, চৎকল্লক্লবা) রেণুং অপি (উফুল লৈরীকপুসু) বহু মনুতে (য়াম্না লুনা তৌরে) ॥৯॥

অনুবাদ :—হে ইবেম্মা ! কৃষ্ণসিনা নহাক্কী মমিং রাধা হায়বসিবু বেণু খোংবদা হাপ্লদুনা ঈঙ্গিত তৌদুনা তপ্পা তপ্পা খোংলি, অদুগা নবুংগোনা নংবু মুংশিবদি করিগা প্রমাণ তৌগদগে ? ইবেম্মনা লৈবা মাইকৈরোমদগী হুম্লক্লিবা উফুল লৈরীক পুরবা মুংশিং অদুবু ওন্থোক্না থাগৎলি, নিন্দা থক তৌদে ॥৯॥

পদানুবাদ :—পতত্রে পতর্তি (উচেক পাইবদা) পত্রে বিচলতি (উনা লেংবদা) শঙ্কিত (চিংনগ্রদুনা) ভবৎউপযানং (নহাক্না নক-শিল্লক্লপবু)—শঙ্কিতভবৎউপযানং (নহাক য়ৌশিল্লক্লে হায়না চিংনগ্রদুনা) শয়নং (শয্যাবু) রচয়তি (শেমই), তব পন্থানং (নহাক্কী লম্বেলবু হায়বদি ইবেম্মনা চংখিগদৌরিবা মাইকৈ অদোমদা মাই ওল্লদুনা) সচকিতনয়নং (মমিৎ ইথক থক্লা) পশ্যতি (য়েংই) ॥১০॥

অনুবাদ :—ইবুংঙোসিনা উচেক্লা পাইবা উরগা (মী লাক্লগা উচেক পাইথোকই) অমসুং উনাকেনবগী (উনা কেল্লগা মীলাকপগী খোংনা

সখীনা রাধাবু কৃষ্ণ নাক্তা চৎপদা অমস্থং য়োক্লবগা তৌগদবা পুন্নমক তাক্নি

মুখরমধীরংত্যজমঞ্জীরংরিপুমিবকেলিষুলোলং।
চলসখিকুঞ্জংসতিমিরপুঞ্জংশীলয়নীলনিচোলম্ ॥১১॥
উরসিমুরারেরুপহিতহারেঘনইবতরলবলাকে।
তড়িদিবপীতেরতিবিপরীতেরাজসিসুকৃতবিপাকে ॥১২॥

---

নেত্তুনা প্রেকপ্রেক লাওবা মথোল থোকই) মথোল তারগা ইবেম্মা নহাক্না লাক্কুনা য়োশিল্লক্রমাল্লে হাযনা নিংত্থনা নিংত্থনা পুক্নী'দা চিং-ননা (লাক্লব্রা ? লাক্কুরিবরা হাযদ্‌না) শয্যা রচনা তৌই। নহাক্না লাকদৌরিব। মাইকৈ অদোমদা মায ওনশিন্দুনা ইগুক গুক্না য়ে'ঙ্খনা লৈ ॥১০॥

পদানুবাদ :—হে সখি (হে ইবেম্মা রাধা) নীলনিচোলং (অশংবা ফী) শীলয় (শেংলো) সতিমিবপুঞ্জং (অমম্বামপৈগা লোয়নরবা) কুঞ্জং (কুঞ্জদা) চল (চংলো) অধীবং (তপথবা লৈত্রবা) মুখরং (চিম্মীরবা, ডাইহাক লৈতনা খোংলবা) কেলিষু লোলং (শান্নবদা হাইহুন্নবা) রিপুংইব (য়েক্লবগুম তৌরবা) মঞ্জীবং (নূপুরবু, খোংশরীকপু) ত্যজ (লৌথোক্লো) ॥১১॥

অনুবাদ :—হে ইবেম্মা রাধা! ফী অশংবা শেত্তুনা অমম্বা মপৈনা তিল্লবা কুঞ্জদা চংলো! ফি অমুবা শেংলবদি মী অতৈনা উররোই, অদুগা খোংদা শিরিবা খোংজী (নূপুর) অদুসু লৌথোক্লো, মাদু য়াম্না মচিনথী, মীনা রারকপা য়াবা নত্তে, চংলকপা মতমদা অমস্থং শান্নরকপা মতমদা মী লৈ হায়বা কোংদোকই ॥১১॥

পদানুবাদ :—হে পীতে! (হে কুচুনাপু মাল্লবী) ত্বং (নহাক্না)

বিগলিতবসনং পরিহৃতরসনং ঘটয়জঘনমপিধানং ।
কিশলয়শয়নেপঙ্কজনয়নেনিধিমিবহর্ষনিধানম্ ॥১৩॥

মুরারেঃ (শ্রীকৃষ্ণগী) তরল (ইনোম নোম্লবা) বলাকে (উরোক পরেং-ন ) ঘনে ইব (অনৌবা হৌরকপা নোংগুম্লব ) — তরলবলাকে ঘনে ইব (উবোক পবেংনা ইনোম নোম্না পাইববা অনৌবা হৌরকপা নোংগুম্লব ) উপহিত (শিরবা) হারে [লীক] — উপহিত হারে [লীক শিবব ] উর'সি [থবাক্তা] সুকৃতবিপাকে [পুণ্যগী ফলনা] রতি বিপরীতে [বিপরীত রতিক্রীড়াগী মতমদ ] তড়িৎ ইব [নোংথাংগুম্না] রাজসি [ঙানগদবনি] ॥১২॥

অনুবাদ :—হে কুচু নাপু মাল্লবী রাধে ! শ্রীকৃষ্ণগী থবাক অহুনা অনৌবা হৌবকপা নোংহুম ওইগদৌরিবনি, মাহুদা শিরিবা বৈজয়ন্তি মালা অহুনা অমুবা নোংগী মমাংদা উবোক পবেংনা পাইবগুম ওইরগদৌরিবনি, অহুগুম্বা অমুব' থবাক অহুদা নহাক্লা পুণ্য করামল্লবা তৌজবকপগী ফলনা রতিক্রীড়া ফংজরুহুনা নোংথাংগুম্না ঙানজরুগদৌবিবনি । মফম অসিদা কৃষ্ণগী থবাক্তা অনৌবা হৌরকপা অমুবা নোংহুমগা, বৈজয়ন্তি মালাগা উরোক পরেংগা, নোংথাং থনবগা শ্রীরাধাগা চা'দম্নরে ॥১২॥

পদানুবাদ :—পঙ্কজনয়নে [থম্বাল মিত্তা তাম্নবী হে রাধে] কিশলয় শয়নে [উনা য়েন্নাংগী শয্যাদা] বিগলিত বসনং [ফী য়াওদনা] পরিহৃত রসনং [খাং শরীক য়াওদনা] হর্ষ নিধানং [নুংঙাইবগী ভুংকম ওইববা] নিধিং ইব [শেলগুম্লবা] অপিধানং [কুপ্পা য়াওদ্রবা,

অভিসারগী মতম হেনগদোবে তাক্লি।

হরিরভিমানীরজনিরিদানীমিয়মপিযাতিবিরামং।
কুরুমমবচনংসত্বররচনংপূরয়মধুরিপুকামম্ ॥১৪॥

শ্রীজয়দেব কবিনা ভক্তশিংদা হায়জবা।

শ্রীজয়দেবেকৃতহরিসেবেভণতিপরমরমণীয়ং।
প্রমুদিতহৃদয়ংহরিমতিসদয়ংনমতসুকৃতকমনীয়ম্ ॥১৫॥

---

থুম্বা লৈত্রবা] জঘনং [কৈবোম মরুদো] খটয় [হাপকংলুগদবনি, থম্নুগদবনি] ॥১৩॥

অনুবাদ :—হে ইবেম্মা থন্বাল মিত্তা তাৱবী রাধে! ইবেম্মনা চংপ্রগা উনা অনৌবনা শাবা শয্যা লৈরম্বছুদা শুংঙাইবা খিবিক্কী তুংফম ওইববা কৈবোম মরুদো কি যাওদনা খাং শরীক য়াওদনা থাঙ্গংলুগদবনি হাযবদি কি য়াওদনা হীপ্লুগদবনি॥১৩॥

পদানুবাদ ঃ—হরিঃ [কৃষ্ণসে] অভিমানী [পুকচেল চাউবনি] অপি [অতুগা] ইদানীং [হৌজিকসিদা] ইয়ংরজনিঃ [অহিং অসে] বিরামং যাতি [লাইখিগদে'বে, থেংলক্লে] মম বচনং [ঐগী রাসে] সত্বররচনং কুরু [থুনা ইল্লো] মধুরিপুকামম্ [শ্রীকৃষ্ণগী অপাম্বব] পূরয় [থু'হল্লো] ॥১৪॥

অনুবাদ :—শ্রীকৃষ্ণসে য়াম্না পুকচেল চাউবনি, মীনা উশিত্তনা তৌবসি কয়া থাংবা ওমদে, অতুগা অহিংসু অভিসারগী মতম হেনখিগদৌরে, ঐগীরাসি থুনা ইন্দুনা কৃষ্ণগী ইচ্ছাপুরমক থুংহল্লো ॥১৪॥

পদানুবাদ :—হে বৈষ্ণবাঃ হে বৈষ্ণবশা] কৃতহরি সেবে [হরিগী সেবা তৌজরবা] শ্রীজয়দেবে [শ্রীজয়দেব কবিনা] পরমরমনীয়ং

শ্রীরাধাবু থুনা চৎননবা ইঙ্গিল্লক্সি।

বিকিরতিমুহুঃশ্বাসানাশাঃপুরোমুহুরীক্ষতে,
প্রবিশতিমুহুঃকুঞ্জং গুঞ্জন্মুহুর্বহুতাম্যতি।
রচয়তিমুহুঃশয্যাং পর্য্যাকুলং মুহুরীক্ষতে,
মদনকদনক্লান্তঃকান্তেপ্রিয়স্তববর্ত্ততে ॥১৬॥

---

[থোইদোক্লা নিংথিজনা] ভণতি [লেংলক্লবসিদা] অতিসদয়ং [য়াম্না থৌজাল হৈরবা] সুকৃতকমনীয়ং [পুণ্যনা লৈতেং ওইরব] হরিং [হরিবু] প্রমুদিত হৃদয়ং [পুক্নীং হরাওনা] নমত [খুরুমজবিউ] ॥১৫॥

অনুবাদ :—হে বৈষ্ণবশা! হরিগী সেবাদা হৈশিল্লবা জয়দেব কবিনা নিংথিজরবা ঈশৈ অসি লেংলক্লবসিদা, নংথোয় পুম্নমকসু থোইদোক্লা থৌজাল হৈরবা, পুণ্য মপৈনা লৈতেং ওইরবা শ্রীকৃষ্ণবু খুরুমজবিউ ॥১৫॥

পদানুবাদ :—কান্তে! [হে শক ফজরবী] তবপ্রিয়ঃ [নহাক্কী থুংশিথোইবদে] মদনকদনক্লান্তঃ [কামদেবনা নৈহত্তুনা য়ানা] বর্ত্ততে [লৈরে], সঃ [মহাক্না] মুহুঃ [হন্না হন্না] শ্বাসান্ [থুংসাস্বর মপীবু] বিকিরতি [হাল্লি], পুরঃ [মাংলোমদা] মুহুঃ [হন্না হন্না] আশাঃ [মাইকৈ পুম্নমকপু] ঈক্ষতে [য়েংই], মুহুঃ [হন্না হন্না] কুঞ্জং [কুঞ্জদা] প্রবিশতি [চংই], মুহুঃ [হন্না হন্না] গুঞ্জন্ [লাওর লাওরদুনা] বহুতাম্যতি [য়াম্না শোটৈ], মুহুঃ [হন্না হন্না] শয্যাং [শয্যাবু] রচয়তি [শাই] মুহুঃ [হন্না হন্না] পর্য্যাকুলং [থোইদোক্লা য়ানা] ঈক্ষতে [য়েংলি] ॥১৬॥

অভিসারগী মতম চপচারে হায়বা তাক্লি ।

তদ্বাম্যেনসমংসমগ্রমধুনাতিগ্মাংশুরস্তংগতো
গোবিন্দস্যমনোরথেনচসমংপ্রাপ্তংনমঃসান্দ্রতাম্ ।
কোকানাংকরুণস্বনেনসদৃশীদীর্ঘামদভ্যর্থনা
তন্মুগ্ধেবিফলংবিলম্বনমসৌরম্যোঽভিসারক্ষণঃ ॥১৭॥

---

অনুবাদ :—হে শক মজরবী ! ইবেম্মগী চাঃথোইরবা ইবুংঙো-দো ঙসি কামদেবনা নৈহস্তুনা ওন্থোক্লা রানা লৈংহৌরে, তুংশাম্বর মশী ফুইনা ফুইনা হোনখরে, মমাংদা ইবেম্মা লাকপরা হায়দুনা হন্নাহন্না য়েংই, হন্না হন্না কুঞ্জদা চংই, হন্না হন্না লাউদুনা কপই, হন্না হন্না শয্যা শেমগৎলি, হন্না হন্না থোইদোক্লা রানা য়েংই ॥১৬॥

পদানুবাদ :—মুগ্ধে ! [হে শক ফজরবী নত্রগা হে পঙলবী] অধুনা [হৌজিকসিদা] তিগ্মাংশুঃ [নুমিৎনা] ত্বদ্বাম্যেনসমং [নংগী অখোয়বগা লোইননা] সমগ্রংঅস্তংগতঃ [পুমলোই লোইনা তাখরে], চ [অমসুং] গোবিন্দস্য [কৃষ্ণগী] মনোরথেন সমং [পুক্নীংনা পাম্বগা লোয়ননা] তমঃসান্দ্রতাংপ্রাপ্তং [অমম্বনসু মুক্লা মমশিল্লক্লে] কোকানাং [ঙানুপঙ্গোংশিঙ্গি] করুণস্বনেনসদৃশী [অৱবা খোঞ্জেলগা মান্নবা] মদভ্যর্থনা [ঐনা হায়জবসিসু] দীর্ঘা [শাংলে, মতম কুইরে] তৎ [মরম অদুদগী] বিলম্বনং [থীনবসে] বিফলং [কান্নদ্রে], অসৌ [মাসি] রম্য [নিংথিজরবা, চপচারবা] অভিসার ক্ষণঃ [অভিসারগী পুংফম্নে । (হায়রবদি নায়ককা নায়িকাগা অনিনা রতিক্রীড়া পামদুনা ঈঙ্গিৎ তৌনবা মফম তান্না চংপা অদুবু অভিসার কৌই) ॥১৭॥

মমাংতৈদা অভিসার ত্তৌবদা থোইদোক্লা হুংঙাইখিবহ্ হায়রি।

আশ্লেষাদনুচুম্বনাদনুনখোল্লেখাদনুস্বান্তজ
প্রোদ্বোধাদনুসংভ্রমাদনুরতারম্ভাদনুপ্রীতয়োঃ।
অন্যার্থংগতয়োর্ভ্রমান্মিলিতয়োঃসম্ভাষণৈর্জানতো
র্দম্পত্যোরিহকোনকোনতমসিব্রীড়াবিমিশ্রোরসঃ ॥১৮॥

---

অনুবাদঃ—হে ফজরবী রাধে! হৌজক হুমিংসিনা নহাক্কী অখোয়বগা লোইননা তাথরে হায়বদি নহাক্না মান তৌহুনা লৈরম্বা মতমকুইনদি লৈরোইদোবা অহুগুম্বা মান অহুগা লোইননা তাথরে, শাওবা কবা মতম ওইরে, অহুগ শ্রীকৃষ্ণগী পুক্কংনা পাম্বগা লোইননা অমম্বসু সুকনা মমশিল্লক্লে হায়বাদ কৃষ্ণসু অমম্বদা শান্নগে থল্লমুশিবনি, নিংবহুগী মথুংইন্না অমম্বসু থোইদোক্লা হেঞ্জিল্লক্লে, অহুন্নদি অনিমক্কী নিংবা পুন্নমক থুংনব তারে, ঐনা হায়জবসিসু ঙাহুথঙোংশিংগী মতৌগুম্না মতমকুইরক্লে হায়বদি ঙাহুথঙোংশিংনা মতৈমনাও কায়নহুনা হুমিদাং য়াম্না রানা থোংই। মরম অসিনা অভিসারগী মতম চপচারে, থিল্লগনু কৃষ্ণগী মনাক্তা চৎলো ॥১৭॥

পদানুবাদঃ—রাধে! [হে ইবেম্মা রাধে] অন্যার্থংগতয়োঃ [নংখোয় অনিনা অমন অমগীদমক চৎনরক্লনা হায়বদি কৃষ্ণনা রাধা ফংগে হায়হুনা রাধানসু কৃষ্ণ ফংগে হায়হুনা চৎখোক্লরক্লনা।] ভ্রমাৎ মিলিতয়ো [চৎপোকখিবদগী থেংনক্লরবা] সম্ভাষণৈঃ [রাইহৈরাক্তা ঙাংনবন] জানতোঃ [থংনরক্লন ইহ তমসি [অমম্বদা] আশ্লেষাৎ অনু [নকশিন্নরবা তুংদা] চুম্বনাৎ অনু [চুম্বন ত্তৌরবা তুংদা] নখোল্লেখাৎ অনু [খুজিম্না খোৎলবা তুংদা] স্বান্তজপ্রোদ্বোধাৎ অনু

হৌজিক ইবেম্মবু ফংহন্দুনা শ্রীকৃষ্ণগী নিংবা থুংহল্লু তাক্লি।

সভয়চকিতং বিন্যস্যন্তীং দৃশৌ তিমিরে পথি,
প্রতিতরুমুহুঃ স্থিত্বা মন্দং পদানি বিতন্বতীং।
কথমপি রহঃ প্রাপ্তামঙ্গৈরনঙ্গতরঙ্গিভিঃ,
সুমুখি সুভগঃ পশ্যন্ স ত্বামুপৈতু কৃতার্থতাম্ ॥১৭॥

[থম্মোইদা রাগ পোক্লবা তুংদা] সংভ্রমাৎ অত্ত [অঙকপা পোক্লবা তুংদা] প্রীতয়ো [পল্লরক্তুনা] দম্পত্যোঃ [নতৈননাও ওইরবা নখোয় অনিগী] কঃকঃ [করম করম্ব] ব্রীড়া বিমিশ্রঃ রসঃ [ইকায়-বগা য়ান্নরবা হুংঙাইবযু] ন [ওইদবগে হায়বদি হুংঙাইবা ফংনখি ॥১৮॥

অনুবাদ:—হে ইবেম্মা রাধে! নংখোয় অনি অসি মহৌশানা মীৎনা য়েংনবদা হুংশিনৈ, করম্বা মতমদা উম্নগদগে হায়না নিংনহুনা অমনা অমবু থিহুনা চৎলকপদা বনগী মহুংদা অমম্বদা থেংনরহুনা রাহৈরাতা থরা ঙাংনবদগী থংনরহুনা কৃষ্ণনা চংশিল্লক্তুনা চুম্বন তৌরে, অদুগীতুংদা থুজিন্না খোংলে, অদুগী তুংদা থম্মোইদা অনুরাগ পোক্লে, অদুগী তুংদা অঙকপা পোক্লে, অদুগীতুংদা রতিক্রীড়া তৌ-হুনা হুংঙাহবা ফংলে, ইকাই ইকাইনা উম্নহুনা শান্নবা অদুনা নং-খোয়গী করি হুংঙাইতবা লৈবগে? হায়বদি হুংঙাইবা অদুম মকংই ॥১৮॥

পদানুবাদ:—হে সুমুখি! [হে শক ফজবরী] তিমিরে পথি [অমম্বা লম্বেলদা] দৃশৌ [মীৎঅনিনা] সভয়চকিতং [অক্লিবা অঙক-পা অনিগা লোইননা] বিনস্যন্তীং [য়েংগদৌরিবী] প্রতিতরুঃ [উ-

কবিনা ভক্তশিংগী মফমদা আশিব পিরি।

রাধামুগ্ধমুখারবিন্দমধুপস্ত্রৈলোক্যমৌলিস্থলী
নেপথ্যোচিতনীলরত্নমবনীভারাবতারান্তকঃ।
স্বচ্ছন্দংব্রজসুন্দরীজনমনস্তোষপ্রদোষশ্চিরং
কংসধ্বংসনধূমকেতুরবতুত্বাংদেবকীনন্দনঃ॥২০॥

---

পাল থুদিংদা] মুহুঃ স্তুত্বা [হন্না হন্না লৈহুনা] পদানি [খোংথাং খিবিক] মন্দং বিতন্বতীং [তপ্পা তপ্পা থাংগদোরিবী] কথমপি [করম্বা মরম অমা ওইনা] অনঙ্গ তরঙ্গিভিঃ অঙ্গৈঃ [কামগী ইথক হৌরবা হকচাং ওইরহুনা] রহঃ [মীচিক্লবা লমদা] প্রাপ্তাং [কংলগদোরিবা] ত্বাং [নহাকপু] পশ্যন্ [উরহুনা] স সুভগঃ [লাইবক ফবদো] কৃতার্থ ত্বাং [মহৈ য়ানববু, নীংবা থুংববু] উপৈতু [ফংসনু] ॥১৯॥

**অনুবাদ** :—হে শকঞজরবী রাধে! নহাক্না অমম্বা লম্বেলদা চং-খিহুনা মীৎ অনিনা অকিবা অঙকপগা লোইননা য়েংলুগদোবনী, উপাল থুদিংদ হন্না হন্না লৈহুনা তপ্পা তপ্পা খোংথাং খিবিক থাংলু-গদোবনী, অমসুং করম্বা মওং অমা ওইহুনা কামগী ইথক্না লোইন-রবা হকচাংনা অচিকপা লমদা য়োক্লগদোরিবী নহাকপু উরগা লাইবক ফরবা কৃষ্ণদো মহৈ য়ানবা ওইরসনু ॥১৯॥

**পদানুবাদ** :—রাধা মুগ্ধমুখারবিন্দমধুপঃ [শ্রীরাধাগী নিংথিজরবা মাইথোং থম্বালগী থাইমু ওইরবা] ত্রৈলোক্য [মরোল অহুমকী] মৌলিস্থলী [কোক্কী লৈতেং ওইরবা বৃন্দাবনগী] পথ্যোচিত [লৈ-তেংগী মতিক চারবা] নীলরত্নম্ [অশংবা রত্ন ওইরবা, ইন্দ্রনীলমনি ওইরবা] অবনীভার-অবতার-অন্তকঃ [লৈবাক লৈমগী অরক্পা ওই-ননবগীদমক পোক্লবা হিংচাবশিঙ্গ যম নিংথৌ ওইরবা] স্বচ্ছন্দং

[মনিংমখা তৌরবী] ব্রজসুন্দরীজন [ব্রজগী ফজরবী সুপীশিঙ্গি] মন-স্তোষ [পুক্নীং পেলহনবদা] প্রদোষঃ [য়াচংবা মতম ওইরবা, অহিং মচিন ওইরবা] কংসধ্বংসন [কংস হাৎপদা] ধূমকেতুঃ [ধূমকেতু ওইরবা] দেবকীনন্দনঃ [দেবকীগী মচানিপা শ্রীকৃষ্ণনা ত্বাং [নংবু, ভক্ত নংবু] অবতু [ঙাকপিরসন্নু] ॥২০॥

**অনুবাদ** ঃ—শ্রীরাধাগী মাইথোং থম্বালগী লৈদী চুম্বা খোইমু ওই-রবা, মরোল অহুম্মক্কী কোক্কী লৈতেং ওইরবা বৃন্দাবনগী লৈতেংগী ইন্দ্রনীলমণি ওইরবা, পৃথিবী লুম্নবগী মপোক পোক্লবা হিংচাববু হাৎপদা যম নিংথৌ ওইরবা, মনিংমখা তৌরবী ব্রজগী ফজরবী সুপীশিংগী পুক্নীং পেলহনবদা য়াচংবা মতম ওইরবা, কংস হাৎপদা ধূমকেতু ওইরবা দেবকীগী মচানিপা শ্রীকৃষ্ণনা ভক্তশিং নখোয়বু ঙাকপিরসন্নু ॥২০॥

"য়াচংবা মতম ওইরবা" হায়বসি কৃষ্ণনা শল শেনবদগী য়াচংবদা শল কায়কই, মাদু উবদা গোপীশিংনা কুঞ্জদা অভিসার চৎপা তারে হায়-দুনা হয়াওই। মরম অদুনা য়াচংবা মতমবু গোপীশিংনা য়াম্না পামই অমসুং নুংশি ॥

ইতি শ্রীগীতগোবিন্দে মহাকাব্যে অভিসারিকা বর্ণনে সাকাঙ্ক্ষাপুণ্ড-রীকাক্ষ নামকঃ পঞ্চমঃ সর্গঃ।

---

# ষষ্ঠঃ সর্গঃ

অথতাং গন্তুমশক্তাং চিরমনুরক্তাং লতাগৃহেদৃষ্ট্বা।
তচ্চরিতং গোবিন্দেমনসিজমন্দেসখীপ্রাহ ॥১॥

গীতং ।১২।

গোণ্ডকীরাগেণ রূপকতালেন চ গীয়তে ।

পশ্যতি দিশি দিশি রহসিভবন্তম্ ।
তদধর মধুরমধূনি পিবন্তং ॥
নাথহরে সীদতিরাধা বাসগৃহে ॥২॥ ধ্রুবম্ ॥

---

পদানুবাদ ঃ— অথ [অতুগী তুংদা] সখী [রাধাগী নাক্তা লৈরবী সখীনা] লতাগৃহে [উরীগী য়ুমদা, কুঞ্জদা] গন্তুম্ অশক্তাং [চংশিনবা ঙমদ্রবী] চিরং অনুরক্তাং [মতম কুইনা নিংজরক্লবী] তাং রাধাং [রাধা অদুবু] দৃষ্ট্বা [য়েংলম্লগা] মনসিজ মন্দে [কামদেবনা অনাবা পিরবা, রতিক্রীড়াগী রাথম্না নাতুনা লৈদ্রবা] গোবিন্দে [শ্রীকৃষ্ণদা] তচ্চরিতং [মহাক্কী লমচত্ত, রাধাগী থোদোক্ত] প্রাহ [হায়খি] ॥১॥

অনুবাদ :—অতুগী তুংদা রাধাগী মতা সখীতুনা কুঞ্জদা চংশিনবা ঙমদ্রবী, মতম কুইনা নিংজরক্লবী রাধাদুবু য়েংলম্লগা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা চংশিনখিদুনা রতিক্রীড়াগী রাথম্না নাতুনা লৈরবা শ্রীকৃষ্ণদা শ্রীরাধাগী চরিত পুম্নমক তমখি ॥১॥

পদানুবাদ :—হে নাথ ! [হে ইবুংঙো] হে হরে [হে হরি] রাধা [শ্রীরাধাসিনা] বাসগৃহে [উরীগীয়ুমদা, কুঞ্জদা] সীদতি [রানাইলেরে] সা [মহাক্না, শ্রীরাধানা] রহসি [মীচিক্লবা] দিশি দিশি [মাইকৈ মাইকৈ খুদিংদা] তং [মহাক্কী, রাধাগী] অধর মধুর মধূনি [অধরগী

বানা লৈরবদি উন্নরগা অবাবা কোক্লনবা করিগী লাক্রুবগে হায়বদু তাক্লি।

ত্বদভিসরণরভসেনবলন্তী।
পততিপদানিকিয়ন্তিচলন্তী ॥৩॥

কমদোনা হিংবগে হায়বদু তাক্লি।

বিহিত বিশদ বিস কিশলয় বলয়া।
জীবতি পরমিহ তব রতিকলয়া ॥৪॥

---

পুন্নবা অমৃতবু] পিবন্তং [থক্লবা] ভবন্তং [নহাকপু, কৃষ্ণ নংবু] পশ্যন্তি [য়েংহৌই] ॥২॥

অনুবাদ :—হে ইবুংঙো হরে! শ্রীমতি রাধানা কুঞ্জদা ওহ্মোক্লা রানা লৈহৌরে। ইবেম্মসিনা ইবুংঙো লেংলক্কদরা হায়হুনা মীচিক্ল-বা লমঅহুদা মাইকৈ খুদিংমক্তা লৈনা য়েংলহুনা ইবেম্মগী অধরামৃত পান তৌরবা ইবুংঙোবু চিংনা চিংনা য়েংহৌই ॥২॥

পদানুবাদ :—ত্বং [নহাক্কী নাক্তা] অভিসরণ [চংকনি হায়বগী] রভসেন [অয়িনবনা, লিন্দা ফুদোকপনা] বলন্তী [পাঙ্গল্লবী, হকচাং কনখৎলবী] সা [মহাক্না, রাধানা] কিয়ন্তি [কয়ামক্লম] পদানি [খোং-থাং] চলন্তী [চৎলগা] পততি [তুরে] ॥৩॥

অনুবাদ :—হে ইবুংঙো! ননাক্তা চংকনি হায়হুনা হরাওবনা অয়িনবা পুকচেল ওইরহুনা পাঙ্গলবী শ্রীরাধনা চংকনি হায়হুনা খোংথাং অনি মরি থাংলগা কায়নবগী মৈচাক্না শোক্লহুনা তুহুনা লৈহৌরে ॥৩॥

পদানুবাদ :—সা [মহাক্না,রাধানা] ইহ [হৌজিক অমিদা] তবরতি

মুহুরবলোকিতমণ্ডন লীলা।
মধুরিপুরহমিতিভাবনশীলা ॥৫॥
ধ্যান তৌবা কায়রহুনা সখীদা ওনশিন্দুনা হায়।
ত্বরিতমুপৈতিনকথমভিসারং।
হরিরিতিবদতিসখীমনুবারম্ ॥৬॥

---

কলয়া [নহাক্কা রতিক্রীড়া শান্নগনি থন্দুনা] বিহিত [শিরহুনা] বিশদ [অঙৌবা] বিসকিলয় [থম্বৌ, উনা অনৌবনা শাবা] বলয়া [খুজীবু]—বিহিত বিশদ বিস কিশলয় বলয়া [অনৌবা থম্বৌ, উনা অনৌবনা শাবা খুজী শিরহুনা] পরং [থাঙ্গৈশেংনা] জীবতি [হিংলি] ॥৪॥

অনুবাদ :—হে ইবুংঙো! শ্রীমতি রাধিকাসিনা হৌজিক অসিদা ইবুংঙোগা লোইননা রতিক্রীড়া তৌখিগনি থন্দুনা অমসুং অঙৌবা থম্বৌ অমসুং উনা অনৌবনা শাবা খুজী শিহুনা থাঙ্গৈশেংনা হিংহুনা লৈরিবনী ॥৪॥

পদানুবাদ :—সা [মহাক্কা, শ্রীরাধানা] মুহুঃ [হন্না হন্না] অবলোকিত [য়েংই] মণ্ডনলীলা [লৈতেং শেংতুনা চান্নথোইবগী মতৌ তম্ববু]—অবলোকিত মণ্ডনলীলা [লৈতেং শেত্তুনা চান্নথোইবগী মতৌ তম্বহু য়েংই] পুনঃ [অমুক হন্না] অহং [ঐহাকসে] মধুরিপুঃ [শ্রীকৃষ্ণনি] ইতি [অসুম হায়না] ভাবনশীলা [রাখল থল্লি] ॥৫॥

অনুবাদ :—শ্রীমতি রাধিকানা ইবুংঙোগী নতৌ তমহুনা মশাদা লৈতেং পুন্নমক [চূড়ানচিংবা] শিজিন্নগা হন্না হন্না য়েংই অমসুং ঐহাকসে কৃষ্ণ অহমক্লি হায়না রাখল থল্লি ॥৫॥

শ্লিষ্যতি চুম্বতি জলধরকল্পং।
হরিরুপগত ইতি তিমিরমনল্পং ॥৭॥
ভবতি বিলম্বিনি বিগলিত লজ্জা।
বিলপতিরোদিতি বাসক সজ্জা ॥৮॥

---

পদানুবাদ :—হেসখি ! (হে ইতাইবেম্মা) হরিঃ (শ্রীকৃষ্ণনা) অভিসারং (সঙ্কেতকুঞ্জদা) কথং (করিগী) ত্বরিতং (থুনা) ন উপৈতি (লেংলকত্রবা) ইতি (অসুম হায়তুনা) সখীং (মতা সখীদা) অনুবারং (হন্না হন্না) বদতি (হায়) ॥৬॥

অনুবাদ :—হে ইতা ইবেম্মা ! ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণসিনা সঙ্কেত কুঞ্জদা করি মরমদগী থুনা লেংলকত্রিবা অসুম হায়তুনা মতা ওইরবী সখী ঐঙোন্দা হন্না হন্না হায় ॥৬॥

পদানুবাদ :—হরিঃ উপগতঃ (হরি লাক্লে) ইতি বুদ্ধ্যা (অসুম্না খল্লদুনা) জলধরকল্পং (অমুবা নোং মতুমগা মান্নবা) অনল্পং (খরা নত্রবা, শুক্লবা) তিমিরং (অমম্ববু) শ্লিষ্যতি (কোল্লি) চুম্বতি (চুম্বন তৌই) ॥৭॥

অনুবাদ :—শ্রীরাধানা হরি লেংলক্লে অসুম হায়না খল্লদুনা অমুবা হৌরকপা নোং মতুমগা মান্নবা শুক্লবা অমম্ববু ইবুংঙোনি খল্লদুনা কোল্লি অমম্বুং চুপই ॥৭॥

পদানুবাদ :—ভবতি (নহাক্না) বিলম্বিনি (থিল্লবসিদা) বাসকসজ্জা (বাসককী থৌরাং পুন্নমক লাংলবী) বিগলিতলজ্জা (ইকাইবা পুন্নমক লংথোক্লবী) সা রাধা (রাধা অদুনা) বিলপতি (তেংথাদুনা লাউনা কপঙ্গী) রোদিতি (মমিত্তা মপী শিন্দুনা কপ্লে) ॥৮॥

শ্রীজয়দেবকবেরিদমুদিতং ।
রসিকজনং তনুতামতিমুদিতং ॥৯॥

হৌজিক কৃষ্ণগী লৌনম তৌবা মতৌম্ব হায়রি ।

বিপুল পুলক পালিঃস্ফীতশীৎকারমন্ত
র্জনিতজড়িম কাকু ব্যাকুলং ব্যাহরন্তী ।
তব কিতব বিধায়ামন্দ কন্দর্প চিন্তাং
রসজলধি নিমগ্না ধ্যানলগ্না মৃগাক্ষী ॥১০॥

---

অনুবাদ :—ইবুংঙো নহাক্না লেঙ্ বিরকপা খিনবসিদা বাসককী চংবা হৌনবা পুন্নমক থৌরাং লাওলবী, ইকাইইকি খ্রাংমা লাস্নোক্ল-বী রাধাহুনা তেংথাহুনা খোঞ্জেল রাংনা অমস্নুং মমিত্তা মপি শিন্থ-হুনা কপ্লে ॥৮॥

পদানুবাদ :—শ্রীজয়দেবকবেঃ (শ্রীজয়দেব কবিনা) উদিতং (শক্ল-বা) ইদংগীতং (ঈশৈ অসিনা) রসিকজনং (রাধাকৃষ্ণগী শান্নবগী নুং-ঙাইবা থংনিংঙ্গিবা মীশিংবু) অতি মুদিতং (থোইদোক্না হরাওবা) তনুতাং (পীনরসনু) ॥৯॥

অনুবাদ :—শ্রীজয়দেব কবিনা লেংলবা ঈশৈ অসিনা রাধাকৃষ্ণগী শৃঙ্গাররস থংনিংলবা মীশিংবু থোইদোক্না নুংঙাইবা পিনরসনু ॥৯॥

পদানুবাদ :—হে কিতব ! (হে লৌনমচাউবা) অমন্দকন্দর্প চিন্তাং (লাকথবা য়াম্রবা কামগী চিন্তাবু) বিধায় (তৌরুহুনা) ধ্যান লগ্না (ধ্যানতৌহুনা নংঙোন্দা পকশিল্লবী) বিপুলপুলকপালিঃ (থোইদোক্না তুজুংবা পরেং পোক্লগা) স্ফীতশীৎকারম্ (খোঞ্জেল লাউনা লাউরম্ল-গা) অন্তঃ (থম্মোইদা) জনিত (পোকপ্রবা) জড়িম (পংথবহুনা) কাকু

অঙ্গেষাভরণংকরোতিবহুশঃপত্রেঽপিসঞ্চারিনি
প্রাপ্তংত্বাংপরিশঙ্কতেবিতনুতেশয্যাংচিরংধ্যায়তি।
ইত্যাকল্প-বিকল্পতল্পরচনাসঙ্কল্পলীলাশত
ব্যাসক্তাপিবিনাত্বয়াবরতনুর্নৈষানিশাংনেষ্যতি ॥১১॥

(খোনকম কায়না) ব্যকুলং (অরাববু) ব্যাহরন্তী (লাউরবী, ভাংলবী) সা মৃগাক্ষী রাধা (শজী মিত্তা তাববী শ্রীরাধাহুনা) তব (নহাক্কী) রসজলধি নিমগ্না বভূব (রতিক্রীড়া শান্নবগী মু'ঙাইব সমুদ্রদা লুপত্রে) ॥১০॥

**অনুবাদ :**—হে লৌনম হৈবা কৃষ্ণ। লাকথবা য়াত্রবা রতিক্রীডাগী চিন্তা তৌরুহুনা ধ্যান তৌহুনা ন'ঙোন্দা পকশিল্লবী, ইবুংঙোগী খুংনা শোক্লে খন্দুনা তুজুংবা পরেং পোক্লগা ইবুংঙোগী দন্তনা (যানা) চিক্লে হায়না খন্দুনা নামনখিবনা খোঞ্জেল য়াংনা লাউবন্নগা ইবুংঙোনা আলিঙ্গন তৌরে, অধরামৃত পান তৌরে অসিনচিংবা খল্লুবদা কিবনা পংথখবহুনা খোঞ্জেল কায়না (খোনকম কায়না) লাউববী শজী মিত্তা তাববী শ্রীমতি রাধিকাহুনা নহাক্কী শৃঙ্গ বরস শান্নবগী মু'ঙাইরবা সমুদ্রগুদা লুপ্তুনা লৈরে ॥১০॥

**পদানুবাদ :**—এষাবরতনুঃ রাধা (শক ফজরবী রাধাসিন] অঙ্গেষু (হকচাংপুন্নমক্তা) আভরণং (লৈতেংশিবনু) বহুশঃ (হন্নাহন্না) করোতি (তৌই), পত্রেঽপি (উনানসু) সঞ্চারিনি (লেংলক্লবদা) ত্বাংপ্রাপ্তং (নহাকপু ফংবা তারে হায়না) পরিশঙ্কতে (চিংননা খল্লি), শয্যাং (লৈগী শয্যাবু) বিতনুতে (শেমই), চিরং (মতমকুইনা) ধ্যায়তি (মওন মওন খল্লি) ইতি (মতৌ অসুন্না) আকল্প (লৈতেং শেংপা)

হৌজিক সর্গঃ লোইবসিদা ভক্তশিঙ্গি মক্ষমদা অ শেষ পিহল্লি।

কিং বিশ্রাম্যসিকৃষ্ণভোগিভবনেভাণ্ডীরভূমীরুহে
ভ্রাতর্যাহিনদৃষ্টিগোচরমিতঃসানন্দনন্দাস্পদম্।
রাধায়াবচনংতদধ্বগমুখান্নন্দান্তিকেগোপতো
গোবিন্দস্যজয়ন্তিসায়মতিথিপ্রাশস্ত্যগর্ভাগিরঃ ॥১২॥

---

বিকল্প (চিংনবা খনবা) তল্পরচনা (শয্যা শেম্বা) সঙ্কল্প লীলাশত [মণ্ডন মণ্ডন খনবা নুংঙাইবা চামদা] ব্যাসক্তাপি [পামশিন্দুনস্মু] ত্বয়াবিনা [নহাক য়াওদ্রবদা] নিশাং [অহৌংবু] নেষ্যতি [লেল্লরোই] ১১ ॥১১॥

অনুবাদ ঃ— হে ইবুংঙো! শক ক্ষজরবী রাধাসিনা মশা পুন্নমক্তা মক্ষম চাবা চাদবা য়েংহনা লৈতেং পুন্নমক হন্না হন্না শিজিল্লে। উনা হাইহুম্বা উবদা ইবুংঙোনা শোক্তুনা লেংবনি হায়হুনা পুক্নীংদা চিংনবা লাকই, লাক্তে খংদনা লৈগী শয্যা শাগংলি। কৃষ্ণনা লাক্লগা কবি করি তৌক্কম খোকপা অসিনচিংবা মণ্ডন মণ্ডন খনবা রাখল চামনা তিন্দুনস্ম ইবুংঙো নহাক য়াওদ্রবদি অহিং লেনবা ঙম্নরোই ॥১১॥

পদানুবাদ :—হে ভ্রাতঃ! [হে ইচিন ইনাও] কৃষ্ণভোগি [অমুবা লিনগী, সম্ভোগ পাম্লবা কৃষ্ণগী] ভবনে [য়ুম ওইরবা] ভাণ্ডীর [বট কৌবা] ভূমীরুহে [উপালগী মখোংদা] কিং বিশ্রাম্যসি [করিগী পোথারিবগে] ন বিশ্রামং [পোথাগনু] ইতঃ [মাসিদগী] দৃষ্টিগো-চরং [মিংনা উরিবা] সানন্দ [নুংঙাইবনা তিল্লবা] নন্দাস্পদং [নন্দ নিংথৌগী য়ুমদা] যাহি [চংলো], অধ্বগমুখাৎ [লংকৈ চংপা মীগী

মচিন্দগী] রাধায়াঃ [শ্রীরাধাগী] তৎবচনং [হায়রকপা নত্রগা চেপ্লক-পা পাওঅহুবু] নন্দান্তিকে [নন্দনিংথৌগী মকমদা] গোপতঃ [থুপ্লবা, লোৎলবা] গোবিন্দস্য [শ্রীকৃষ্ণগী] সায়ং [য়াচংবা মতমদা, হুমিদাং-বাইরমদা] অতিথি [অতিথিগী মকমদা] প্রাশস্ত্যগর্ভাঃ [তরাম্ তরাম্ তৌবগী মহুং চল্লবা] গিরঃ [রাহৈ থিবিক্লা] জয়ন্তি [জয় ওইরি] ॥১২॥

অনুবাদ :—হে ইচিন ইনাও! অমুবা লিলগী মযুম ওইরবা বট পাম্বি অসিগী মখোংদা করিগী পোথাহুনা লৈরিবনো ? মকম অসিদা পোথাগন্থ। মাসিদগী য়েংথিবদা মিৎনা উরিবা নক্লা লৈ-রবা মুংডাইবা থিবিক্লা তিল্লবা নন্দনিংথৌগী আলয়দা [সঙ্গাইদা] চত্তুনা পোথাক্লচৌ অসুম হায়রবদা লাক্লহুনা রাধানা হায়রকপা পাও পুম্নমক অহু তম্লবদা খংহন্নিংদহুনা] মপা নন্দ নিংথৌগী মকমদা থুপ্লগা, য়াচংবা মতমদা লাক্লিবা অতিথিগী মকমদা থাগত্তুনা তরাম্ তরাম্ তৌংগী মহুংদা ফুমহুনা ডাংলবা শ্রীকৃষ্ণগী রাহৈ থিবিক্লা জয় ওইরি ॥১২॥

"কৃষ্ণ ভোগী" হায়বা পদ অসিগী অর্থ অনিনি। অমনা অমুবা লিল, অনিনা রতিক্রীড়া পাম্নবা কৃষ্ণ। লংকৈ চৎপনা অমসুং নন্দনচিংবনা লিল ওইনা খংই। শ্রীকৃষ্ণনা রতিক্রীড়া পাম্নবা ঐবুনি হায়না খংই।

ইতি শ্রীগীতগোবিন্দে মহাকাব্যে বাসকসজ্জাবর্ণনে ধৃষ্টবৈকুণ্ঠো নাম ষষ্ঠঃ সর্গঃ।

---

# সপ্তমঃ সর্গঃ

হৌজিক থা থোক্লবদা রাধাগী অবাবা হেনগৎপঙ্ হায়রি ।

অত্রান্তরেচকুলটাকুলবর্ত্মপাত
সঞ্জাতপাতকইবস্ফুটলাঞ্ছনশ্রীঃ ।
বৃন্দাবনান্তরমদীপয়দংশুজালৈ
র্দিকসুন্দরীবদনচন্দনবিন্দুরিন্দুঃ ॥১॥

---

অনুবাদঃ—অত্রান্তরে [তাঞ্জা অসিদা, চৈরক অসিদা] কুলটা [নুপীশিংগী] কুল [মপৈগী] বর্ত্মপাত [লম্বেল থিংলুবদগী] সঞ্জাত পাতকইব [ পোক্লরবা পাপকী মতোগুম্না ] স্ফুট [ভাল্লব ] লাঞ্ছন [মায়হীংনা] শ্রীঃ [ফজনা]—স্ফুট লাঞ্ছন শ্রীঃ [মায়হীংনা ফজনা লৈতেংলবা], দিক সুন্দরী [নোংপোক মাইকৈ লৈমগী] বদন [মায়থোংদা] চন্দনবিন্দুঃ [চন্দনগী বিন্দু ওইরবা] ইন্দুঃ [থানা] অংশুজালৈঃ [মঙাল থিবিক্না] বৃন্দাবনান্তরং [বৃন্দাবনগী মনুংবু, বৃন্দাবনগী লম পুম্নমকপু] অদীপয়ৎ [ভালহনখরে] ॥১॥

অনুবাদঃ—অসুম হায়নরিঙৈ মতম অসিদা লমচৎ কায়না চংলবী ব্রজকামিনী মপৈগী লম্বেল থিংলুবদগী [ব্রজগী নুপীশিংনা সঙ্কেত কুঞ্জদা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা অভিসার তৌবদা থা থোক্লবদি মী অতৈনা উবনা চৎপা য়াদে মাদুবু লম্বেলথিংবা কৌই] পোকখ্রবা পাপ অহুনা মায়হীং [থাদা মায়হীং কারিবসি চৎপঙ্ থুগায়বদগী পাপ অহুনা কারিবসি হায়রি] ওইনা লৈতেংলবা নোংপোক মাইকৈ ইবেম্মগী [ নোংপোক থংবা মাইকৈবু নুপী অমা ওইনা খনগ্রে] মায়থোংদা চন্দনগী বিন্দু ওইরবা থানা নিংথিজরবা মঙান থিবিক্না বৃন্দাবনগী লমদম পুম্নমক ভালহন্দুনা থোকখি ॥১॥

প্রসরতিশশধরবিম্বেবিহিতবিলম্বেচমাধবেবিধুরা ।
বিরচিতবিবিধবিলাপংসাপরিতাপংচকারোচ্চৈঃ ॥২॥

শ্রীরাধানা রাবহ্ন ঈশৈনা হায়রি ।
গীতং । ১৩ ।
মালবরাগ যতিতালাভ্যাং গীয়তে ।

কথিতসময়েঽপিহরিরহহনযযৌবনং ।
মমবিফলমিদমমলমপিরূপযৌবনম্ ॥
যামিহেকমিহশরণংসখীজনবচনবঞ্চিতা ॥৩॥ ধ্রু॥

---

পদানুবাদ :— বিধুরা [রারবী] সা রাধা [রাধা অহুনা] শশধরবিম্বে [থাগী মকোয়, থাবলনা] প্রসরতি [থোক্লক্লবদা] চ [অমসুং] মাধবে [শ্রীকৃষ্ণনা] বিহিত [ওইরবদা] বিলম্বে [থিনবা]— বিহিত বিলম্বে [থিল্লক্লবদা] বিরচিত [শেম্লহুনা] বিবিধবিলাপং [নথল মখা য়াম্লবা মীকপ্প]— বিরচিতবিবিধবিলাপঃ [মখল মখা য়াম্লা তেংথারহুনা] উচ্চৈঃ [থোইদোক্লা] পরিতাপং [রাবষু] চকার [তৌখ্রে] ॥১॥

অনুবাদ:— শ্রীকৃষ্ণগা কায়নবনা রারবী শ্রীরাধা অহুনা থাগী মকোয়না থোক্লক্লবদা অমসুং শ্রীকৃষ্ণনা অভিসার তৌবা থিল্লক্লবদা মখল মখা য়াম্লা বিলাপ তৌহুনা থোইদোক্লা রাখরে ॥২॥

পদানুবাদ :—অহহ [ওম্বোকপনিদা] হরিঃ [শ্রীকৃষ্ণনা] কথিত সময়েঽপি [হায়নখিবা মতমদসু] বনং [বন্দা] ন যযৌ [চৎথোকপিরকত্রে], মম [ঐগী] ইদং [অসি] অমলং [নিংথিজরবা] রূপযৌবনমপি [ইশক যৌবনসু, মীওই কগৎলকপসু]=ইদং অমলং রূপযৌবনমপি [নিংথিজরবা ইশক মীওই কগৎলকপা অসিসু] বিফলং

যদনুগমনায়নিশিগহনমপিশীলিতং।
তেনমমহৃদয়মিদমসমশরকীলিতম্ ॥৪॥

---

[অরেম্বা ওইরে], হে [হে পুক্লিং] ইহ [মতম অসিদা] সখীজনবচন বঞ্চিতা [সখীশিংগী রাহৈনা নমথাক তৌরবী] অহং [ঐনা] কং [কনাবু] শরণংযামি (চংজরসিবা) নত্রগা সখীজনবচনবঞ্চিতা অহং কং শরণং যামি (সখীশিংগী রাহৈনা নমথাক তৌরবী ঐনা) কং (ঈশিংদা) শরণং যামি [চোংথরগে, চংলগে] ॥৩॥

অনুবাদ :— ওন্থোকপনিদা !! শ্রীকৃষ্ণনা হায়নথিবা [ ঈঙ্গিত তৌনথিবা] মতম চানা সঙ্কেত কুঞ্জদা চৎথোকপিরকত্রে। ঐগী ইশক ফজবা নহা ওইবগী (যৌবনীগী) মূর্ত্তি অসি অরেম্বা ওইরে। হে পুক্লিং ! মতম অসিদা সখী ময়ামগী য়াথংনা নমথাক তৌরবী ঐসিনা কনাবু আশ্রয় তৌরসিবা নত্রগা সখীশিংগী য়াথংনা লৌনম তৌতুনা অরাবা ফংলবী ঐসে ঈশিংদা চোংথরগে ॥৩॥

পদানুবাদ :—ময়া [ঐনা যদ্ [মাগা, কৃষ্ণগা] অনুগমনায় [থেংনে-নবগীদমক, রতিক্রীড়া শামনবগী] গহনং অপি [শুক্লা মমবা বনতদা] শীলিতং [লৈরবনি], তেন [মহাক্না, কৃষ্ণনা] মম [ঐগী] ইদং হৃদয়ং [থম্মোই অসিবু] অসমশর কীলিতম্ [কামদেবগী তেমা থিলহংলে] ॥৪॥

অনুবাদ :—ঐনা ইবুংঙো মহাক্না লোইননা রতিক্রীড়া শামগে হায়বগীদমক শুক্রবা বনগী মফুংতদা চংতুনা লৈরবনি। মহাক্না লাকপিত্রবসিদা ঐগী থম্মোইদা কামদেবগী তেলনা থিলহংলে ॥৪॥

মম মরণমেব বরমতিবিতথকেতনা।
কিমিহ বিষহামি বিরহানলমচেতনা ॥৫॥
মামহহ বিধুরয়তি মধুর মধু যামিনী।
কাপি হরিমনুভবতি কৃত সুকৃত কামিনী ॥৬॥

---

পদানুবাদ :—অচেতনা [লৌশিং লৈত্রবী] অতি [খোইদোক্লা] বিতথ [কাম্লদ্রবা] কেতনা [হকচাং পুরবী] অহং [ঐসিনা] ইহ [মসিদা, বন অসিদা] বিরহানলং [কায়নবগী অরাবা মৈবু] কিংবিষহামি [করম্না থাংলসিগে] মম [ঐগী] মরণং এব [শিবতনা] বরং [ফরে] ॥৫॥

অনুবাদ :—অসুম্না থোক্লকনি থংদবনা লৌশিং লৈত্রবী, কৃষ্ণগী সেবা ফংদ্রবা অরেম্ব হকচাং পুরবী ঐসিনা বনঅসিদা অসুক রাগ্র-বা কৃষ্ণগা কায়নবগী মৈচাক অসি করম্না থাংলসিগে। মৈচাক থাংদ্রনবা শিবনা ফরে ॥৫॥

পদানুবাদ :—অহহ [অরাবনিদা] মধুর [নিংথিজরবা] মধু যামিনী [বসন্তগী অহিংসিনা] মাং [ঐবু] বিধুরয়তি [অরাবা পিরে], কাপি [কনাগুম্বী] কৃত [তৌরক্লবী] সুকৃত [পুণ্যবু]—কৃতসুকৃত (পুণ্য তৌরক্লবী) কামিনী (নুপীনদি, হরিং (শ্রীকৃষ্ণবু) অনুভবতি (শাম্নবা ফংজরিগনি) ॥৬॥

অনুবাদ :—ওম্হোক্লা অম্লাবনিদা!! জীব পুম্নমক্কী মফমদা নুং-ঙাইবা পিনরবা বসন্তগী অহিং অসিনসু রাধা ঐঙোন্দা অরাবা পিরে। কনাগুম্বী পূর্বজন্মদা পুণ্য য়াম্না তৌরকপী নুপীনদি ইবুং-ঙো শ্রীকৃষ্ণগা লোইননা নুংঙাইনা শাম্নবা ফংজরিগনি ॥৬॥

অহহ কলয়ামি বলয়াদিমণিভূষণং ।
হরিবিরহদহনবহনেন বহুদূষণম্ ॥৭॥
কুসুমসুকুমারতনুমতনুশরলীলয়া ।
স্রগপি হৃদি হন্তি মামতিবিষমশীলয়া ।৮॥

---

পদানুবাদ :—অহং [ঐনা] হরিবিরহ [হরিগী কায়নবগী] দহন-বহনেন [মৈ পুবা মরম্না] বলয়াদি মণিভূষণম্ [খুজিনচিংবা মণিগী লৈতেং পুম্নমকপু] বহুদূষণম্ [থোইদোক্না ক্রত্তবনি হায়না, য়াম্না রা-নবনি হায়না] কলয়ামি [খল্লে, নিংলে] ॥৭॥

অনুবাদ :—ঐনা শ্রীকৃষ্ণগী কায়নভুনা অরাবা মৈচাক পুরক্লবা মতম অসিদা ঐগী ইশাদা শিরিবা খুজীনচিংবা মণিগী লৈতেং পুম্ন-মকসি অরেম্বদা রানববা শিরবনি হায়না খল্লে ॥৭॥

পদানুবাদ :— হৃদি [থম্মোইদা শিরিবা] স্রক্ অপি [লৈপরেংঅসি-নসু] অতনুশরলীলয়া [কামদেবগী তেলগুম্না শান্নরভুন] অতিবিষম শীলয়া [থোইদোক্না তমথীরবা লমচং চংলভুনা] কুসুম সুকুমার তনুং [লৈগুম্না তনৌ তনৌরবা হকচাং ওইরবী] মাং [ঐবু] হন্তি [য়ৈরে, থিল্লে] ॥৮॥

অনুবাদ :—ঐগী থবাক্তা শিরিবা লৈ পরেং অসিনসু কামদেবগী তেলনা থিন্দুনা মীবু অরাবা পীবা মতৌদু তম্নগা থোইদোক্না তম-থীরবা লমচং চংলভুনা (অতৈ তেলনা থিনবাদ হকচাংদা থিন্দুনা অরাবা পী, কামদেবগী তেলনা থিনবদী থম্মোই সুংদা থিন্দুনা অরাবা পী, মরম অসিনা তমথীবা লমচং চংলি) লৈগুম্না তনৌ তনৌরবী হকচাং পাল্লবী ঐবু থিল্লে অমসুং য়ৈরে ॥৮॥

অহমিহ নিবসামিনগণিত বনবেতসা।
স্মরতিমধুসূদনো মামপিন চেতসা। ৯॥
হরিচরণশরণজয়দেব কবি ভারতী।
বসতু হৃদি যুবতিরিবকোমলকলাবতী ॥১০॥

---

**পদানুবাদ :**—অহং [ঐনা] ইহ [কুঞ্জসিদ] ন গণিত [খল্লুদনা] বন বেতসা [বনদা হৌবা লীনচিংবগীবু]—ন গণিত বন বেতসা [বনদা হৌবা লীনচিংবগী তিথংগী রাথল থাদোক্তুনা] নিবসামি [লৈরিব-সিনি] মধুসূদনঃ [শ্রীকৃষ্ণনা] চেতসা [মপুক্কৌংনা] মাং [ঐবু] অপি [খজিক্তসু] ন স্মরতি [নিংশিংদ্রমাল্লে] ॥৯॥

**অনুবাদ :**—ঐনা কুঞ্জ অসিদা অহিংদা লীনচিংবগী তিংথং য়ুগনি, শা, কৈ লাকনি হায়বা রাথল থাদোক্তুনা ভাইহুনা লৈরিবসিনি। অশুক রানা লৈরবসিদা শ্রীকৃষ্ণন পুক্কৌংনা ঐবু খজিক্তা কাওবা নিং-শিংখিদ্রমাল্লে ॥৯॥

**পদানুবাদ :**—কোমল [তনৌ তনৌরবী] কলাবতী [কলাবিদ্যানা তিল্লবী] যুবতিঃ ইব [লৈশাবীগুম্রবী], হরিচরণ [হরিগী খোংদা] শরণ [চংজরবা] জয়দেবকবিভারতী [জয়দেব কবিগী ঈশৈসিনা] ভক্তানাং হৃদি [ভক্তশিংগী থম্মোইদা] বসতু [লৈবিরসনু] ॥১০॥

নত্রগা কোমল [থোংলবী] কলাবতী [কবিতাগী লক্ষণনা তিল্লবী] হরিচরণশরণজয়দেবভারতী [হরিগী চরণদা চংজরবা জয়দেব কবিগী ঈশৈসিনা] যুবতিঃ ইব (নুপীমচা মথোক কারকপীগুম্না) ভক্তানাম্ হৃদি বসতু (ভক্তশিংগী থম্মোইদা লৈরসনু) ॥১০॥

কৃষ্ণনা থীন্না লাক্লদা রাধানা মওন মওন খনবহ্ হায়রি ।

**তৎকিংকামপিকামিণীমভিস্হৃতঃকিম্বাকলাকেলিভি-**
**র্বদ্ধোবন্ধুভিরন্ধকারিণিবনাভ্যর্ণেকিমুদ্ভ্রাম্যতি ।**
**কান্তঃক্লান্তমনামনাগপিপথিপ্রস্তাতুমেবাক্ষমঃ**
**সঙ্কেতীকৃতমঞ্জুবঞ্জুললতাকুঞ্জেঽপিযন্নাগতঃ ॥১১॥**

---

অনুবাদ :—মথোক কারকপী যুবতিগী মশকওইরবী, তনৌ তনৌ-রবী কবিতাগী লক্ষণ পুম্নমক্লা তিল্লবী, শ্রীকৃষ্ণগীচরণদা ভক্তি লৈরবা জয়দেব কবিনা লেংলবা ঈশৈসিনা ভক্তশিংগী থম্মোইদা চংহ্নুনা লৈরসনু ॥১০॥

পদানুবাদ :– কান্তঃ [চান্নথোইবনা] সঙ্কেতী কৃত [ঈঙ্গিত তৌনখ্র-বা] মঞ্জু [পুক্নীং চুরনা] বঞ্জুললতাগৃহে [বেতস কৌবা লতাকুঞ্জদা] নাগতঃ [লাকপিদ্রে], যৎ (১) তৎ (২) (মরম অহ্নুনদি) কিং (৩) কাং অপি [কনাগুম্বী] কামিণীং [নুপীদা] অভিস্হৃতঃ [অভিসার তৌহ্নুনা চংখ্রবরা], বা [অহ্নু নত্রগা] কিং কলাকেলিভিঃ [মথল মথা য়াম্না শান্নরবা] বন্ধুভিঃ [মরূপশিংনা, মতাওশিংনা] বদ্ধঃ [ফাজিনখ্রবরা], কিং অন্ধকারিণি (অমম্বা) বনাভ্যর্ণে (বনগী মনুংদা) উদ্ভ্রাম্যতি (লম্মুকনরব্রা, লম্মাংনরব্র) অপি ক্লান্তমনা (পুক্নীং বাথ্রহ্নুনা) পথি মনাক্ এব (থজিক্তা ফাওবা) প্রস্তাতুং [চৎথোক্রকপা] অক্ষমঃ [ঙমদ্রবরা] ॥১১॥

অনুবাদ :–ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণদো সঙ্কেত তৌনখিবা বেতসকুঞ্জদা লেংবিরক্তবা মরমসিনদি কনাগুম্বী লাইবক ফবী কামিনী অমগী মনাক্তা অভিসার তৌখ্রদরা ? মাহুম্মু ওইকম থোক্তে, ঐবুদি

অথাগতাং মাধবমন্তরেণসখীমিয়ংবীক্ষ্যবিষাদমূকাং।
বিশঙ্কমানারমিতংকয়াপিজনার্দ্দনংদৃষ্টবদেতদাহ ॥১২॥

---

ওস্থোক্লা হুংশিনা তৌরনি। অদুগা মরূপশিংগা লোইননা শাল্লবদা চংথোকহন্দরব্রা? শোইদনা লাকনি হায়রগা চংথোকপা তৌ-রোই। নত্রগ বনগী লম্বেল চংপদা লম্মুক্রবব্রা? মাদুস্ু ওইকম থোক্তে, মহোশানা হঙ্গংহন্দা চংমনবনা, ঐনা খল্লিবসি শোয়র-রোই, ঐগী চিন্তানা রাগ্রহুনা থোংখাং অমা ফাওবা থাংবা ঙমত্রহুনা ফমহুনা লৈবা তারে ॥১১॥

ব্যাখ্যা ঃ—পগুশ্লোক অসিগী মনুংদা য়াওরিবা "যৎ (১) তৎ (২)" অসি "মরম অহুনা" হায়বা অর্থদা পুন্না হায়গদবনি। অদুগা "কিং (৩)" য়াওরিবশিং অদুগা "অপি" অমা য়াওরিবা অসিনা "হংবা" অর্থদা "বরা" হায়না হাপকদবনি। মাদুদি :—কিং অভিস্থত: (চংথোকপ্রব্রা) কিং বদ্ধঃ (থিংখ্রব্রা) অপি অক্ষম: (ঙমদ্রব্রা) অসিনচিংবনি। মাসীদগী "কিং" লৌ-থোক্লবদি হংবা অর্থ লৈতে ॥১১॥

পদানুবাদ :—অথ (অদুগী তুংদা) রাধা [শ্রীরাধিকানা] মাধবং অন্তরেণ (কৃষ্ণ য়াওদনা) আগতাং [লাক্লব"] বিষাদমূকাং [রামনখি-বনা রাঙাংবা থোকত্রবী] সখীং [মতাবু, দূতীবু] বীক্ষ্য [উরহুনা] জনার্দ্দনং [শ্রীকৃষ্ণবু] কয়াপি [কনাগুম্বীগা লোয়ননা] রমিতং [শান্ন-থ্রমান্নে হায়না] বিশঙ্কমনা [চিংনরবীনা, শ্রীরাধানা] এতৎ [মাসিবু] দৃষ্টবৎ [সংসংনা উবগুম্না] আহ [হায়খি]॥১২॥

অনুবাদ :—অদুগী তুংদা শ্রীরাধিকানা কৃষ্ণ য়াওদনা মাইথোং মক-শিন্না রাঙাংদনা মথন্তা হল্লক্রবী মতা সখীবু উরহুনা অমসুং শ্রীকৃষ্ণবু

হায়রিবশিং অছু ঈশৈনা হাঙ্খিরি ।

গীতং ।১৪।

বসন্তরাগ যতিতালাভ্যাংগীয়তে ।

স্মর সমরোচিত বিরচিত বেশা ।
গলিত কুসুম দর বিলুলিত কেশা ॥
কাপিমধুরিপুণা বিলসতি যুবতিরধিকগুণা ॥১৩॥ ধ্রুবম্ ॥

---

কনাগুম্বী সখীগা লোয়ননা রতিক্রীড়া তৌগ্রমাম্লে হায়না পুক্নীংদা চিংনবা পোক্লহনা মমিংনা সংসং উবগুম্না মথাদা হায়রিরশিং অসি হায়খি ॥১২॥

পদানুবাদ :– কাপী [কনাগুম্বী] স্মর সমর [রতিক্রীড়াগী লানফম থোকপদা] উচিত [মতিক চাবা] বিরচিত [শেংলবা] বেশা [ফীজেৎ]—স্মর সমরোচিত বিরচিত বেশা [রতিক্রীড়া থোকপগী মতিকচাবা ফীজেৎ শেংলবী] গলিত [তারবা] কুসুম [লৈনা] দর [খরদং] বিলুলিত [চাইথোকপন] কেশা [শম]—গলিত কুসুম দর বিলুলিত কেশা [শম খরা চাইথোকপনা থেংলিবা লৈনা নাম্বহনা তারবী) অধিকগুণা [অথোইবা গুণা তিল্লবী] যুবতিঃ [নুপীনা] মধুরিপুণা [কৃষ্ণগা লোয়ননা] বিলসতি [শমন্নরি] ॥১৩॥

অনুবাদ :—কনাগুম্বী রতিক্রীড়া লান তৌনরকপগী মতিক চাবা ফীজেৎনা লৈতেংলবী, ঈমবা চিংনৈবা মতমদা শমজী খরা কায়হনা থেংলিবা লৈনা নাম্বহনা তারবী, শকু, কুচু, মিত্তা, য়াতানচিংবা অথোইবা গুণ খিবিক্না তিল্লবী নুপীনা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা শান্নরি ॥১৩॥

হরি পরিরম্ভণ বলিত বিকারা ।
কুচ কলসোপরিতরলিত হারা ॥১৪॥
বিচলদলক ললিতাননচন্দ্রা ।
তদধর পানরভস কৃততন্দ্রা ॥১৫॥
চঞ্চল কুণ্ডল ললিতকপোলা ।
মুখরিত রসনজঘন গতিলোলা ॥১৬॥

---

পদানুবাদ ঃ—হরি পরিরম্ভণ [হরিনা আলিঙ্গন তৌবনা]—বলিত [পাঙ্গল্লবী, লৈতেংলবী] বিকারা [বিকারনা]—হরি পরিরম্ভণ বলিত বিকার [হরিনা আলিঙ্গন তৌবনা বিকার ওইরবী মরুপগা পাঙ্গল্লবী] কুচ কলস উপরি [কুচ কলস মথক্তা] তরলিত [হাইহুম্লবী হারা [লিক্লা]—কুচকলস উপরি তরলিত হারা [স্নাগী লিকপরেংনা কুচ কলসী মথক্ত হাইহুম্লবী] ॥১৪॥ বিচলৎ [হাইহুম্লবা] অলক [শমজোয়না] ললিত [নিংথিজরবা] আননচন্দ্রা [মায়খোং থা মাল্লবী] তৎ [মহাক্কী, কৃষ্ণগী] অধরপান রভস [অধরামৃত পান তৌবগী হুং-ঙাইবনা] কৃততন্দ্রা [মীং উইশিন্দুনা তুম্বগুম লৈরবী, মীং তুথরবী] ॥১৫॥ চঞ্চল [হাইহুম্লবা] কুণ্ডল [নাইম্না, নাকোংদা শিবা লৈতেং-ন্না] ললিত [কজরবা] কপোলা [খজাই পাল্লবী], মুখরিত (মখোল খোকহন্দুনা, শিংশিং লাউহন্দুনা] রসন [খাং শরিকপু] জঘন [খাং-দা] গতি লোলা [নোয়োম চংলবী]—মুখরিত রসন জঘন গতি-লোলা [খাং মথাদা নোয়োম চৎপহনা খাংদা শিরিবা খাং শরিকপু মখোল খোকহল্লবী] ॥১৬॥

অনুবাদ ঃ—শ্রীকৃষ্ণনা আলিঙ্গন তৌবদা বিকার ওইবা মতৌ

দয়িত বিলোকিত লজ্জিত হসিতা।
বহুবিধ কূজিত রতি রসরসিতা ॥১৭॥
বিপুল পুলক পৃথু বেপথুভঙ্গা।
শ্বসিত নিমীলিত বিকসদনঙ্গা ॥১৮॥

---

পদানুবাদ :—দয়িত [চান্নথোইবনা] বিলোকিত [য়েংলকপদা] লজ্জিতহসিতা [ইকাইবগা লোয়নননা নোক্লবী] বহুবিধকূজিত (মখল মথু অয়াম্বা খোঞ্জেল লাউবগা লোইননা) রতিরস রসিতা (রতিক্রীড়া তৌহুনা হরাওরবী ॥১৭॥ বিপুল (চংখোম্না) পুলক (তুজুং-লহুনা) পৃথু (থোইদোক্না কন্না) বেপথু (তনিক তনিকপনা) ভঙ্গা (ইথক হৌরবী) শ্বসিত নিমীলিত (হুংশাস্বর ফূইনা হোনবগা মীৎ পাংনীংদবগা অনি অসিনা) বিকসৎ (ফোংদোক্লবা) অনঙ্গ (রতিক্রীড়াবু)—বিকসদ্ অনঙ্গা (রতিক্রীড়া শান্নে হায়বা ফোংদোক্লবী)॥১৮॥

অনুবাদ : থোইদোক্না হেন্নবী, ওক্তা শিন্নিবা মুক্তা পরেংনা কুচকলসীগী মথক্তা হাইহুন্নবী ॥১৪॥ ফাদোক্লবা [চাৎথোক্লবা] শমজোয়না লৈতেংলবা মায়থোং থা মান্নবী, শ্রীকৃষ্ণগী অধরসুধা পান তৌবগী হুংঙাইবনা মমিৎ তুথহুনা তুম্বগুম লৈরবী ॥১৫॥ হাইহুন্নবা নাইন্না লৈতেংলবা খজাইনা মাগী ওইরবী, খাংদা শিন্নিবা থাং শরিক মখোল খোক্না নোম্নোম চৎলবী ॥১৬॥ চান্নথোইবা শ্রীকৃষ্ণনা য়েংলকপদা ইকাইবগা লোয়নননা মোমোন নোক্লবী, মখল মথা অয়াম্বা খোঞ্জেল ঙাংহুনা রতিক্রীড়াগী হুংঙাইবা মতৌ ফোংদোক্লবী ॥১৭॥ চংখোম্না তুজুংবগা লোয়নননা থোইদোক্না কন্না তনীক তনীকপনা ইথক হৌরবী, হুংশাস্বর ফুইনা হোনবগা মীৎ পাঙনিংদবগা অনি অসিনা রতিক্রীড়া শান্নবগী মতৌ ফোংদোক্লবী ॥১৮॥

শ্রমজল কণভর সুভগ শরীরা।
পতি পতিতোরসি রতিরণধীরা ॥১৯॥
শ্রীজয়দেব ভণিতং হরিরমিতং
কলিকলুষং জনয়তু পরিশমিতং ॥২০॥
বিরহ পাণ্ডু মুরারিমুখাম্বুজ
দ্যুতিরয়ং তিরয়ন্নপি বেদনাম্।
বিধুরতীবতনোতি মনোভুবঃ
সুহৃদয়ে হৃদয়ে মদনব্যথাং ॥২১॥

---

পদানুবাদ ঃ—শ্রমজলকণভর [অরাবদগী থোকখিবা হুমাংঈরিক মপৈনা] সুভগ [লৈতেং ওইরবী] শরীরা [হকচাংদা]=শ্রমজলকণভর সুভগ শরীরা [রতিক্রীড়: শান্নরুবদগী মাবনা শিন্থরক্লবা হুমাংঈরিক মপৈনা হকচাংদা লৈতেং ওইরবী] রতিরণধীরা (রতিক্রীড়াদা হৈশিংলবী) [কাপি যুবতিঃ] (কনাগুম্বী নুপীনা) [কৃষ্ণস্য] উরসি (কৃষ্ণগী থবাক্তা) পরিপতিতা (হিপলি, ওাথরি) ॥১৯॥ শ্রীজয়দেবভণিতং (শ্রীজয়দেব কবিনা লেংলবা) ইদংহরিরমিতং (কৃষ্ণগী শান্নবা লীলা অসিনা) গায়কানাম্ (শক্লিবশিংগী) কলিকলুষং (কলিযুগতা তৌবা পাপপু) পরিশমিতং জনয়তু (পুমকোক কোকহল্লসনু) ॥২০॥ অয়ে ! (হে ইতাইবেন্মা) বিরহপাণ্ডু (কান্নবগী মৈচাক্লা ঙৌথোক্লবা) মুরারি (কৃষ্ণগী) মুখাম্বুজদ্যুতিঃ (মায়থোং থাগী কুচু মাল্লবা), মনোভুবঃ (কামদেবগী) সুহৃদ্ (মরূপ ওইরবা) অয়ংবিধুঃ (থা অসিনা) বেদনাম্ (অরাববু) তিরয়ণ অপি (কোকহন্থনসু) হৃদয়ে (থম্মোইদা) অতীব (থোইদোক্না) মদনব্যথাং (কামগী অরাববু) তনোতি (পিবিরে) ॥২১॥

গীতং ॥১৫॥

গুর্জ্জরীরাগৈকতালীতালাভ্যাংগীয়তে।

সমুদিতমদনেরমণীবদনেচুম্বনবলিতাধরে।
মৃগমদতিলকংলিখতিসপুলকংমৃগমিবরজনীকরে॥
রমতেযমুনাপুলিনবনেবিজয়ীমুরারিরধুনা ॥২২॥ ধ্রুবম্ ॥

অনুবাদঃ—শান্নবগী অরাবদগী থোকখিবা (শোখিব:) হুমাংঈরিক খিবিক্লা হকচাংদা লৈতেংলবী, রতিক্রীড়াগী লাল তৌনরকপদা থোইদোক্লা হৈশিংলবী কনাগুম্বী যুবতিনা কৃষ্ণগী খবাক্তা ভাহুনা হিপ্লি ॥১৯॥ শ্রীজয়দেব কবিনা লেংলবা কৃষ্ণগী শান্নবা লীলা অসিনা শক্লি-শোল্লিবশিংগী কলিযুগতা তৌবা পাপপু পুমকোক কোকহল্লসনু ॥২০॥ হে ইতা! ঐগা কায়নবগী অন্নাবা থাংবদা ঙোথোক্লবা শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোং থম্বালগী কুচু মাল্লবা, কামদেব কৌবা লাইগী মরূপ ওইরবা থা অসিনা থাবন্না পান্থোংদা অন্নাবা কোক-হল্লিদি হায়ববু থম্মোইনুংদদি থোইদোক্লা রতিক্রীড়া শান্নহন্নিংহুনা অন্নাবা পিবিরে ॥২১॥

পদানুবাদঃ—অধুনা (হৌজিকসিদা, মতম অসিদা) বিজয়ীকৃষ্ণঃ (জয় ওইরবা শ্রীকৃষ্ণসিনা) যমুনা পুলিনবনে (যমুনাগী মপান্দা লৈবা কুঞ্জদা) রমতে (শান্নরি) সঃ (মহাক্লা, শ্রীকৃষ্ণসিনা) সমুদিত মদনে (কাম পোক্লবা) চুম্বন (চুপ্পিংবনা) বলিত (ওনশিল্লক্লবা) অধরে (চিন-বান্দা)—চুম্বন বলিতাধরে (চুম্বন তৌগে হায়বগীদমক চিনবান্দা মান্না ওনশিল্লক্লবা) রমণী বদনে (নুপীগী মায়থোংদা) রজনীকরে (থাদা) মৃগংইব (মায়হৌং পকৃপগুম্না) মৃগমদতিলকং (কস্তুরীগীচন্দনবু) সপু-লকং (হরাওবগা লোয়ননা) লিখতি (ইবিরি, খিনবিরি) ॥২২॥

ঘনচয়রুচিরেরচয়তিচিকুরেতরলিততরুণাননে ।
কুরুবককুসুমংচপলাসুষমংরতিপতিমৃগকাননে ॥২৩॥

অনুবাদ :—হৌজিক অসিদা ত্রিভুবন জয় তৌরবা শ্রীকৃষ্ণ অসিনা কনাগুম্বী মুপীগা লোয়ননা যমুনাগী মপান্দা লৈবা কুঞ্জদা শাম্নরি । মুপী অসিনা কাম পোক্লবা, অধর চুম্বন তৌগে হায়দুনা ওনশিল্লক্লবা মায়থোংদা শ্রীকৃষ্ণনা থাদা মায়হৌংনা লৈতেংবগুম্না কস্তুরী চন্দন পায়দুনা নিংথিজনা হরাওনা য়েকপিরি (থিনবিরি) ॥২২॥

পদানুবাদ :—ঘনচয়রুচিরে [অনৌব হৌরকপা নোং মপৈগুম্না ফজরবা] তরলিত [ইরা হৌহল্লবা, ইথক থকৃহল্লবা] তরুণ [পাথং-শিংগী] আননে [মায়থোংদা]—তরলিত তরুণাননে [পাথংশিংগী মায়থোংদা ইথক থকহল্লবা নব্রগা তরুণ কৌবা লৈগী মতোনগুম্না হাইহুম্নবা] রতিপতি মৃগ [কামদেবনা ওইরবা শজিগী] কাননে [নারক ওইরবা, বন ওইরবা হায়বদী শম অদু উরগা ফজমন্‌বনা মীগী পুক্লৌংদা সুরত লীলাগী ইচ্ছা পোক্লবা] চিকুরে কেশে [খোই-খোই তারবা শমদা] চপলা সুষমং [নোংথাংগুম্না ফজরবা] কুরুবক-কুসুমং [কুরুবক কৌবা লৈবু] রচয়তি [চিনবিরি] ॥৩॥

অনুবাদ :—অনৌবা হৌরকপা নোং মপৈগুম্না মুনা ফজরবা, মাদু উরগা পাথংশিংগী পুক্লৌংদা ইথক থকৃলবা, কামদেবগী মশক্লা ওইরবা শজিগী নারক ওইরবা হায়বদি উবদা পুক্লৌংদা রতিক্রীড়াগী রাথল পোকহল্লবা খোইখোই তারবা শম অদুগী মরক্তা কুরুবক কৌবা লৈ চিনবিরি ॥২৩॥

ঘটয়তি সুঘনেকুচযুগগগনেমৃগমদরুচি রূষিতে।
মণিসরমমলংতারকপটলংনখপদশশিভূষিতে ॥২৪॥
জিতবিসশকলেমৃদুভুজযুগলেকরতলনলিনীদলে।
মরকতবলয়ংমধুকরনিচয়ংবিতরতিহিমশীতলে ॥২৫॥

---

পদানুবাদ :—মৃগমদরুচি [কস্তুরী চন্দনন নিংথিজনা] রূষিতে [লৈতেংলবা] নখপদশশি [খুজীল্ মফম থানা] ভূষিতে [লৈতেং-লবা], সুঘনে [তোংলবা নত্রগা কল্লবা] কুচ যুগ গগনে [কুচ অনিনা ওইরবা অতিয়াদা] তারকপটলং [থোরানমিচাক মপৈগী মশক ওই-রবা] অমলং মণিসরম্ [অমকপা লৈত্রবা মণিগী লিক পরেংবু] ঘটয়তি [শিবিরি] ॥২৪॥

অনুবাদ :—কস্তুরী চন্দন তৈবগী তারিবা অমকপা শরূক অহুনা অনোবা হোরকপা নোংগী মশক ওইরবা, পায়শিনবদা তারিবা খুজীল মফম অহুনা অনোবা পানথংলকপা থা ওইরবা, তোংলবা কুচ [খোম] অনিনা ওইরিবা অতিয়াহুদা, অমকপা লৈত্রবা মণি পরেংনা থোরানমিচাক ওইহল্লহুমা শিখিরি ॥২৪॥

পদানুবাদ :—করতল [খুংকী মতোম্না] নলিনীদলে [থম্বালমনা-গুম্রবা], হিমশীতলে [উলগুম্না ঈংলবা] জিত [তমজরবা] বিস [থম্বৌগী] শকলে [খুবোম্বু, মতেকপু]—জিত বিসশকলে [থম্বৌ খুবোম্বু তমজরবা] মৃদু [থোংলবা, তবোপ তবোপ্লবা] ভূজযুগলে [পাম্বোম অনিদা] মধুকরনিচয়ং [খোইমু মপৈগুম্রবা] মরকতবলয়ং [মরকত মণিগী খুজিবু] বিতরতি [পিবিরি, শিবিরি] ॥২৫॥

রতিগৃহজঘনেবিপুলাপঘনেমনসিজকনকাসনে।
মণিময়রসনং তোরণহসনং বিকিরতিকৃতবাসনে ॥২৬॥
চরণকিশলয়েকমলানিলয়েনখমণিগণপূজিতে।
বহিরপবরণং যাবকভরণং জনয়তিহৃদযোজিতে ॥২৭॥

---

অনুবাদ :—থুবাং অনিগী থুদোগ্না থম্বাল মনাগুম্না ফজরবা, উলগী মতৌগুম্না ঈংলবা, থম্বৌ থুবোমগী ফজবা মওংবু ভমজরবা পাম্বোম অনি শ্বুদা থোইমু মপৈগী মতৌগুম্না মুরবা মরকত মণিগী থুজিবু শিবিরি ॥২৫॥

পদানুবাদ :—মনসিজকনকাসনে [কামদেবগী স্নানা শাবা সিংহাসনগী মশক ওইরবা], কৃতবাসনে [ফীশেৎ লিবা] বিপুল [নিংথিজনা] অপঘনে [হকচাং থাগৎলবা, হকচাং থোল্লবা] রতিগৃহজঘনে [কামদেবগী শান্নফম য়ুমগী মশক ওইরবা থোইদো মথাদা] মণিময়রসনং [মণিনা শাবা থাং শরিকপু] তোরণহসনং [থোংগী মথক্তা লৈপরেং য়াম্বরকপগুম্না] বিকিরতি [হাপ্লিরি, শিবিরি] ॥২৬॥

অনুবাদ :—কামদেবগী স্নানা শাবা সিংহাসনগুম্না ফজরবা, নিংথিজরবা ফীনা লৈতেংলবা, হকচাং থোইদোক্না থাগৎলবা (হুপীগী পুক্কী অমসুং থোইদো মথাগী উনশা অসি মহৌশানা য়াম্না থাই) কামদেবগী শান্নবা য়ুমগী মশক ওইরবা, থোইদো মথাদা মণিনা শাবা থাংশরীক্না সিংহদ্বারদা লৈপরেংনা থেৎচিন্দুনা ফজরগুম্না লৈতেংরিহনা শিবিরি ॥২৬॥

পদানুবাদ :—কমলা নিলয়ে [লক্ষ্মীগী য়ুম ওইরবা] নখমনিগণ পূজিতে [খুজিলশিংনা মণি ময়াম ওইহনা পূজা তৌরবা হায়রবদি

**রময়তিসুভৃশং কামপিসুদৃশং খলহলধরসোদরে।**
**কিমফলমবসং চিরমিহবিরসং বদসখিবিটপোদরে ॥২৮॥**

লৈতেংলবা] হৃদিয়োজ্জিতে [থবাক্তা থাঙ্গৎলবা, থবাক্তা হাপকুৎ-লবা] চরণকিশলয়ে [খোং য়েন্নীং অত্থদা] যাবকভরণং [চামহীনা তৈত্থনা] বহিঃ অপকরণং [মপানগী লৈতেংনবু] জনয়তি [ওইহল্লি, পোকহল্লি] ॥২৭॥

**অনুবাদ** ঃ—লক্ষ্মীগী য়ুম ওইরবা, খুজিল ময়ামত্থনা মণিগী মশক ওইনা লৈতেংলবা, কৃষ্ণগী থবাক্তা থাঙ্গৎলবা, খোং য়েন্নীংগী খুনীং অত্থদা মপানগী লৈতেংগী মশক ওইনা চা মহি তৈবিত্থনা লৈতেংবিরি ॥২৭॥

**পদানুবাদ** ঃ—সখি [হে ইতা] খল [পুকচেল ফত্তরবা] হলধর [বলদেবগী] সোদরে কৃষ্ণে [মনাও কৃষ্ণনা] = খলহলধরসোদরেকৃষ্ণে [বলদেবগী মনাওনিপা ফত্তরবা কৃষ্ণসিনা] সুদৃশং [মিত্তা ফজরবী] কাংঅপি [কনাগুম্বী অমগা] সুভৃশং [হন্না হন্না] রময়তি [শান্নখ্রব-সিদা] অহং [ঐনা] ইহবিটপোদরে [উরীগী কুঞ্জ মনুংদা] অফলং [মহৈ চাদনা, কান্নবা লৈতনা] বিরসং [রানা] চিরং [মতম কুইনা, অহিং চুপ্পা] কিং অবসম্ [লৈরসিগে] ত্বংবদ (নহাক্না হায়য়ু, লৈয়ু লৈগদ্রু হায়রবা নহাক্না হায়রো) ॥২৮॥

**অনুবাদ** ঃ—হে ইতা পাউপুবী ! বলদেবগী মনাওনিপা পুকচেল ফত্তরবা শ্রীকৃষ্ণসিনা, মিত্তা ফজরবী কনাগুম্বী কামিণীগা লোয়ননা হন্না হন্না শান্নত্থনা লৈথ্রবসিদা, কায়নবগী অরাবা পুরবী রাধা ঐসিনা মহৈ চাদনা রানা কুঞ্জ অসিগী মনুংদা অহিংচুপ্পা লৈরসিগে, নহাক্না লৈয়ু লৈগদ্রু হায়রবা তাকপিরো ॥২৮॥

ইহরসভণনেকৃতহরিগুণনেমধুরিপুপদসেবকে ।
কলিযুগচরিতংনবসতুদুরিতংকবিনৃপজয়দেবকে ॥২৯॥

শ্রীকৃষ্ণনা লাক্রবদা রাধানা মুক্লীং থাররবী দূতিদা থেমজিন্দুনা হায়খি ।

নায়াতঃ সখিনির্দ্দয়ো যদি শঠস্ত্বং দূতি কিং দূয়সে
স্বচ্ছন্দংবহুবল্লভঃসরমতেকিংতত্রতেদূষণম্ ।
পশ্যাদ্যপ্রিয়সঙ্গমায়দয়িতস্যাকৃষ্যমাণংগুণৈ-
রুৎকণ্ঠার্ত্তিভরাদিবস্ফুটদিদংচেতঃস্বয়ংযাস্যতি ॥৩০॥

---

পদানুবাদ :—কৃত (তৌররবা) হরিগুণনে (হরিবু থনবা)—কৃত হরিগুণনে (হরিবু খল্লবা, হরিবু অকাউবা লৈতনা নীংলবা) মধুরিপুপদসেবকে (শ্রী কৃষ্ণগী মথো.দা সেবা চংজরবা) কবিনৃপজয়দেবকে (কবিগী নিংথৌ জয়দেবনা) ইহরসভণনে (রস অসি লেংলবদা, রাধা কৃষ্ণনা শান্নবসি লেংলবদা) কলিযুগ চরিতং (কলিযুগ চরিতং (কলিযুগতা চৎনরবা নত্রগা কলিযুগ ওইবনা চৎনফম থোক্রবা) দুরিতং (পাপনা) ন বসতু (লৈত্রসনু, কোকলসনু) ॥২৯॥

অনুবাদ :—হরিবু অকাউবা লৈতনা নীংলবা, কৃষ্ণগী চরণদা সেবা তত্তনা তৌজরবা, কবি খিবক্কী অথোইবা শ্রীজয়দেবনা রাধাকৃষ্ণ শান্নবগী লীলা লেংলবা মতমসিদা, মাসিনা শক্লিবা তারিবা মী পুরমক্কী কলিগী পাপ কোকহল্লসনু ॥২৯॥

পদানুবাদ :—হে সখি (হে ইতা) হে, দূতি (হে পাওপুবী) যদি নির্দ্দয়ঃ (থৌজাল লৈত্রবা) শঠঃ (লৌনম তৌবনা) নায়াতঃ (লাকপিত্রবা) যদি তদা (মতম অসিদা) ত্বং (নহাক্না) কিং দূয়সে (করিগী রাগ্রিবা), বহুবল্লভঃ (চান্নবী নুপী য়ামনা) সঃ (মহাক্না) স্বচ্ছন্দং (মনীং

গীতং ।১৩।

দেশবরাড়ীরাগ রূপকতালাভ্যাং গীয়তে।

অনিলতরলকুবলয়নয়নেন ।
তপতি ন সা কিশলয়শয়নেন ॥
সখি যা রমিতা বনমালিনা ॥৩১॥ ধ্রুবম্ ॥

মথা তৌনা) রমতে (শান্নরিবনি) জন্ত্র (মাত্থুদা) তে (নংগী) কিং দূষণম্ (করি নরাল্ লৈবগে), পশ্য (য়েংউ) দয়িতস্য (চান্নথোইবগী) গুণৈঃ (মগুণ শিরিক্সা) আকৃষ্যমানং (চিংশিনথ্রবা) উৎকণ্ঠার্ত্তিভরাৎ (উৎকণ্ঠানে, কায়নবগী মৈনে অনি অশিনা নম্থবদগী, খুমহৎখিবদগী) স্ফুটং ইব (হোগাযবগুম্নবা, খিনহৎপগুম্নবা) ইদং চেতঃ (পুক্সী সিনা, থম্মোইসিনা) প্রিয়সঙ্গমায় [চান্নথোইবগা লোয়িননা শান্নবগীদমক] অত্ত [ভসি, হৌজিক] স্বয়ং যাস্যতি [মশামক্সা চৎকদৌরিবসে] ॥৩০॥

অনুবাদ ঃ—হে ইতা দূতি ! থৌজাল লৈত্রবা, ঐভোম্পা লাকনি হায়হুনা ঈঙ্গিত তৌরগা লাক্তুনা লৌনম্ তৌরবা বৃক্ষহুনা লাকত্রবা মতম অসিদা নহাক্সা করিগী রারিবনো ? রাগন্থ । চান্নবী মুপী ময়াম্ লৈবনা অতোপ্পা মুপীশিংগা লোয়ননা শান্নহুনা লৈবননি মাহুদা নংগী করি নরাল লৈবগে ? য়েংউ, ইবুংঙো মহাক্কী মগুনশিংহুনা কাহুনা চিংশিনথ্রবা, উৎকণ্ঠা অমশুং কায়নবগী মৈনা চাকপদগী অকায়বগুম ওইরবা ঐগী থম্মোইসিনা ভসি মাগী মনাক তান্না চৎকদৌরিবসে ॥৩০॥

পদানুবাদ ঃ—সখি [হে ইতা] যা [মহাক্সা] অনিল [নুংশিৎনা] তরল [হাইহুমহল্লবা] কুবলয় [থম্বাল অশংবগুম্বা] নয়নেন [মীৎ-

বিকসিত সরসিজ ললিতমুখেন।
স্ফুটতি ন সা মনসিজ বিশিখেন ॥৩২॥ সখিযা ......
অমৃত মধুর মৃদুতর বচনেন।
জ্বলতি ন সা মলয়জ পবনেন ॥৩৩॥

---

পাল্লবা] বনমালিনা [শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা] রমিতা [শায়ৗরবী সা [মহাকপু] কিশলয় শয়নেন [উনা অনৌবনা লেম্বা শয্যানা]' ন তপতি [চাকপা লৈত্রে] ॥৩১॥

অনুবাদ :—হে সখি! কনাগুম্বী মুপীশিং অহুনা মুংশিৎ শিংপনা হায়হল্লবা থম্বাল অশংবগুম্বা মীং পাল্লবা (মুপী ময়ামদা কোইরৈ লৈনা য়েংবনা তথক তথল্লবা) শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা শায়ৗরবী, মহাকপু উনা য়েন্নীংগী শয্যানা অরাবা পীবা লৈত্রে ॥৩১॥

পদানুবাদ :—বিকসিত (শাংকাইরবা) সরসিজ ললিত মুখেন (থম্বালগুম্না ফজরবা মায়থোং পানবীগা লোয়নমা) রমিতা (শায়ৗরবী) সা (মাবু) মনসিজ বিশিখেন (কামদেবগী তেম্না); ন স্ফুটতি (থিল্লরোই, অরাবা পিররোই) ॥৩২॥

অনুবাদ :— শাংকায়রবা থম্বালগুম্বা নিংথিজরবা মায়থোংনা মাগী ওইরবী শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা শায়বা ফংজরবী মুপী অহুগীদি কামদেবগী তেম্না থিন্দুনা অরাবা ফংবা লৈত্রে ॥৩২॥

পদানুবাদ :—অমৃত মধুর (অমৃতগুম্না নিংথিজরবা) মৃদুতরবচনেন (থোংলবা রাওাংনা মাগী ওইররগা লোয়ননা) রমিতা (শায়ৗরবী) সা (মহাকপু) মলয়জপবনেন (মলয়পর্ব্বতকী নুংশিৎনা) ন জ্বলতি (চাকপা লৈত্রে) ॥৩৩॥

স্থল জলরুহ রুচি কর চরণেন
দহতি ন সা হিমকর কিরণেন ॥৩৪॥
সজল জলদ সমুদয় রুচিরেণ।
দলতি ন সা হৃদি বিরহভরেণ ॥৩৫॥

---

অনুবাদ :—অমৃতগুম্না তুংশিনবা থোংলবা নাহৈ নাতা ভাংলবা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা শান্নরবী নুপীহচু মলয়পর্ব্বতকী মনম তুংশিনবা তুংশিংনা চাকথেকপা লৈত্রে ॥৩৩॥

পদানুবাদ :—স্থলজলরুহ (লৈকং থম্বালগুম্না) রুচি (নিংথিজরবা) কর (খুৎ) চরণেন (খোংনা মাগী ওইরবগা লোয়ননা) রমিতা (শান্নরবী) সা (মাবু) হিমকর (থাগী) কিরণেন (শাবম্না, মঙালনা) ন দহতি (চাকপা লৈত্রে) ॥৩৪॥

অনুবাদ :—লৈকং থম্বালগুম্না নিংথিজরবা খোং খুৎনা মাগী ওই-রবা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা শান্নরবী নুপী অহুগীদি থৌংলবা থাংগী থাবমা চাকপা লৈত্রে ॥৩৪॥

পদানুবাদ :—সজল (ঈংলবা, ঈশিংগা লোয়নরবা) জলদ সমুদয় (নোংহুম মপৈগুম্না) রুচিরেন [ফজবগা লোয়ননা] রমিতা [শান্নরবী] সা [মহাকপু] চিরবিরহেন [মতম কুইনা কায়নবনা] হৃদি [থম্মোই-দা] ন দলতি [হোগায়বা লৈত্রে] ॥৩৫॥

অনুবাদ :—অতিয়াদা ঈংলিবা নোংহুম মপৈগা মান্নবা মুৈয়েননা ফজরবা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা শামজরবী নুপীহুনা মতম কুইনা কায়-নহুনা লৈবগী অরাবা মৈচাক অহুনা থম্মোইদা হোগায়বা লৈত্রে ॥৩৫॥

কনক নিকষ রুচি শুচি বসনেন।
শ্বসিতি ন সা পরিজন হসনেন ॥৩৬॥
সকলভুবন জন বর তরুণেন।
বহতি ন সা রুজমতি করুণেন ॥৩৭॥
শ্রীজয়দেব ভণিত বচনেন।
প্রবিশতু হরিরপি হৃদয়মনেন ॥৩৮॥

---

পদানুবাদ :—কনক নিকষ রুচি [সনা তরুবা নিকষ কোবা হুংদা সনাগী লৈইনা রুজুবগুম্না] শুচি [নিংথিজরবা] বসনেন [ফী শেংপগা লোয়ননা] রমিতা [শান্নগ্রবী] সা [মহাক্না] পরিজন হসনেন [ইমুং মনুংগী মীনা নোক্নবদা] ন শ্বসিতি [হুংশাম্বরমপী হোন্দ্রে] ॥৩৬॥

অনুবাদ :—সনা তক্তুনা চাং য়েংনবা নিকষ কোবা হুংদা সনাগী লৈইনা রুজবগুম্না ফজরবা সনা ফীগেৎ ফৈজোম শেংলবা কৃষ্ণগা লোয়ননা শান্নগ্রবী শুপীহুনা ইমুং মনুংগী মীনা নোক্নবদা হুংশাম্বর মপী হোনবা লৈদ্রে ॥৩৬॥

পদানুবাদ :—সকলভুবনজন [তাইবংপানবদা লৈরিবা পাখং পুন্ন-মক্তগী] বর তরুণেন [অথোইবা পাখং ওইবগা লোয়ননা] রমিতা সা [মহাক্না] ক্ষতি করুণেন [থোইদোক্না অয়াবা কংহুনা] রুজং [লাইথুং, পুক্নীং নাব.] ন বহতি [পুদ্রে, কংদ্রে] ॥৩৭॥

অনুবাদ :—তাইবংপানবদা লৈরিবা পাখং পুন্নমক্তগী থোইদোক হেন্দোক্না ফজরবা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা শান্নজরগী শুপীশিং অমুনি মশাদা থম্মোই রাবদগী পোকখিবা লাইথুং পুদ্রে ॥৩৭॥

অরাবা পীরিবা মুংশিংপু লোয়রুনা হায়রুগি ॥

মনোভবানন্দন চন্দনানিল
প্রসীদরে দক্ষিণ মুঞ্চ বামতাম্।
ক্ষণং জগৎপ্রাণ বিধায় মাধবং
পুরো মম প্রাণহরো ভবিষ্যসি ॥৩৯॥

---

পদানুবাদ :—অনেন [মাসিনা] শ্রীজয়দেব ভণিত বচনেন [শ্রীজয়দেবকবিগী বাহৈশিং] = অনেন শ্রীজয়দেবভণিত বচনেন [শ্রীজয়দেব কবিনা লেংলবা ঈশৈ অসিনা] হরিঃ অপি [হরিনসু] ভক্তানাম্ [ভক্তশিংগী, তারিবা পাঠ তৌরিবা মীশিংগি] হৃদয়ং [থম্মোইদা] প্রবিশতু [চংবিরসনু] ॥৩৮॥

পদানুবাদ :—হে মনোভবানন্দন চন্দনানিল [কামদেববু হুংভাইবা পীনরবা হে মলয় মুংশিং] প্রসীদ [নংনা থৌজানবিউ] রে দক্ষিণ [হে মথা মাইকৈগী মুংশিং] বামতাং [ওইওইনববু] মুঞ্চ [থাদোকপিয়ো] রে জগৎপ্রাণ [হে জগৎকী থরাই ওইরব] ত্বং [নহাক্না] মাধবং [শ্রীকৃষ্ণবু] পুরঃ [মাংদা] ক্ষণংবিধায় [মকুপ অমতং উনহনবিরগা] পশ্চাৎ [তুংদা, কোয়া] মম [ঐগী] প্রাণহরঃ ভবিষ্যসি [থরাই হাংপিউ, থরাই মাংহনবিউ] ॥৩৯॥

অনুবাদ :— হে কামদেবগী মুংভাইবা পীরবা মলয় মুংশিং! নহাক্না থৌজানবিউ। হে মথা মাইকৈগী মুংশিং! ওইওইনবা থাদোকপিয়ু। হে জগৎকী থরাই ওইরবা মুংশিং! নহাক্না মুংশিবিহনা কৃষ্ণবু মাঙদা ভাইহাক্তং উহনবিরগা কোয়া [তুংদা] ঐগী থরাই হাংপিয়ু। মরমদি শিরমদাইদা কৃষ্ণবু মীত্তা উহনা শিবসি ভাইবংপানবগী চৎনবিনি ॥৩৯॥

রাধানা অমুক হন্না মতা সখীদা হায়খি।

রিপুরিব সখী সম্বাসোঽয়ং শিখীব হিমানিলো
বিষমিব সুধারশ্মির্যস্মিন্ দুনোতি মনোগতে।
হৃদয়মদয়ে তস্মিন্নেবং পুনর্বলতে বলাৎ
কুবলয় দৃশাং বামঃ কামো নিকাম নিরঙ্কুশঃ ॥৪০॥

পদানুবাদ :—যস্মিন্ (মহাক্না) মনোগতে (পুক্নীংদা চংশিল্লক্লবদা) অযং সখী সম্বাসঃ (সখীগা লোয়ননা লৈবসে) রিপুঃ ইব (য়েক্লবগী মতোগুম্না) হিমানিলঃ (অইংবা নুংশিংনা) শিখী ইব (মৈগুন্না) সুধারশ্মিঃ (থাগী থাবম্না) বিষ·ইব (হুগুম্না ওইদুনা) দুনোতি (চাক্লে, রাহল্লে) এবং (অসুম্না তোরবদা) তস্মিন্ অদয়ে (নুংশি থংত্রবা অদুদা) হৃদয়ং (থম্মোই অসিন) পুনঃ (অমুক হন্না) বলাৎ (মপাঙ্গল-না নমথেক্কুনা) বলতে (কন্না চংশিনখ্রে, চোংশিনখ্রে) যত (মরম অদুদগী) কুবলয় দৃশাং (থম্বাল মীত্তা তাবীশিংগী) কামঃ (অপাম্বা পোকপা হায়বসিনা হায়বদি নিপাগী মকমদা পামশিনমনবা হায়বা অসিনা) নিকাম (থোইদোক্না) নিরঙ্কুশঃ (মনীং মথা তৌগ্রদুনা) বামঃ (ওই ওইনখ্রে) ॥৪০॥

অনুবাদ :- হে ইতা! ঐগী পুক্নীংসিনা ইবুংঙো মহাকপু খল্লুর-বদি সখীশিংগা লোয়ননা লৈবসি য়েক্লবনি হায়না থল্লে, অদুগা অইংবা নুংশিং শিংলিবসি মৈগী মৈরিনী হায়না নিংলে, ইংলবা থাগী থাবনসিনা ইংবা লৈত্রে কয়ামরুম চাক্লে, অসুম্না ওইরবসিমক্ত-দা ঐবু নুংশিবিত্রবা ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণদুদা ঐগী থম্মোই অসিনা থাম্বা য়াদদুনা হন্না হন্না কন্নমক চোংশিনখ্রে। সুপী ওইবী ঐথোয়গী

অমুকস্থ হন্না ছিংনিংগ্রেঙ্গুনা মলয় হুংশিংনচিংবদা হায়ঙ্করি।

বাধাং বিধেহি মলয়ানিল পঞ্চবাণ
প্রাণান্ গৃহাণ ন গৃহং পুণরাশ্রয়িষ্যে।
কিন্তে কৃতান্ত ভগিনি ক্ষময়া তরঙ্গৈ
রঙ্গানি সিঞ্চ মমশাম্যতু দেহদাহঃ ॥৪১॥

---

নিপাদা পামশিনমনবা হায়বা অসিদি ওস্থোক্লা মনীং মথা তৌশ্রবা ওইওইনবা (ফত্তনবা শিনবা) হায়বত্থ ওইগ্রে ॥৪০॥

পদানুবাদ :—হে মলয়ানিল (হে মলয় হুংশিং) বাধাং (অনাবা, অন্নাবা) বিধেহি (পিবিয়ো), হে পঞ্চবাণ (হে কামদেব) প্রাণান্ (থরাইশিংসি) গৃহাণ (লৌবিয়ো, হাংপিয়ো) পুণঃ (অমুক হন্না) অহং (ঐহাক) গৃহং (য়ুমদা) ন আশ্রয়িষ্যে (হজিন্নরোই) হে কৃতান্ত-ভগিনি (হে যম নিংথৌগী মচন হুপী যমুনা কৌবী তুরেল) ক্ষময়া কিং (কনবিহুনা নম্রগা ছিংহনবিহুনা করি কান্নগদগে) তে তবঙ্গৈঃ (নহাক্কী ইথক খিবিক্লা) অঙ্গানি (হকচাং পুম্নমক্তা) সিঞ্চ (থুমবি-রয়ো) মম (ঐগী) দেহদাহঃ (হকচাং চাকপসি) শাম্যতু (কোক্লসনু) ॥৪১॥

অনুবাদ :—হে মলয় হুংশিং নাম্নিবা! ঐবু নাহনবিয়ো, হে কামদেব কৌবা লাই! ঐগী থরাই মপ্তা হাংপিয়ো, ঐ অমুক হন্না য়ুমদা হজিন্নরোই, হে যম! নিংথৌগী মচল হুপী যমুনা কৌবী তুরেল! নহাক্না রাধা ঐবু ছিংহন্দুনা করি কান্নগদগে? ঐ ছিং-বা পামদ্রে, নহাক্কী অকনবা ইচেল অত্থদা তাউথহুনা শিঙ্গরগে, অত্থন্না তৌরবতদা ঐগী থঙুংদা চাক্লিবা মৈচাক অসি কোক্লনি ॥৪১॥

সর্গঃ লোইবা অসিদা জগৎকী মঙ্গল পীনবা কবিনা হায়রি ।

প্রাতর্নীলনিচোলমচ্যুতমুরঃ সম্বীতপীতাংশুকং
রাধায়াশ্চকিতংবিলোক্যহসতি স্বৈরংসখীমণ্ডলে ।
ব্রীড়াচঞ্চলমঞ্চলংনয়নয়োরাধায় রাধাননে
স্মেরস্মেরমুখোঽয়মস্তুজগদানন্দায়নন্দাত্মজঃ ॥৩২॥

---

পদানুবাদ :—প্রাতঃ (অয়ুক ওস্তাদা) নীলনিচোলং (ফী অশংবা শেংলবা) অচ্যুতং (শ্রীকৃষ্ণবু) অমু(অদুগী তুংদা) রাধায়াঃ (শ্রীরাধাগী) সম্বীত (ইল্লবা, কুপ্পবা) পীতাংশুকং (সনা ফীগেৎ নাপুবু)—সম্বীত পীতাংশুকং (সনা ফীগেৎ নাপু কুপ্পবা) উরং (থবাকপু) বিলোক্য উরদুনা) সখীমণ্ডলে (সখী ময়াম্না) চকিতং (ইঙক ঙক্না) স্বৈরং (মনীং তোনা, থাম্ব য়াওদনা, হসতি (নোক্লক্লবদ ) নয়নয়োঃ (মীৎ অনিগী) ব্রীড়াচঞ্চলং (ইকাইবনা ইথক্ থক্লবা) অঞ্চলং (মীৎচিনা) রাধাননে [শ্রীরাধাগী মায়থোংদা] আধায় [থম্লদুনা, য়ে লদুনা] স্মের স্মেরমুখঃ [মায়থোং মোমোন মোমোন নোক্লবা] অয়ং নন্দাত্মজঃ [নন্দ নিংথৌ-গী মচানিপা শ্রীকৃষ্ণনা] জগৎ আনন্দায় অস্তু [জগৎ নুংঙাইনবা শিনবিরসনু] ॥৪২॥

অনুবাদ :—অহিং মমৈ নোংঙাল্লকপা য়াহৌরকপদা থংহৌদদুনা শ্রীমতি রাধিকাগী অশংব ফীন শ্রীকৃষ্ণনা থোনব', শ্রীকৃষ্ণগী সনা ফীগেৎ নাপুনা শ্রীরাধিকাগী হকচাংদা ইম্নবী ওইনা ইল্লকপদু উবদা সখী ময়াম্না ইঙক ঙকপ্রদুনা মহৈ মহৈ ওনশিন্দুনা য়াম্না নোক্লক্লে। মাদু উবদা শ্রীকৃষ্ণনা ইকাইপ্রদুনা মোমোন নোক্লবা মীৎ অনিগী মীৎচিনা শ্রীরাধিকাগী মায়থোং থম্বালদা ওনশিন্দুনা য়েংপ্রবা নন্দ নিংথৌগী মচানিপা শ্রীকৃষ্ণনা জগৎকী মঙ্গল পীনরসনু ॥৪২॥

ইতি শ্রীগীতগোবিন্দে বিপ্রলব্ধাবর্ণনে নাগর নারায়ণো নামক সপ্তমঃ সর্গঃ ।

# অষ্টমঃ সর্গঃ

হৌজিক অসিদা শ্রীরাধিকানা কৃষ্ণবু নোংঙাল্লকপদা লাকপা উররুনা খম্বনবা রাহৈ হায়খি।

অথ কথমপি যামিনীং বিনীয়
স্মর শর জর্জ্জরিতাপি সা প্রভাতে।
অনুনয় বিনয়ং বদন্তমগ্রে
প্রণতমপি প্রিয়মাহ সাভ্যসূয়ম্ ॥১॥

---

পদানুবাদঃ—অথ [অতুগী তুংদা] কথম্ অপি [করম্বা মতৌ অমা তৌরুনা, য়াম্না রানা] যামিনীং বিনীয় [অহিং লেল্লক্-না] প্রভাতে [নোংঙাল্লক্রবদা] সা [মহাক্না, রাধানা] স্মরশর-জর্জ্জরিতাপি [কামগী তেন্না থারুনসু] অগ্রে [মমাংদা] অনুনয় বিনয়ং [থেমজিন্দুনা নোল্লুক্না] বদন্তং [হায়জররবা] প্রণতং অপি [খুরুমজররবা] প্রিয়ং চান্নথোইবদা, কৃষ্ণদা] সাভ্যসূয়ং [খম্বনবগা লোয়ননা] আহ [হায়খি] ॥১॥

অনুবাদঃ—অতুগী তুংদা করম্বা মতৌ তৌরুনা শ্রীমতি রাধিকানা অহিং অদু রানা লেল্লে। নোংঙাল্লমদাইদা শ্রীকৃষ্ণনা লাক্লরুনা ঐনা লাল্লে হায়রুনা মমাংদা নোল্লুক্না হায়রগা খুরুম্ব-নচিংবা হৌরক্লে। মতম অদুদা শ্রীরাধানা কামগী তেন্না থারু-নসু খম্বনবগা লোয়ননা চান্নথোইরবা কৃষ্ণদা অসুম্না হায়খি ॥১॥

খম্বনবা রাইহেশিংদু ইশৈনা হায়রক্লি ।

গীতং ॥১৭॥

রজনিজনিতগুরুজাগররাগকষায়িতমলসনিমেষং ।
বহতিনয়নমনুরাগমিবস্ফুটমুদিতরসাভিনিবেশম্ ॥
হরিহরিযাহিমাধবযাহিকেশবমাবদকৈতববাদং ।
তামনুসরসরসীরুহলোচনযাতবহরতিবিষাদম্ ॥২॥ ধ্রুবম্ ।

---

পদানুবাদ ঃ—রজনি [অহিংদা] জনিত [থোকখিহুন] গুরুজাগর রাগ [কুইনা তুমদহুনা ঙাং ঙানবা মচুনা] কষায়িতং [চুশিল্লবা, পক্লবা নত্রগা ঙাংশিল্লব] অলস [তপ্লবা] নিমেষং [মীৎকুপ্পবু]— অলসানমেষং [কুপ্পাতল্লবা, তপ্না তপ্না কুপ্লবা] নয়নং [মীৎ অসিনা] উদিত [ফোংদোক্লবা] রসাভিনিবেশং [রতিক্রীড় শাম্নরুবদা পুক্নীং চংববু]— উদিতবসাভিনিবেশং [পুক্নীং চংনা রতিক্রীড়া শাম্নরুই হায়বা ফোংদোক্লবা] অনুরাগম্ ইব [প্রেমগী মতোৎবু] স্ফুটম্ [তশেং তশেংনা] বহতি [পুরি], হবি হবি [অরাবনি অরাবনি] হে মাধব [হে মাধব] যাহি [চৎলো] হে কেশব [হে কেশব] যাহি [চৎলো], কৈতববাদং [তাংতৌবা য়াবু] মা বদ [হায়গনু] হে সরসীজরুহলোচন [হে থম্বাল মীত্তা তারবা কৃষ্ণ] যা [মহাক্না, নায়িকা অহুনা] তব [নহাক্কী] বিষাদং হরতি [অরাবা কোকহনখিবা] তাং [অহুগী] অনুসর [মতুং ইন্দুনা চৎলো] ॥২॥

অনুবাদ :— অহিংচুপ্পা তুমদহুনা থোকখিবা ঙাং ঙানবা মচুনা মীত্তা পক্লবা, তোয়না কুপ্পা তল্লবা ইবুংঙো নংগী মীৎসিন কনাগুম্বী নায়িকাগা লোয়ননা রতিক্রীড় হুংঙাইনা শাম্নরুবগী প্রেমহু তশেংনা

কৃষ্ণনা অহিং চুপ্পা রাধা নংবু থিবদা তুমদহনা মীৎ ঙাংলিবনি হায়রকনি খন্দুনা রাধানা অমুক হায়রক্লি।

**কজ্জল মলিন বিলোচনচুম্বনবিরচিতনীলিমরূপং।**
**দশনবসনমরুণং তব কৃষ্ণ তনোতি তনোরনুরূপম্ ॥৩॥**

অমুকসু—

**বপুরনুবহতি তব স্মরসঙ্গরখরনখরক্ষতরেখং।**
**মরকতশকলকলিতকলধৌতলিপেরিব রতিজয়লেখম্ ॥৪॥**

---

ক্ষোংদোক্লে, অরাবনিদা !! হে মাধব ! হল্লো, হে কেশব ! চৎলো, লোনম তৌবা রাত্ হায়বিররগসু, হে থম্বাল মীত্তা তারবা কৃষ্ণ ! নহাক্কী অরাবা কোকহনখিবী কনাগুম্বী নায়িকাস্থুগী মতুং ইন্মুনা চৎপিল্লো ॥২॥

পদানুবাদ ;—হে কৃষ্ণ [হে কৃষ্ণ] তব [নহাক্কী] অরুণং [ঙাং ঙানরবা] দশনবসনং [চিম্বাল অসি·া] কজ্জল মলিন [কাজল তৈবনা মুশিন্নবা, মকশিন্নবা] বিলোচন চুম্বন [মীত্তা চুম্বন তৌহনা] বিরচিত [ওইরক্লহনা] নীলিমরূপং [শংবান্নব মচুবু]=বিরচিত নীলিমরূপং [শংবান্নবা মচু ওইরক্লহনা] তনোঃ [হকচাংগী] অনুরূপং [মশক মতুং ইন্না মুববু] তনোতি [ক্ষোংদোক্লে] ॥৩॥

অনুবাদ :—হে কৃষ্ণ ! ইবুংঙো নহাক্কী তাম্বুলনচিংবা হাবনা ঙাংঙানরবা চিম্বাল অসিনা কাজল [মীৎপান্দা তৈননবা অমুবা হিদাক] থাররবী নায়িকাশিংগী নয়নদা চুম্বন তৌরুবনা শংবান্নবা মচু ওইরক্লুনা হকচাংগী কুচুগা চপমান্ননা মুরৈনবা মচুবু ক্ষোংদোক্লে ॥৩॥

কৃষ্ণনা অমুকক্ষু লয়েল লম্মুক্রহনা বনদা অমম্বদা কোয়না চৎপদা তিংথংনা হোগায়রিবনি হান্নরক্কনি হান্নহুনা রাধানা অমুক হন্না হান্নখি।

**চরণকমলগলদলক্তক সিক্তমিদন্তব হৃদয় মুদারং।**
**দর্শয়তীব বহির্মদন দ্রুমনবকিশলয় পরিবারম্ ॥৫॥**

পদানুবাদ :—তব [নহাক্কী] স্মরসঙ্গর [কামগী লানফমদা, সুরতক্রীড়াগী লানফমদা]খর [থৌরবা] নখরক্ষত [খুজ্জিন্না খোৎপগী] রেখং [মফি তারবা] বপুঃ [হকচাং অসিনা, নশা অসিনা] মরকত-শকল [মরকত মণি মতুপ্তা] কলিত [ইরবা] কলধৌত [সনাগী] লিপেঃ ইব [ময়েক কুয়া]—কলিত কলধৌত লিপেরিব [সনাগী ময়েক্কা ইবগুম্রহুনা] রতিজয়লেখং [রতিক্রীড়াদা জয় ওইবা চিঠিবু, লাইরিকপু] অনুবহতি [পুবি] ॥৪॥

অনুবাদ :—ইবুংঙো নহাক্কী নায়িকাগা লোয়ননা রতিযুদ্ধ তৌরক-পদা থৌরবা খুজ্জিন্না খোৎলকপদা মফিতারবা হকচাং অতুনা মরকত মণি মতুপ্তা সনাগী মুক্কা লাইরিক ময়েক ইবগুম্রহুনা কামযুদ্ধদা জয় ওইরে হায়বা লাইরিক [চিঠি] পুরে ॥৪॥

পদানুবাদ :—তব [নহাক্কী] উদারং [নিংথিজরবা] চরণকমলগলৎ [খোং খম্বালদগী শিন্দুরক্লব] অলক্তকসিক্তং [চামহী তৈরবা] ইদং হৃদয়ং [থবাক অসিনা] বহিঃ [মপান্দা] মদ-দ্রুম [কামগী মশক ওই-রব্বা উপালগী] নব কিশলয় পরিবারম্ [উনা য়েন্নীং মপৈবু] দর্শয়তি ইব [উহনবগুম্রে] ॥৫॥

অনুবাদ :—ইবুংঙো নহাক্কী নায়িকাগী খোং খম্বালদগী শিন্দুরক্লবা চামহী চুরবা [তৈরবা] নিংথিজরবা থবাক অসিনা মপান্দদি কাম-

নংগা ঐগা ইশা অমত্তা ওইবদগী নংগীদমক য়াবনা লায়না অসি ফং-লিবনি, নং ঐ তোঙানবা হকচাং ওইববদি লাইথু অসি ফংলোইদবনি হায়না কৃষ্ণনা খুল্লক্কনি নিংহুনা রাধানা হায়বক্নি।

**দশনপদং ভবদধরগতং মমজনয়তি চেতসি খেদং।**
**কথয়তি কথমধুনাপিময়াসহ তববপুরেতদভেদম্ ॥৬॥**

নংঙোন্দা পীনবা থম্বাল হেক্কে চংবদা খোইমু তোংলমহুনা চিকপনি হায়বক্কনি নীংহুনা বাধানা হায়থি।

**বহিরিবমলিনতরং কৃষ্ণমনোঽপিভবিষ্যতি নূনং।**
**কথমথবঞ্চয়সেজনমনুগতমসমশরজ্বরদূনম্ ॥৭॥**

---

দেব কৌবা উপালদা অনৌবা উনা যেংলীং মপৈ চোংহুনা লৈতেংব-গুম উহল্লে ॥৫॥

**পদানুবাদ :**—তব (নহাক্কী) অধরগতং (থজাইদ তাবিবা) দশন-পদং (য়াথুন অসিন) মমচেতসি (ঐগী পুক্কীংদা) খেদং (লুংঙাইতবব) জনয়তি (পোকহল্লে) অধুনাপি (হৌজিক ফাওবদ) তবএতৎ বপুঃ (নহাক্কী হকচাং অসিনা) ময়া সহ (ঐগা লোয়নন।) অভেদং (তোং-ঙান্দে হায়বসি) কথম্ (করম্না) কথযতি (হায়বিবনো) ॥৬॥

**অনুবাদ :**—হে ইবুংঙো। নহাক্কী থজাইদা তাব্রিবা নায়িকাগী যাথুল অসি উবদা ঐগী পুক্কীংদা লুংঙাইবা লৈতরে, অরাবহুম পোকহল্লে, হৌজিক ফাওবদা ইবুংঙো নহাক্কী হকচাং অসিনা রাধা ঐগী হকচাংগা তোংঙান্দে হায়রিবসি করম্না হায়রিবনো ॥৬॥

**পদানুবাদ :**—হে কৃষ্ণ! (হে কৃষ্ণ) তবমনঃ অপি (নহাক্কী পুক্কীং-সিসু) বহিঃ ইব (মপানগুম্না, মপানগী কুচু মুবগুম্না) মলিনতরং

ভ্রমতিভবানবলা কবলায় বনেষু কিমত্র বিচিত্রং।
প্রথয়তি পূতনিকৈব বধূবধনির্দ্দয়বাল চরিত্রম্ ॥৮॥

---

ভবিষ্যতি [থোইদোক্লা মোংকনি) ইতি নূনম্ [অসুম্না খল্লে, নিংলে] অথ [অদু নত্রবদি] অসমশরজ্বর দূনম্ {কামগী তেম্না থিন্দুনা নাবনা চাক্রবা] অনুগতজনং [ননাই ওইরবা মীদা] কথম্ বঞ্চয়সে [করম্না নমথাক তৌগদগে] ॥৭॥

অনুবাদ :—হে ইবুংঙো কৃষ্ণ ! নহাক্কী পুক্নীংসিদু মপানগী কুচুনা মুবগুম্না মোংকনি [পুকচেল শেংলোই] হায়না নিংই, পুকচেল শেংলবদি কামগী তেম্না থিন্দুনা নাবনা চাক্রবা মীগী মকমদা করম হায়না নমথাক তৌগদগে ? ॥৭॥

পদানুবাদ :—ভবান্ [নহাকসিনা] অবলা কবলায় [নুপী হাংনন-বগীদমক নত্রগা য়োংননবগীদমক] বনেষু [বন থুদিংমক্তা] ভ্রমতি [কোয়বিবনি] অত্র [মরম অসিদা] কিং বিচিত্রং [করি ঙককম লৈ-বগে হায়বদি ঐ করিসু ঙকপা লৈতে] যতঃ (মরমদি) পূতনিকা এব (পূতনিকা কৌবী হিংচাবী মক্তা হায়বদি পূতনা কৌবী বকা-সুবগী মচনুপী হাংলুহুনা) বধূবধনির্দ্দয় (নুপী হাংপদা নুংশিথংদবা) বাল চরিত্রং [অঙাংগী লমচংপু] প্রথয়তি [ফোংদোকপ্লে, ফাওপ্রে] ॥৮॥

অনুবাদ :—ইবুংঙো নহাক্লা নুপীশিংবু হাংকে হায়বগীদমক বন থুদিংমক্তা কোয়না চংলিবনি। মরম অসিদা ঐ করিসু চিংনবা লৈতে, শোয়দনা হাংলিগনি। মাহুগী প্রমাণদি থায়না মমাংদৈদা ইবুংঙো নহাক্লা থোম থকপা হৈরকপা মতমদা পূতনা কৌবী হিংচা-

শ্রীজয়দেবভণিত রতিবঞ্চিত খণ্ডিত-যুবতিবিলাপং ।
শৃনুত সুধামধুরং বিবুধা বিবুধালয়তোঽপিদুরাপম্ ॥৯॥
তবেদং পশ্যন্ত্যাঃ প্রসরদনুরাগং বহিরিব
প্রিয়া পাদালক্তচ্ছুরিত মরুণদ্যোতি হৃদয়ং ।
মমাদ্য প্রখ্যাত প্রণয়ভর ভঙ্গেন কিতব
ত্বদালোকঃ শোকাদপি কিমপি লজ্জাং জনয়তি ॥১০॥

---

বীগী মথরাই মঙ' খোমগা লোয়ননা থকচিন্দুনা হাংখি হায়ত্নুনা খাইনা হায়নৈ ॥৮॥

পদানুবাদ ঃ—হে বিবুধাঃ [হে পণ্ডিতশ] সুধ মধুরং [অমৃত হেন্না থন্নবা] বিবুধ আলয়তঃ অপি [লাইগী ময়ুমদসু, স্বর্গদসু] দুরাপং [রানা ফংনরবা, ফংঙমদ্রব] শ্রীজয়দেব ভণিত [জযদেব কবিনা লেংলবা] রতি বঞ্চিত [সুরতক্রীডা নাম্বোক্তনা, ফ'দত্নুনা] খণ্ডিত [কল্লক্লবী, খুম্বল্লবী] যুবতি বিলাপং [নায়িকানা কপ্পসিবু, শ্রীরাধানা কপ্পসিবু] শৃনুত [তাবিউ] ॥৯॥

অনুবাদ ঃ—হে পণ্ডিতশা ! ন'খোযনা অমৃত হেন্না থুন্নব, স্বর্গদসু লাইমক্লা ফংঙমদ্রবা, শ্রীজয়দেব কবিনা লেংলবা, শ্রীরাধানা কৃষ্ণগা লোয়ননা রতিক্রীড়া ফংদত্নুনা নায়িকা অতৈগা লোয়ননা শান্নরুবগী খুদম [চিহ্ন] উত্নুনা থম্বন্দুনা তেংথাদ্নুনা কপ্পসিবু তাবিউ ॥৯॥

পদানুবাদ ঃ—হে কিতব [হে লৌনম হৈবা] তব [নহাকী] বহিঃ প্রসরং [মপান্দা হাইদোক্লব, চংথোরক্লবা] অনুরাগং ইব [প্রেম-গুম্না] প্রিয়া [চান্নবীগী] পাদঅলক্ত ছুরিতং (খোঙ্গা তৈরবা থাবক্লা লৈতেংলবা) ইদং (মাসি) অরুনদ্যোতি (ভাং ভ্রাননা ফজন্নবা) হৃদয়ং,

জয়দেব কবিনা ভক্তশিংগী মকমদা মঙ্গল পীইরি।

**অন্তর্মোহন মৌলিঘূর্ণন চলন্মন্দারবিস্রংসন**
**স্তব্ধাকর্ষণ দৃষ্টিহর্ষণ মহামন্ত্রঃ কুরঙ্গীদৃশাম্।**

---

(থবাকপু)—ইদং অরুণজ্যোতি হৃদয়ং (ঙাং ঙাননা ফজরবা থবাক অসিবু) পশ্যন্ত্যাঃ (উরবী) মম (ঐগী ইকমদা) অদ্য (ঙসি) ত্বং আলোকঃ (নহাক্তা উরবসিনা) প্রখ্যাত (ফাওরবা, খাইনা থংনরবা) প্রণয় ভর (প্রেমগী অথোইবা মতৌ) ভঙ্গেন (কাইথিবগা লোয়ননা) শোকাৎ অপি (অরাবদগীস্ত) কিং অপি (করম্ব হায়কম থংদ্রবা) লজ্জাং জনয়তি (ইকাইবা পোকহল্লে) ॥১০॥

অনুবাদঃ—হে লৌনম চাউবা ইবুংঙো! নহাক্কী মপান্দা প্রেম ফোংদোরকপগী মতৌগুম্মা চাম্মথোইবী নায়িকাশিংগী থোংদা থৈজরকপা যাবক মহীনা লৈঙেংলবা ঙাং ঙাননা ফজরবা থবাক অসিবু উরে হায়রগা ঙসি রাধা ঐগী ঈকমদা মমাংথৈদগী হৌনা খাইনা থংনরবা অকাওবা প্রেমগী মতৌ লৈরম্বহৃ কায়খিবগা লোয়ননা অরাবদগী হেল্লবা করম্বা হায়কম থংদ্রবা ইকাইবা অমতুম পোক্লক্রে হায়বদি রাধা কৃষ্ণ অনিনি ওন্থোক্লা হুংশিনৈ হায়তুন খাইনা থংনরিবনি, অদুবু ইবুংঙোঃ নহাক্কী থবাক অসি উবদা ঐঙোন্দা প্রেম লৈতে হায়বা তাক্লে, ঐঙোন্দা হুংশিখিদবনে, কায়নবগী মৈচাকনে, ঐবু শিরসিরা থনবনে অহুম অসিনা থোইদোক্লা রারে, অদুগী মথক্তা নায়িকাশিংনদি রাধা হায়বী হুপী অসি মীপাওথোক্লী, নিপানা পাম্বিদবিনী (কুলটা) হায়তুনা ঙাংনবা তারে থল্লবদা অরাবদগী ইকাইবনা ওন্থোক্লা হেনখ্রে ॥১০॥

দৃপ্যদ্দানবদূয়মানদিবিষদ্দুর্ব্বার দুঃখাপদাং
ভ্রংশঃকংসরিপোর্ব্যপোহয়তুবোঽশ্রেয়াংসিবংশীরবঃ ॥১১॥

---

পদানুবাদঃ—কুরঙ্গীদৃশাং (শজিমীত্তা তাবীশিংগী, ব্রজকামিণী-শিংগী) অন্তর্মোহন (থম্মোই শুঙ্কাংনবদ) মৌলিঘূর্ণন (কোক হাইদুনা দুংশি হায়বা ফোংদোকপদা) চলন্মন্দার বিস্রংসন (হাইহুম্লবা শমজীরৈ তাহম্লবদা) স্তব্ধাকর্ষণ (লেংদনা লৈববু চিংশিন্নবদা) দৃষ্টির্হর্ষণ (উবদা হরাওহনবগী মরিদা) মহামন্ত্রঃ (অথোইবা মন্ত্রগী মশক ওইরবা) পুনঃ (অদুগা) দৃপ্যৎ (নাপল কারবা) দানব (হিংচাবনা) দূয়মান (অৱাবা পীরবা) দিবিষদ্ (লাইগী) দুর্ব্বার (তমথীরবা, কনবা য়াদ্রবা) দুঃখাপদাং (অৱাববু) ভ্রংশঃ (মাঙ্‌হল্লব, কোকহল্লবা) কংসরিপোঃ (শ্রীকৃষ্ণগী) বংশীরবঃ (বংশীগী মখোম্না) বঃ (নংখোইগী) অশ্রেয়াংসি (অমঙ্গল পুম্নমকপু) ব্যপোহয়তু (কোকহল্লসনু) ॥১১॥

অনুবাদঃ—শজীমীত্তা তারবী ব্রজকামিণীশিংগী থম্মোই শুঙ্কাংনবদা, হরাওদুনা কোক হাইদুনা তাকপদা, লেঙ্‌দ্রনা লৈরম্ববু কাদুনা চিংশিন্নবদা, উবদা হরাওনবগী মরমদা অথোই মন্ত্রগী মশক ওইরবা অমসুং নাপল কারবা হিংচাবশিংনা অৱাবা পীরবা লাইশিংগী অৱাবা কোকহন্দুনা হরাওহন্নবগী মশক ওইরবা, শ্রীকৃষ্ণগী বংশীগী খোঞ্জেল্না ভক্তশিংগী অমঙ্গল পুম্নমক কোকহল্লসনু ॥১১॥

ইতি শ্রীগীতগোবিন্দে মহাকাব্যে খণ্ডিতাবর্ণনে বিলক্ষ-লক্ষ্মীপতির্নামাষ্টমঃ সর্গঃ ॥

# নবমঃ সর্গঃ

মুংশিমন্দুনা অশাওবা ৱানা কৃষ্ণদা হায়গ্রবী ৱাধাদা মতা
সখীনা ওনশিন্দুনা হায়ৱি ॥

**তামথমন্মথখিন্নাং রতিরসভিন্নাং বিষাদসম্পন্নাং ।**
**অনুচিন্তিত হরিচরিতাং কলহান্তরিতামুবাচরহঃসখী ॥১॥**

হায়খিবহ্ ইশৈনা হায়ৱি

গীতং ।১৮।

রামকিরী রাগ যতিতালাভ্যাং গীয়তে ।

**হরিরভিসরতি বহতি মৃদুপবনে ।**
**কিমপরমধিকসুখং সখি ভবনে ।**
**মাধবে মাকুরু মানিনিমানময়ে ॥২॥ ধ্রুবম্ ॥**

---

পদানুবাদ :—অথ (অদুগী তুংদা) সখী (মতানা, দূতীনা) রহঃ (অচিকপা লমদা) মন্মথখিন্নাং (কামনা রারবী, রতিক্রীড়া কংনিংবনা রারবী) রতিরসভিন্নাং (রতিক্রীড়া কংত্রবী) বিষাদ সম্পন্নাং (অরাবা কংলবী) অনুচিন্তিত হরিচরিতাম্ (হন্না হন্না কৃষ্ণগী লমচংপু থল্লবী) কলহান্তরিতাং (থংনববু ফাজিল্লবী, অশাওবা ফাজিন্দুনা থম্লবী) রাধাং (রাধাদা) উবাচ (হায়খি) ॥১॥

অনুবাদ :—অদুগী তুংদা রাধাগী মতা দূতীনা অচিকপা লমদা রতিক্রীড়াগী বাথম্না রারবী, রতিক্রীড়া কংদহনা দৈরবী, অরাবা কংলবী, হন্নাহন্না শ্রীকৃষ্ণগী ফত্তবা লমচংপু থল্লবী, থংনখিবা রাকনু থম্মোইদা ফাজিন্দুনা থম্লবী শ্রীরাধাবু য়েংলদুনা থেমজিল্লদুনা হায়খি ॥১॥

অমুকস্থ চায়খি।

তালফলাদপিগুরুমতিসরসং।
কিমু বিফলীকুরুষেকুচকলসম্ ॥৩॥

---

**পদানুবাদ** ঃ—অয়ে মানিনি (হে শাওতুনা লৈরবী রাধা) মৃদুপবনে বহতি (তপ্না তপ্না নুংশিৎ শিৎলক্রবসিদা) নত্রগা মধুপবনে বহতি (বসন্ত ঋতুগী নুংশিৎনা শিৎলক্রবসিদা) হরিঃ (শ্রীকৃষ্ণনা) অভিসরতি (অভিসার তৌরক্লে হায়বদি নহাক্তা ঈঙ্গিত তৌনবা মক্কমদা লাক্লে) সখি (ইতা ইবেম্মা) ভবনে (যুমদা) অপরং (অতোপ্পা, অতৈ) অধিকসুখং (য়াম্না নুংঙাইবা) কিং অস্তি (করি লৈবগে হায়বদি য়ুমদা হল্লুতুন করিসু নুংঙাইগদবা লৈতে) মাধবে (শ্রীকৃষ্ণদা) মানং (শাওরিবসি) মা কুরু (তৌগনু) ॥২॥

**অনুবাদ** :—হে শাওতুনা লৈরবী ইত রাধা! বসন্ত ঋতু ওইবনা মলয়া নুংশিংনা তপ্নাতপ্না শিংলক্রবা মতম অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা নহাক্লা ঈঙ্গিত তৌখিবা লমদা মশামক্লা অভিসার তৌরক্লে, হে ইতা ইবেম্ম! য়ুমদা হল্লুতুন করিসু নুংঙাইবা লৈররোই, শ্রীকৃষ্ণগী মক্কমদা শাওরিবসি থাদোক্লো ॥২॥

**পদানুবাদ** :—তালফলাৎ অপি (কোনা মহৈদগীসু) গুরুং (হেল্লবা হায়বদি চাউবদা, তুম্বক তুম্বদা, কনবদা হেল্লবা) অতি সরসং [থোইদোক্না ফজরব] কুচকলসং [চফুগী মশক ওইরবা থবাক্কী অতোঙ্বনু] কিমু [করিগী] বিফলীকুরুষে [অরেম্বা তাহনগদোরিবা] ॥৩॥

**অনুবাদ** :—হে ইতা ইবেম্মা! নহাক্কী কোনা মহৈদগীসু হেন্না চাউরবা, তুম্বক তুম্নবা, য়াম্না কল্লবা নিংথিজরবা চফুগী মশক ওইরবা থবাক্কী অতোংবসিবু করিগী অরেম্বা তাহনগদোরিবা ॥৩॥

শ্রীকৃষ্ণ লাক্লগা তাক্লক্কবা করিশীনো হায়ক্কনি খন্দুনা।

কতি ন কথিতমিদমনুপদমচিরং।
মা পরিহরহরিমতিশয়রুচিরম্ ॥৪॥

শ্রীরাধাদা থেমজিন্দুনা হায়খি।

কিমিতি বিষীদসিরোদিষি বিকলা।
বিহসতি যুবতিসভাতব সকলা ॥৫॥

রাধা ঐনা করি তৌফম থোকপগে হায়রক্কনি খন্দুনা।

মৃদু নলিনীদল শীতল শয়নে।
হরিমবলোকয় সফলয় নয়নে ॥৬॥

---

পদানুবাদ ঃ—অচিরং [হৌজিক্ত] ইদং অনুপদং _হায়রিবা রাহৈ-সিবু] কতি [কয়ারকহন্না] ন কথিতং [হায়খিদ্রা হায়বদি হন্না হন্না হায়থ্রবনি] অতিশয় রুচিরং [থোইদোক্লা ফজরবা] হ রং [শ্রীকৃষ্ণবু] মা পরিহর [থাদোক্কনু] ॥৪॥

অনুবাদ ঃ—হে ইত রাধে! ঐনা নংঙোন্দা হায়রিবা রাহৈসি কয়ারক হন্না হন্না হায়রবহ্নি, ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণসে ওস্থোক্লা ফজবা নিপানি, মাবু মতম পুন্নমক্তা থাদোক্কনু হায়হুনা ॥৪॥

পদানুবাদ :—বিকলা ত্বং [রাথল থেল্লবী নহাক্লা] কিং ইতি [করিগী অস্নুম্না] বিষীদসি [মায়থোং লাংশিল্লিবনো], রোদিষি [তেংথাহনা কপ্লিবনো], সকলা যুবতি সভা [নুপীগী মপৈ পুন্নমক্লা] তব [নহাকপু] বিহসতি [নোক্লরে] ॥৫॥

অনুবাদ :—হে রাথল থেল্লবী ইতা রাধে! ঐনা হায়বা ইন্দহুনা করিগী মায়থোং লাংশিন্দুনা তেংথাহনা কপ্লিবা, য়েংউ, নুপী ময়াম্না নহাকপু নোক্লরিবসে ॥৫॥

দূতীনা রাধল তৌরিবী রাধাগী মফমদা হায়খি।

জনয়সি মনসি কিমিতি গুরুখেদম্।
শৃণু মমবচনমনীহিত ভেদম্ ॥৭॥

করম্বা রানো হায়বছ্ হায়রি।

হরিরুপযাতু বদতু বহুমধুরং।
কিমিতি করোষি হৃদয়মতিবিধুরম্ ॥৮॥

---

পদানুবাদ :—মৃদু (খোংলবা) নলিনীদল (থম্বাল মনানা) শীতল-কৃতে (ইংনা শারবা) শয়নেস্থিতং (শয্যাদা লৈরবা) হরিং (শ্রীকৃষ্ণবু) অবলোকয় (য়েংহুনা) নয়নে (মীৎ আনবু) সফলয় (মহৈ য়ানহল্লো) ॥৬॥

অনুবাদ :—হে ইবেম্মা রাধে! নৌরবা থম্বাল মনানা নিংথিজনা শেমহুনা থম্নবা ইংলবা শয্যাদা চংহুনা লৈরবা শ্রীকৃষ্ণসিবু মাই ওন-শিন্দুনা য়েংলগা নমিৎ অনি অদু মহৈ য়ানহল্লো ॥৬॥

পদানুবাদ :—মনসি [নপুক্নীংদা] কিং [করিগী] ইতি [অসুম তৌ-হুন] গুরুখেদং [য়াম্না রাববু] জনয়সি [পোক্লিবা] তস্মাৎ [মরম অদুদগী] মম [ঐগী] অনীহিতভেদং [কায়নবগী রাথল থাদোক্লবা] বচনং (রাবু] শৃণু [তাও] ॥৭॥

অনুবাদ :—হে ইতা ইবেম্মা! নপুক্নীংদা করিগী অসুপ রাবা রাথল পোক্লিবা, মরম অদুনা ঐগী রা তাও, ঐগী রা তারবদি কায়-নবগী মৈচাক অমুক থাংগদবা লৈত্রে ॥৭॥

পদানুবাদ :—হরিঃ (শ্রীকৃষ্ণসিনা) ত্বদন্তিকং (নহাক্কী নমাক্তা) উপযাতু (চংশিল্লকসনু, লাকচসনু) বহুমধুরং (য়াম্না মুংশিনা) বদতু

শ্রীজয়দেব ভণিত মতিললিতং ।
সুখয়তু রসিকজনং হরিচরিতম্ ॥৯॥

কৃষ্ণনা নোল্লক। হায়জরবদা শাউবনা মায় লৈথোক্লবী রাধাদা দূতীনা নিন্দা তৌদুনা হায়রি ।

স্নিগ্ধেযৎপরুষাসিযৎপ্রণমতিস্তব্ধাসিযদ্রাগিনি
দ্বেষংযাসিযদুন্মুখেবিমুখতাংযাতাসিতস্মিন্প্রিয়ে ।
তদ্যুক্তংবিপরীতকারিণিতবশ্রীখণ্ডচর্চ্চাবিষং
শীতাংশুস্তপনোহিমংহুতবহঃক্রীড়ামুদোযাতনাঃ ॥১০॥

---

[ভাংজসনু], কিং [করিগী] ইতি [মতৌ অসুম্না] হৃদয়ং [থম্মোইবু] অতি বিধুরম্ করোষি [য়াম্ন রাহল্লিবা হায়বদি থম্মোই রাহনবা চুমদে] ॥৮॥

অনুবাদ :—হে ইভা ! ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণসিনা নহাক্কী ননাক্তা চংশিল্লক্কুনা হুংশিবা রাহৈ হায়জসনু, করিগীদমক মতৌ অসুম্না কায়নবগী মৈচাক পুদুনা থম্মোই রাহল্লিবা ॥৮॥

পদানুবাদ :—শ্রীজয়দেব ভণিতং [শ্রীজয়দেব কবিনা লেংলবা] অতি ললিতং [থোইদোক্লা নিংথিজরবা] হরি চরিতম্ [শ্রীকৃষ্ণগী শান্নবা লীলা অসিনা] রসিকজনং [ভক্তশিংদা] সুখয়তু [নুংঙাইবা পীনরসনু] ॥৯॥

অনুবাদ :—শ্রীজয়দেব কবিনা লেংলবা থোইদোক্লা নিংথিজরবা শ্রীকৃষ্ণগী রাধাগা লোয়ননা শান্নবা লীলা অসিনা ভক্তশিংগী মকমদা নুংঙাইবা পীনরসনু ॥৯॥

পদানুবাদ :—তস্মিন্ প্রিয়ে [চান্নথোইবা শ্রীকৃষ্ণনা] স্নিগ্ধে [নুংশিনা ভাংলক্লবদা] ত্বং [নহাক্না] যদ্ পরুষাসি [থীনা থুমথ্রবনি]

হৌজিক কবিনা ভক্তশিংগী মফমদা মঙ্গল পীহল্লি।

সান্দ্রানন্দপুরন্দরাদিদিবিষদ্বৃন্দৈরমন্দাদরাৎ
আনম্রৈর্ম্মুকুটেন্দ্রনীলমণিভিঃসন্দর্শিতেন্দিন্দিরম্।

---

প্রণমতি [নোল্লুক্লা হায়জরবদা] যৎস্তব্ধাসি [ইলেংলেংদনা লৈথ্রবনি] রাগিনি [নুংশিবিরক্লবদা] যদ্ দ্বেষংঅসি [য়েক্লবা ওইনা খনথ্রবনি] উন্মুখে [মাই ওনশিনবিরক্লবদা] যদ্ বিমুখাং যাতাসি [মাই ওন্থোকপিথ্রবনি] হে বিপরীতকারিনি রাধে [হে ওল্লা তৈনা তৌরবী রাধে] তব [নহাক্কী নফমদা] শ্রীখণ্ডচর্চ্চা [চন্দন তৈবনা] বিষং [হু ওইরিবা] শীতাংশুঃ [থানা] তপনঃ [নুমিৎ ওইনা শারিবা] হিমং [উলন] হুত বহঃ [মৈগুম চাক্লিবা] ক্রীড়ামুদঃ [শান্নবগী নুংঙাইবা থিবিক্লা] যাতনাঃ [অরাবা মপৈ ওইরিবা] তৎ যক্তং [মচু মতিক চাই] ॥১০॥

মফম অসিদা (১) যৎ মবি য়াওরিবা অসিগা (২) তৎ অসিগা পুন্না হায়হনা "মাচু" হায়না লৌগদবনি॥

অনুবাদ :—হে ইতা ইবেম্মা! চান্নথোইরবা শ্রীকৃষ্ণনা নুংশিনা ভাংলক্লবা মতম অদুদা ওন্থোক্লা থীনা খুমথ্রে, ইবুংঙোনা নোল্লুক্লা হায়জরক্লবদ নহাক্লা ইলেঙলেঙদনা তুমিন্না লৈথোক্লে, নুংশিবিরক্লবদা য়েক্লবা ওইনা খনথ্রে, মাইওনশিনবিরক্লবদা মাইলৈথোকপিথ্রে, মরম অদুনদি হে ওল্লা তৈনা তৌরবী রাধে! নশাদা নুংশিবা চন্দন তৈরিবা অদুনা হু তৈবগুম ওইরিবা, থাবল্লা নুংশাগুম চাক্লিবা, উলনা মৈগুম শারিবা, শান্নবগী কলা থিবিক্লা অরাবা মপৈগুম খল্লিবসে মতিক চপ চারে। হায়রিবসি ঐনা হায়বা ইন্দবদগী থোক্লিবনি॥১০॥

স্বচ্ছন্দং মকরন্দসুন্দরগলন্মন্দাকিনীমেদুরং
শ্রীগোবিন্দপদারবিন্দমশুভস্কন্দায়বন্দামহে ॥১১॥

---

**পদানুবাদ :**—সান্দ্র আনন্দ [য়াম্না হরাওরব] পুরন্দরাদি [শোরা-রেন্নচিংবা] দিবিষদ্বৃন্দৈঃ [লাই ময়াম্না] অমন্দ [ থাইদোক্পা] আদ-রাৎ [লুনা তৌবদগী] আনত্রৈঃ [পুমলুক লুকথরব] মুকুট [মুকুটদা থাম্লবা] ইন্দ্রনীলমণিভিঃ [ইন্দ্রনীলমণি কৌবা অশংবা মণি থিবিক্পা] সন্দর্শিত [উহল্লবা] ইন্দিন্দিরম্ [খোইমু ওইনা]=সন্দর্শিত ইন্দি-ন্দিরম্ [খোইমু ওইনা উহল্লবা], সচ্ছন্দম্ [মনিং তৌনা হায়বনি অপনবা লৈতনা] মকরন্দ সুন্দরগলৎ [লৈহীগুম্না কজনা শিম্থরক্লবী] মন্দাকিনী [গঙ্গা কৌবী তুরেল্ল] মেদুরং [লৈতে লবা] শ্রীগোবিন্দ-পদারবিন্দম্ [শ্রীগোবিন্দগী খোং থম্বালবু] অশুভস্কন্দায় [অমঙ্গল কোক্লনবগীদমক] বন্দামহে [থুরুমজরি] ॥১১॥

**অনুবাদ :**—উবদা খোইদোক্ন হরাওরবা শোরারেন্নচিংবা লাই থিবিক্পা নোল্লুক্পা থুরুমজত্নুনা মখোয়গী মকোক্তা থোংলিবা মুকুটদা থাম্লিবা ইন্দ্রনীলমণি কৌবা অশংবা মণিনা খোইমুগী মশক ওইনা উথ্রবা অমসুং অপনবা লৈতনা লৈগী লৈহীনা শিম্থরকপগুম স্বর্গদগী শিম্থরক্লবী [চেম্থরক্লবী] গঙ্গা কৌবী তুরেল্লা সেবা তৌরব', শ্রীকৃষ্ণগী খোংথম্বাল অতবু অমঙ্গল কোক্হনবিনবগীদমক ঐখোয়না থুরুমজরি ॥১১॥

ইতি শ্রীগীতগোবিন্দে মহাকাব্যে কলহান্তরিতা বর্ণনে মুগ্ধমুকুন্দো নাম নবমঃ সর্গঃ।

---

# দশমঃ সর্গঃ

শ্রীকৃষ্ণনা রাধা উবদা থেমজিন্দুনা হায়খি ।

অত্রান্তরে মসৃণ রোষবশামসীম
নিঃশ্বাস নিঃসহমুখীং সুমুখীমুপেত্য ।
সব্রীড়মীক্ষিত সখীবদনাং প্রদোষে
সানন্দগদ্গদপদং হরিরিত্যুবাচ ॥১॥

---

পদানুবাদ :—অত্রান্তরে [অসিগী তুংদা] প্রদোষে [অহিং চংলক্ল-বদা] মসৃণরোষবশাং [কম্না শাউবনা থুত্নম চল্লবী] অসীম [ভমথৈ লৈতনা] নিঃশ্বাস [নুংশামপী হোনববু] নিঃসহ [থাংহেনদ্রবা] মুখীং [মাইথোংনা শুইরবী] সব্রীড়ং [ইকাইবগা লোয়ননা] ঈক্ষিত [য়েংপ্রবী] সখী বদনাং (দূতীগী মশকপু, সখীগী মাইথোংবু)—ঈক্ষিত সখী বদনাং (দূতীগী মাইথোং য়েংপ্রবী) সুমুখীংরাধাং (শক ফজরবী রাধাদা) উপেত্য (চংশিল্লক্লহনা) ইতি (অসুম) সানন্দগদ্গদপদং (নুংঙাইবগা লোয়ননা মতেক মতেক ওইবা রাহেবু) উবাচ (হায়খি) ॥১॥

অনুবাদ :—দূতীনা শাউবগা লোয়ননা রা হায়রহনা লৈরিবৈ তাঙ্গা অসিদা অহিং চংলক্লহনা শাউমনখিবনা মায়ঙাংহনা লৈরবী, নুংশাস্বর মপী ফুইনা হোল্লবী, ইকাইবগা লোয়ননা মতা দূতীগী মায়থোংদা চিংনা চিংনা য়েংহনা লৈরবী, শক ফজরবী শ্রীরাধাগী নাক্তা চংশিল্ললক্লহনা শ্রীকৃষ্ণনা পুক্নীং নুংঙাইবগা লোয়ননা মতেক মতেক ওইনা ঙাংবা রাহে খিবিকপু হায়খি ॥১॥

শ্রীকৃষ্ণনা হায়বত্থ মখাদা হায়রি ।

গীতং

দেশ বরাড়ী রাগাষ্টতালাভ্যাং গীয়তে ।

বদসি যদি কিঞ্চিদপিদন্তরুচিকৌমুদী
হরতি দরতিমির মতিঘোরম্ ।
স্ফুরদধর সীধবে তব বদন চন্দ্রমা
রোচয়তি লোচন চকোরম্ ॥
প্রিয়ে চারুশীলেমুঞ্চময়ি মানমনিদানম্ ।
সপদি মদনানলো দহতি মম মানসং
দেহি মুখকমল মধুপানম্ ॥২॥ ধ্রুবম্ ॥

---

পদানুবাদ :—হে চারুশীলে ! (হে লমচৎ ফজরবী রাধে) ময়ি (ঐঙোন্দা) অনিদানং (মরম লৈতনা থোকপ্রবা) মানং (অশাউবদো) মুঞ্চ (থাদোক্লো), সপদি (খুদক অসিমক্তদা) মদনানলঃ (কামগী মৈনা) মম মানসং (ঐগী থম্মোইবু) দহতি (চাক্লে) মুখকমল (মায়-থোং থম্বালগী) মধুপানংদেহি (লৈহী থকহল্লো) হে প্রিয়ে ! (হে চান্নথোইরবী) যদি কিঞ্চিৎ অপি (করিগুম্বা অমতংবু) বদসি (হায়-বিরবা) তদা (অদু ওইরবদি) দন্তরুচি কৌমুদী (য়াগী মঙাল থাবন্না) অতি ঘোরং (থোইদোক্না তমথীরবা) দর (অকিবগী) তিমিরং (অমম্বসে) হরতি (কোক্তদোরিবনি) তব বদনচন্দ্রমা (নহাক্কী মায়-থোং থানা) স্ফুরৎ (নিংথিজরবা নত্রগা শিম্বরক্লবা) অধর সীধবে (অধরামৃতগীদমক হায়বদি অধরামৃত পান তৌহন্নবগীদমক) মম লোচন চকোরম্ (ঐগী মীৎ নোংইনবু) রোচয়তি (পামহল্লি, ইনশিল্লি) ॥২॥

শ্রীকৃষ্ণনা অরেম্বদা শাউঁরবী রাধাদা হায়খি ।

সত্যমেবাসি যদি সুদতি ময়িকোপিনী
দেহি খর নখর শরাঘাতম্ ।
ঘটয়ভুজবন্ধনং জনয়রদখণ্ডনং
যেন বা ভবতি সুখজাতম্ ॥৩॥

অনুবাদ :—লমচৎ ফজরবী হে ইবেম্মা রাধে! মুরম লৈতনা থোকপ্রবা অশাউবত্থ থাদোক্লো, থুদক অসিমক্কুদা কামগী মৈনা ঐগী থম্মোইসি চাক্লে, হুংশিবিছুনা মাইথোং থম্বালগী লৈছী চুপহনবিরো, হে হুংশিরবী রাধে! নহাক্না নচীন কাথোক্তুনা রাহৈ অমতং ভাং-লবদি য়াগী মঙাল থাবম্না অকিবদগী পোকপ্রবা অমম্বসি কোকদবনি, রা ভাংলবদি শাউবা কোক্লে হায়না খঙলে, শাউবা কোক্লবদি ঐগী অপাম্বা রাখল থুংলগনি খনগনি, নহাক্কী মায়থোং থাসিনা (নহাক্কী চীনগী অমৃত) শিম্বরক্কবা অধরামৃত পান তৌরম্নো হায়ছুনা ঐগী মীৎ নোংইন্দা অপাম্বা পোকহল্লি ॥২॥

পদানুবাদ :— সুদতি (হে য়াতা ফজরবী রাধে) যদি ময়ি (ঐঙোন্দা) সত্যং এব (ইশেংশেংনা) কোপিনী অসি (শাউরিবা) (১) যদি (২) তদা (অত্থু ওইরবদি) খর নখর (থৌরবা থুজিম্না) শরাঘাতং দেহি (তেল ওইনা থিনবিরো), ভুজবন্ধনং (পাম্বোম্না কোনশিন-বুম্না) ঘটয় (তৌবিরো), রদখণ্ডনং (য়াখুনতাবম্না, য়ান্না চীকপা মকম্বু) জনয় (তৌবিরো) যেন বা (মাছুনা) সুখজাতং ভবতি (হুংঙাইগনি হায়বদো) ॥৩॥

করম্না অরাবা খাঙ্‌বা ঙমগদগে হায়বত্থু হায়রাক্ল।

ত্বমসি মমভূষণং ত্বমসি মমজীবনং
ত্বমসি মম ভবজলধি রত্নম্।
ভবতু ভবতীহ ময়ি সততমনুরোধিনী
তত্র মম হৃদয়মতি যত্নম্ ॥৪॥

---

অনুবাদঃ—হে য়াতা ফজরবী রাধে! নহাক্কা থাঙ্গেশেংনা ঐ-ঙোন্দা শাউবিরবদি থোরবা থুজিন্দুনা খোৎপিরো, নপাম্বোম অনিহুনা কম্না ফাহুনা কোনশিনবিরে, অমস্তুং নয়াহুনা কম্না য়াখুল নাইনা চীকপিরো, অহু নত্রগস্থ অতে য়াবা মথে তৌবিরো ঐগী ইরাল কোক্লনবা ॥৩॥

পদানুবাদঃ—ইহ (হুন্দক্কী মপোক অসিদা) ত্বং (নহাক্কা) মম (ঐগী) ভূষণং অসি (লৈতেং ওইরবনি), ত্বং (নহাক্ক) মম (ঐগী) জীবনং অসি (পুন্সি ওইরবনি, থরাই ওইরবনি) ত্বং (নহাক্কা) মম (ঐগী) ভবজলধিরত্নং অসি (পৌক্লিকপগী মপাল নাইত্রবা সমুদ্রগীরত্ন ওইরবনি হায়বদি য়ুম পানবগী অথোইবা হুপী ওইরবনি), ভবতী (নহাক্কা) ময়ি (ঐঙোন্দ) সততং (ইতত্তত্তনা) অনুরোধিনী ভবতু (য়াথং ইনবী ওইবিননবা) তত্র (মাহুদা) মম হৃদয়ং (ঐগী থম্মোই-সিনা) অতি যত্নং (য়াম্না হোৎনজরি) ॥৪॥

অনুবাদঃ—হে রাধে! নন্দক্কী মপোক অসিদা নহাক্কা ঐগী লৈ-তেং ওইরবনি, নহাক্কা ঐগী থরাই ওইরবনি, নহাক্কা য়ুম পানবগী মরদদা অথোইবা হুপী ওইরবনি, নহাক্কা ইতত্তত্তনা ঐঙোন্দা হায়বা ইনবী হুপী ওইবিননবগী মরমদা ঐগী থম্মোই অসিনা থোই-দোক্না কম্না হোৎনজরিবনি ॥৪॥

নীল নলিনাভমপিতন্বিতব লোচনং
ধারয়তি কোকনদরূপম ।
কুসুম শরবাণ ভাবেন যদিরঞ্জয়সি
কৃষ্ণমিদমেতদনুরূপম্ ॥৫॥

শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাবু খজিকং শাউবা ফবা মতৌ উহনা হায়খি।

স্ফুরতু কুচ কুম্ভয়োরুপরি মণিমঞ্জরী
রঞ্জয়তু তব হৃদয়দেশং ।

---

পদানুবাদ :—হে তন্বি [হে থাংজেংবী] তব [নহাক্কী] নীল নলি-নাভং অপি [থম্বাল অশংবগুম্না ফজরবা] লোচনং [মীংসিনা] কোকনদরূপং [থরো অঙাংবগী মশকপু] ধারয়তি [ওইরে, পুরে] [১] যদি ত্বং [নহাক্না] কুসুমশর ভাবেন [কামগী রাখল থন্দুনা, সুরতক্রীড়া পামদুনা] কৃষ্ণ মাং [কৃষ্ণ ঐবু] রঞ্জয়সি [নৈতেংবিরবা, য়েংবিরবা] [১] যদি [২] তদা [অদু ওইরবদি] ইদং [মাসিনা, মীং-সিনা] এতৎ [মাসিগা, মচু ডাংলিবসিগা] অনুরূপং [মতিক চানগ-দবনি] ॥৫॥

অনুবাদ :—হে থাংদা ফজরবী রাধে! ইবেম্মা নহাকী থম্বাল অশংবগুম ফজরবা মীৎ অদুনা শাউমনখিবনা থম্বাল অঙাংবগুম ওইখ্রে। ইবেম্মনা তুংশিবিদুনা রতিক্রীড়াগী রাখল থন্দুনা কৃষ্ণ ঐবু য়েংবিরবদি মীৎ অদুনা ডাংলিবা মচু অদুগী মচুং ইম্না মতিক চাগদবনি [হায়বদি তুংশিবদগী মীত্তা ঈ কাবনা কৈ, শাউবদগী ঈ কাবসি কায়নবগী অরাবা মৈচাক কংই] ॥৫॥

রসতু রসনাপিতবঘনজঘনমণ্ডলে
ঘোষয়তু মন্মথ নিদেশম্ ॥৬॥
স্থলকমলগঞ্জনং মমহৃদয়রঞ্জনং
জনিত রতিরঙ্গ পরভাগং।
ভণ মসৃণবাণিকরবাণিচরণদ্বয়ং
সরস লসদলক্তকরাগম্ ॥৭॥

---

পদানুবাদ :—মণিমঞ্জরী (মণি পরেংনা) তব (নহাক্কী) কুচকুম্ভয়োঃ উপরি (থবাক্কী অতোংবা অনিগী মথক্তা, কুচ চক্ষু অনিগী মথক্তা) স্ফুরতু (হাইজসনু), হৃদয়দেশং (থবাকপু) রঞ্জয়তু (লৈতেংজসনু), রসনাপিং (খাং শবীরুস্ত) তব (নহাক্কী) ঘনজঘনমণ্ডলে (নোয়থারবা খাং মথা অকোয়বদা) রসতু (খো'জসনু) সা (মহাক্লা, খাং শরীক্লা) মন্মথনিদেশং (কামদেবগী য়াথংবু, রতিক্রীড়া ওইরে হায়বা য়াথংবু) ঘোষয়তু (লাউবিসনু, নিস্থোকপিসনু) ॥৬॥

অনুবাদ :—মণি পরেংনা নহাক্কী থবাক্কী অতোংবা কুচকুম্ভ অনিগী মথক্তা হাইহন্নসনু, অচুগা থবাক্কী লৈতেংসু ওইজসনু, খাং শরীক্লা নহাক্কী নোয় থারবা খাংমথা অকোয়বদা লেঙ্ হাইদুনা মখোল খোক্লগা রতিক্রীড়া তৌরে হায়বা তাকচসনু ॥৬॥

পদানুবাদ :—হে মসৃণবাণি (হে খোন্দা ফজরবী) ভণ (হায়বিউ) অহং (ঐনা) স্থলকমল গঞ্জনং (লৈকং শম্বালবু ওমজরবা) মম হৃদয় রঞ্জনং (ঐগী থম্মোইগী লৈতেং ওইরবা) জনিত (ওইরবা, পোক্লবা) রতিরঙ্গপরভাগং (সুরত লীলাগী অথোইবা শরুকপু) — জনিতরতি-রঙ্গ পরভাগং (সুরত লীলাগী অথোইবা শরুক ওইরবা) চরণদ্বয়ং

স্মরগরলখণ্ডনং মমশিরসিমণ্ডনং
দেহি পদ পল্লবমুদারং।
জ্বলতি ময়ি দারুণোমদনকদনানলো
হরতু তদুপাহিত বিকারম্ ॥৮॥

---

(নখোং অনিবু) সরসলসং (নিংথিনা লংলবা) অলক্তক রাগং (চাং-মহীনা লৈতেংববু) করবাণি (তৌজগে) ॥৭॥

অনুবাদ :—হে রাইহে রাতা কজরবী রাধে! নহাক্কা যাথং পিনবিউ, ঐহাক্কা নহাক্কী লৈকং থম্বাল ওমজনা কজরবা, ঐগী থবাক্কী লৈতেং ওইরবা নখোং অনি অহুবু খোইদোক্কা ফুইনা নিংথিজববা চাংমহীনা লৈতেংজগে ॥৭॥

পদানুবাদ :— ত্বং (নহাক্কা) স্মরগরল খণ্ডনম্ (কামগী হগী মৈচাক কোক্রবা) উদারং (নিংথিজববা) পদ পল্লবং (নখোঙ্ উনা য়েম্নীং মানববু) মম শিরসি (ঐগী কোক্তা) মণ্ডণং (লৈতেং ওইনা) দেহি (পীবিরো, থাক্সংপিরো) ময়ি (ঐঙোন্দ) দারুণঃ (সুংশিথংত্রবা) মদণকদনানলঃ (কামগী তমথীরবা মৈনা) জ্বলতি (চাক্লে), তং (মাহুনা, খোল্হুনা) উপাহিত বিকারম্ [কংলিবা অরাবসিবু] হবতু [কোক্রসহু] ॥৮॥

অনুবাদ :—ইবেম্মা নহাক্কী কামগী হগী মৈচাক কোক্রবা কজরবা মৌক্সবা নখেঙ্ য়েম্নীংওম্বা অহুনা ঐগী কোক্তা লৈতেং ওইনা থাক্সংপিররো, হৌজিক ঐঙোন্দা সুংশিথংত্রবা কামগী তমথীরবা মৈচাক্কা চাক্লে, নখোঙ্ অহুনা চাক্লিবা মৈচাকসি কোক্লসহু ॥৮॥

ইতি চটুলচাটুপটুচারুমুরবৈরিণো
রাধিকামধি বচনজাতং।
(১) জয়তি পদ্মাবতীরমণ জয়দেবকবি
ভারতী ভণিতমতিশাতম্ ॥৯॥

(১) জয়তি জয়দেব কবি ভারতীভূষিতং
মানিনীজনজনিতশাতম্। ইতি পাঠান্তরম্

পদানুবাদ :—ইতি [মতৌ অম্সুম্না] পদ্মাবতীরমণ [পদ্মাবতীগী মপুরোইবা] জয়দেবকবি [জয়দেব কবিগী] ভারতীভণিতং [রাহৈনা লৈংলবা] মুরবৈরিণঃ [শ্রীকৃষ্ণগী] অতিশাতম্ [খোইদোক্পা মুংঙাইবা পীনরবা, অশাউবা কোকহল্লবা], চটুল [ইথক থক্পা, ইকিং কিংনা, মথল মথা য়াম্না] চাটু [হায়জবদা] পটু [হৈশিংনা] চারু [নিংথিজ-রবা], রাধিকাং অধি [রাধাগী মফমদা] বচন [হায়খিবা] জাতং [পুম্নমক অতুনা] জয়তি [জয় ওইরি] ॥৯॥

পদানুবাদ মথল অমা :—ইতি (মতৌ অম্সুম্না) পদ্মাবতীরমণ জয়দেব কবি ভারতী ভূষিতং (পদ্মাবতী কৌবী সতীগী মপুরোইবা জয়দেব কবিগী রাহৈনা লৈতেংলবা) মুরবৈরিণঃ চটুল চাটু পটু চারু (শ্রীকৃষ্ণগী মথল মথা য়াম্না হায়জহনা হৈশিংবা রাহৈনা ফজরবা) মানিনীজনশাতং (শাউহনা লৈরিবীগী মফমদা অশাউবা কোকহল্লবা) রাধিকাং অধি বচনজাতং জয়তি (শ্রীরাধাগী মফমদা হায়খিবা রাহৈ পুম্নমক্পা জয় ওইরি) ॥৯॥

অনুবাদ :—মতৌ অম্সুম তৌনা পদ্মাবতী সতীগী মপুরোইবা শ্রীজয়দেব গোস্বামীনা লেংলবা, শ্রীকৃষ্ণগী তাবদা মুংঙাইবা পীনর-বা, মথল মথা অয়াম্বা ফজনা খেম শাহনা ঙাংবনা শ্রীরাধাগী অশাউবা কোকহল্লবা রাহৈ পুম্নমক্পা জয় ওইরি ॥৯॥

হৌজিক শ্রীকৃষ্ণনা মরাদ লৈতে হায়বা উত্তুনা সম্ভোগকী দমক শ্রীরাধাদা হায়খি।

পরিহরকৃতাতঙ্কেশঙ্কাং ত্বয়া সততং ঘন
স্তনজঘনয়া ক্রান্তে স্বান্তে পরানবকাশিনি।
বিশতি বিতনোরন্যো ধন্যো ন কোঽপিমমান্তরম্
প্রণয়িনিপরীরম্ভারম্ভেবিধেহি বিধেয়তাম্ ॥১০॥

---

পদানুবাদ :— হে কৃতাতঙ্কে [চিংনব পোক্লবী রাধে, মুপী অতৈগা শান্নরুরে থন্দুনা শাউরবী রাধে] শঙ্কাং [চিংনবিবত্থু] পরিহর [থাদোক্লো], পরানবকাশিনি [অতৈদা চৎথোক্লবদা শংজবা লৈত্রবা] স্বান্তে [ঐগী থম্মোইদা] ঘনস্তনজঘনয়া [থবাক ভোংলবী পুক থারবী] ত্বয়া [নহাক্না] আক্রান্তে [থুত্থুম চনগ্রবদা, শিন্থুংগ্রবদা] বিতনোঃ [কামদেবদগী, হকচাং পান্দ্রবা কামদেব কোৎবা লাইদগী] অন্যঃ [অতোপ্পা] ধন্যঃ [লাইবক ফবা] কঃ অপি [কনা অমত্তনসু] মমান্তরং [ঐগী থম্মোইদা] ন বিশতি [চংদে] হে প্রণয়িনি [হে নুংশিরবী রাধে] পরিরম্ভারম্ভে [সুরতক্রীড হৌরমদাইদা, রতিযুদ্ধ হৌরমদাইদা] বিধেয়তাং [ভৌকম থৌকপদু] বিধেহি [ভৌবিরো] ॥১০॥

অনুবাদ :—হে রাধে! নংনা ঐবু মুপী অতৈগা শান্নরুরবনি থন্দুনা নপুক্না চিংনরিবত্থু থাদোক্লো। হে থবাক ভোংলবী থোইদো মথা থোক্লবী [নোম্নরবী] রাধে! অতৈ অমগী রাখল চংদ্রবা নংতবু থল্লবা ঐগী থম্মোই অসিদা নহাক্না চোংশিনগ্রবদা কামদেব কোৎবা লাই অহু নত্তনা লাইবক ফবা অতৈ কনা অমত্তা চংবা

কামদেবনা থখোইদা লৈকরী মতিকচাবা দণ্ডী পীবিয়ু হায়রি।

মুগ্ধে বিধেহি ময়ি নির্দ্দয়দন্ত দংশ
দোর্বল্লি বন্ধ নিবিড় স্তন পীড়নানি।
চণ্ডি ত্বমেব মুদমঞ্চ ন পঞ্চবাণ
চাণ্ডাল কাণ্ড দলনাদসবঃ প্রয়ান্ত ॥১১॥

শ্রীকৃষ্ণনা শাউফম থোক্কে হায়বত্থু হায়রক্লি।

শশিমুখি তবভাতি ভঙ্গুরভ্রূ
র্যুবজন মোহ করাল কালসর্পী।

---

ওনত্রবনি। হে মুংশিরবী রাধে! শাউগত্থু, রতিক্রীড়া হৌরম-দাইদা তৌবা হৌনবা থবক পুন্নমক হৌবিরো ॥১০॥

পদানুবাদ:—হে মুগ্ধে [হে অপংবী নত্রগা হে কজবী] ময়ি [ঐগী-ওপদা] নির্দ্দয় [তমথীনা] দন্তদংশ [য়ানা চীকপনে] দোর্বল্লিবন্ধ [পাম্বোম উরীনা কোনশিনবনে] নিবিড় স্তন পীড়নানি [চাউরবা কুচনা নম্থেকপনে] বিধেহি [তৌবিরো] হে চণ্ডি! [হে শাউগল্লবী] ত্বমেব [নহাক] মুদং অঞ্চ [নুংঙাইবা ফংবিরো], পঞ্চবাণ [কামদেব-গী] চাণ্ডাল [মুংশিথংদ্রেবা] কাণ্ড [তেমা] দলনাৎ [থিনবদগী] অসবঃ [থবাই থিবিকসিনা] ন প্রয়ান্ত [শিত্রসন্থু, চত্রসন্থু] ॥১১॥

অনুবাদ:—হে পংলবী নত্রগা হে শক কজরবী রাধে! ঐনা ইবেম্মগী নকমদা অকায়বা থবক তৌরে হায়না নীংলবস্থু দণ্ডী কোয়নবগী মশক ওইনা নয়ানা কন্না চীকপিদুনা, নপাম্বোম উরীদুনা কন্না ফাজিনবিরো, অদুগা থকাগী চাউরবা কুচ (স্তন) অদুনস্থু নম্থেকপিদুনা অয়াবা পীরগা নুংঙাইবা হায়বত্থু ওইবিরো, কামদেব-গী তেমা থাদুনা ঐগী থবায়শিংদি শিনবা ওইরসন্থু ॥১১॥

তদুদিত ভয়ভঞ্জনায় যূনাং
ত্বদধর সীধু সুধৈব সিদ্ধমন্ত্রঃ ॥১২॥
ব্যথয়তিবৃথামৌনং তন্বি প্রপঞ্চয় পঞ্চমং
তরুণিমধুরালাপৈস্তাপং বিনোদয় দৃষ্টিভিঃ।
সুমুখি বিমুখীভাবং তাবদ্বিমুঞ্চ ন মুঞ্চ মাং
স্বয়মতিশয়স্নিগ্ধোমুগ্ধে প্রিয়োঽয়মুপস্থিতঃ ॥১৩॥

---

পদানুবাদ :—হে শশিমুখি (হে মায়থোং থা মাল্লবী) তব (নহাক্কী নকমদ') যুবজনমোহ (পাখংশি বু শুঙ্কাৎননবগী মরমদা) করাল (কিনরবী) কালসর্পী (অমুবী লিল অমোমগী মশক ওইরবী) ভঙ্গুর ভ্রূঃ (থেক্রবী নত্রগা কোল্লবী পিশুম্না) ভাতি (ফজরি, লৈতেং ওইরি) তৎউদিত (মাহুদগী পোক্রক্রবা) ভয়ভঞ্জনায় (অকিবা কোক্লনবগী মরমদা) ত্বৎ (নহাক্কী) অধরসীধু (চিনগী থুম্লবা) সুধাএব (অমৃততনা) সিদ্ধমন্ত্রঃ (কোক্লনবা মন্ত্র ওইরি) ॥১২॥

অনুবাদ :— হে মাইথোং থা মাল্লবী রাধে ! নহাক্কী নকমদা পাখংশিংবু শুঙ্কাৎনবগী মরমদা অমুবী লিল অমোমগুম অকিবা পোক্রবী লিরুংগুম কোল্লপ তারবী পিশুম্না লৈতেংলি। মাহুদগী পোক্রকপা অকিবা অদু কোক্লনবগী মরমদা নহাক্কী অধরামৃত সুধাতনা অথোইবা মন্ত্র ওইরে ॥১২॥

পদানুবাদ :—হে তন্বি (হে খাংজেংবী) বৃথা (অরেম্বদা) মৌনং (ছুমিম্না লৈবহনা) মাং (ঐবু) ব্যথয়তি (অরাবা পীরে) হে তরুণি (হে নোরবী) মধুরালাপৈঃ (হুংশিবা ওয়াখবগা লোয়ননা) পঞ্চমং প্রপঞ্চয় (পঞ্চমস্বর লাউরিবা) দৃষ্টিভিঃ (মিংথিজবা মীৎয়েংনা য়েংহনা)

শাউবা কোক্লনবগীদমক শ্রীরাধাগী হকচাং পুন্নমক থাগৎলি।

বন্ধূকদ্যুতি বান্ধবোঽয়মধরঃ স্নিগ্ধোমধূকচ্ছবি
র্গণ্ডশ্চণ্ডিচকাস্তিনীলনলিনশ্রীমোচনংলোচনম্।
নাসাভ্যেতি তিলপ্রসূন পদবীংকুন্দাভদন্তিপ্রিয়ে
প্রায়স্ত্বন্মুখসেবয়াবিজয়তেবিশ্বংসপুষ্পায়ুধঃ ॥১৪॥

---

তাপং বিনোদয় [মৈচাক কোকহল্লো] হে সুমুখি [হে শক ফজরবী] তাবৎ [মতম অসিদা] বিমুখী ভাবং [মায় লৈথোকপা মতৌবু] বিমুঞ্চ [থাদোকপিরো] মাং ন মুঞ্চ [ঐবু থাদোকপিগনু] হে মুগ্ধে [হে অপংবী] অতিশয় স্নিগ্ধঃ [থোইদোক্লা হুংশিরবা] অয়ংপ্রিয়ঃ [চান্নথোইবসে] স্বয়ং [মশামক্লা, মথোংনথোংনা, কোক্লবা নত্তনা] উপস্থিতঃ [থুংলরে] ॥১৩॥

(১) "ন বঞ্চয়" ইতি পাঠান্তরং ন বঞ্চয় (লৌনম তৌগনু)।

অনুবাদ :—হে খাংজেংবী রাধে! অরেম্বদা নহাক্লা তুমিন্না লৈবক্তুনা ঐভোন্দদি অরাবা ওইরে। হে শক নৌরবী রাধে! হুংশিবা রাহৈ ভাংবগা লোয়ননা পঞ্চম স্বর লাউবিরো, নিংথিজরবা মীৎয়েং য়েংবিত্তনা থম্মোইগী অরাবা মৈচাক কোকহল্লো, হে শক ফজবী! মতম অসিদা নমায় লৈথোক্লিবতু থাদোক্লো, লৌনম তৌরগনু, হে অপংবী! নহাক্লা থোইদোক্লা হুংশিবিরবা চান্নথোইবা নপুরোইবদো মথোংনা থোংনা লাক্তুনা ননাক্তা লৈরক্লে ॥১৩॥

পদানুবাদ :—হে চণ্ডি [হে শাউগল্লবী] তব [নহাক্কী] অয়ং অধরঃ [চীনবান অসিনা] বন্ধূকদ্যুতি [বন্ধুক কোবা লৈগী মচুগা] বান্ধবঃ [মরূপ শান্নরি হায়বদি ভাং ভাননা ফজরি] গণ্ডঃ [খজাইনা] মধূক-

দৃশৌ তব মদালসে বদনমিন্দু সন্দীপনং (১)
গতির্জন মনোরমা বিজিতরম্ভমূরুদ্বয়ম্।

চ্ছবি [মধুক কৌবা লৈগুম্না] সিন্ধ [কজরি], লোচনং [মমীত্তু না] নীলনলিন [অশংবা খম্বালগী] শ্রীমোচনং [কজবহু কোকহন্দুনা হায়-বদি মীৎ উবদা খম্বাল অশংবগী কজবা মতৌ মাঙ্ হন্দুনা] চকাস্তি [ঙাল্লি, কজরি] নাসা [নাতোম্না] তিল প্রসূন পদবীং [খোইদীং মপানবী মওং কজবগুম্না] অভ্যেতি [কংলি] হে কুন্দদন্তি [হে কুন্দনা কজবগুম্না য়াত্তা কজরবী] হে প্রিয়ে [হে মুংশিরবী] (১) প্রায় সঃ পুষ্পায়ুধঃ [কামদেবনা, লৈনা খুংলাই ওইনা পায়বনা কামদেববু "পুষ্পায়ুধঃ" কৌই] ত্বৎ মুখ সেবয়া [নহাক্কী মায়থোংদা লেবা তৌদুনা] বিশ্বঃ [জগৎপু] (১) (২) বিজয়তে (জয় তৌরিবনি নীং-লে] মকম অসিদা "প্রায়" না নীংবা খনবা অর্থদা "বিজয়তে" ক্রিয়াপা লোয়নবা তিমথে ॥১৪॥

অনুবাদ :— হে শাউগল্লবী ইবেম্মা রাধে! নহাক্কী চীনবাল অসিনা বন্ধুক কৌবা লৈগুম্না ঙাং ঙানবা কজরি, অহুগা খজাইনা মধুক কৌবা লৈগুম্ন তঙাং তঙাংনা পুক্লিং হুরি, মীৎ অহুনা খম্বাল অশংবগী নাপল থুদেক্তুনা ঙাল্লি, নাতোম্না খোইদীং মপালগী কজ-বা ওংদাগবু ঙমজনা উরি, হে কুন্দগুম্না য়াত্তা কজরবী! হে মুং-শিরবী রাধে! কামদেবনা নহাক্কী মায়থোংদা লেবা তৌদুনা নহাক্কী মায়থোংদা লৈরিবা লৈগী খুংলাই পুক্লাক কংদুনা জগৎপু জয় তৌরমারে হায়না নিংলে ॥১৪॥

রতিস্তব কলাবতী রুচিরচিত্রলেখেভ্রুবা-
বহো বিবুধযৌবতং বহসিতন্বি পৃথ্বীগতা ॥১৫॥

(১) "বদনবিন্দুমক্ত্যান্বিতং" ইতি পাঠান্তরং।

---

পদানুবাদ ঃ—হে তন্বি [হে খাংদা ফজরবী] অহো [অঙকপনিদা] তব [নহাক্কী] মদালসে [হুংঙাইবনা তপ্না তপ্না পাংলবা] দৃশৌ [মীৎ অনি পানবনা], ইন্দু সন্দীপনং [থাগুন্না ঙাল্লবা] বদনং [মায়-পানবনা] জনমনোরমা [মীবু হুংঙাইহল্লবা] গতিঃ [শাজৎ চৎপনা] বিজিতরম্ভং [লফু পাম্বীবু ঙমজরব] উরুদ্বয়ং [কৈগল অনি পান-বনা], কলাবতী [কলা পুম্নমক খংহুন্ন' হায়বদি নৃত্য, গীত, বাদ্যন-চিংবা পুম্নমক খংহুনা] রতিঃ [সুরতক্রীড়া হৈবনা] রুচির [নিংথিজ-না] চিত্রলেখে [কোম্না য়েক্লবা] ভ্রুবৌ [শীগুম অনি পানবনা] পৃথ্বী-গতা ত্বং [পৃথ্বীদা পোক্লবী নংসিন হায়বদি মর্ত্ত্যভূমিগী মনুংদা লৈবা শ্রীবৃন্দাবনদা পোকপী নং অসিনা] বিবুধ যৌবতং [লাইগী হুপী ময়াম্বু] বহসি [পুরিবসে, ওইরিবসে] ॥১৫॥

অনুবাদ ঃ—হে খাংদা ফজরবী রাধে! নহাক্কী হয়াউবনা তপ্না তপ্না পাংলবা মীৎঅনি পানবগা, থাগুন্না ফজরবা মায়থোং পানবগা, মীবু হু'ঙাইবা পোকহল্লবা শাজৎ চৎপগা, লফু পাম্বীবু ঙমজরবা কৈবোম অনি পানবগা, ঈশৈ শকপা, জগোই শাবনচিংবা কলা পুম্নমক খঙহুনা রতিক্রীড়াদা হৈশিংবগা, নীংথিজনা কোনগোল্লা তারবা শীগুম অনি পানবসিগনা পৃথ্বীদা [বৃন্দাবনদা] পোক্লনসু স্বর্গদা লৈরবী লাই হুপী ময়াম্বু পুম্পু পুরে। মাসি ওস্লোক্লা অঙকপনি ॥১৫॥ [স্বর্গদা লৈবী লাই হুপী ময়ামগী ফজবদো নংঙোন্দা পুম্নুল পুরে হায়বশুনি।]

কবিনা সর্গঃ লোইবদা আশীষ নিজরি।

প্রীতিং বস্তনুতাং হরিঃকুবলয়াপীড়েণসাৰ্দ্ধং রণে
রাধাপীনপয়োধর স্মরণকৃৎকুম্ভেনসম্ভেদবান্।
যত্রস্বিদ্যতিমীলতিক্ষণমথক্ষিপ্তেদ্বিপেতৎক্ষণাৎ
কংসস্যালমভূজ্জিতং জিতমিতিব্যামোহকোলাহলঃ ॥১৬॥

---

টীকা তৌবগী অনুবাদ মথল অমা:—শ্রীরাধাগী মীৎ অনি অহুনা মদালসা কৌবী দেবী ওইরে, মায়থোংনা ইন্দুমতী কৌবী দেবী ওইরে, শাজৎনা মনোরমা কৌবী দেবী ওইরে কৈগন্না রম্ভা কৌবী দেবী ওইরে. পীগুম অনিনা চিত্রলেখা কৌবী দেবী ওইরে. অঙকপনিদা মর্ত্যভূমিদা পোক্লবী নহাক্না লাই নিংঙোল মরাম ওইরম্লিবসে ॥১৫॥

পদানুবাদ :—রণে [লানফমদা] রাধা [শ্রীরাধাগী] পীন পয়োধর [চাউরবা কুচবু] স্মরণকৃৎ [নিংশিংহল্লবা] কুম্ভেন [মকোক পাল্লবা] কুবলয়াপীড়েণ [কুবলয়াপীড় কৌবা কংস নিংথৌগী শামুগা লোয়ননা] সম্ভেদবান্ [থেংনপ্লবা, লান শোক্লপ্লবা] যত্র [মাহুদা] ক্ষণং [ঙাইহাক্তং] স্বিদ্যতি [হুমাংকারবা] মীলতি [ধ্যান তৌরবা] অথ [অহুগী তুংদা] তৎক্ষণাৎ [খুদক অস্তমক্তদা] দ্বিপে ক্ষিপ্তে [শামু লংথোকপ্লবদা] কংসস্য [কংস নিংথৌবু] জিতং জিতং ইতি [ঙমপ্রে ঙমপ্রে অসুম হায়হুনা] ব্যামোহ কোলাহলঃ (অরেম্বদা পংলাউ লাউববু) অলম্ (থোইদোক্লা) অভূৎ (ওইপ্লবা) সঃ হরি (শ্রীকৃষ্ণহুনা) বঃ (নথোয়গী নফমদা) প্রীতিং (প্রেমবু) তন্তুতাং (পীনরসন্থ) ॥১৬॥

অনুবাদ :— কংস নিংথৌগী লানফমদা শ্রীকৃষ্ণগা কুবলয়াপীড় কৌবা শামুগা লাম্বেংনবদা শ্রীকৃষ্ণগী খুন্না শামুগী মন্নাই লেঙ্ক

# একাদশঃ সর্গঃ

হৌজিক শ্রীরাধিকাগী মফমদা মতা দূতীনা হায়রি

সুচিরমনুনয়েনপ্রীণয়িত্বা মৃগাক্ষীং
গতিবতি কৃতবেশে কেশবে কুঞ্জশয্যাং ।
রচিতরুচিরভূষাংদৃষ্টিমোষেপ্রদোষে
স্ফুরতি নিরবসাদাংকাপি রাধাংজগাদ ॥১॥

---

অতোংবা অনি পায়রুবদা শ্রীমতি রাধিকাগী থবাক্তী অতোংবা কুচ [স্তন] অনি অত্থুনি হাযনা নিংলুত্থনা স্বাত্বিক বিকার ওইবনা ডাই-হাক হুমাং কাংত্থনা মীৎ উইশিল্লুরবা তুংদা পাংথোক্লকপদা শামু অত্থু উরত্থনা পায়ত্থনা থাপ্পা লংথোকশ্রে, মীৎ পাংক্রিরৈঙদা শামুনা ঙমলে হায়না নীংবা, লংথোকপ্রবদা শ্রীকৃষ্ণনা ঙমলে হায়না নীংত্থনা অরাবগী মশক ওইনা পংলাউ লাউনহনপ্রবা শ্রীকৃষ্ণত্থনা জগন্না লৈ-রিবা ভক্তশিংগী মফমদা প্রেম পীনবিরসনু ॥১৬॥

ইতি শ্রীগীতগোবিন্দে মহাকাব্যে মানিনী বর্ণনে
মুগ্ধ মাধবো নাম দশমঃ সর্গঃ ॥

---

পদানুবাদ ঃ—কৃতবেশে (লৈতেং শেংলবা) কেশবে (শ্রীকৃষ্ণনা) সুচিরং (মতমকুইনা) অনুনয়েন (থেমত্থনা হায়জবনা) মৃগাক্ষীং (শজী মীত্তা তাৱবী রাধাবু) প্রীণয়িত্বা (পেলহল্লগা, য়াহল্লগা) কুঞ্জশয্যাং গতবতি (কুঞ্জগী শয্যাদা চংশিনপ্রবদা) কাপি সখী (কনাগুম্বী দূতী-না) দৃষ্টিমোষে প্রদোষে (মীৎনা উরকত্রবা অহীং মচিন) স্ফুরতি (চংলক্লবদা) নিরবসাদাং (অৱাবা কোক্রবী) রচিত (শেংলবা) রুচির

দূতীনা হায়বন্থ ঊশৈনা চাঘরি ।

গীতং ।২৩।

বসন্তরাগ যতিতালাভ্যাং গীয়তে ।

**বিরচিত চাটুবচনরচনং চরণেরচিতপ্রণিপাতং ।**
**সম্প্রতিমঞ্জুলবঞ্জুলসীমণিশয়নমনুযাতং ॥**
**মুগ্ধে মধুমথনমনুগতমনুসর রাধিকে ॥২॥ ধ্রুবম্ ॥**

---

(নিংখিজরবা) বেশাং (ফীজেৎপু)=রচিত রুচির বেশাং (নিংথিজবা ফীজেংনা লৈতেংলবী) রাধা (শ্রীরাধদা) জগাদ (হায়খি) ॥১॥

**অনুবাদ** :—নিংখিজনা লৈতেংহনা লাক্রবা শ্রীকৃষ্ণসিনা শজীমীত্তা তারবী রাধাদা মতম কুইনা হায়জতুনা অশাউবা কোকহন্দুনা পেল-হক্করগা কুঞ্জগী শয্যাদা লেংশিনগ্রবদা কনাগুম্বী দূতীনা অহিং চং-লক্তুনা মঙ্গনা মীশকমীশা থংবা ওয়কত্রবা মতম অতুদা নিংখিজরবা লৈতেং শেংচারবী অরাবা কোক্তুনা কৈরবী রাধাদা য়েংলহনা হায়খি ॥১॥

**পদানুবাদ** :—হে মুগ্ধে রাধিকে (হে অপংবী রাধিক) বিরচিত (তৌরম্লবা) চাটুবচন রচনং (নুংশিবা রাহৈ মথংমনাও ঙাংববু)= বিরচিত চাটুবচন রচনং (নুংশিরবা রাহৈ মথংমনাও ঙাংশম্লবা) চরণে (নখোংদা) রচিত (তৌরম্লবা) প্রণিপাতং (খুরুম্ববু)—চরণে রচিত প্রণিপাতং (নখোংদা খুরুমজরম্লবা) সম্প্রতি (হৌজিক্তা) মঞ্জুল বঞ্জুল সীমনিশয়নং (নিংখিজরবা বেতসকুঞ্জগী মখুংদা লৈরবা শয্যাদা) অনুযাতং (চংশিনরবা। অনুগতং (মতুংইন্জরবা) মধুমথনং (শ্রীকৃষ্ণগী, শ্রীকৃষ্ণবু) অনুসর (মতুং ইন্দুনা চংলো) ॥২॥

শ্রীরাধিকাবু থুনা চৎনবা হৈনশিল্লি।

ঘনজঘনস্তনভারভরে দরমন্থর চরণ বিহারং।
মুখরিতমণিমঞ্জীরমুপৈহিবিধেহিমরালনিকারম্ ॥৩॥
শৃণুরমণীয়তরং তরুণীজনমোহনমধুরিপুরাবং।
কুসুমশরাসনশাসনবন্দিনিপিকনিকরেভজভাবম্ ॥৪॥

---

অনুবাদ :—হে অপংবী ইতা রাধে! নংঙোন্দা রাহৈ রাতা হৈ-শিংনা ভাংহনা থেমজিল্লম্লবা, নখোঙ্দা নোল্লুক্লা থুরুমজরম্লবা, ছোঁজিক্তা বেতসকুঞ্জগী মহু'দা শেম্লিবা শয্যাদা চৎশ্লিবা, নহাক্লা হায়রিবমথৈ ইম্লবা শ্রীকৃষ্ণগী মনাক্তা নহাকসু চৎশিনবিয়ো ॥২॥

পদানুবাদ :—হে ঘনজঘন স্তনভারভরে (নোয়রবা থাং মথা চাউ-রবা থবাক্নী অতোংবগা অনিগী অরুম্বা পুরবী হে রাধে) দরমন্থর (থর তপ্না) চরণ বিহারং (নখোঙ্ থাংহনা) মুখরিত (খোংহল্লহনা, মখোল হোৌহল্লহনা) মণিমঞ্জীরং (মণিনা শাবা নূপুরনা)—মুখরিত মণি মঞ্জীরং (মণিনা শাবা নূপুরবু মখোল হোৌহল্লহনা) উপৈহি (চৎপিরো, য়ৌবিরো) মরাল (কাংঙগী হায়বদি কাংঙগী খোঞ্জেলগী) নিকারম্ (মায়থীবা পীনববু) বিধেহি (তৌবিরো) ॥৩॥

অনুবাদ :—চাউরবা কৈফোম চাউরবা থবাক অতোংবগী অরুম্বা পুম্বনা শাজং তপ্লবী হে রাধে! নংনা তপ্না তপ্না চৎখিহনা নখোংদা শিরিবা মণিনঃ শাবা নূপুর অহনা মখোল খোকহন্দুনা কাংঙ কৌবা উচেক্নী খোঞ্জেলবু মায়থীবা পীনবা মতৌহ্ তৌবিরো ॥৩॥

পদানুবাদ :—ত্বং (নহাক্লা) রমণীয়তরং (নীংথিজরবা) তরুণীজন-মোহন (নহাওইরিবীশিংগী তুঙ্গাংনবগী মশক ওইরবা) মধুরিপুরাবং

অনিলতরলকিশলয়নিকরেণকরেণলতানিকুরম্বং ।
প্রেরণমিবকরভোরুকরোতিগতিংপ্রতিমুঞ্চবিলম্বম্ ॥৫॥

(শ্রীকৃষ্ণগী খোঙ্জেল্লবু) শৃণু (তাকুচো), কুসুমসরাসন (কামদেবগী) শাসন (য়াথংবু) বন্দিনি (স্তুতি ওইনা খোংলবা, নিংথিজবা রাহৈনা খোংলবা) পিকনিকরে (কোকিল ময়ামদা) ভাবং (প্রেম লৈবা মতৌবু) ভজ (নিংবিয়ো, উহনবিয়ো)। [কোকিলনা খোংশিন্নহনা শ্রীরাধাদা অশাউবা থাদোক্নুনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌরুয়ো হায়দুনা তাক্লি মাসিগী মতুং ইন্না চংলো তাক্রিবা কোকিলশিংদা শাউগন্নু হায়হনা তাকপতনি] ॥৪॥

অনুবাদ :—ইতা ইবেম্মনা চংলগা নহাওইরিবী হুপীশিংগী মফমদা শুম্বাংনবগী মশক ওইনা ওাংবা শ্রীকৃষ্ণগী রাহৈ রাডা কজবা শুম্নমক তাক্নরো অমসুং কামদেবগী য়াথং লাউথোকপগুম নিংথিজরবা খোঙ্গেম্না খোংলবা কোকিলশিংগী মফমদা প্রেম লৈবা মতৌ উহল্লুরো ॥৪॥

পদানুবাদ :— হে করভোরু (হে কৈবোম চাউরবী) লতানিকুরম্বং (উরী ময়ামসিনা) অনিলতরল (নুংশিংনা লেংহল্লবা) কিশলয় নিকরেণ (অনৌবা য়েন্নীং মপৈনা) করেণ (খুং ওইরছুনা) গতিং প্রতি (চংননবগী মরমদা) প্রেরণং ইব (থৌদাকগুম, ইনশিনবগুম) করোতি (তৌরি) অতঃ (মরম অদুদগী) বিলম্বং (বিল্লিবদো, মিংলাইবা টেলত্রিবদো) মুঞ্চ (থাদোক্নো) ॥৫॥

অনুবাদ :—হে কৈকোম চাউরবী রাধে! হৌজিক উরী ময়াম অসিনা, নুংশিংনা লৈহনা হাইহল্লবা য়েন্নীং ময়াম অসিনা খুং ওইর-

স্ফুরিতমনঙ্গতরঙ্গবশাদিব সূচিত হরি পরিরম্ভং।
পৃচ্ছ মনোহরহারবিমলজলধারমমুং কুচকুম্ভম্ ॥৬॥
অধিগতমখিলসখীভিরিদং তববপুরপিরতিরণসজ্জং।
চণ্ডিরণিতরসনারবডিণ্ডিমমভিসরসরসমলজ্জম্ ॥৭॥

---

হুনা খোদাবগুম শ্রীকৃষ্ণনা অনাক্তা চৎলো। হায়রহুনা থাক্লি। মরম অহুনা চংশিনবদা খিনবা তৌরগনু ॥৫॥

পদানুবাদ :— অনঙ্গ (কামগী) তরঙ্গবশাৎ (ইরা হৌবনা খুত্থম চনলদগী) স্ফুরিতং ইব (তনিক তনিকপগুম্বা) সূচিত (খংহল্লবা, তাক্লবা) হরি (শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা) পরিরম্ভং (রতিক্রীড়া শাম্মনিংবব্) — সূচিত হরি পরিরম্ভং (কৃষ্ণগা লোয়ননা রতিক্রীড়া শাম্মনিংবা তাক্লবা) মনোহর হার (পুক্নীংহল্লবা লীক পরেংনা) বিমল জলধারং (নিংথিজরবা ঈশিংগী ঈচেল ওইরবা) অমুং কুচকুম্ভং (কুচ চফু অসুদা) পৃচ্ছ (হংবিউ) ॥৬॥

অনুবাদ :— ইতৌ ইবেম্মা নহাক্না রতিক্রীড়া শাম্মনিংবগী [illegible] খুত্থম চনবা তনিক তনিকপনা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা শাম্মনিংবা মতৌ তাক্লবা, খবাক্তা শিল্লিবা নিংথিজরবা লীক পরেংনা লুরবা ঈশিংগী ঈচেলগী মতৌগুম্বা লৈতেংলবা চফুগুম্বব অসুদসু হংবিউ ॥৬॥

পদানুবাদ :— অখিল সখীভিঃ [লেখী মপুম্ অসিনা] তব [নহাক্কী] ইদং বপুঃ [হকচাং অসিসু] রতিরণসজ্জং [কামযুদ্ধগী ফীজেং শেংদুনা থামলবা] অধিগতং [খংলে], হে চণ্ডি [হে শাউগনবী] রণিত [মখোল [illegible] খোংলবা] রসনারব [খাং শরীকী মখোলসিনা] ডিণ্ডিমং [ডিণ্ডিম কৌবা লাম্দা য়ৈবা পুং ওইরহুনা] সরসং [হরাও [illegible]]

স্মরশরসুভগনখেনকরেণসখীমবলম্ব্য সলীলং।
চলবলয়ক্কণিতৈরববোধয় হরিমপিনিজগতিশীলম্ ॥৮॥
শ্রীজয়দেব ভণিতমধরীকৃত হারমুদাসিত রামং।
হরিবিনিহিতমনসামধিতিষ্ঠতুকণ্ঠতটীমবিরামং ॥৯॥

---

অলজ্জং [ইকাইবা লৈতনা] কৃষ্ণং [শ্রীকৃষ্ণগী মনাক্তা] অভিসর [চৎলো] ॥৭॥

অনুবাদঃ—হে ইতা ! সখী ময়াম্না নহাকী নশা অসিবু কামযুদ্ধগী কীজেৎ লৈতেঃ শেংলে ছায়বা হান্না থঙ্লে, মরম অদুনা হে শাউ-গল্লবী ইতা ইবেম্মা ! খাং শরীক মখোল অসিনা লাল তৌবদা য়ৈবা ডিণ্ডিম কৌবা পুংগী মখোল ওইহল্লদুনা হরাওনা ইকাইবা লৈতনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা চৎলো ॥৭॥

পদানুবাদ :—স্মরশরসুভগ [কামদেবগী তেনগুম্না কজরবা] নখেন করেণ [খুজীল পাল্লবা খুৎনা] সখীং অবলম্ব্য [সখীদা য়াল্লদুনা] সলীলং চল [হরাও হরাও চৎলো] বলয়ক্কনিতৈঃ [খুজীগী মখোল-শিংদুনা] নিজগতিশীলম্ [নহাক লাকনি খন্দুনা লৈরবা] হরিং অপি [শ্রীকৃষ্ণসুবুসু] অববোধয় [খঙ্হল্লো] ॥৮॥

অনুবাদ :—হে ইতা রাধে ! কামদেবগী তেনগুম্না কজরবা খুজিল পাল্লবা নখুত্তুনা সখীশিংগী লেংবান্দা য়াল্দুনা হরাও হরাওনা শ্রীকৃষ্ণ গী নাক্তা চৎলো অমসুং চৎপদা হাইহল্লবা খুজীগী মখোল অদুনা নংবু লাকপা য়েংদুনা লৈরিবা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লাক্লে হায়বা পাউ তাকহল্লো ॥৮॥

দূতীনা রাধাবু হংশিন্নখ্রগদোুরিবা কৃষ্ণগী অৱস্থা,

সামাংদ্রক্ষ্যতিবক্ষ্যতিস্মরকথাং প্রত্যঙ্গমালিঙ্গনৈঃ
প্রীতিংযাস্যতিরংস্যতেসখিসমাগত্যেতিচিন্তাকুলঃ
সত্বাংপশ্যতিবেপতেপুলকয়ত্যানন্দতিস্বিদ্যতি
প্রত্যুদ্গচ্ছতিমূর্চ্ছতিস্থিরতমঃপুঞ্জেনিকুঞ্জেপ্রিয়ঃ ॥১০॥

---

পদানুবাদ :— শ্রীজয়দেবভণিতং [ শ্রীজয়দেব কবিনা লেংলবা ] অধরীকৃত [মায়থীবা পীরবা] হারং [লিকপু] — অধরীকৃত হারং [লিকপরেংবু মায়থীব। পীরবা, লিকপরেংদগী হেন্না ফজরবা] উদাসিত [নিন্দ। পীরব।] রামং [হুপীবু] — উদাসিত রামং [হুপীবু মায়থী-বা পীরবা, হুপীদগী হেন্না ফজরবা] ইদং গীতং [ঈশৈ অসিনা] হরিবিনিহিত [হরিদা থম্লবা] মনসাং [ পুক্নীংশিংগী ] — হরিবিনিহিত মনসাং [শ্রীকৃষ্ণদা পুক্নীং থম্লবা ভক্তশিংগী] কণ্ঠতটীং [খোরীচরমদা] অবিরামং [পোথাবা লৈতানা, ইতত্তত্না] অধিতিষ্ঠতু[লৈরসনু]॥৯॥

অনুবাদ :— শ্রীজয়দেব কবিনা লেংলবা নিংথিজরবা লিকপরেং-দগী হেন্না ফজরবা, নিংথিজরবা হুপীদগীসু হেন্না ফজরবা ঈশৈ অসিনা শ্রীকৃষ্ণবু নীংলবা ভক্তশিংগী ওকশমদা ইতত্তত্না লৈরসনু হায়বদি শরুসনু ॥৯॥

পদানুবাদ :— সখি [হে ইতাইবেম্মা রাধে] সঃপ্রিয়ঃ [চাম্নথোইবা শ্রীকৃষ্ণহুনা] স্থিরতমঃপুঞ্জে [লেঙ্দনা লৈরবা অমম্বা মপুনা তিল্লবা] নিকুঞ্জে [নিকুঞ্জবনদা] সা আগত্য [মহাক্না লাক্লগা শ্রীরাধানা লাক্লগা] মাং দ্রক্ষ্যতি [ঐবু য়েংলগনি] স্মরকথাং বক্ষ্যতি [স্মরতনীলাগী-বা ৱাংলগনি] প্রত্যঙ্গং আলিঙ্গনৈঃ [হকচাং পুম্নমক্তা আলিঙ্গন

অমম্বরু অভিসার চৎপদা মতিক চারে হায়বত্থু তাক্লি ।

অক্ষোর্নিক্ষিপদঞ্জনং শ্রবণয়োস্তাপিঞ্ছগুচ্ছাবলীং
মূর্দ্ধ্নি শ্যামসরোজদামকুচয়োঃকস্তূরিকাপত্রকম্ ।
ধূর্ত্তানামভিসারসত্বরহৃদাংবিষ্বঙ্নিকুঞ্জে সখি
ধ্বান্তংনীলনিচোলচারুসুদৃশাংপ্রত্যঙ্গমালিঙ্গতি ॥১১॥

---

তৌহ্না] প্রীতিং যাস্যতি [সুংঙাইবা ফংলগনি] রংস্যতে [রতিক্রীড়া শাম্নগনি] ইতি [অসুম্না] সঞ্চিন্তয়ন্ [থল্লথল্লহ্না] ত্বাং [নহাকপু, ইতারাধা নহাকপু] পশ্যতি [য়েংলি] বেপতে [নীক্লি] পুলকয়তি [ভুজুংলি] আনন্দতি [হরাউরি] স্বিদ্যতি [হুমাংশৌরি] প্রত্যুদ্গচ্ছতি [ফুক্ হৌগৎলি] মূর্চ্ছতি [রাম্ব্রি] ॥১০॥

**অনুবাদ :**—হে ইতা ইবেম্মা রাধা ! নহাক্তী চাম্নথোইবা ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণহ্না নহাক্না শুরুমম্নবা কুঞ্জগী মমুংদা চংলক্লগা ঐবু য়েংলগনি, সুরত লীলাগী রা ঙাংলগনি, হকচাংগী মকম পুম্নমক্তা আলিঙ্গন তৌহ্না সুংঙাইবা ফংলগনি, রতিক্রীড়া তৌগনি অসুম্না থল্ল-থল্লহ্না, ইতা রাধা নহাকপু য়েংহ্না নৈরি, নীক্লি, ভুজুংলি, হরাউ-রি, হুমাংশৌরী, ফুকহৌগৎলি অমমুং রাম্ব্রি ॥১০॥

**পদানুবাদ :**—হে সখি [হে ইতা রাধে] বিষক্ নিকুঞ্জে [নিকুঞ্জগী মকম পুম্নমক্তা] নীল [অশংবা] নিচোল [ফিগুম্না] চারু [ফজরবা] ধ্বান্তং [অমম্বলিনা] অভিসার সত্বরহৃদাং [অভিসার থুনা পাম্নবী] ধূর্ত্তানাম্ [লৌনম্ চাউরবী] সুদৃশাং [নুপীশিংগী] অক্ষোঃ [মীৎ অনিদা] অঞ্জনং [কজ্জল ওইনা] শ্রবণয়োঃ [নাকোং অনিদা] তা-পিঞ্ছ [তমাল পাম্বিগী] গুচ্ছাবলীং [লৈ চরোং মযাম ওইনা] মূর্দ্ধ্নি

অমমম্ব অমুকম্ব হায়রি।

কাশ্মীর গৌরবপুষামভিসারিকাণা (১)
মাবদ্ধরেখমভিতোরুচি মঞ্জরীভিঃ।
এতত্তমালদলনীলতমং তমিস্রং
তৎপ্রেম হেমনিকষোপলতাং তনোতি ॥১২॥

---

[কোক্তা] শ্যাম সরোজ [অশংবা থম্বালগী] দাম [পরেং ওইনা] কুচ-য়োঃ [থবাক্তী অতোংবা অনিদা] কস্তূরিকাপত্রকং [কস্তূরি চন্দনগী মপাক ওইনা] নিক্ষিপৎ [হাপচিল্লহনা] প্রত্যঙ্গং [হকচাংগী মকম পুম্নমক্তা] আলিঙ্গতি [কোল্লি, পকশিল্লি] ॥১১॥

অনুবাদ :—হে ইতা রাধে! নহাক্না ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা চৎপদা কনা অমত্তনসু উগদবা লৈতে করিননো হায়ববু কুঞ্জগী লম পুম্নমক অসিদা নিংথিজরবা ফী অশংবগী মশক ওইরবা অমম্বসিনা অভিসার তৌরিবী, লোনমচাউরবী, লুপীশিংগী মীৎঅনিদা কজ্জল কৌবা মীংপান্দা তৈননবা অমুবা হিদাক ওইরে, নাকোং অনিদা তমাল মপানগী [লৈগী] চরোং ওইরে, কোক্তা থম্বাল অশংবগী পরেং ওইরে, থবাক অতোংবা অনিদা কস্তূরিকা চন্দনগী মপাক ওইরে, অস্নম তৌহনা হকচাং পুম্নমক্তা শিন্থুনা খুমথিবনা অঙানবা কৌবা লৈখিদ্রে ॥১১॥

পদানুবাদ :—কাশ্মীর [কুঙ্কুম চন্দনগুম্না] গৌরবপুষাং [কুচ ঙৌর-রবী, হকচাং ঙৌরবী] অভিসারিকাণাং [অভিসার তৌরিবী লুপী-শিংগী] রুচিমঞ্জরীভিঃ [নিংথিজরবা মঙাল খিন্বিক্না] অভিতঃ [ইকোয় কোয়বদা, মাইকৈ মরিমক্তা] আবদ্ধরেখং [মরী ওইনা

হারাবলীতরলকাঞ্চন কাঞ্চিদাম
মঞ্জীরকঙ্কণমণিদ্যুতি দীপিতস্য।
দ্বারে নিকুঞ্জনিলয়স্য হরিং বিলোক্য
ব্রীড়াবতীমথ সখীমিয়মিত্যুবাচ ॥১৩॥

---

তাবা] তমালদল [তমাল মনাগুম্বা] নীলতমং [থোইদোক্না মুমবা]। এতৎ তথিধ্রং [অমম্বসিনা] তৎ প্রেম [মথোয়গী প্রেমনা ওইরব] হেম [সনাগী] নিকষ [নিকষ কৌবা] উপলতাং [হুংগী মতৌব] তনোতি [শম্দোক্লি, ওইরি] ॥১২॥

অনুবাদ ঃ—কুঙ্কুম চন্দনগুম্বা হকচাং ভোরবী অভিসার তৌরবী অপীশিংগী নিংথিজরবা অঙ্গ কান্তিনা [হকচাংগী কুচুনা] মাইকৈ পুম্নমক্কা ময়ি তাবগুম লৈতেংলবা তমাল মন। মথামগ। লোয়নবদা থোইদোক্না মকশিন্না মুমবা অমম্বা অসিনা নায়িকাশিংগী প্রেমনা ওনখ্রবা স্নাগী অকবা ফত্তবা য়েংননবা নিকষ কৌবা হুংগী মতৌ ওইখ্রে ॥১২॥

(১) অভিসারগী লক্ষণ—"কান্তার্থিনী তু যা যাতি সঙ্কেতং সাভিসারিকা" ইত্যমরঃ।

পদ্যানুবাদ ঃ—অথ [অদুগী তুংদা] ইয়ংদূতী [দূতী অসিনা] হারাবলী [লীক পরেংনা] তরল [হাইহম্নবা] কাঞ্চন কাঞ্চি দাম [সনাগী শাবা থাংগোই পরেংনা] মঞ্জীর (নূপুরনা) কঙ্কণ (খুজীনা) মণিদ্যুতি (মণিগী মঙালনা) দীপিতস্য (ঙাল্লবা) নিকুঞ্জনিলয়স্য (নিকুঞ্জনা ওইরবা য়ুমগী) দ্বারে (থোঙ জিন্দা) হরিং (শ্রীকৃষ্ণবু) বিলোক্য (উরদুনা) ব্রীড়াবতীং সখীং রাধাং (হকায়রনা লৈরবী মতা রাধাদা) ইতি (অসুম্না) উবাচ (হায়খি) ॥১৩॥

শাস্ত্ৰ ঈশৈনা হায়রি।

গীতং। ২১।

দেশবরাড়ীরাগ রুপকতালাভ্যাংগীয়তে।

মঞ্জুতরকুঞ্জতলকেলিসদনে
প্রবিশরাধেমাধবসমীপমিহ
বিলসরতিরভসহসিতবদনে ॥১৪॥

অনুবাদ:—অতুগী তুংদ শ্রীরাধিকানা লাক্কুনা কুঞ্জগী থোংজিন্দা থুংলরে, রাধাগী হকচাংদা লৈতেংলিবা সনানা শাবা লীকপরেং, সনানা শাবা খাংগোই পরেং, নূপুর, খুজী মণিনচিংবগী মঙাল্লা নিকুঞ্জগী য়ুম অতুগী থোংজিন্দু পুমঙান ঙানথরুনা শ্রীকৃষ্ণনা লৈরিবঙু উরবদা হায়রা (মমাংঙৈদা) থীনা হায়থুগা কোয়া (কাইথংদা) চায়-রকপগী মতৌনা ইকাইহুনা লৈরবী মতা ইবেম্মগী (শ্রীরাধাগী) মকমদা দূতীনা মথাদা হায়রিবশিং অসি হায়খি ॥১৩॥

পদানুবাদ:—রতি (সুরতক্রীড়া) রভস (পামশিনবগা লোয়ননা) হসিতবদনে (মোন নোক্লবী) হে রাধে (হে রাধে) ইহ (মতম অসিদা) মঞ্জুর (নিংথিজরবা) কুঞ্জতল (কুঞ্জগী মখোংদা লৈরবা) কেলিসদনে (শান্নবা য়ুমসিদা) মাধব সমীপং (শ্রীকৃষ্ণগী মনাক্ত) প্রবিশ (চংবি-রে) পশ্চাৎ (অতুগী তুংদ) বিলস (শান্নবিরো) ॥১৪॥

অনুবাদ:—সুরতক্রীড় পান্নবা মোমোন নোক্লবী হে ইতা রাধে! থিল্লু এ কান্নবা লৈত্রে, ওজিকমক নিংথিজরবা কুঞ্জগী মফুংদা লৈব শান্নবা য়ুমসিদা লোরবা চবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা চংহুনা শাঃ রুয়ো ॥১৪॥

নবভবদশোক দলশয়ন সারে
প্রবিশরাধে মাধব সমীপমিহ
বিলসকুচকলস তরল হারে ॥১৫॥
কুসুমচয়রচিতশুচি বাসগেহে
প্রবিশরাধে মাধব সমীপমিহ
বিলস কুসুম সুকুমারদেহে ॥১৬॥

---

পদানুবাদ :—কুচকলস (কুচ চফু অনিদা) তরলহারে রাধে (লীক্লা হাইহুম্লবী রাধে) ইহ (মতম অসিদা) নবভবৎ (অনৌবতনা তিল্লবা) অশোকদল (অশোক কৌবা লৈগী মনানা শারবা) শয়ন সারে (অথোইবা শয্যাদা) মাধবসমীপং (শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা) প্রবিশ (চং-বিরো) পশ্চাৎ (তুংদা) বিলাস (শান্নবিরো) ॥১৫॥

অনুবাদ :—থবাক্কী অতোংবা অনিশ্মী মথক্তা সনাগী লীকপরেংনা হাইহুম্লবী রাধে! হৌজিক অসিদা অশোক কৌবী উরীগী নৌরবা মনানা নিংথিজনা শারবা পুক্লীং হুরবা নবশয্যাদা চংহুনা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা শান্নরুরো ॥১৫॥

পদানুবাদ :—হে কুসুম সুকুমার দেহে (হে লৈগুম্না হকচাং নৌরবী রাধে) ইহ (মতম অসিদা) কুসুমচয় (লৈ ময়াম্না) রচিত (শেম্লবা, শারবা) শুচি (শেংলবা, কনাগুম্বী নায়িকাগা লোয়ননা শান্নিত্রবা) বাস (মনম মুংশিরবা) গেহে (উনাশঙ্গদা) মাধব সমীপং (শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা) প্রবিশ (চঙ্গেলা) বিলস (শান্নরুরো) ॥১৬॥

অনুবাদ :—হে লৈগুম্না হকচাং নৌরবী রাধে! মতম অসিদা লৈ ময়াম্না শেম শারবা শেংলবা, কনাগুম্বী নায়িকাগা লোয়ননা শান্নত্রিবা মনমমুংশিরবা উনাশঙ্গদা শ্রীকৃষ্ণগীনাক্তা চংলো শান্নরুরে ॥১৬॥

চল মলয়বন পবন সুরভি শীতে,
প্রবিশরাধে মাধব সমীপমিহ
বিলস রতিবলিত ললিতগীতে ॥১৭॥
বিতত বহুবল্লিনব পল্লবঘনে,
প্রবিশরাধে মাধব সমীপমিহ
বিলস চিরমলস পীনজঘনে ॥১৮॥

---

পদানুবাদ :—রতি বলিত (রতিক্রীড়াগী রাথম্না কনথংলকপনা) ললিত গীতে রাধে (মুংশিরবা ঈশৈ শক্রবী রাধে) চল (শিংলক্লবা) মলয়বনপবন (মলয়পর্ব্বতকী বনগী মুংশিংনা) সুরভি (মনমমুংশিনা) শীতে (ইংহল্লবা) ইহ বাসগেহে (মনম মুংশিরবা উনাশঙ্দা) মাধব সমীপং (শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা) প্রবিশ (চংলো) বিলস (শান্নরুরো) ॥১৭॥

অনুবাদ :—রতিক্রীড়াগী রাথম্না কনশিল্লকপনা মুংশিরবা ঈশৈ শক্রবী হে রাধে! মলয়পর্ব্বতকী বনগী মুংশিংনা শিংলক্না মনম মুংশিনা ইংহল্লবা নিংথিজরবা কুঞ্জগী লৈগী শয্যাদা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা চংতুনা শান্নরুরো ॥১৭॥

পদানুবাদ :—অলস পীনজঘনে রাধে (থাং মথা চাউবনা লেংঙম শাঙমদ্রবী হে রাধে) বিতত (হাইথরক্লবা, ইকোয় কোয়শিল্লব) বহু বল্লি (অয়াম্বা উরীগী) নবপল্লবঘনে (অনৌবা য়েম্লীংনা মংলবা) শুচি ইহ বাসগেহে (মনম মুংশিরবা উনাশঙ্ অসিদা) মাধব সমীপং (শ্রীকৃষ্ণগী মনাক্তা) প্রবিশ (চংলো) চিরং (মতম কুইনা) বিলস (শান্নরুরো) ॥১৮॥

অনুবাদ :—থাং মথা নোয় চাউবনা থোংথাং তপ্লবী হে রাধে! উরী ময়ামগী মতোম্না ইকোয় কোয়না হাইথরক্না য়েম্লীং অনৌবনা ইমং মংলবা (শুক্লবা) শেংলবা মনম মুংশিরবা উনাশঙ্ অসিদা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা চংতুনা মতম কুইনা শান্নরুরো ॥১৮॥

মধুমুদিত মধুপকুল কলিত রাবে,
প্রবিশ রাধে মাধব সমীপমিহ
বিলসমদনরস সরস ভাবে ॥১৯॥
মধুরতর পিকনিকর নিনদমুখরে,
প্রবিশরাধে মাধব সমীপমিহ
বিলস দশনরুচিরুচির শিখরে ॥২০॥

---

পদানুবাদ :—হে মদনরস সরস ভাবে রাধে (হে শৃঙ্গার রসগী চুং-ঙাইবনা তিল্লবী রাধে) মধুমুদিত (নৈহী থক্তুনা হরাউরবা) মধুপ-কুল (খোইমু মপৈনা) কলিত (তৌরবা) রাবে (ঙংবদা, খোংবদা)= কলিত রাবে (ঙুং ঙুং ঙংলবা) ইহশুচি বাস গেহে (শেংলবা মনম চুংশিরবা উনাশঙ্ অসিদ) মাধব সমীপং (শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা) প্রবিশ (চংলো) বিলস (শান্নরুরো) ॥১৯॥

অনুবাদ :—শৃঙ্গার রসগী রাথল থন্দুনা হরাউরবী হে রাধে ! নৈহী থক্তুনা হরাউরবা খোইমু মপৈনা ঙুং ঙুং ঙংদুনা তিল্লবা, শেংলবা মনম চুংশিরবা উনানা ইকোয় কোয়শিল্লবা নব শয্যাদা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা চংবিরো অমসুং শান্নবিরো ॥১৯॥

পদানুবাদ :—দশন রুচি (য়াগী মঙাম্না) রুচির শিখরে রাধে (ফজ-রবা শিখর কোবা মণিগুম্না ঙাল্লবী রাধে) মধুতর (নিংথিনা) পিক-নিকর (কোকিল ময়ামগী) নিনদ (খোঞ্জেন্না) মুখরে (ইনিন নিল্লবা) ইহশুচি বাসগেহে (শেংলবা মনম চুংশিরবা উনাশঙ্ অসিদ) মাধব সমীপং প্রবিশ বিলস (শ্রীকৃষ্ণগীনাক্তা চংশিল্লো অমসুং শান্নরুরো) ॥২০॥

বিহিত পদ্মাবতী সুখ সমাজে,
কুরু মুরারে মঙ্গলশতানি
ভণতি জয়দেবকবিরাজ রাজে ॥২১॥

ত্বাং চিত্তেনচিরংবহন্নয়মতিশ্রান্তো ভৃশন্তাপিতঃ
কন্দর্পেণ চ পাতুমিচ্ছতি সুধাসম্বাধ বিম্বাধরম্।
অস্যাঙ্কংতদলংকুরু ক্ষণমিহভ্রূক্ষেপলক্ষ্মীলব
ক্রীতেদাসইবোপসেবিতপদাম্ভোজেকুতঃসম্ভ্রমঃ ॥২২॥

---

অনুবাদ :—য়াগী মঙাম্না কভোই মচু মাল্লবা শিখর কৌবা মণি-গুম্না ফজরবী হে রাধে ! কোকিল ময়ামগী নিংথিজরবা খোঞ্জেম্না ইনিন নীম্না খোংলবা, শেংলবা অতৈ নায়িকাগা লোয়ননা শান্নত্রিবা মনম ঙুংশিরবা উনাশঙ্, অসিদা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা চংছুনা শান্নকুরো ॥২০॥

পদানুবাদ :—হে মুরারে [হে মুর কৌবা হিংচাবগী য়েক্লবা কৃষ্ণ] বিহিত [হোৎনরবা] পদ্মাবতী [শ্রীরাধাগী] সুখ [ঙুংঙাইনবা] সমাজে [পুন্নমকপু]—বিহিত পদ্মাবতী সুখ সমাজে [শ্রীরাধাগী ঙুংঙাইনবা পুন্নমক হোৎনরবা] ভণতি [লাইরিক লেংজরবা] জয়দেব কবিরাজ রাজে [জয়দেব কৌবা কবি নিংথৌগী নিংথৌদা] মঙ্গল শতানি [মঙ্গল চামবু] কুরু [তৌবিউ] ॥২১॥

অনুবাদ :—হে মুরারে ! শ্রীরাধিকাগী নত্রগা পদ্মাবতী ঙুংঙাই-নবা সেবা পুন্নমক হোৎনজরবা, গীতগোবিন্দ লেংজরবা কবিরাজ রাজ জয়দেবদা মঙ্গল চাম তৌবিউ ॥২১॥

পদানুবাদ :—হে রাধে [হে ইতা রাধে] চিত্তেন [পুক্নিংনা] ত্বাং

সা সসাধ্বস সানন্দংগোবিন্দে লোললোচনা ।
শিঞ্জানমঞ্জুমঞ্জীরংপ্রবিবেশ নিবেশনম্ ॥২৩॥

---

[নহাকপু] চিরং বহন্ [মতমকুইনা থল্লত্তনা] অতিশ্রান্তঃ [য়াম্না রাজ্জরবা] কন্দর্পেণচ [কামদেবনস্থ] ভৃশং [থোইদোক্না] তাপিত [চাকহল্লবা] অয়ং কৃষ্ণঃ [শ্রীকৃষ্ণ অসিনা] সুধা সম্বাধ [অমৃত হেল্লবা] বিম্বাধরং [অধরামৃতবু] পাতু ইচ্ছতি [থক্কে হায়না নিংলি], তৎ [মরম অত্তুদগী] অস্ত অঙ্কং [মাগী তম্পাক্তা] ক্ষণং [ঙাইহাক্তং] অলং কুরু [লৈত্তেং ওইবিউ], ভ্রূক্ষেপ লক্ষ্মী [মীত্তম থেকপগী কজবা] লব্ধক্রীতে [থজিক্তনা লৈববা] দাস ইব [মীনাইগুম্না] উপসেবিত [সেবা তৌগদৌরিবা] পদাম্ভোজে [খোং থম্বালদা]—উপসেবিত পদাম্ভোজে [খোং থম্বালদা সেবা তৌগদৌরিবা] ইহ কৃষ্ণে [শ্রীকৃষ্ণ অসিদা] কুতঃ [কদাইদগী] সম্ভ্রমঃ [কিককরিবা] ॥২২॥

অনুবাদ ঃ—হে ইতা রাধে ! মানসিকনা ধ্যান তৌর তৌরদুনা মতম কুইনা লৈরকপসিনা থোইদোক্না য়াজরবা অমস্তুং কামদেবনস্থ থোইদোক্না চাকহল্লবা শ্রীকৃষ্ণ সিনা নহাক্কী অমৃত ওমজরবা অধরামৃতবু পান তৌগে হায়না নিংলি, মরম অত্তুনা মহাক্কী তম্পাক্তা ঙাইহাক্তা লৈত্তেং ওইবিউ, মীত্তম থেক্না চিংনা য়েংবা মীংচি থজিক্তনা মমল ওইদুনা লৈরগা মীনাইগুম শিজিন্নগদৌরিবা শ্রীকৃষ্ণসিদা অদুক য়াম্না কিককরিবা করিগীনো ? ॥২২॥

পদানুবাদ :—গোবিন্দে [শ্রীকৃষ্ণদা] লোল লোচনা [মমীৎ তথক তথক য়েংলবী] সা রাধা [রাধা অদুনা] নিবেশনম্ [উরীগী কুঞ্জদা] স সাধ্বস সানন্দং [অকিবগা হরাওবগা লোয়ননা] শিঞ্জান [হোৎন-

শ্রীরাধানা চংশিনগ্রগা উরুগদবা পুম্নমক্তু ঈশৈনা হায়রি।

গীতং। ২২।

বরাড়ীরাগ রূপকতালাভ্যাংগীয়তে।

**রাধা বদন বিলোকনবিকসিত বিবিধবিকারবিভঙ্গং।**
**জলনিধিমিববিধুমণ্ডলদর্শনতরলিততুঙ্গতরঙ্গং ॥২৪॥**
**হরিমেকরসং চিরমভিলষিত বিলাসং।**
**সা দদর্শগুরুহর্ষবশম্বদ বদনমনঙ্গবিকাশং ॥২৫॥ ধ্রুবম্ ॥**

---

হুন] মঞ্জু [নিংথিজরবা] মঞ্জীরং [নূপুরবু]—শিঞ্জান মঞ্জু মঞ্জীরং [নীংথিজরবা নূপুবরু মখোল থোকহল্-থোকহল্লহুনা] প্রবিবেশ [চংখ্রে] ॥২৩॥

**অনুবাদ:**—শ্রীকৃষ্ণদা মমিৎ চিংনা চিংনা তথক তথক য়েংলবী শ্রীরাধানা অকিবগা হরাওবগা লোয়ননা খোংদা শিরিবা নূপুরনা মখোল হুংশিনা ধ্বনি তোর তোরহুনা উরাগী কুঞ্জদা [লতা মণ্ডপ্তা] শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা চংশিনখ্রে ॥২৩॥

**পদানুবাদ:**— সা রাধা [শ্রীরাধ' অদুনা] রাধা বদন [রাধাগী মায়-খোং] বিলোকন [উরগা] বিকসিত [কোংদোক্লবা] বিবিধ [মখল মথা য়াম্লবা] বিকার বিভঙ্গং [বিকারগী মতৌবু]—বিকসিত বিবিধ বিকার বিভঙ্গং [মখল মথা য়াম্লবা বিকারগী মতৌ কোংদোক্লবা হায়বদি মীৎচিনা য়েংবা, ভুজুংবনচিংবা কীবম কায়বা মতৌ উংলবা], বিধুমণ্ডল দর্শন [থাগী মকোয় উবনা] তরলিত [ইনোম নোম্না] তুঙ্গ [রাংলবা] তরঙ্গং ইথক হোরবা] জলনিধিং ইব [সমুদ্রগুম্নবা] একরসং [অমত্তদা হুংশিরবা, রাধাতদা হুংশিরবা], চিরং [মতম

হারমমলতরতারমুরসিদধতং পরিলম্ব্য বিদূরং
স্ফুটতর ফেন কদম্বকরম্বিতমিব যমুনাজলপূরম্ ॥২৬॥

কুইনা] অভিলষিত [পাম্লক্লবা, নিংলক্লবা] বিলাসং [শাম্নববু] — চিরং অভিলষিত বিলাসং (মতম কুইনা শাম্নবা পাম্লক্লবা), গুরুহর্ষ (য়াম্না হরাওবনা) বশম্বদ (খুত্থমচল্লবা) বদনং (মায়থোংবু হায়বদি মায়থোং মকা লাম্লবা) অনঙ্গ বিকাশং (কাম ক্রীড়াগী রাথল ফোংলবা) হরিং (শ্রীকৃষ্ণবু) দদর্শ (উরে) ॥২৪॥২৫॥

অনুবাদ :—শ্রীমতিনা কুঞ্জদা চংখিবদা, মাগী মায়থোংবু উবদা মীৎচিনা য়েংবা, তুঙ্গুংবা, হরাওবনচিংবা বিকার পুম্নমক ওইরবা, খাগী মকোয় উরগা ইনোম নোম্না ম্লাংনা ইথক হোৌরবা সমুদ্রগী মতৌগুম্নবা, শ্রীরাধাতদা খাইদগী হেম্না প্রেম লৈরবা, মতম কুইনা শাম্নগে নিংলক্লবা, খোইদোক্না হরাওত্থনা মায়থোং মকা লাম্লবা, রতিক্রীড়াগী রাথল ফোংদোক্লবা শ্রীকৃষ্ণবু উরে ॥২৪॥২৫॥

পদানুবাদ :—উরসি (থবাক্তা) বিদূরং (চোম্না) পরিলম্ব্য (য়ান্দুনা) অমলতরতারং (নীংখিজনা লংনা চাউরবা) হারং (মুক্তাপরেংবু) দধতং (শিরবা) স্ফুটতর (তাউরবা) ফেন (কোঙ্গোল) কদম্ব (মপৈনা) করম্বিত (তিল্লবা, কারবা) যমুনাজলপূরং ইব (যমুনাগী ঈশিংমপৈ-গুম্নবা) হরিং দদর্শ (শ্রীকৃষ্ণবু উরে) ॥২৬॥

অনুবাদ :—শ্রীকৃষ্ণগী থবাক্তা চোম্না য়াম্থনা শিরিবা মুক্তাপরেং অত্থনা অঙৌবা কোঙ্গোল তাউরবা যমুনাগী শংবাম্নবা ঈশিং মপৈগী মতৌগুম্না ফজরবা শ্রীকৃষ্ণবু উরে। মকম অসিদা "লিক্কা কোঙ্গোল" গা শ্রীকৃষ্ণগী "থবাক্তা ঈশিংগা" পান্দম তৌরি ॥২৬॥

শ্যামলমৃদুলকলেবরমণ্ডলমধিগতগৌর দুকূলং।
নীলনলিনমিব পীতপরাগপটলভরবলয়িতমূলম্ ॥২৭॥
তরলদৃগঞ্চলচলনমনোহরবদনজনিতরতিরাগং।
স্ফুটকমলোদরখেলিতখঞ্জনযুগমিবশরদিতড়াগম্ ॥২৮॥

পদানুবাদ :— শ্যামলমৃদুল (শংবান্নবা নৌরবা) কলেবর মণ্ডলং (হকচাংগী মপুম ওইরবা), অধিগত (শেংলবা, ফংলবা) গৌরদুকূলম্ (নাপু মচুগী ফীগেং)=অধিগত গৌর দুকূলম্ (ফীগেং নাপু মচু শেংলবা) পীতপরাগ (নাপু মচুগী লৈরিক) পটল (ময়াম্না) ভরবলয়িত (থোইদোক্না কোয়শিল্লবা) মূলং (মরুদা, মথোংদা)—ভরবলয়িত মূলং (মথোংদা নিংথিজনা কোয়শিল্লবা) নীল নলিনং ইব (অশংবা থম্মালগুম্নবা) হরিং দদর্শ (শ্রীকৃষ্ণবু উরে) ॥২৭॥

অনুবাদ :—থোইদোক্না নৌনা শংবান্নবা ফজরবা হকচাংগী মচু অদুদা নাপু মচুগী ফীগেং ফৈজোম শেংপদুনা থম্বাল অশংবগী মরুদা (মথোক্ত) নাপু মচুগী লৈরিক মপৈনা য়োমশিল্লগা ফজবগুম্না ফজরবা শ্রীকৃষ্ণবু উরে ॥২৭॥

পদানুবাদ :—শরদি (শরৎ ঋতুদা) স্ফুটকমলোদরে (শাংকায়রবা থম্বালগী মফুংদা) খেলিত (শান্নরবা) খঞ্জন যুগং (খঞ্জন অনিনা, খাংত্রাংচাক কোবা উচেক অনিনা)—খেলিত খঞ্জনযুগং (খাংত্রাংচাক কোবা উচেক অনিনা শান্নরবা) তড়াগম্ ইব (পুখ্রীগুম্নব), তরল (ইরা কোরবা) দৃগঞ্চল (মীৎচিনা) চলন (খত্তুনা, য়েংদুনা) মনোহর (পুক্নীং হুরবা) বদন (মায়থোং অদুনা) জনিত (পোকহনরবা) রতিরাগং (প্রেমগী ইরাংবু)=জনিত রতিরাগম্ (প্রেমগী ইরাং পোকহল্লবা) হারংদদর্শ (শ্রীকৃষ্ণবু উরে) ॥২৮॥

বদনকমলপরিশীলনমিলিতমিহিরসমকুণ্ডলশোভং ।
স্মিতরুচিকুসুমসমুল্লসিতাধরপল্লবকৃতরতিলোভম্ ॥২৯॥
শশিকিরণচ্ছুরিতোদরজলধরসুন্দরসকুসুমকেশং ।
তিমিরোদিতবিধুমণ্ডলনির্ম্মলমলয়জতিলকনিবেশম্ ॥৩০॥

---

অনুবাদ :—শরৎ ঋতু ওইরকপনা ফুগায়না শাৎলবা থম্বালগী মমুং-দা খাম্রাংচাক (উচেক) অনিনা শান্নরবা পুন্নীগুম্নবা, ইরা হৌরবা মীৎচিনা লৈনা কোইয়েং য়েংবদা পুক্নীং হুরবা মায়থোং অচুনা স্মুপী শিংগী প্রেমগী ইরাং পোকহল্লবা শ্রীকৃষ্ণবু উরে ॥২৮॥

পদানুবাদ :—বদন কমল (মায়থোংথম্বালবু) পরিশীলন (আলিঙ্গন তৌগে হায়চুন ) মিলিত (চংশিল্লরবা) মিহির সম (নুমিৎকা মান্নর-বা) কুণ্ডল শোভং (নায়িন্না লৈতেংলবা), স্মিতরুচি (মীনোক ফজব-চুনা) কুসুম (লৈ ওইরচুনা) উল্লসিত (ঙালহল্লবা) অধর পল্লব (চীন য়েন্নীংনা) কৃত (তৌহল্লব ) রতিলোভং (কাম ক্রীড়াগী মিহৌববু)— কৃত রতিলোভং (কাম ক্রীড়াগী মিহৌবা পোকহল্লবা) হরিং দদর্শ (শ্রীকৃষ্ণবু উখি) ॥২৯॥

অনুবাদ : —মায়থোং থম্বালবু আলিঙ্গন তৌগে হায়চুনা চংশিল্লক্ল বা নুমিৎ অনিগুম্না ফজরবা নাইন অনিনা লৈতেংলবা, নৌরবা চীনবান অচুনা মীনোক ফজনা নোকপদা লৈগী মশক ওইনা লৈতেংলবা রতিক্রীড়াগী ইরাং পোকহল্লবা শ্রীকৃষ্ণবু উরে ॥২৯॥

পদানুবাদ :—শশি কিরণ (থাগী মঙালনা) চ্ছুরিত (লৈতেংলবা) উদর (মরক্তা, মমুংদা)—চ্ছুরিত উদর (মরক্তা লৈতেংলবা) জলধর সুন্দর (অমুবা নোংমতুমগুম্না ফজরবা) সকুসুমকেশং (লৈ থেৎলবা

বিপুলপুলক ভরদন্তুরিতং রতিকেলিকলাভিরধীরং।
মণিগণকিরণসমূহসমুজ্জ্বল ভূষণসুভগশরীরম্ ॥৩১॥
শ্রীজয়দেবভণিতবিভবদ্বিগুণীকৃতভূষণভারং।
প্রণমতহৃদিবিনিধায়হরিংসুচিরংসুকৃতোদয়সারম্ ॥৩২॥

---

শম্না) — জল ধরসুন্দর সকুসুমকেশং (লৈথেংলবা শম্না অমুবা নোং-মতুমগুম্না ফজরবা) তিমিরউদিত (অমম্বদা থোক্লবা) বিধূমণ্ডল (থাগী মকোয়গুম্না) নির্ম্মল (নিংথিজরবা) মলয়জ তিলক নিবেশম্ (মলয়জ চন্দনগী বিন্দু নম্লবা) হরিং দদর্শ (শ্রীকৃষ্ণবু উরে) ॥৩০॥

অনুবাদ :—থাগী মণ্ডাম্না (মশেক্না) মরক্তা চংহুনা লৈতেংলবা অমুবা নোংমতুমগুম্না ফজরবা, লৈথেংলবা শম্না লৈতেংলবা, অমম্বদা থোক্লবা থাগী মকোয়গুম্না মলয়জ চন্দনগী বিন্দুনা ফজনা থিল্লবা শ্রীকৃষ্ণবু উরে ॥৩০॥

পদানুবাদ :—বিপুল (থোইদোক্না) পুলকভর (হরাওবগী তু মপৈ-না) দন্তুরিত (চুংলবা, হাইগংলবা) রতিকেলিকলাভিঃ (রতিকেলিগী মথল মথা নাইনা শান্নবা রাখল থিবিক্না) অধীরং (ভপথবা লৈত্রবা) মণিগণ কিরণ সমূহ (মণিশিংগী মশেক ময়াম্না) সমুজ্জ্বল (ঙাল্লব) ভূষণ (ফীজেৎনা) সুভগ (ফজহল্লবা) শরীরং (হকচাংবু) — সুভগ শরীরং (হকচাংবু ফজহলবা) হরিং দদর্শ (শ্রীকৃষ্ণবু উরে) ॥৩১॥

অনুবাদ :—থোইদোক্না হরাউহুনা তুজুংলবা রতিকেলিগী মথল মথা অয়াম্বা খন্দুনা তপথবা লৈত্রবা, মরক মরক্তা হত্তুনা থেংলবা মণিমপৈগী মণ্ডাম্না লংলবা ফীজেৎ থিবিক্না হকচাংদা ফজহল্লবা শ্রীকৃষ্ণবু উরে ॥৩১॥

শ্রীকৃষ্ণ উরগা শ্রীরাধিকানা করম তৌখিবগে হায়বহ্ন কায়রি।

অতিক্রম্যাপাঙ্গং শ্রবণ পথপর্য্যন্ত গমন
প্রয়াসেনৈবাক্ষ্ণোস্তরলতরতারং পতিতযোঃ।
তদানীংরাধায়াঃ প্রিয়তমসমালোক সময়ে
পপাতস্বেদাম্বুঃপ্রসরইবহর্ষাশ্রুনিকরঃ ॥৩৩॥

---

পদানুবাদ :—হে ভক্তাঃ (হে ভক্ত পুন্নমক) শ্রীজয়দেব ভণিত (শ্রীজয়দেব কবিনা লেংলবা) বিভব'দ্বিগুণী বৃত (লনগী মশক ওই-রবা রাহৈনা শব্লক অনি ফজহল্লবা) ভূষণংভারং (ফীজেৎ ময়াম্মু)—বিভবদ্বিগুণীবৃত ভূষণংভারং (লনগী মশক ওইরবা রাহৈনা ফীজেৎ পুন্নমকপু শব্লক অনি হেন্না ফওহল্লবা) সুবৃত্তোদয় সারং (পুণ্য পোক্লনবগী মরীদা খাইদগী হেল্লবা) হবিং (শ্রীকৃষ্ণবু) হৃদি (থম্মোই-দা) বিনিধায় (থম্লহনা) সুচিরং (মতম কুহন) প্রণমত (খুরুমবিউ) ॥৩২॥

অনুবাদ :—হে ভক্তশা! নংখোয়না শ্রীজয়দেব কবিনা লেংলবা লনগীমশক ওইরবা রাহৈনা ফীজেৎ পুন্নমক শব্লক অনি হেন্না ফজ-হল্লবা, পুণ্য পোক্লনবগী মরীদা খাইদগী হেল্লবা শ্রীকৃষ্ণবু থম্মোইদা থম্লহনা মতম কুহনা খুরুমবিউ ॥৩২॥

পদানুবাদ :—তদানীং (মতম অদুদা) প্রিয়তম সমালোক সময়ে (চান্নখোইববু উরবদা) অপাঙ্গং অতিক্রম্য (মীৎচি লাম্হোক্তুনা) শ্রবণপথপর্য্যন্ত (নাকোং নাকচি ফাওবা) গমনপ্রযাসেন এব (চৎলু-বগী হাবনা) তরলতল তারং পতিতয়ো (তথক তথক্লবা মীৎ নহাদা তারবা) রাধায়াঃ (শ্রীরাধাগী) অক্ষ্ণোঃ (মীৎ অনিহুদা) স্বেদাম্বুঃ

ভজন্ত্যাস্তল্পান্তং কৃতকপট কণ্ডূতি পিহিত-
স্মিতং যাতে গেহাদ্বহিরবহিতালী পরিজনে।
প্রিয়াস্যং পশ্যন্ত্যাঃ স্মরশরসমাহূত সুভগং
সলজ্জালজ্জাপিব্যগমদিবদূরং মৃগদৃশঃ ॥৩৪॥

---

প্রসরইব [হুমাংগী ঈশিং শিন্থরকপগুম্না] হর্ষাশ্রুনিকরঃ [হন্নাওবদগী খোল্লক্লবা পী মপৈনা] পপাত [তাখি, শিন্থখি] ॥৩৩॥

অনুবাদ :—চান্নথোইবা শ্রীকৃষ্ণবু উরবা মতমদা মীৎচি রাংম্না লান্থোক্তুনা নাকোং নাক্চি ফাওবা য়েংলুবগী রাবনা তথক তথক্লবা মীৎ নহানা তিন্নবা শ্রীরাধাগী মীৎ অনিদগী হুমাংগী ঈশিংনা শিন্থব-গুম হরাউবদগী খোকথিবা পিমপৈনা শিন্থখি ॥৩৩॥

পদানুবাদ :—তল্পান্তং [ লৈগী শয্যাগী নাক্তা] ভজন্ত্যাঃ [য়ৌরক্লবী রাধাগী] অবহিতালীপরিজনে [থবক চেৎকশিন্না শীল্লবী সখীশিংনা] গেহাৎবহিঃ [কুঞ্জগী ঊনাশঙ্দগী মপাল্লোমদা] কৃত কপট [লৌনম তৌদুনা] কণ্ডূতি [হাকজবা হোৎপনা] পিহিত [খুল্লদুনা, উহন্দ্রদুনা] স্মিতং [নোকপবু]—পিহিত স্মিতং [নোকপবু খুম্নদুনা হায়বদি সখী-শিংগী নোকপদু উরগা শ্রীরাধানা ইকাইখিগনি হায়না খন্দুনা মকোক্তা, মনাকোংদা হাকজবা হোৎশিন্নদুনা নোকই হায়বা খঙ্-হুন্দনা] যাতে [চৎখোকপ্রবদা, মপাল খোকপ্রবদা] স্মরশর সমাহূত [কামগী তেন্না চিংশিনখিবনা] সুভগং [পুক্লীংহূরবা] প্রিয়াস্যং [চান্ন-খোইবা শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোংবু] পশ্যন্ত্যাঃ [চিংনা চিংনা য়েংলবী] মৃগ দৃশঃ [শজী মিত্তা তারবী] রাধায়াঃ [শ্রীমতি রাধাগী] লজ্জাপি [ইকাইবদুসু] স লজ্জা ইব [ইকাইবা ফংবগুম্নদুনা] দূরং ব্যগমৎ [লাপ্পা চেনখরে] ॥৩৪॥

জয়শ্রীবিনিস্তৈর্মহিতইবমন্দারকুসুমৈঃ
স্বয়ং সিন্দূরেণদ্বিপরণমুদ্রামুদ্রিত ইব।
ভুজপীড়াক্রীড়াহতকুবলয়াপীড় করিণঃ
প্রকীর্ণাসৃগ্বিন্দুর্জয়তি ভুজদণ্ডো মুরজিতঃ ॥৩৫॥

---

অনুবাদ :—লৈগী শয্যাগীনাক্তা য়োরক্কবী ইবেম্মা শ্রীরাধাগী সেবা হোৎনহুনা চেয়কশিন্না থবক শীল্লিবী সখীশিংনা কুঞ্জগী উনাশঙ্দগী মপান্দলোমদা মোমোন নেক্তনা মায় লৈথোক্লমদাইদা নোক্লিখহু উহল্লিংদহুনা কোক্তা, নাকোংদা কাক্কজবা হোৎশিন্নহুনা নোকপহু খঙ্হন্দনা চৎপ্রবদা কাংগী তেন্না চিংশিন্দুনা পুরীংহুরবা চান্নথোক-বগী মায়থোংবু চিংনা চিংনা য়েংলবী রাধাগী ইকাইবহু মথন্তা ইকাইরহুনা লাপ্পা চেনখরে ॥৩৪॥

পদানুবাদ :—মুরজিতঃ [শ্রীকৃষ্ণগী] জয়শ্রীবিনিস্তৈঃ [জয় ওইবগী-দমক স্বর্গদগী চাইথরক্লবা] মন্দারকুসুমৈঃ [পারিজাত কোব, লৈ খিবিক্ক] মহিত ইব [সেবা তৌবগুম্নবা] স্বয়ং [মশামক্তা] সিন্দুরেণ [সিন্দুর চন্দননা] দ্বিপরণমুদ্র ইব [শামুগী লানচংবদা মকোক্তা সিন্দুর মপাক তৈবগুম্ন] মুদ্রিতঃ [য়েক্লব, তৈরবা] ভুজাপীড় [পাম্-বোম্না চপথেক্তনা] ক্রীড়াহত [বাহুযুদ্ধদা হাৎলবা] কুবলয়াপীড় করিণঃ [কুবলয়াপীড় কোবা শামুগী] প্রকীর্ণ [চাইরবা, চোংলবা] অসৃগ্বিন্দুঃ [ঈগী লৈরিক্লা] প্রকীর্ণাসৃগ্বিন্দুঃ [ঈগী মহীক্লা চোংলবা] ভূজদণ্ডঃ [পাম্বোমনা] জয়তি [জয় ওইরি] ॥৩৫॥

অনুবাদ :—লানকমদা জয় ওইবগীদমক স্বর্গদগী চাইথরক্লবা পারি-জাত কোবা লৈ মপৈনা থৌগল্লবা, অহুগা মশামক্লা সিন্দুর কোবা

# দ্বাদশঃ সর্গঃ

গতবতি সখীবৃন্দেমন্দত্রপাভর নির্ভর
স্মরশরবশাকূতস্ফীতস্মিতস্নপিতাধরাং।
সরসমনসং দৃষ্ট্বারাধাং মুহুর্নবপল্লব
প্রসব শয়নে নিক্ষিপ্তাক্ষীমুবাচহরিঃপ্রিয়াম্ ॥১॥

---

চন্দননা লানচংব, শামুগী মকোক্তা ময়েক নাইনা তৈবগুম্না পাম্বোম মরুদা তৈরব , পাম্বোম্না চপথায়হ্নুনা বাহুযুদ্ধদা হাংলবা কুবলয়াপীড় কৌবা শামুগী ঈ মরীক্না চোংলবা শ্রীকৃষ্ণগী পাম্বোম অহুনা জয় ওই-রি হায়বদি ভক্ত পুম্নমকপু ঙাকপীরি ॥৩৫॥

ইতি শ্রীগীতগোবিন্দে মহাকাব্যে অভিসারিকা বর্ণনে
সানন্দগোবিন্দঃ নাম একাদশঃ স্বর্গঃ ১১॥

---

পদানুবাদ :—অথ [অতুগী তুংদা] সখীবৃন্দেগতবতি [সখীময়াম্না চংথ্রবদা] হরিঃ [শ্রীকৃষ্ণসিনা] মন্দত্রপাভর [হায়ক্ষেং ইকাইবা মপৈনা] নির্ভর [থুমহুনা] স্মরশরবশ [কামগী তেম্না থুহুম চনবদগী] আকূতস্ফীত [পুক্নীংনা নীংব ফো দোক্লবা] স্মিত [মোমোন নোকপনা] স্নপিত [খিকচিল্লবা, ইরুজরবা] অধরাং [চিম্থক চিনথাবু]—স্মিতস্নপিতাধরাং [মোমোন নোকপনা চিম্থক চিনথাদা চাইশিল্লব] মুহুঃ [হন্না হন্না] নব পল্লব প্রসব শয়নে [অনৌবা লৈনাশাবা শয্যাদা] নিক্ষিপ্তাক্ষীং [মীৎনা লৈশিন্দুনা য়েংলবী] প্রিয়াং রাধাং দৃষ্ট্বা [চাম্নবী রাধাবু উত্নহুনা] সরসমনসং [হন্নাউ হন্নাউনা] উবাচ [হায়খি] ॥১॥

শ্রীকৃষ্ণনা রাধিকাদা হায়খিবহু ঈশৈনা হায়রি ।

গীতং ॥ ২৩ ॥

বিভাষরাগৈকতালীতালাভ্যাংগীয়তে ।

**কিশলয়শয়নতলেকুরুকামিনিচরণনলিনবিনিবেশং**
**তবপদপল্লববৈরিপরাভবমিদমনুভবতুসুবেশং ।**
**ক্ষণমধুনানারায়ণমনুগতমনুভজরাধিকে ॥২॥ ধ্রুবম্॥**

---

অনুবাদ :—অদুগী তুংদা সখী ময়াম্না চংশ্রবদ' হায়ফেং ইকাইবা মপৈনদি তিল্লগা কামগী তেঃম্না থুত্তম চনখিবদগী পুক্নী'না নীংবা ফো'দোক্লবা ফজরবা মীনোক্না চিন্থক চিনখাদা কৈতে'লবী, অনৌবা য়েম্নী'না অমসুং কৈনা শাবা শয্যাদা চী'ন। চী'না য়েংহুনা কৈরবী চান্নরবী রাধাবু উরগা শ্রীকৃষ্ণনা তরাম তরাম তৌহুনা হায়খি ॥১॥

পদানুবাদ :—হে কামিনি ! [হে অপাম্বা থঙলবী] কিশলয় শয়ন তলে [অনৌবা উনানা শেম্লবা শয্যাগী মথক্তা] চরণ নলিনবিনিবেশং কুরু [নখোং থম্বাল থাঙ্গৎপিরো] ইদং সুবেশং শয়নং [নিংথিজরবা শয্যা অসিনা] তবপদ পল্লববৈরি [নংগী নৌরবা খোঙ য়েক্লবনা হায়বদি ফজবা ঐহাক মঙায়রে হায়দুনা চাউথোক্তুনা কৈরিবসি মঙোন্দগী ঙেম্না ফজবা নখোং থম্বাল উরগা] পরাভবং অনুভবতু [মায়থীবা ফংজসনু], হে রাধিকে ! [হে ইবেম্মা রাধে] অধুনা হৌজিক অসিদা] ক্ষণং [ভাইহাক্তং] অনুগতং নারায়ণং [নতুং ইঞ্জরবা নারায়ণবু হায়বদি "নারীণাং সমূহঃইতিনারঃ তাসাময়নং আশ্রয়ঃ—নারায়ণঃ" নত্রগা "নার-জল-অয়নঃ" হুপী ময়ামগী চংজফম ওইরবা নত্রগা ঈশিংনা কৈফম ওইদনা ঈংবা খিবিক্না তিল্লবা ঐহাকপু] অনুভজ [নিংবিউ, চানবিউ] ॥২॥

করকমলেনকরোমিচরণমহমাগমিতাসি বিদূরং,
ক্ষণমুপকুরুশয়নোপরিমামিবনূপুরমনুগতিশূরম্ ॥৩॥
বদনসুধানিধিগলিতমমৃতমিবরচয়বচনমনুকূলং
বিরহমিবাপনয়ামিপয়োধররোধকমুরসিদুকূলম্ ॥৪॥

---

অনুবাদ :—হে ইবেম্মা অপাম্বা থঙ্জবী ! ক্ষজবা ঐনা মহেল্লে হায়ত্তনা নাপল কাহ্ননা লৈরিবা নবশয্যা অসিদা নখোং থম্বালহুনা থাঙ্গংপিহুনা শয্যাগী নাপল থুদেক্তুনা মায়থীবা পীবিয়ু। হে ইবেম্মা রাধিকে ! ঔৌক্তিক অসিদা ঙাইহাক্তং নতুংইঙ্গরবা নারায়ণ ঐবু হায়বদি হুপী মযামগী চংজফম ওইরবা নত্রগা ঈশিংনা ঐগী লৈযম্ ওইরবা নারায়ণ ঐবু নিংবিউ, কায়নবগী মৈচাক্লা চাক্লিবত্তু শোয়দনা ঈংগনি। মৈবু ঈশিংনা লায়না মুৎপনি ॥২॥

পদানুবাদ :—হে রাধে [হে বাধে] ত্বং [নহাকপু] বিদূরং [লাপ্পা] আগমিতাসি [লাকহল্লবনি] অহং [ঐনা] করকমলেন [ইখুৎ থম্বাম্মা] চরণমহং [নখোং সেবাবু] করোমি [তৌজনিংই] অনুগতশূরং [নতুং ইনবদা থোনা ফরবা] নূপুরং ইব [নূপুরগুম্মা] মাং [ঐবু] ক্ষণং [ঙাইহাক্তং] শয়নোপরি [শয্যা মথওা], উপকুরু [উপকার তৌবিউ, পেম্নবা তৌবিউ] ॥৩॥

অনুবাদ :—হে রাধে ! নহাকপু ঐনা ঈঙ্গিত তৌহনা য়াম্না থাপ্পা লাকহল্লে, ওন্থোক্লা ঋারবিগনি। ইখুৎ থম্বালনা নখোং পায়হনা সেবা তৌজনিংই ! নতুং ইনবদা থোনা করবা নূপুরদা থোজান-বিবগুম্না ঙাই হাক্তং শয্যামথক্তা ঃকাখঙুনা ঐগীসু উপকার তৌবিউ ॥৩॥

প্রিয়পরিরম্ভণরভসবলিতমিবপুলকিতমতিদুরবাপং
মদুরসিকুচকলসংবিনিবেশয়শোষয়মনসিজতাপং ।৫॥

---

পদানুবাদ :—বদন সুধানিধি গলিতং [মাযথোং থাদগী শিঙ্গুরক্লবা] অমৃতং ইব [অমৃতগুম্নবা] অনুকূলংবচনং [ইপুক্লীং চাগদবা ৱাহৈবু] বচয় [শেমবিউ, হায়বিউ] উরসি [থবাক্তা] পয়োধর রোধকং কুচ অনিমক্তা থুম্লিবা] দুকুলং [ফিবু] বিবহং ইব [কায়নবগুম্না] অপনয়াসি [লৌথোকচনিংই) ॥৪॥

অনুবাদ :—মায়থোং থাদগী শিঙ্গুরক্লবা অমৃতগুম্নবা ঐগী পুক্লীংদা নীঙ্ববা থুংগদবা রাহৈবু হাযদোকপিরকউ। অদুগা থবাক্তা কুচ অনিগী মথক্তা থুম্লিবা ফী অদুনা কাযনবগুম্না লৌথোকচনিংই হায়বদি নংগা ঐগা কাযনরুবদগী হৌজিক অরাবা কোকপা তারে। অদুবু থবাক্তা কুচগী মথক্তা ফি লৈরিবমথৈ ঐগী পুক্লীংদা জুংঙাইবা লৈতে। কুচদগী ফি লৌথোক্লবতদা জুংঙাইগনি। মরম অদুনা কায়নবগুম্না [ফিগা কুচগা কায়নহন্দুনা] ফি লৌথোকচগে হায়বনি ॥৪॥

পদানুবাদ :—প্রিয় [চান্নবগা] পবিরম্ভণ [আলিঙ্গন তৌনিংবগী, শোক্লনিংবগী] রভস [ইরাংনা] বলিতং ইব [হনগংলকপগুম্নদুনা] পুলকিতং [ভুজুলেবা] অতিদুরবাপং [থোইদোক্না কংঙমত্রবা, য়াম্না রানা কংজরবা] কুচকলসং [কুচ মতুম অদুনা] মদুউরসি [ঐগী থবাক্তা] বিনিবেশয় [থেংহনবিউ, পকশিনহনবিউ] মনসিজতাপং [রতিক্রীড়াগী মৈচাকপু] শোষয় [কোকহনবিউ] ॥৫॥

অধরসুধারসমুপনয়ভামিনিজীবয়মৃতমিবদাসং
ত্বয়িবিনিহিতমনসংবিরহানলদগ্ধবপুষমবিলাসম্ ॥৬॥
শশিমুখিমুখরয়মণিরসনাগুণমনুগুণকণ্ঠনিনাদং,
শ্রুতিপুটযুগলেপিকরুতবিকলেশময়চিরাদবসাদম্ ।৭॥

---

অনুবাদঃ—রাধা ফংঙরবা মহাক্কী কুচকলস [থঙাক অতোংবা] অহুনা চান্নখোইবগা লোয়নন। আলিঙ্গন কংনিংবগী ইরাংনা খোয়্র-দোক্লা তুজুংবা অমসুং হয়াউবা মতৌ ওইরে। মাহুনা ঐগীংথবাক্তা শোকহন্দুনা রতিক্রীড়াগী মৈচাক অসি কোকহনবিরো ॥৫॥

পদানুবাদ :— হে ভামিনি [হে শাওগল্লবী] ত্বয়ি [নঙোন্দা] বিনি-হিতমনসং [ পুক্নীং থমজরবা ] অবিলাসং [হুধক্লাইবা ফংজত্রবা, শান্নবা ফংজত্রবা] বিরহানলদগ্ধবপুষং [কায়নবগী মৈনা হবচাং চাক্রবা] মাং [ঐঙোন্দা] অধরসুধারসং [অধরসুধারসবু] উপনয় [পীনবিউ] মৃতমিবদাসং [শিবগুমহুনা কৈরবা মনাইবু] জবয় [হিং-হনবিউ] ॥৬॥

অনুবাদ:—হে শাওগল্লবী রাধে! ইবেম্মদা পুক্নীং থমজরবা, শান্নবদি ফংজত্রবা, কায়নবগী মৈনদি ইতত্তুনা চাক্নুনা লৈরবা ঐঙোন্দা অধরসুধা পীনবিউ অমসুং শিবগা-মান্ননা লৈরবা মনাইবু হিংহনবিউ ॥৬॥

পদানুবাদ :—হে শশিমুখি [থাগুমা মান্নখোং কজরবী হে রাধে] অনুগুণ [মগুণ মান্নরবা] কণ্ঠনিনাদং [খোরীগী খোজেলগা লোয়নন] — অনুগুণকণ্ঠনিনাদং [খোরীগী খোজেলগা মান্ননা হুংশিনর] মণি-রসনাগুণং [মণিনা থান্নবা খাং শরিকী খোজেনবু] মুখরয় [খোংহন-

মামতিবিফলরুষাবিকলীকৃতমবলোকিতুমধুনেদং,
মীলতিলজ্জিতমিবনয়নন্তববিরমবিসৃজরতিখেদম্ ।৮॥

---

থিউ, হৌহনবিউ] পিকরুত বিকলে [কোকিলগী খোঞ্জেল তাবদা রারবা] শ্রুতিপুটযুগলে [নাকোং মখুল অনিমক্তা] চিরাৎ [কুইরবদগী হৌনা] অবসাদং [রারকলিবত্থু] শময় (কোকহনবিরো) ॥৭॥

অনুবাদ ঃ—থাগুন্না কজরবী হে রাধে! খৌরীগী নামিরবা খোঞ্জেলগা মান্নবা ফুংশিরবা মণিনা থান্নবা খাং শরিকী মখোল খোকহনবিরো হায়বদি রতিক্রীড়া তৌরগতা খাং শরিক মখোল খোকদোক্লিবনি থুনমক রতিক্রীড়া পিরো হায়বতনি। কোকিলগী খোঞ্জেল তাবদা রাত্থনা লৈরম্লবা নাকোং মখুল অনিমক্তা কুইরবদগী হৌনা রারক্লিবা অত্থু কোকহনবিরো হায়বদি নংগা ঐগা কায়নত্থনা অরাবা রাখল থন্দুনা লৈরিবৈদদি কোকিলগী খোঞ্জেল তারগা হেন্না হেন্না রারমই তানিংদে। হৌজিক্তি রতিক্রীড়া পীত্থনা পুক্নীং ফুংঙাইহনবিরো অমসুং কোকিলগী খোঞ্জেল তাবদা ফুংঙাইহনবিরো হায়বতনি ॥৭॥

পদানুবাদ :—অধুনা (হৌজিক অসিদা) তব ইদং নয়নং (নহাক্কী মীৎ অসিনা] অতি বিফলরুষা (য়াম্না অরেম্বদা শাউরুত্থনা) বিকলীকৃতং (অরাবা পীবিরবা) মাং (ঐবু) অবলোকিতুম্ (উবদা) লজ্জিতং ইব (ইকায়বগুম্লত্থনা) মীলতি (তুথবে, উইশিন্নে) অতঃ (মরম অত্থনা) বিরম (লাওরগনু) রতিখেদং বিসৃজ (রতিক্রীড়া কংহনদবগী অরাবা পীবনু থাদোক্লো) ॥৮॥

শ্রীজয়দেবভণিতমিদমনুপনিগদিতমধুরিপুমোদং।
জনয়তুরসিকজনেষুমনোরমরতিরসভাবাবনোদম্ ॥৯॥
প্রত্যূহঃপুলকাঙ্কুরেণনিবিড়াশ্লেষে নিমেষেণ চ
ক্রীড়াকূতবিলোকিতেহধরসুধাপানেকথানর্ম্মভিঃ।
আনন্দাধিগমেনমন্মথকালযুদ্ধেঽপিযস্মিন্নভূদ্
উদ্ভূতঃসতয়োর্বভুবসুরতারম্ভঃপ্রিয়ম্ভাবুকঃ ॥১০॥

---

অনুবাদ :—হৌজিক আসদা ইবেম্মা নহাক্না অরেম্বদা কারম্নু-কান্নদনা শাউরু়না অরাবা পাঁবিববা ঐহাক অসিদা হঙ্গৎনা যেংদুনা মাই ওনশিল্লকপদা ইকাইবা যংলেদে। মরম আসনা অশাউবা থাদোক্নো অহুগা রতিক্রীড়া ফংলমদবগী রাবনহন্থু পোকহল্লো ॥৮॥

পদানুবাদ :- শ্রীজযদেব ভণত (শ্রীজয়দেব কাবনা লেংলবা) অনুপদ (পদ থাদ মক্ক) নিগদিত মধুরিপুমোদং (পদ থুাদংমক্কা শ্রীকৃষ্ণগী হরাওবতা হায়ববা, ইদংগীতং (ঈশৈ আসন) রসিকজনেষু (শ্রীরাধাকৃষ্ণগী রস থঙ্নীংলবা মীশিংদা, মনোরম রতিরসভাব বিনোদং (পুক্নীং হূবব রাতবস তাবদা পামশিনববু) জনয়তু (পোক-হল্লসনু) ॥৯॥

অনুবাদ :—শ্রীজযদেব কবিনা লেলবা পদ থুাদংমক্কা শ্রীকৃষ্ণগী হরাওবতা পীনরবা ঈশৈ অসিনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী রাতক্রীড়াগী রস থঙ্নীংলবা ভক্তশিংদা পুক্নীং হূরবা রাতক্রীড়া শান্নবদা পামশিন-ববু পোকহল্লসনু ॥৯॥

পদানুবাদ ঃ- নিবিড়াশ্লেষে (চেৎনা কোনশিন্নবদা) পুলকাঙ্কুরেণ (হুজুংবা য়েন্নীংনা) ক্রীড়াকূতবিলোকিতে(শান্নবদা মরমগা লোয়ননা

দোর্ভ্যাংসংযমিতঃপয়োধরভরেণাপীড়িতঃপাণিজৈ-
রাবিদ্ধোদশনৈঃক্ষতাধরপুটঃশ্রোণীতটেনাহতঃ।
হস্তেনানমিতঃকচেঽধরসুধাপানেনসম্মোহিতঃ
কান্তঃকামপিতৃপ্তিমাপতদহোকামস্যবামাগতিঃ ॥১১॥

---

য়েংবা মীংয়েংদা) নিমেষেণ চ (মীং কুপ্পনসু) অধরসুধাপানে (অধরামৃত পান তৌবদা) কথা নর্মভিঃ (নাক্লা হায়নবা ৱাঙাং খিবিক্লা) যস্মিন্ মন্মথকলাযুদ্ধেঽপি (কামক্রীড়াগী লানক্কম অতুদসু) আনন্দাধিগমেন (নুংঙাইবা পোক্লকপা অতুন) প্রত্যূহঃঅভূৎ (য়ৈথায়বা ওইখ্রে) তয়োঃ (মখোয় অনিগী, ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমক্কী) সঃ উদ্ভূতঃ সুরতারম্ভঃ (থোক্লক্লিবা সুরতলীলা হৌগৎলকপা অতুনা) প্রিয়ম্ভাবুকঃ বভূব (অপেনবা পোকপা মতৌ ওইখ্রে) ॥১০॥

অনুবাদ :—চেংনা কোনশিন্নবদা নীংখিনাতুজুংবনা য়ৈথায়বা ওইখরে, শান্নবদা মরমগা লোয়ননা য়েংবা মীংয়েংদা মীংকুপ্পনা য়ৈথায়বা ওইখরে, অধরামৃত পান তৌবদা নোক্ল-হায়নবা ৱাঙাং খিবিক্লা য়ৈথায়বা ওইখ্রে, কামক্রীড়াগী লানক্কম অতুদসু নুংঙাইবা পোকপা অতুনা য়ৈথায়বা ওইখ্রে, অতুম ওইনমক শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিমক্কী সুরত লীলা হৌগৎলকপা অতুনা থোইদোক্লা অপেনবা মতৌ ওইখ্রে ॥১০॥

পদানুবাদ :—শ্রীরাধায়াঃ (শ্রীরাধিকাগী) দোর্ভ্যাং(পাম্বোমঅনিনা) সংযমিতঃ (চেংনা কোনশিল্লবা) পয়োধরভরেণ আপীড়িত (কুচনা থোইদোক্লা নোইহৎলবা) পাণিজৈঃ (খুজিল ময়াল্লা) আবিদ্ধঃ (হোগায়রবা, খোৎলবা) দশনৈঃ (য়াশিংতনা) ক্ষতাধরপুটঃ(চিনবান্দা চীকথায়রবা) শ্রোণীতটেন (থাং মখাগী হকচাংনা) আহতঃ (তক্লবা)

মারাঙ্কে রতিকেলি সঙ্কুলরণারম্ভে তয়া সাহস
প্রায়ংকান্তজয়ায়কিঞ্চিদুপরিপ্রারম্ভিযৎসম্ভ্রমাৎ।
নিষ্পন্দাজঘনস্থলীশিথিলতাদোর্বল্লিরুৎকম্পিতম্
বক্ষোমীলিতমক্ষিপৌরুষরসঃস্ত্রীনাংকুতঃসিদ্ধ্যতি ॥১২॥

---

হস্তেন (খুৎনা) কচে (শমদা) আনমিতঃ (চিংথরবা) অধরসুধাপানেন (অধরামৃত পান তৌবনা) সম্মোহিতঃ ( সুমহৎথরবা ) কান্তঃ (চান্নথোইবা শ্রীকৃষ্ণনা) কাং অপি (করম্বী হায়বদি হায়নকম খঙ্ ত্রবী) তৃপ্তিং (অপেনবব্) আপ (ফংখি) তৎ (মরম অহুনা) অহো (অঙকপনিদ ) কামস্য (কামগী) বামা (ওন্নতৈনবা) গতিঃ (শাজৎসে) ॥১১॥

অনুবাদ :—শ্রীরাধাগী পাম্বোমঅনিনা চেৎনা কোনশিল্লবা, খবাক্কী কুচ অনিনা থোইদোক্লা নৈহৎলবা, খুজিল ময়াম্না মকম নাইনা খোৎলবা, য়াশিংনা চিনবান্দা চীকথৎলবা, খাং মখাগী হকচাংনা তক্লবা, খুৎনা শম পায়হুনা চিংলবা, অধরামৃত পান তৌবনা সুমহৎলবা চান্নথোইবা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রিবা ময়াম অসি থোকপদা হায়কম খংত্রবা অপেনবা মতৌ অমা ফংখি। অঙকপনিদা !! কামগী ওন্নতৈনবা শাজৎসে ॥১১॥

পদানুবাদ :—মারাঙ্কে (ইন্নকাওনরবা, লাক্লকানয়বা) রতিকেলিসঙ্কুল (সুরতলীলাদা য়ৈথায়বা পোক্লবা) রণারম্ভে (লাল হৌরক্লবা) তয়া (মহাক্লা, শ্রীরাধানা) কান্তজয়ায় (চান্নথোইবা শ্রীকৃষ্ণবু ভমগে হায়হুনা) যদ্ (+) সম্ভ্রমাৎ (খুবীং খুবাই ওইনা, লিন্দা ফুদোক্লা) কিঞ্চিৎ উপরি প্রারম্ভি (মথক ওনথৎকে হায়হুনা হোৎনরকপা) যদ্ (+)তদা (মতম অহুদা) জঘনস্থলী (কৈবোম মরুহু) নিষ্পন্দা(লেঙ-

মীলদ্দৃষ্টিমিলৎকপোলপুলকং শীৎকারধারাবশা-
দব্যক্তাকুলকেলিকাকুবিকসদ্দন্তাংশুধৌতাধরম্।
শ্বাসোন্নদ্ধপয়োধরোপরিপরিষঙ্গীকুরঙ্গীদৃশো
হর্ষোৎকর্ষবিমুক্তিনিঃসহতনোর্ধন্যোধয়ত্যাননম্ ॥১৩॥

---

খিদরে) দোর্বল্লিঃ (পাম্বোম উরীহু) শিথিলতা (লেকথখয়ে) বক্ষঃ (থবাক্তু) উৎকম্পিতং (নীকথরে) অক্ষি (মীৎনা) মীলিতং (উইশিন-থ্রে) অতএব (মরম আসনা) কুতঃ (কদাইদগী) স্ত্রীনাং (নুপীশিংগী) পৌরুষরসঃ (নিপা থোকপা প ঙ্গলবু) সিদ্ধ্যতি (পাংগদগে হায়বদি নুপীশিংদা নিপাগুম্না থবক পাংবা ঙম্বা থবব লৈতে ॥১২॥

অনুবাদ :—সুরতলীলা শান্নবদা য়ৈথ।য়বা পোক্লবা লাক ফানবগী লাল হোরক্লবদা শ্রীরাধানা চাম্নথোকবা শ্রীকৃষ্ণবু ঙনপে হায়বনা তান্দুনা নান্থোক্তুনা চৎখিবা য়ানবা লিন্দা ফবগা লোয়ননা মথক ওনথৎকে হায়রুন। তাপ্লক্লবদা মামনথিবন। খেবোমমরু লেংবা য়াাথ থ্রে, পাম্বোমমরু হীকথরে, থবাক মীহুল হোথরে, মমীৎ তুথখরে। মরম অদুনা নুপীশিংগী মফমদা নিপাদা লৈবা পাঙ্গলগুম্বা লৈগদগে ॥১২॥

পদানুবাদ :—শ্বাসোন্নদ্ধ (হুংশাস্বর ফুইনা হোনবনা তোংথৎ-লক্লবা) পয়োধরোপরি (কুচ মথক্তা) পরিষঙ্গী (চেৎনা আলিঙ্গন তৌবনা) ধন্যঃকৃষ্ণঃ (লাইবক ফরেথল্লবা শ্রীকৃষ্ণনা) হর্ষোৎকর্ষবিমুক্তি (হরাওবা থোইদোক্লা পোকমনথিবন।) নিঃসহ তনোঃ (খাংবা ঙম-দ্রবা হকচাং ওইরবী) কুরঙ্গীদৃশঃ রাধায়াঃ (শজী মীত্তা তারবী শ্রীরাধাগী) মীলৎদৃষ্টি (মীৎ অনি উইশিল্লবা) মিলৎ কপোলপুলকং

তস্যাঃপাটলপানিজাঙ্কিতমুরোণিদ্রাকষায়েদৃশৌ
নির্ধৌতোহধরশোণিমাবিলুলিতাঃস্রস্তস্রজোমূর্দ্ধজাঃ।
কাঞ্চীদামদরশ্লথাঞ্চলমিতিপ্রাতর্নিখাতৈর্দৃশো-
রেভিঃকামশরৈস্তদদ্ভুতমভূৎপত্যুর্মনঃকীলিতম্ ॥১৪॥

[চাইরুংদা তুজু বা পোক্লবা] শী·কার ধারাবশাৎ [লাউথোংবা মপৈনা থুঙম চনবদগী] অব্যক্ত আকুল [মরোল লৌবা য়াদ্রবা ঙাং-লবা রাখিবনা] কেলি শাঃবদা] কাকু [অ'কবা ফংবনা] — অব্যক্তা-কুল কেলি কাকু [রতি ক্রীড়াদা অকিবা ফংবনা মবোল লৌবা য়া-দ্রবা রাঙাং ঙাংবদা] বিকসৎ [শাংতোক্লবা, হ.ইদোক্লবা] দন্তাংশু ধৌতাধরম্ [য়াগী মঙাল্লা চীনবানবু শূদো'ক্লবা হায়বদি চীনবানগী লৈতেং ওইরবা] আননং [মায়থোংবু] ধযতি [থকই, চুপই) ॥১৩॥

অনুবাদ :—সুংশাস্বর ফুইনা হোন্দুনা তোঙ্খংলক্লবা কুচ মথক্তা চেৎনা আলিঙ্গন তৌবনা লাইবক ফরে হায়ন খল্লবা শ্রীকৃষ্ণসিনা হরাওবনা হকচাংদা খাঙ্ক্ষম খঙ্দ্রবী, লজিমীত্তা তারবী শ্রীমতী রাধিকাগী মীৎ অনিনা তুথতুনা লৈরবা, চায়রুংদা তুজু'বা পোক্লবা, রতিকেলিদা য়াম্না রামনথিবনা থুঙম চনখিত্নুনা মরোল লৌবা য়া-দ্রবা রাঙাংঙাংবদ. উরবা য়াগী মঙাল্লা লৈতেংলবা চিনবাম্না লৈতেং-লবা মায়থোংবু হম্না হম্না চুপখি ॥১৩॥

পদানুবাদ :— তস্যাঃ [মহাক্কী, শ্রীরাধাগী] পাটল [অঙাংবগা অঙৌবগা পক্লবা] পানিজাঙ্কিতঃ [খুজিন্না খোংলবা] উরং [থবাক্লে] পাটল পানিজাঙ্কিতং উরঃ [খুজিম্না খোৎপদা অঙাংবগা অঙৌবগা কোয়নবা পক্লবা থবাক্লে] নিদ্রাকষায়ে [তুম্নিংবনা ঙাংলবা] দৃশৌ

ব্যালোলঃকেশপাশস্তরলিতমলকৈঃস্বেদলোলৌকপোলৌ
ক্লিষ্টাদষ্টাধরশ্রীঃকুচকলসরুচা হারিতা হারযষ্টিঃ।
কাঞ্চীকাঞ্চিংগতাশাংস্তনজঘনপদংপাণিনাচ্ছাদ্যসদ্যঃ
পশ্যন্তীসত্রপংমাংতদপিবিলুলিতস্রগ্ধরেয়ংধিনোতি ॥১৫॥

---

মীৎ অনীনে] 'নর্দ্ধোক্তঃ [২াগী মঙাম্না শুদে'ক্রবা] অধর শো'ণিমা [চিনবানগী অঙাংবনে] বিলুলিতাঃ [হাইহুম্লব] স্রস্তস্রজঃ [লৈপরেং নাম্থরব] মূর্দ্ধজাঃ [শমশিংনে] কাঞ্চিদাম [খ্বাংশরীক পরে'নে] দনশ্লথাঞ্চলং [থরা নাম্থবরা ফী'জনে] প্র ত্তঃ [অযুক্তা] ইতি [অসুম্ন] দৃশে ঃ [মীৎ অনিদা] নিখাতৈঃ [তমাশনথ্রবা, কা' শিনথ্রব] এভিঃ কামশরৈঃ [কামগী তেন থিবিক্লা], যৎ (+) পত্যুঃ [মপুবোহ-গী, শ্রীকৃষ্ণগী] মনঃ কীলিতং [পুক্লীংদা থিন'থবা যৎ+তৎ=[মাহু] অদ্ভুত' অভূৎ [অঙকপা ওইথবে] ॥১৪॥

অনুবাদ :—খুজিম্না খেৎপনা অঙাংবগা অঙৌবগা মরাং মবাং তারবা শ্রীরাধাগী থবাক্লে, তুম্নিংবনা ঙা'শিল্লবা মীৎনে, য়াগীমঙাম্না শূদোক্রবা ঙাংলবা চীনবাননে, হাইহুম্লব লৈপরেং নাম্থরবা শমমপৈ-নে, খ্বাং শরীক্লে, থরা নাম্থবরা ফীজিনে পুম্নমক অসিনা কামদেবগী তেন ওইরহনা শ্রীকৃষ্ণগী মীৎ অনীদা থিনগে তমখিবদা মীত্তা পান্দ-হুনা থম্মোইদা পানথরে মাসি ওস্থোক্লা অঙকপা অমনি ॥১৪॥

পদানুবাদ :—কেশপাশঃ [শমজীম্না] ব্যালোলঃ [হাইহুমখ্রে] অলকৈঃ [শমজোই খিবিক্লা] তরলিতং [ইথক হোৎখ্রে] স্বেদলো-
কপোলৌ [চাইরুং অনীদা হুমাং শিন্থখরে] ক্লিষ্টা দষ্টাধরশ্রীঃ [য়ানা চীকপনা চীনবানগী ফজবা মকশিনখ্রে] কুচকলসরুচা [থবাক

ইতি মনসানিগদন্তংসুরতান্তেসানিতান্তখিন্নাঙ্গী।
রাধাজগাদসাদরমিদমানন্দেনগোবিন্দম্ ॥১৬॥

---

অতোংবা অনীগী ফজবন ] হারযষ্টিঃ [মুক্তাপরেংবু] হারিতা [মায়-পীবা পীখ্রে] কাঞ্চী [খাংগোয়না] কাঞ্চিৎ দিশাংগতা [কয়স্ব: মায়-কৈ অমরোমদা হাইদোকখ্রে] তদপি [অদুম ওইনমক] ইয়ং বিলুণ্ঠিতস্রগ্ধরা রাধা [চাইহুম্লবা লৈপরেং শিরবী রাধাসিনা] সন্ত্রঃ [খুদব অদুমক্তদা, মতম অদুমক্তদা] পাণিনা [মখুৎনা] স্তনজঘনপদং [কুচগা কৈগলমরু মখোংগবু] আচ্ছাদ্য [খুমজিন্দুনা] সত্রপং [ইকাইঁ ইকাইনা] পশ্যন্তী [য়েংল য়েংলদুনা] মাং [ঐবু, কৃষ্ণবু] ধিনোতি [নুংঙাইবা হেনগৎহল্লি] ॥১৫॥

অনুবাদ ঃ— শ্রীমতী রাধিকাগী শমজীক চাইহুমখ্রে, শমজোই খিবিক্ত ইথক হোৎখ্রে, খজাই অনিদ হুমাং শিন্থুরে, য়ানা চীকপনা চীনবানগী ফজবদু মুন থামখ্রে, থবাক্তী অতোংবা অনীদুনা ফজবনা মুক্তা পরেংবু মায়থীব পীখ্রে, খাংগোয়না মাইকৈ অমরোমদা হায়-দোক্নুনা কৈখ্রে অদুম ওইনমক হাইহুম্লবা লৈপরেং শিরবী রাধা-সিনা খুদক অদুমক্তদা মখুৎনা থবাক্তী অতোংবা অনীগা কৈগলমরু মখোংগা (ফিজুংগা) মক্কম অনী অসি খুমজিন্দুনা ইকাইনা য়েংল-য়েংলদুনা ঐবু কয়ামরুম নুংঙাইবা হেনগৎহল্লি ॥১৫॥

পদানুবাদ ঃ—সুরতান্তে [সুরতলীলা লোইরবদা] নিতান্তখিন্নাঙ্গী [থোইদোক্না হকচাং য়ারবী] সা রাধা [রাধিকা অদুনা] ইতি [মতৌ অসুম তৌদুনা] মনসা নিগদন্তং [পুক্তীংনা ঙাংদুনা লৈরবা] গো-বিন্দম্ [শ্রীকৃষ্ণদা] আনন্দেন [হরাওবগা লোয়নননা] ইদং বক্ষ্যমাণং

গীতং ॥২৪॥
রামকিরীরাগ-যতিতালাভ্যাংগীয়তে।

**কুরুযদুনন্দনচন্দনশিশিরতরেণকরেণপয়োধরে,
মৃগমদপত্রকমত্রমনোভবমঙ্গলকলসসহোদরে,
নিজগাদসাযদুনন্দনেক্রীড়তিহৃদয়ানন্দনে ॥১৭॥ ধ্রুবম্ ॥**

---

[মথাদা হায়রকদৌরিবা পুন্নমক অসীবু] সাদরং [তরাম তরাম] জগাদ [হায়খি] ॥১৬॥

**অনুবাদ :**—শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিমক্না রতিক্রীড়া লোইরবা তুং অহুদা লাক্ক ফানবনা থোইদোক্না রারবী শ্রীরাধিকাসিনা, নীংবা থুংলহুন পুক্নীংদা হুংগাইবতা খল্লহুন। নৈরবা শ্রীকৃষ্ণবু য়েংলহুনা তরাম তরাম্না মথাদা হায়রকদৌরিবা রাশৈশিং অসি হায়খি ॥১৬॥

**পদানুবাদ :**— হৃদয়ানন্দনে [ পুক্নীং হরাওহল্লবা ] যদুনন্দনে [শ্রীকৃষ্ণনা] ক্রীড়তি [শান্নবিরক্লবদা] স রাধা (শ্রীরাধা অহুনা) নিজগাদ (হায়খি) হে যদুনন্দন (হে ইবুংঙে কৃষ্ণ) চন্দনশিশিরতরেণ (চন্দনগুম্না ইংলবা) করেণ (নখুৎনা) মনোভব (কামদেবগী) মঙ্গল-কলস সহোদরে (মঙ্গলগীদমক লিংথংলবা চফুগা মান্নবা) অত্রপ-য়োধরে (থবাক্কী অভোংবা অসিদ, কুচ অসিদা) মৃগমদপত্রকং (মৃগমদচন্দনগী মপাকপু) কুরু (তৌবিউ, তৈথিযু) ॥১৭॥

**অনুবাদ :**—শ্রীরাধাগী পুক্নীং হরাওহল্লহুনা শ্রীকৃষ্ণসিনা রতিক্রীড়া শান্নরক্লবা মতম অহুদা শ্রীরাধানা কৃষ্ণ য়েংলহুনা হায়খি, হে ইবুং-ঙো কৃষ্ণ! চন্দনগুম্না ইংলবা নখুত্তুনা কামদেবগী মঙ্গলগীদমক লিংথংলবা চফুগা (ঘট) চপমান্নরবা ঐগী থবাক্কী তোংলবা কুচঅনী অসিদা মৃগমদচন্দনগী মপাক তৈথিনবিউ ॥১৭॥

অলিকুলগঞ্জনসঞ্জনকং রতিনায়কশায়কমোচনে।
ত্বদধরচুম্বনলম্বিতকজ্জলমুজ্জ্বলয়প্রিয়লোচনে ॥১৮॥
নয়নকুরঙ্গতরঙ্গবিকাশনিরাসকরেশ্রুতিমণ্ডলে।
মনসিজপাশবিলাসধরেশুভবেশনিবেশয় কুণ্ডলে ॥১৯॥

---

পদানুবাদ :— হে প্রিয় [হে চাম্নগোইবা ইবুংঙো কৃষ্ণ] রতিনায়ক [কামদেব কৌবা লাইনা] শায়ক মোচনে [তুন তমশিল্লকৃবা] মদীয়ে লোচনে [ঐগী মীত্তু] অলিকুল [খোইমু মচৈগী মৃকমদা] গঞ্জন [নিন্দা তৌববু, তাঙ্গিনা তৌববু] সঞ্জনকং [পোকহল্লবা] ত্বদধরচুম্বন [নহাক্কী চীনবাম্না চুপ্পদা] লম্বিত [চেম্থত্রবা, শিন্থত্রবা] কজ্জলং [কজ্জল কৌব মীংছিদাকপু] উজ্জ্বলয় [অমুক হন্না লংহনবিউ] ॥১৮॥

অনুবাদ :— হে চাম্নগোইব ইবুংঙো কৃষ্ণ! কাম কৌবা লাইনা তেন্ন থাগে হায়দুনা তমশিল্লকৃবা ঐগী মীৎ অনি অসীদা খোইমুগী মচৈবু শুমজনা ফজরব নহাক্কী চীনবান্না চুপ্পদা কোকত্রব কজ্জল কৌবা মীত্তা তৈনবা অমুব ছিদ্রাকপু অমুক হন্না লংহনবিউ ॥১৮॥

পদানুবাদ :— হে শুভবেশ [হে ফিজেৎ ফজরবা ইবুংঙো] নয়ন কুরঙ্গ [মীৎ শজিগী] তরঙ্গ বিকাশ [ইথক হৌবগী] নিরাসকরে [থাদোক্লকম ওইরব হায়বদি মীৎ কৈথোকপা লৈতন মুন্না য়েংলুনা লৈফম ওইরব] মনসিজ [কামদেবগী] পাশ [লাংগী] বিলাসধরে [শাল্লফম ওইরবা, থাকফম ওইরব] শ্রুতিমণ্ডলে [নাকোং দা] কুণ্ডলে [কুণ্ডল অনী, নাথিন অনী] নিবেশয় [হাপ্পিয়ু, শিজিন্নবিয়ু ॥১৯॥

অনুবাদ :—হে ফিজেৎ ফজরব ইবুংঙো! মীৎ শজিগী ইথক হৌবগী থাদোক্লকম ওইরবা হায়বদি ঐগী ফজরবা নাকোং অসি

ভ্রমরচয়ং রচয়ন্তমুপরিরুচিরং সুচিরং মমসন্মুখে।
জিতকমলেবিমলেপরিকর্ম্ময়নর্ম্মজনকমলকং মুখে ॥২০॥
মৃগমদরসবলিতং ললিতং কুরুতিলকমলিকরজনীকরে।
বিহিতকলঙ্ককলং কমলাননবিশ্রমিতশ্রমশীকরে।২১॥

---

উরগা কনাগুম্বগী মীংচিনা মাসিবু থাদোক্তনা মাইকৈ অমরোমদা লৈথোক্তনা য়েংবা গুম্রেব'. কামদেবগী লাংগী শাম্নফম ওইরবা হায়বদি লাংথাকফম ওইরবা (কামদেবনা কনাগুম্ব যুবজন ওইরবা মীবু অবাব পীগে হায়রবদি ঐ নাকোংদ লা থাক্লফম ওই) নাকোংদা কুণ্ডল অনিদং শিজিনবিউ ॥১৯॥

পদানুবাদ :—মম [ঐগী] সন্মুখে [ইমাংদ ] উপরি [মায়মথক্ত, লাইবক তারকপদা] সুচিবং [মতম কুইন', মতম চংনা] রুচিরং [নিংথিজনা] ভ্রমরচয়ংরচযন্তং [খোইমু মপৈ তোংবগুম্না শেমজ-বক্রবা] জিতকমলে [থম্বালবু ওমজরবা] বিমলে [অমকপা লৈত্রব ] মুখে মায়থোংসিদ ] নর্ম্মজনকং [নোক্ল হায়নফম ওইববা] অলকং [খোইখোয় তারবা শমজোইবু] পরিকর্ম্ময় [শেম্বিয়ু] ॥২০॥

অনুবাদ :—ঐগী ইমাংদা লাইবক মথক্তা মতম কুইনা খোইমুমপৈ তোংবগুম্না ফজনা শেমজরক্রবা, থম্বালবু ওমজরবা, অমকপা লৈত্রবা মায়থোং অসিদা মীনা য়েংবদা নোক্ল হায়ননা ফজংদবা খোইখোয় তারবা শমজোইবু শেম্বিয়ু ॥২০॥

পদানুবাদ :—হে কমলানন [হে মায়থোংনা থম্বাল মান্নবা ইবুং-ঙো] বিশ্রমিত [হজিনখ্রব', লেপখ্রবা] শ্রম [অরাবদগী পোকখ্রবা] শীকরে [হমাং লৈরিক্লা]—বিশ্রমিতশ্রম শীকরে [অরাবদগী পোক-

মমরুচিরেচিকুরেকুরুমানদমনসিজ ধ্বজ চামরে।
রতিগলিতেললিতেকুসুমানিশিখণ্ডিশিখণ্ডকডামরে ॥২২॥

থ্রবা হুমাং লৈরিক্লা হজিনথ্রবা] অলিক রজনীকরে [লাইবক থ অসিদা] বিহিত [তোবগুমা] কলঙ্ককলং [মাযহিং মচেংনা]—বিহিত কলঙ্ককলং [মায়হীং মচেংনা তৌবগুম্না] মৃগমদরসবলিতং [কস্তুরী চন্দন মহীনা তৈহনা] তিলকং [মথিনাইনা থিনবা চন্দনবু] ললিতং কুরু [নিংথিনা থিনবিয়ু] ॥২১॥

অনুবাদ :—মায়থোংনা থম্বাল মাল্লবা হে ইবুংঙো! হুমাং শৌ-রম্বদগী হুমাং লৈরিক হজিনথ্রবা ঐগী লাইবক থা অসিদা অতিয়াদা থোক্লিবা থাদা মায়হিং মচেংনা লৈতেং ওইবগুম্না মৃগমদ চন্দনমহী-না মযি নাইনা চন্দন ফজনা থিনবিয়ু ॥২১॥

পদানুবাদ :—হে মানদ [হে সম্মান পিবিরবা ইবুংঙো] মম [ঐহাক্কী] মনসিজ ধ্বজ চামরে [কামদেবগী ফিরান্দা থেংপা চামর-গুম্লবা] রতিগলিতে [রতিক্রীড়াদা পুনবা নাম্থোক্লবা] শিখণ্ডিশিখ-ণ্ডকডামরে [রাহোং মতুবু হেন্না ফজরবা] ললিতে [অনুরাগ পোক-হল্লবা] রুচিরে [ফজরবা] চিকুরে [থোইথোয় তারবা শম মরক্তা] কুসুমানি [লৈ ময়াম্বু] কুরু [থেংপিয়ু] ॥২২॥

অনুবাদ :—হে সম্মান পিবিরবা ইবুংঙো! কামদেবগী ফিরান্দা থেংপা চামরগুম্না চুম্না শাংনা তারবা, অহুগা রতিক্রীড়াদা পুল্লম্বদগী কায়থ্রবা, রাহোং মতুবু ঙমজনা মুথ্রবা থোইথোয় তারবা শমজোই শিংসিগী মরক্তা লৈ ময়াম থেংচিনবিয়ু ॥২২॥

সরসঘনেজঘনেমমশম্বরদারণবারণকন্দরে।
মণিরসনাবসনাভরণানিশুভাশয়বাসয়সুন্দরে ॥২৩॥
শ্রীজয়দেববচসিজয়দেহৃদয়ংসদয়ংকুরুমণ্ডনে ॥
হরিচরণস্মরনামৃতকৃতকলিকলুষজ্বরখণ্ডনে ॥২৪॥

পদানুবাদ ঃ—হে শুভাশয় [হে পুকচেল ফজরবা ইবুংঙে ] মম (ঐহাক্কী) সরসজঘনে (নিংথিনা নোয়রবা) শম্বর দারণ বারণ (কাম দেবগী মশক ওইরবা শামুগী) কন্দরে (শান্নবা চীংগী লোকচপ ওইরবা) সুন্দরে জঘনে (ফজরবা ফৈবোমমক্ত অনিগী কারক্তো, খোইদৌ মথ দা) মণিরসনা বসনা আভরণানি (খাংগোযনে, ফীনে, কৈতে ময়ায়ে) বাসয় (শিজিনুবিউ, ॥২৩॥

অনুবাদ ঃ—হে পুকচেল ফজরব ইবুংঙো ! ঐগী নিংথিজনা নোয়রব, কামদেবগী মশক ওইরব শামু লমশাগী শানকম চীংগী লোকচপকী মশক ওইরবা, খোইদৌমথা ফৈবোম মক্ত অনীগী কারক্তু নিংথিজরবা খাংগোয়নে, ফীন্নে, কৈতেং পুন্নমক্তে শিজিনরিরো ॥২৩॥

পদানুবাদ :—হে ভক্ত (হে ভক্ত) ত্বং (নহাক্না) মণ্ডনে (কৈতেংগী মশক ওইরবা) জয়দে (মঙ্গল পীনরবা) হরিচরণ স্মরণামৃত (হরি চরণ নিংশিংবা অমৃতনা নক্লগা হিদাক্না) কৃতকলি (কলিগী মতমদা ভোরব) কলুষজ্বর খণ্ডনে (প্যাপকী লাইথুং কোক্রব হায়রদ্রি কায়, ক্রে ধ, লোভনচিংবা কোক্লবা) শ্রীজয়দেব বচসি (শ্রীজয়দেব কবিনা লেংলবা ঈশৈসিদ ) হৃদয়ং (থম্মোইহুনা) সদয়ং কুরু (থৌজানবিয়ু, হায়বদি পামশিনবিয়ু) ॥২৪॥

রচয় কুচয়োঃ পত্রং কুরুষ্ব কপোলয়োঃ
ঘটয় জঘনে কাঞ্চীমঞ্চস্রজা কবরীভরম্ ।
কলয় বলয়শ্রেণীং পাণৌ পদে কুরু নূপুরা-
বিতি নিগদিতঃ প্রীতঃ পীতাম্বরোঽপি তথাকরোৎ ॥২৫॥

---

অনুবাদ :— হে ভক্তশ ! নখেয় পুন্নমক্তা লৈতেংগী মশক ওইরবা, মঙ্গল পীনরবা, শ্রীহ রংচরণ নিংশিংবা অমৃতনা (হিদাক্না) কলিদা তৌবা পাপকী শাইথুং (কাম, ক্রোধনচিংবা) পুন্নমক কোক-হল্লবা, শ্রীজয়দেব কবিনা লেংবা ঈশৈ অসীদা পুক্নীং থম্বিয়ু হায়বদি শকপা তাবা পাম্বিয়ু ॥২৪॥

পদানুবাদ :— কুচয়োঃ (থবাক্তী অতোংবা অনীদ) পত্রং (কস্তুরী চন্দনগী মপাকপু) রচয় (তৈবিরে) কপোলয়োঃ (খজাই অনীদ) চিত্রং (অয়াম্বা মচুন য়েকপবু) কুরুষ্ব (তৌবিরো, য়েকপিরে) জঘনে (খোইদো মথাদা) কাঞ্চীং (থা গোই পরেংবু) ঘটয় (শিজিনবিরো) স্রজা (লৈপরেংনা) কবরীভরং (শম্মুন্দা) অঞ্চ (থেংচিনবিরে) পাণৌ (খুত্তা) বলয়শ্রেণীং (খুজী ময়াম্বু) কলয় (শিজিনবিরো) পদে (খোং-দা) নূপুরৌ (নূপুর অনী) কুরু (শিজিনবিরে) ইতি (মতো অস্নম্না তৌদুনা) রাধয়ানিগদিতঃ (শ্রীরাধানা হায়রক্লবা) পীতাম্বরোঽপি (শ্রীকৃষ্ণদুনসু) প্রীতঃ (হরাউখ্রদুনা) তথা অকরোৎ (অদুম্নমক তৌখ্রে হায়বদি শ্রীরাধানা হায়রিবা অদু ইকায় কায়দন তৌখ্রে) ॥২৫॥

অনুবাদ :—হে ইবুংঙো ! ঐগী কুচ অনী অসিদা কস্তুরী চন্দন তৈবিরে, চাইরুং অনীদা অয়াম্বা মচু য়েকপিরো, খোইদো মথাদা থাং শরীক শিজিনবিরো, লৈপরেংনা শমজীদা থেংচিনবিরে, খুত্তা

পর্য্যঙ্কীকৃতনাগনায়কফণাশ্রেণী মণীনাংগণে
সংক্রান্তপ্রতিবিম্বসম্বলনয়াবিভ্রদ্বিভুপ্রক্রিয়াম্।
পাদাম্ভোরুহধারিবারিধিসুতামক্ষ্ণাং দিদৃক্ষুঃশতৈঃ
কায়ব্যূহমিবাচরন্নুপচিত ভূতোহরিঃপাতুবঃ ॥২৬॥

থুঙ্গী ময়াম শিঙ্জিনবিরো, খোংদা নূপুর অনী শিহিরে অসুম হায়বা শ্রীরাধানা হায়জবসি তাবদা শ্রীকৃষ্ণহুনঃ হায়রিবত্নমক ইকায কায়দনা তৌথ্রে ॥১৫॥

পদানুবাদঃ পর্য্যঙ্কীকৃত (ফমুং ওইহনা লৈরবা) নাগনায়ক (লিল নিংথৌগী, অনন্তগী) ফনাশ্রেণীমণীনাংগণে (মতোক ময়ামদা লৈরবা মণি ময়ামদা) সংক্রান্ত প্রতিবিম্ব সম্বলনয়া (তাদুন লৈববা মমিগা মরী থাংনবনা) বিভুপ্রক্রিয়াংবিভ্রৎ (শিন্থংনা লৈবা মতৌবু ওইগ্রবা), অক্ষ্ণাং শতৈঃ (মীং চামনা) পাদাম্ভোরুহধারি বারিধি সুতাং (খোং থম্বাল পায়দুনা সবা তৌরিবী সমুদ্রগী মচানুপী শ্রীলক্ষ্মীবু) দিদৃক্ষুঃ (য়েংনীংলহনা) কায়ব্যূহং আচরন্ ইব (হকচাং মথল মথা যাম্ন ওন্থোকপগুম্না) উপচিতীভূতঃ হরিঃ (চাউথংলবা শ্রীকৃষ্ণসিন) বঃ পাতু (নখোয় ময়াম্বু ঙাকপিরসন্নু) ॥২৬॥

অনুবাদঃ—ফৈদী কান্দুনা লৈরবা অনন্ত কোবা লিনগী মথক্তা ফমুং ওইহনা চেপ্তুনা লৈবদা মতোক ময়ামদা লৈরিবা মণি ময়াম অহুদা মমি তারুবনা শিন্থংনা লৈবা মতৌ ওইগ্রবা, খোং পায়দুনা সেবা তৌরিবী সমুদ্রনা পোক্লবী শ্রীলক্ষ্মীবু মীং চামনা য়েংনীংদুনা হকচাং মথল মথা য়াম্না ওন্থোকপগুম তৌহনা চাউথংগ্রবা শ্রীকৃষ্ণসিনা নখোয় পুম্নমকপু ঙাকপিরসনু ॥২৬॥

ত্বামপ্রাপ্যময়িস্বয়ম্বরপরাংক্ষীরোদ তীরোদরে,
শঙ্কেসুন্দরিকালকূটমপিবন্মূঢ়োমৃড়ানীপতিঃ।
ইত্থংপূর্ব্বকথাভিরন্যমনসোনিক্ষিপ্যবক্ষোঽঞ্চলং,
পদ্মায়াস্তনকোরকোপরিমিলন্নেত্রোহরিঃপাতুবঃ ॥২৭॥

---

পদানুবাদ ঃ—হে সুন্দরি (হে শক ফজরবী লক্ষ্মী) মূঢ়ঃ (পঙ্লব) মৃড়ানীপতিঃ (দূর্গাগী মপুরে ঈবন, মহাদেবনা) ক্ষীরোদতীরোদরে (ক্ষীরোদ সমুদ্রগী মপান্দা) ময়িস্বয়ম্বরপরাং (ঐঙোন্দা লৈপরেং হুক্কুনা বরিপ্রবী) ত্বাং অপ্রাপ্য (নহাকপু ফংদ্রবনা) কালকূটং অপি (কালকূট কোবা চমকপুস্সু) অপিবৎ (থকখি হায়বা) ইতি (মাসি) শঙ্কে (ঐনা চিংনৈয়ে) ইত্থং (মতৌ অসুম্না) পূর্ব্বকথাভিঃ (মমাংগৈগী ৱারীনা) অন্যমনসঃ (ভকচল্লবী) পদ্মায়াঃ (লক্ষ্মীগী) অঞ্চলং নিক্ষিপ্য (ফীজি হাইদোক্কুনা) স্তনকোরকোপরি (কুচ থম্বালঅপোম্বা মথক্তা) মিলন্নেত্রঃ (মীৎ থমথ্রবা) হরিঃ (শ্রীকৃষ্ণনা) বঃ পাতু (নংখোয়বু ঙাকপিসনু) ॥২৭॥

অনুবাদ ঃ—হে শক ফজরবী লক্ষ্মী! পঙ্লবা মহাদেব কোবা লাইনা ক্ষীরোদ সমুদ্র নৈবা মতমদা ঐঙোন্দা লৈপরেংহুক্কুন বরিপ্রবী লক্ষ্মী নহাকপু ফংদ্রবনা শাউদ্রনা কালকূট কোবা চু থক্কুনা শিগে হায়দুনা থোৱাংখি, মাসি ঐহাক চিংনবা পোকই, অসিনচিংবা হায়দুনা হৌপ্রবা ৱারী শাদ্রনা পুক্নীং লাংতক্নহল্লবী লক্ষ্মীগী ফীজি হাইদোক্কুনা কুচ থম্বাল অপোম্বা মানবা অনী অদুদা মীৎ থমথ্রবা শ্রীহরিনা নংখোয় পুম্নমকপু ঙাকপিসনু ॥২৭॥

যদ্গান্ধর্ব্বকলাসু কৌশলমনুধ্যানঞ্চযদ্বৈষ্ণবং,
যচ্ছৃঙ্গারবিবেকতত্ত্বমপিযৎকাব্যেষুলীলায়িতং।
তৎ সর্ব্বং জয়দেবপণ্ডিতকবেঃকৃষ্ণৈকতাত্মনঃ,
সানন্দাঃপরিশোধয়ন্তুসুধিয়ঃশ্রীগীতগোবিন্দতঃ।২৮॥

---

**পদানুবাদ :**—হে ভক্তাঃ (হে ভক্তশ) যৎ (+) গান্ধর্ব্ব কলাসু কৌশলং (সঙ্গীত বিদ্যাদা হৈশি নীংলবা) যৎ (+) বৈষ্ণবং অনু-ধ্যানং (মফম পুম্নমক্তা শীঙ্গুংনা লৈবা শ্রীকৃষ্ণবু নীংগে হায়রবা) চ (অদুগা) শৃঙ্গার বিবেক তত্ত্বঃ (শ্রীরাধাকৃষ্ণগী রতিক্রীড়া শান্নবগী অশেংবনে হায়বদি উৎকণ্ঠ, বিপ্রলব্ধ, খণ্ডিত, সম্ভোগনচিংবগী অশেংবা মরম খঙ্নীংলবা) অপি (অদুগা) কাব্যেষু (রাসলীলান-চিংবা লেংবদা) লীলায়িতং (ফজহন্নীংলবা) যং (+) যৎ (+) যৎ যৎ (+) তদা (অদু ওইরবদি) সানন্দাঃ (পামশনবিন্নবা) সুধিয়ঃ (পণ্ডিতশিংনা) কৃষ্ণৈকত আত্মনঃ (শ্রীকৃষ্ণদা পুক্নীং থংথব) জয়দেব পণ্ডিত কবেঃ (জয়দেব কোবা লৌশিং লৈরবা কবিগী) শ্রীগীতগো-বিন্দতঃ (শ্রীগীতগোবিন্দ কৌবা ঈলৈদগী) সর্ব্বং (পুম্নমক) পরিশো-ধয়ন্তু খঙ্বিরসনু, চুমথোকপিরসনু) ॥২৮॥

**অনুবাদ :**—হে ভক্তশা! নংখোয়না সঙ্গীতবিদ্যাদা হৈশিংনীংলবা, মফম পুম্নমক্ত শিন্নুনা লৈরবা শ্রীকৃষ্ণবু নীংগে হায়রবা, শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী সুরতলীলা শান্নবগী অশেংব মরম খঙ্গে হায়রবা, হায়বদি উৎকণ্ঠা, বিপ্রলব্ধ নচিংবগী মরম খঙ্গে হায়রবা, অদুগা রাসলীলা নচিংবগী কাব্য লেংবদা ফজহন্নীংলবা অদু ওইরবদি হায়রিব মরম পুম্নমক অসিদা পামশিন্নবা পণ্ডিতশিংনা লৌশিং লৈরবা শ্রীজয়দেব কবিনা লেংলবা ঈলৈ অসিদগী খঙ্বিরসনু ॥২৮॥

সাধ্বীমাধ্বীক চিন্তানভবতিভবতঃশর্করে কর্কশাসি,
দ্রাক্ষেদ্রাক্ষ্যন্তি কেত্বামমৃত মৃতমসিক্ষীরনীরংরসস্তে।
মাকন্দক্রন্দকান্তাধরধরণীতলংগচ্ছ যচ্ছন্তি যাদব
ভাবংশৃঙ্গারসারস্বতমিহজয়দেবস্যবিষ্বগ্বচাংসি ॥২৯॥

---

পদানুবাদ :—ইহ (তাইবংপানবা অসিদা) যাবৎ (+) জয়দেবস্য (শ্রীজয়দেব কবিগী) বিষ্বক্‌বচাংসি (মফম পুম্নমক্তা শিন্থুংগ্রবা রাহৈ ময়াম অসিনা, ঈশৈ ময়াম অসিনা। শৃঙ্গার সারস্বতং ভাবং (শ্রীরাধা কৃষ্ণগী শান্নবগী ফজববা রাহৈগী মতোবু) যচ্ছন্তি (পীরিঙৈ) যাবৎ (+) তাবৎ—(অদুক্কী মথৈ) হে মাধ্বীক (হে অথুম্বা মহী) ভবতঃ চিন্তা (নহাক্কী থুমহৈ হায়বা রাখলত্ত) সাধ্বীনভবতি (অফবা ওইদ্রে) হে শর্করে (হে চিনি অঙোবা) কর্কশাসি (অয়াকপা ওইরে) হে দ্রাক্ষে (হ দ্রাক্ষ) ক্ষে (কনা কনানা) ত্বাং (নহাকপু) দ্রক্ষ্যন্তি (যেংবিগদগে) হে অমৃত (হে অমৃত) মৃতং অসি (নহাক শিববনি) হে ক্ষীর (হে সঙ্গোম অনোবা) নীরং তে রসঃ (ঈশিংনা নংগী নহাও ওইরবনি) হে মাকন্দ (হে হৈনৌ পাম্বী) ক্রন্দ (কপ্লো) হে কান্তাধর (হে ফজরবা চীনুবান) ধরণীতলংগচ্ছ (লৈমুংদা চংথরো) ॥২৯॥

অনুবাদ :—তাইবংপানবা অসিদা মফম পুম্নমক্তা শিন্থুংনা চংগ্রবা শ্রীজয়দেব কবিগী ঈশৈ পুম্নমক অসীনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী শান্নবগী নীং-থিজবা মতোবু পীরিঙৈ মতম অসিদদি হে অথুম্বা! নংনা ঐ থুমহৈ হায়দুনা থনবত্ত, থুমদে হাযনা নিংলো, হে চিনি অঙোবা! নহাক্কা অথুম্বা কোক্তুনা অযাকপা ওনখবে, হে দ্রাক্ষ, কোবা উহৈ! নহাকপু কনানসু অহাওবনি হায়দুনা য়েংবিদ্রে, হে সঙ্গোম

শ্রীভোজদেবপ্রভবস্য বামাদেবীসুতশ্রীজয়দেবকস্য
পরাশরাদিপ্রিয়বন্ধুকণ্ঠে শ্রীগীতগোবিন্দকবিত্বমস্তু ॥৩০॥

ইতি শ্রীজয়দেবকৃতৌ গীতগোবিন্দে মহাকাব্যে সুপ্রীত পীতাম্বরো
নাম দ্বাদশঃ সর্গঃ ॥১২॥

সমাপ্তমিদং কাব্যম্।

---

অনৌবা ! নংগী নহাওদি ঈশিং ইচম্ ওনখরে, হে ফজরবা চীন্‌বান নংবু ফজৈ হায়নজ্রে লৈহুংদা চংখরো ॥২৯॥

পদানুবাদ :—ভোজদেবপ্রভবস্য [শ্রীভোজদেবনা পোক্লবা] বামাদবীসুত শ্রীজয়দেবকস্য [বামাদেবীগী মচানিপা শ্রীজয়দেবগী পরাশরাদি প্রিয়বন্ধুকণ্ঠে ( পরাশরনচিংবা চান্নরবা মরুপশিংগী ওক্তা) শ্রীগীতগোবিন্দ কবিত্বং অস্তু ( শ্রীগীতগোবিন্দনা লৈতেং ওইরসনু] ॥৩০॥

অনুবাদ :—শ্রীভোজদেবনা পোক্লবা বামাদেবীগী মচানিপা শ্রীজয়দেবগী পরাশরনচিংবা চান্নরবা মরুপশিংগী ওক্তা শ্রীগীতগোবিন্দনা লৈতেং ওইরসনু ॥৩০॥



